# মহাত্মা গান্ধীগী পুকনিং

( বাখল )

খোমজিনবা অমসুং য়েংশিনবা —

আর, কে, প্রভু অমসুং ইউ, আর, রাও

বাহৌদোকশিং—

( আচার্য্য বিনোবা ভাবে )

অমসুং

ডাঃ এস, রাধাকৃষ্ণন

নবজিবন পব্লিশিং হাউস

অহমদাবাদ—১৪

Published by—
The Gandhi Centenary Committee,
Manipur.



(1,000 Copies)
October, 1969.

*Printed at :—*
BHAGYAVATI KARYALAYA
Chudachand Printing Works,
IMPHAL.

# হীরম-লমাই

হীরম | লমাই

## ১ঃ ঐহাক্তসা ( ওইবা )



## ২ঃ সত্য ( অচুম্বা )



## ৩ঃ অভয় ( অকিবা লৈতবা ) মশক

## ৪ : শ্রদ্ধা

# শেমদোক্লবা চেফোংগী ৱাহৌদোক

শ্রীপ্রভু ১স্সুং শ্রীরাওনা য়েংশন্লবা মহাত্মা গান্ধীগী পুক্নিং কৌবা অনৌবা, শেম্দোক্লবা ১স্সুং চাওথোক্লবা চেফোং অসিনা ঐহোন্দা ফুংঙাইবা পী। লাইরিক্ অসিগী অহানবা চেফোং অনি অসি ময়াম্না য়াম্না পামনৈ ১স্সুং মসিবু মখল মথা অয়াম্বা লোন্দা লেংথোক্কনা লৈপ্রবনি।

অনৌবা চেফোং অসিদা, মাগী পুন্সিগী অরোইবা চহি থরদা গান্ধীজিগী থন্খিবা ৱথলসিং য়াওরে। অস্তুম্না লাইরিক অসি হৌজিক হৌজিক ফাওবগী ওইনা থোকহনলে।

"অওইবমক্, মহাত্মাশিংগী পুক্নিংবু থংলে হায়দুনা কনানা হায়বা ঙমগদগে?" হায়বসি কবি ভবভূতিগী ফাওরবা ৱাহৈনি। গান্ধীজি মহাত্মা অমনি, অদু নত্রবা ফাওবদসু পৃথিবীগী মমাংদা মহাক্না মাগী পুক্নিংবু মপুংফাবা মওংদা হাংদোক্কনা থনমৃই। অসিগুম্না ঐ ইশানা ভশেংনা য়াই, "স্বর্গারোহন্ পর্ব্ব" নত্রগা লাইরৈপাক্তা কাবা হায়বা তাংকক্ হায়না ঐনা কৌব', মাগী অরোইবা পুন্সিগী মতাং অসিদ ঐহোন্দদি অঙকপা অমা ওইনা লৈ। অওইবমক, ঐগী মিত্তদি, কৃষ্ণলীলাগী অরোইবা শরক অদুগা চপম ষৈ। অঙকপা অসি ফোংননবা গান্ধীজি অমুকহন্না পোকপা দরকার লৈবা য়াই। মতম অদু ফাওবদি, ঐনা আশা তৌই, লাইরিক অসি 'সর্বোদয়' সিংথংকে হায়না হোৎনরিবা ১স্সুং অচুম্ববু থিরিবা মীওইশিং অদুদা গান্ধীজিগী পুক্নিং থংননবগী চংদবা য়াত্রবা মতেং অমা ওইনা লৈরগনি।

কিষনগঞ্জ
পুর্নিয়া জিলা
বিহার
মে, ১২, ১৯৬৬।

'জয় জগৎ'
বিনোবা

# অহানবা অমসুং অনিশুবা চেফোংগী
# ব্রাহৌদোক

ঈশ্বরগী মরীদা হেন্না লূনা রাখল তৌরবা, লাইগী ওইবা থবক্কী মমি হেন্না শেংনা তারবা অমসুং লাইগী ওইবা লমজীংবু হেন্না থৌনা ফনা থবক্তা পুথোকলম্বা অতাংবা আত্মা খর হায়বদি সাধারণ ওইবা মীয়ামগী থাক্কী মথক্তা, মরক মরক্তদা থোরক্ই। অসিগুম্বগী মওাল অসি অমম্বা ১সুং মথঃ মনাও কায়রবা জগৎ অমদদা অরংবা লমজীং থাংমৈগুম্না মওান্ পি। গান্ধীজি অসি, থম্মোইগী থৌনা, আত্মাগী নোল্লকপা অমসুং কীদবগী মীনোক্ল, মথোইগী ওইবা তুংগী থোদোক উবা মীশিং অত্থগী কাংলুপ্তা য়াওবনি। জাতিগী নত্রগা অন্তরজাতিগীদা নত্তবা জগৎকী ওইবা মমলশিং, লৌচং শাজংগী অচুম্বা ফীরেপ, পুন্সিগী তৌফম থোকপশিংবু লৌবা, অশেংবগী ফজবা, আত্মা থাজবা .সুং মাগী অংকৃপবু ইকাইখুমনবা হায়রিবসিগীদমক্ দেশসিনা চহি কয়া কয়া লেপলক্লবা মগুণশিং অসি মাগী পুন্সি ১সুং পাওতাক্কী মাধ্যমদা মহাক মশামক্তা প্রমাণ তৌই।

লূরবা মতম্শিংদদা চংনবস্থু য়াদবা থবক্ তৌবা রাজনীতিবু শিন্ফম্ ওইনা তৌবা মীশক্ অমনি হায়না গান্ধীবু হুন্দোক্পা মী য়াম্না লৈ। ভাব্ অমদদি রাজনীতি হায়বসি শিনফম্ অমনি ১সুং রাজনীতিগী কর্ম্মী হায়বসিনা ফজনা পাংথোক্পা মওংদা মীয়ামগী থবক তৌননবা তম্থুনা হৈরবা মীশক অমনি। রাজনীতি হায়বসিনা থবক ওইবা ১সুং রাজনীতি কর্ম্মী হায়বসিনা মাগী প্রজাশিংবু কমনবা

১মুং মথোইবু ঈশ্বরদা থাজবা ১মুং মীওইববু মুংশিবা পোক-ছন্নবা মথৌবু মশক খংবা মীশক অমনি হায়বা অতোপ্পা অসিগুম্বা ভাব অমসু লৈ। অসিগুম্বা মীশক অসিদি সরকার অমগী থবক ওইনা তৌবা থৌরমশিংবু পাংথোকপা ঙমদবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মথোইগী সাধারণ ওইবা রাফম্ মায়থীবা পীবা ঙমদনা থাজবনা মথোইবু মপুক্ থলহনবদদি মহৈ য়ানবা য়াই। গান্ধীজি অসি অনিগুবা ভাব অসিগী ওইদবা য়াত্রবা রাজনীতিগী কর্ম্মী অমনি। ঐখোইবু আত্মাগী জগৎ অমদা ফাজিন্দুনা থমলবদতা, লান্শিং ১মুং ঈ নাই তাবা লৈতবা, লাইরবা ১মুং থবক ফংদবা লৈতবা পৃথিবী অমা ঐখোইনা শেম্-গৎপা ঙম্গনি হায়বসিগী অচেৎপা থাজবা অমা মহাক্কী লৈরমই। মহাক্না হাই: "হয়েংগী পৃথিবী হায়বসি অহিংসাদা য়ুম্ফম্ ওইবা সমাজ অমা ওইররগনি, শোয়দনা ওইগনি। মসি অরাপ্পা পান্দকম, থবক ওইরোইদবা 'উটোপিয়া'গী ৱারি অমা ওইনা মান্বা য়াই। তৌইগুম্বসুং মফম অসিদগী ১মুং হৌজিকমক মসি থবক তৌবা ঙম্বা মরমনা মসি খ্বাইদগী য়ামত্রবদা ফংবা য়াদবা অমদি ওইদে। কনাগুম্বা মীশক অমনা অতোপ্পশিংনা অম্ভম্না চৎক্লবা ঙাইক্লবা তৌদনা—অহিংসাগী লম্বী তুংগী পুন্সিগী লম্বী অমা ওইনা লৌখৎলকপা ঙমই। অদুগা মীশক্ অমনা মাসিবু তৌবা ঙম্লবদি, মীশকশিং অসিগী অপুন্বা কাংবুশিংনদি ঙমলোইদবরা? জাতিপুম্বশিংনসু? মীশিংনা তোইনা থবক হৌগৎপা অসি চিংনৈ মরমদি মথোইনা অনুভব তৌই মাহুদি ফংগদবা পোৎ অদু মাগী মপুংফারবা মওংদা ফংবা ঙমদে। পুক্নিংগী অসিগুম্বা ফীরেপ অসি মী খুদিংনা নিংবতবু নিংলবদি শেংদোকপা ঙম্বা অপন্বা,—চাওখৎপদা ঐখোইগী খ্বাইদগী অচৌবা অপন্বা তশেংনা ওই।

সাধারণ ওইনা ঙাংনবা অমা লৈ মাহুদি গান্ধীজিগী মীৎয়েংফম্ অসি মাহাক্না হায়বদগী মপান্ থোক্না ৱানা পাইখৎলি, মাহুদি মহাক্না পৃথিবী অসি মুনিশিং ঙাক্তনি হায়বা অরানবা ১স্থং মুঙাইরবা রাথল অসিগী মথক্তা থবক চৎথে। মসি গান্ধীজিগী মীৎয়েংশিংবু শেরাম্ননা মহুৎ শিন্‌বনি। মহাক্না থংই মাহুদি পুন্সি হায়বসি পান্দম্‌ফম্ ১স্থং ওইবা য়াবা অনিগী মরক্তা মতম চুপ্পদা তাইশন্নবা, ফরবদা শাংলবা অনিগুবা খ্বাইদগী হেন্না ফরবা মশক অমনি। ঈশ্বরগী রাজ্যদা য়াশিন্নবা তাইশিন্নবা, থবক পাংবা য়াদবা ঙমথৈ লৈবা হায়বহু মশক খংদে। তৌইগুম্বস্থং মফম অসিদা পৃথিবীসিদদি প্রকৃতিগী মুংশি লৈত্রবা নিয়মশিং লৈ। ঐখোইনা মাওইবগী অপাম্বাশিংগী ওইবা মমফমগী মথক্তা থকসি-খাসি লৈবা পৃথিবী অমা শাগৎপা তাবনি। খুদোংচাদবা ১স্থু হোৎনবগী মাধ্যমদা পন্দমফমশিং অসি য়ৌননবা লানথে নৈ। অহিংসা হায়বসিনা সভ্য সমাজ অমগী পান্দমফম ওই হায়না গান্ধীজিনা অমুভব তৌরবস্থ, মহাক্না শক্তি শিজিন্নববু য়াই। "কনাগুম্বা অমনা মথৌনা লৈত্রবদি, খুদোংথীবদগী অয়ম্বগী মওংদা চেনবগী মহুত্তা, ঐনা মথোইবু হাৎননবা ১স্থং হাংহন্নবা মহৈ তমহনবা পামই।" পৃথিবী অসি যুক্তিদনা মপুফানা পানবা নত্তে। পুন্সি হায়বা মশাসিমক মথল থরগী হিংসাদি চংই ১স্থং ঐখোইনা খ্বাইদগী য়ামদবা হিংসাগী লম্বী অহু খনবা তাবনি। সমাজশিংগী চাওখৎ খোংচত্তা থাক অহুম অককনবা লৈ, ইহান্ হানবদা জঙ্গলগী নিয়ম চৎলি, মাসিদা হিংসা ১স্থং ঈশাগী ওইজবদমক ঐখোইনা তৌই, অনিগুবনা আইনগী নিয়ম্ চৎপা ১স্থং রায়েন্‌শংশিং পুলিশ ১স্থং কৈগুমশংশিংপা লোইননা অচুম্বা রায়েন অসি ঐখোইনা তৌই অমস্থং অহুমগুবদদি অহিংসা ১স্থং ইশাগী ওইজবা থাদোক্‌পা, মফমসিদদি আইন্ ১স্থং মুংশিবা

হায়বহুগা মশা অমত্তা ওই।  অরোইবগী অসিনা থকসি-খাসি নাইরবা মীওইব জাতিগী পন্থ্ংফমনি ১স্তুং গান্ধীগুম্বা মীশিংগী থবক ১স্তুং পুন্সিনা মাসিবু হেন্না মনাক নকশিন্না পুশনলকই।

গান্ধীগী মীৎয়েংশিং ১স্তুং রাখলগী লম্বীশিং অসিগী মরমদা ঙসিদি ভাব তান্নদবা য়াম্না লৈ।  গান্ধী মশাংক্না, মাগী থাজবা ১স্তুং লৌচৎ-শাজৎকী ময়াইওইবা নীতিশিংগী মথক্তা, ইরম্বাশিং অসিগী মরীলৈনবা শরুকশিংবু পুন্নপনা খোমজিনলে হায়না এখোইনা থংলবা লাইরিক অসিনা গান্ধীগী ফিভম অসি হৌজিকী মতমগী পুক্নিংদা হেন্না শেংহনবদা মতেং পাংলগনি।

বরানসী

৪ এপ্রিল, ১৯৪৫ এস, রাধাকৃষ্ণন্

---

# শেমদোক্লবা চেফোংগী ৱামাং য়ানবা

মহাক্না হিংলিঙৈগী মতমদা অচোবা থুপা অমগী মরীদা ফীরেপ লৌবা নত্রগা ইতিহাসতা মহাক্কী মকম লেপ্পা হায়বসি অরাইবা ওইদে। নোংমা গান্ধীজিনা হায়রমই, : "মহাক্কী পুন্সিগী মতুংদা মী অমগী থুংঙাইববু লাওথোকপা হায়বসি 'সোলোন্না' অক্লবা ওইনা থেংনরমই ; মী অমগী অচোবা মশক্ লেপ্পা হায়বসি অমুক কয়া হেন্না শোয়দনা লুপদবনো ?" অতোপ্পা থৌদোক অমদা, মশাগী ওইনা ঙাংবদা, মহাক্না হাইরমই : "ঐগী মীৎ উইশিনথ্রবা অমসুং হকচাং অসিবু মৈরীদা থাজিনথ্রবা মতুংদা ঐগী থবক্কী মথক্তা ফীরেপ অমা লাওথোক্লবা মতিক চাবা মতম লৈগনি।" মহাক্না শিখিবদগী—শহীদ অমা ওইবা হৌজিক চহী তরামাপন্ন হৌথ্রবনি।

মীওইবগী ইতিহাসতা অতৈ অতোপ্পা অশিবা অমত্তবু শোয়দনা অসুম্না তৌখিদবগুম্না মহাক্না শিব অসি পৃথিবী পুম্বনা অন্নাবা ফোংদোকখিবনি। মাহাক্না শিখিবদা অন্নাবসি মাতুগী মওংনসু অমুক হেন্না হেনগৎহনখি। কনাগুম্বা সমালোচক অমনা হায়খি, মাবু হাৎ-খিবসিদি লাক্কদবা শতাব্দী কয়া নিংশিংহন্না লৈরগদবনি। ইউনাইটেড স্টেটকী হার্ষ্ট প্রেসনা থাজরমদা মাতুদি মতম অতুদা পৃথিবীদা লৈবা পুক্নিং লাংবগী ইহৌগী মমি অসি, লিঙ্কোন্না শহীদ অমা ওইনা চপ মান্নবা শিখিবদগী মীওইবগী ইতিহাসতা চপমান্নবা লৈরী মপা অমা লৈখিরমগ্রি। গান্ধীজিগী মরমদসু মাসি মতিকচানা হায়বা ঙমহনমন-লগনি। মাতুদি, "হৌজিক্তি মহাক অসি যুগ পুরুষগী ওইনা লৈরগনি।" কনাগুম্বনা পুক্নিং লাংতক্লবা অহিং অতুদা জৱাহরলাল নেহরুনা

হায়খিবা নিংশিংনিংঙাই ওইবা বাহৈশিং অহুবু নিংশিংই: "ঐখোইগী পুন্সিশিং অসিদগী মঙাল অমা চৎপ্রে, নিউয়োর্ক টাইমসনা ১৯৪৮ গী জানুৱারী তারিখ ৩১ দা, লেমগৌবা অসিদি ইতিহাসগী ওইবদা মতিক চাত্রবা থুংশিংনা ইননবা ওইহৌরগনি হায়হুনা হাপচিন্দূনা, পুক্নিং লাংবগী ইহৌ অসিবু মথাদা লৈয়ী চিংশিন্‌লমই। অসিগী মতুংদা, গান্ধীজীগী মথক্তা ইতিহাসকী ফীবেপ করি ওইরগদগে ?

মতম অমত্তদা লৈবা ফীরেপপু লৌবা তারবদি গান্ধীজি অসি মীওইবগী ইতিহাসগী খ্বাইদগী চাওবা মীশিংগা নাকল্ নাকল্ পরেং অমা ওইনা লৈররগদবনি।

ঐখোইগী শতাব্দী অসিগী খ্বাইদগী চাওবা মী অমা ওইবা য় রম্বনি হায়না মহাকপু খল্লমহুনা থাজরমলিহৈ মতমদা আরনোল্ড টোইন্‌বীনা মহাক শোয়দনমক ( হায়রিবসি ) ওই হায়বসি অচুম্বনি হায়না চেৎনা থাজে। গৌতম বুদ্ধগী মতমদগী খ্বাইদগী হেন্না চওবা ভারতবাসী ১স্নুং জেম্‌স্ প্রাইষ্টকী মতমদগী খ্বাইদগী চাওবা মী অমনি হায়না ডাঃ জে, আইচ্, হোমসনা গান্ধীজিবু শন্দোক্না তাকপা মতমদা হেন্না চান্নবা পোৎশক ওইবা শক্তম্ অমা পিরবনি। মাগী মীয়াম প্রজাশিংগী থম্মোইশিংদা ঈ-নাই ত'দবা শায়োনগী ইহৌ অমগী মাধামদা নীংতম্বদা মসিবু চিংশনবিরম্বা, মহাত্মা অমগুম্না, নত্রগা, হেন্না মুংশিনা ব'পু 'রাষ্ট্রপিতা' হায়না লাৎপা য়াগদৌবা ওই।

গান্ধীজিদা অচৌবা ওইবগী মশকসি করম্বা গুণশিংগী মচাকনা শারম্বগে ? ময়াক অসি ইচম চমনা অচৌবা মী অমা ওইবা নত্তে। অহুদগী হেন্না, মহাক অসি, য়াম্না ত'ংনা ফংবা ১স্নুং য়াম্না ত'ংনা য়াম্নবা অফবা ১স্নুং অচৌবা অনিনা পুনশিনবা মী অমাগী অপুনবা

# শেমদোক্লবা চেফোংগী ৱামাং য়ানবা

মহাক্না হিংলিঙৈগী মতমদা অচৌবা থুপা অমগী মরীদা ফীরেপ লৌবা নত্ত্রগা ইতিহাসতা মহাক্কী মফম লেপ্পা হায়বসি অরাইবা ওইদে। নোংমা গান্ধীজিনা হায়রমই, : "মহাক্কী পুন্সিগী মথুংদা মী অমগী থুংঙাইবব্ লাওথোকপা হায়বসি 'সোলোম্না' অক্লবা ওইনা থেংনরমই ; মী অমগী অচৌবা মশক্ লেপ্পা হায়বসি অমুক কয়া হেন্না শোয়দনা লুগদবনো ?" অতোপ্পা থৌদোক অমদা, মশাগী ওইনা ঙাংবদা, মহাক্না হাইরমই : "ঐগী মীৎ উইশিনগ্রবা অমসুং হকচাং অসিবু মৈরীদা থাজিনগ্রবা মতুংদা ঐগী থবক্কী মথক্তা ফীরেপ অমা লাওথোক্লবা মতিক চাবা মতম লৈগনি।" মহাক্না শিখিবদগী—শহীদ অমা ওইবা হৌজিক চহী তরামাপল হৌরবনি।

মীওইবগী ইতিহাসতা অতৈ অতোপ্পা অশিবা অমত্তবু শোয়দনা অসুম্না তৌখিদবগুম্না মহাক্না শিব অসি পৃথিবী পুম্বনা অৱাবা ফোংদোকখিবনি। মাহাক্না শিখিবদা অৱাবসি মাতুগী মওংনসু অমুক হেন্না হেনগংহনখি। কনাগুম্বা সমালোচক অমনা হায়খি, মাবু হাৎখিবসিদি লাক্কদবা শতাব্দী কয়া নিংশিংহনা লৈরগদবনি। ইউনাইটেড ষ্টেটকী হার্ষ্ট প্রেসনা থাজরমই মাতুদি মতম অতুদা পৃথিবীদা লৈবা পুক্নিং লাংবগী ইহৌগী মমি অসি, লিঙ্কোন্না শহীদ অমা ওইনা চপ মান্নবা শিখিবদগী মীওইবগী ইতিহাসতা চপমান্নবা লৈরী মপা অমা লৈখিরমগ্রি। গান্ধীজিগী মরমদসু মাসি মতিকচানা হায়বা ঙমহলমনলগনি। মাতুদি, "হৌজিক্তি মহাক অসি যুগ পুম্বগী ওইনা লৈরগনি।" কনাগুম্বনা পুক্নিং লাংতক্লবা অহিং অতুদা জৱাহরলাল নেহরুনা

হায়খিবা নিংশিংনিংঙাই ওইবা ম্রাহৈশিং অহুবু নিংশিংই : "ঐখোইগী পুক্নিশিং অসিদগী মঙাল অমা চংপ্রে, নিউয়োর্ক টাইমসনা ১৯৪৮ গী জানুৱারী তারিখ ৩১ দা, লেমহৌবা অসিদি ইতিহাসগী ওইবদা মতিক চাত্রবা থুংশিংনা ইননবা ওইহৌরগনি হায়দুনা হাপচিন্দুনা, পুক্নিং লাংবগী ইহৌ অসিবু মথাদা লৈয়ী চিংশিন্‌লমই। অসিগী মতুংদা, গান্ধীজীগী মথক্তা ইতিহাসকী ফীরেপ করি ওইরগদগে ?

মতম অমত্তদা লৈবা ফীরেপপু লৌবা তারবদি গান্ধীজি অসি মীওইবগী ইতিহাসগী খ্বাইদগী চাওবা মীশিংগা নাকল্ নাকল্ পরেং অমা ওইনা লৈররগদবনি।

ঐখোইগী শতাব্দী অসিগী খ্বাইদগী চাওবা মী অমা ওইবা য় রস্বনি হায়না মহাকপু খল্লমদুনা থাজরমলিঙৈ মতমদা আরনোল্ড টোইন্‌বীনা মহাক শোয়দনমক ( হায়রিবসি ) ওই হায়বসি অচুম্বনি হায়না চেৎনা থাজে। গৌতম বুদ্ধগী মতমদগী খ্বাইদগী হেন্না চাওবা ভারতবাসী ১মুং জেমস্ প্রাঙ্গীষ্টকী মতমদগী খ্বাইদগী চাওবা মী অমনি হায়না ডাঃ জে, আইচ্, হোমসনা গান্ধীজিবু শন্দোক্না তাকপা মতমদা হেন্না চান্নবা পোৎশক ওইবা শক্তম্ অমা পিরবনি। মাগী মীয়াম প্রজাশিংগী থম্মোইশিংদা ঈ-নাই তাদবা শায়োনগী ইহৌ অমগী মাথামদা মীংতম্বদা মসিবু চিংশনবিরম্বা, মহাত্মা অমগুম্না, নজ্রগা, হেন্না মুংশিনা বাপু 'রাষ্ট্রপিতা' হায়না লাৎপা য়াগদৌবা ওই।

গান্ধীজিদা অচৌবা ওইবগী মশকসি করম্বা গুণশিংগী মচাকনা শারম্বগে ? ময়াক অসি ইচম চমনা অচৌবা মী অমা ওইবা নত্তে। অহুদগী হেন্না, মহাক অসি, য়াম্না তাংনা ফংবা ১মুং য়াম্না তাংনা য়ামবা অফবা ১মুং অচৌবা অনিনা পুনশিনবা মী অমাগী অপুনবা

শক্তম হায়বত্‌ ওইরমই হান্নবসি সম'লোচক অমনা মসিবু ইরম্বত্‌শুম্বনি। জর্জ বার্নার্ড সোনা যান্না তেয়', "য়ান্না অকবা 'ওইবা হান্নবসি খুদোং' থীবনি" হায়না নৈনবা রাকম অত্‌ কন'শুম্বা মীশক অমনা নিংশিংই।

অসিগুম্বা মী অপিশকসিনা ম'গা লোইনবা মীশিংগী পুক্নিংগী মথক্তা চাওরাকনা মপা লৈতবা অকনবা প্রভূত্ব লৈরম্বা অসি ই তিহ'সনস্তু ইশিন্দুনা থমহোৌগনি। অওকপা ওইনা, মরমদি মহ'ক্কী য়াথং অত্‌ হকচাংগী ওইবা নত্ত্রগা থুৎলাইগী ওইবা শক্তিনা য়াবনা ওাকলো ওইরম্‌দবনি। মাসি পাখোং ওইরমস্লবদস্তু, গান্ধীজিগী থুম সত্যাগ্রহগী মতমদা ভ'ইসরোয় অমা ওইনা মাবু য়ান্না নকননা থংখিরম্ব লোর্ড হেলি ফাক্র'শী মতু ইন্না, পাংখোং অসিগী লংলা লংজিন্‌দি গান্ধী-জিগী মশাগী ওইবা লীচং-শাজং ১স্তুং মশান তৌবা থুদম মশক ওইবা থবকশিং অসিনা ওইর্গনি। মাগী মীয়োন অসিগী রাথলগী মথক্তা গান্ধীজিগী প্রস্তাব তাবা শুমংনলম্বসি নীতি নিয়মদগী তোঙানবা, লীচং-শাজং ১স্তুং থবক্কী শক্তি অত্তনা ওইরমই। অওইবমক, গান্ধীজিগী মহত্ব অসি মহাক্না পাংথোকলম্বা থবক্তা ওইরমই, তৌই-শুম্বস্তুং মাগী লীচং-শাজত্তা ওইরমই হায়বসি প্রো'ফেসর এল, ডবলিউ, গ্রেন্সটেডমা লৌই। মাসিদা ফীলিপ নোইল বেকরনা অশেংবা ইচ্ছা ১স্তুং মহাক্না থাজরম্বা রাকমদা মশাগী ওইজবা লৈতবা ভক্তি অসিগস্তু হাপচনলমই।

তৌইশুম্বস্তুং শোয়ংনমক মসিদনা গান্ধীজিনা কাথংখিবগী মরম-ত্তমক ওইরমদে। মতম অত্তুদা লৈরম্বা প্রমান পত্র অমুক পল্লবস্তু, রেজিনেল্ড মোরেনসেম্না থাজরমই মাহুদি গান্ধীজিনা শিংথাবসী রাংমদা

ইচম চমনা ভ'রতদা মতুনা হৌজিকী এথোইগী যুগ অসিদা প্রভাব ভাইনলমলবদি মাহু মহাক্না আত্মশক্তিবু মমিংনা শংশং উরম্বা ১স্নুং মাহুবু মহাক্কী রাজনীতিগী থৌরমশিংদা শিজিন্নবা থিরম্বা অহুনা মরম ওইরমই। অসিগী তুংদা মফম অসিদা গান্ধীজিগী মাগী ওইবা অঙকপা মতৌ অসি সাংসারিক বিষয়দা অধ্যাত্মিক থৌরমশিং ১স্নুং মমলশিং অসিবু পুথোক্লম্বগা লোইন লোইননা মীওইবগী আত্মাদা থাজবা অসিবু অমুকহন্না য়ারম্বা অসিদা লৈবনি। মতাং অসিদা মসি ডাঃ ফ্রেনসিস লৈইসসন্না গান্ধীজিগী মরীদা হায় : "থবক্তা ডাইওজেনিস, নোংললুকপদা সেন্ট .ফ্রনসিস, শিংবদা সোক্রেটিস ওইনা মাগী পান্নমফম অহু ফংননবা হিংসা শক্তিদা নির্ভরতৌবা রাজনীতিজ্ঞ অমগী থৌরমশিংগী পুমকান কান্নদবসি মহাক্না পৃথিবীদা উৎলি। লানফম অসিদদি, ষ্টেটকী হকচাংগী বিরোধ তৌবা শক্তিশিংগী মথক্তা অধ্যাত্মিক পবিত্রতানা জয় ওই।"

ষ্টেটকী শেমশারবা শাক্তগী বিরুদ্ধদা অহিংসা ১স্নুং সত্যগী অশেংবা শক্তিগী লাংগী কোন গান্ধীজিনা শেমলমই। তৌইগুম্বস্নুং মহাক্না শন্দোকলম্বা ১স্নুং থবক ওইনা তৌরম্বা অহিংসা ১স্নুং সত্যগী পাওতাক অহুদি অনৌবা রাথল ফীরেপ ওইরমদে। মহাক্না, অওইবমক, য়াথিরমই ১স্নুং দাবী তৌথিরমই মাহুদি "মাসি চীংশিংনা কুইবমুক কুইনা অহল ওইরবনি।" রাথল ফীরেপ অহুবু মহাক্না অমুকহন্না য়াওনহনলম্বদনি ১স্নুং অনৌবা থাক্তা মাহুবু শিজিন্নরম্বদনি। মথরাই পানবা অহিংবা নীতি অমা ওইনা, অচুম্বা ( সত্য ) হায়বসি চাওখৎপা নাই ১স্নুং অসিগুম্না, মাসিদা চেৎনা থাজবা মীশক অমদা মসি

হেন্না ১স্নুং হেন্না নৌবা মমান্নশিং উৎলকপা হায়বসি শোয়দবনি হায়না থাজবা অসিগা চান্নবা অহিংসাগী নীতি অসিদা অনৌবা মপাঙ্গলশিং ১স্নুং অনৌবা শক্তমসি পুথোকলে হায়না মহাক্না দাবী তৌরমই। অচুম্বনি, নীতি অচুদি সত্যাগী ওন্নবা মমান অমত্তনি; অচুনা, মরম অসিমক্তনা মাসিদগী খায়দোকপা য়াদবনি। অহিংসা ১স্নুং সত্যাগী লম্বী অসি মখোইনা হেক চৎত্রিবা ফাওবদি, জাতিশিং নত্রগা কাংলুপশিং নত্রগা মীশক অমা ওইনস্নু, মখোইগী অরান খুভম লৈরোই হায়বা থাজবদি পৃথিবী পুম্বদা লৈরিবা মাগী লোইনবা মীশিংদা খংহন্নবা হায়বসিনা গান্ধীজিনা মাগী পুন্সিগী মথৌ ওইহনলমই।

অতৈ অতোপ্পা অমদগী য়ান্না হেন্না মরুওইবা শান্নোনগী শোংচৎ অমা ওইনা লৈনবা মীশক অমনা হায়রম্বাচু রাজনীতিদদি লম্বী অচুনা খংনরমই—১স্নুং খংনৈ—, মরমদি এখোইনা লনাইগী নত্রগা রাজনৈতিক্কী পুন্সিদা মথং মনাও পুম্বসি শোয়দনা হোংহনগদবনি নত্রগা করিগুম্বা পোৎ অমত্তা হো লোই হায়না মাসিনা খংনরমই। তৌইগুম্বস্নুং, গান্ধীজিগী দমত্তদি মীগী ক্লুংগীওইবা অমস্নুং পানগীওইবা, মীয়ামগী ১স্নুং লনাইগী ওইবা পুন্সিগী মরক্তা খায়দোক্লবা কল্লাং লৈরমদে নত্রগা লৈবা ঙমলমদে। রাফম অসিদদি মহাকসি পৃথিবীগী অয়াম্বা রাজনীতিজ্ঞ ১স্নুং রাজনীতিবিদশিং অসিদগী তোঙান্না ১স্নুং তশেংনা লেপলমই। অচুগা মচুগী মমুংদা মাগী মপাঙ্গলগী রহস্যস্নু লৈ।

গান্ধীজি মশামক্না হায়রমই মাচুদি মঙোন্দা লৈরম্বা নত্রগা মানা শিজিন্নরম্বা করিগুম্বা শক্তি নত্রগা প্রভাব পুম্বসি ধর্ম্মদগী লৌরকলম্বনি। এখোইগী মতমগী পৃথিবীসিদা হেন্না চাওবা অধ্যাত্মিক

শুরু অমা লৈরমগ্রি হায়না হায়বা মতমদা ষ্টেফোর্ড ক্রীপ্সকী মপুক্কিংদা থৌদোক অসি লৈবা য়াবগী ওইথোকপত্তু লৈরমই। শক ১৯১৮ গী জান্নুয়ারি তারিখ ৩১ দা মসিনা ইরম্বা মতমদা মানচেষ্টর গার্ডিয়াম্না গান্ধীজিগী মগুণগী মতাং অসি শুপচন্না হায়রমই : "পুন্নমকী মথক্তা, ধর্ম্মগী মমল ১স্থং অর্থগী মরীদা ঐথোইদা লৈরিবা জ্ঞান অসিবু নৌহৌনা শেংদোকলম্বা ১স্থং হৌগৎহনলম্বা মহাক অসি মী অমনি। অনৌবা রাখল ফীরেপ অমা নত্রগা ধর্ম্ম অমা শাগৎপা শুম্বা পুক্কিংগী ইহৌগী মচাক মরলশিং নত্রগা পুন্নমক খংলবা বুদ্ধি অত্তু মাগী লৈরমদ্রবস্তু, মাগী লমচৎকী ওইবা অইনবগী অশেংবা ১স্থং মপাঙ্গল অসি অরুবা ধর্ম্মগী ওইবা অনুভূতিদগী শেংনা লৌরকলমই............ ."

ওসি পৃথিবী অসি মশানা য়ানা ফজনা কোকপা য়াদ্রবা অমাংবগী মতোন্দা লৈরি। মরম অত্তুদি : তত্তনা আদর্শগী য়েৎনবা, ইতিহাসতা করিগুম্বা অমদগী হেন্না তমথীরবা লানশিং থোকননবা জাতি মশেল য়েংথীনবা ১স্থং খন্নবদা য়ৌদ্রবা মাংহনবগী ওইথোকপা য়াবা য়াওরবা নিউক্লিয়র হেনগৎহনবগী মতম চুপ্পদা তত্তনা লৈরবা কীহনবা—। অসি-গুম্বা ফিভমদা লৈবনা, মীওইবা জাতিনা,—চুম্না হিংহৌনবগীদমক, লীচৎ-শাজৎকী ওইবা শক্তি অমস্থং জড়বাদীগী ওইবা শক্তি, অনি অসিগী মরক্তা অমা খনবা তাবনি। অকোনবগী অসিনা মীওইববু মশানা মশা মাংজনবগী লম্বীদা মমৈ মকোক য়ুংনা চিংশনলি। গান্ধী-জিনা অতোপ্পা লম্বী অত্তু উৎপিরি, মহাক অসি লীচৎ-শাজৎকী মহুৎ শিনবনি। মসি অনৌবা লম্বী অমা নত্তে হায়বসি, ওইবা য়াই। তৌইগুম্বস্থং মসি পৃথিবীনা য়াম্না কুইনা কাওনগ্রবা অমা ওইবা নত্রগা

মাসিবু লৌখৎননবগী থৌনা অহু লৈখিজবা, লম্বী অমনি ১স্থুং মশাগী ছিংননবনা মমল ওইননবগীদমক্তা মসিবু হৌজিক থৌওইদবা য়াই।

মফম অসিদা মহাক মশামক্তী ৱাহৈশিংগী লাইরিক অসিদা, কনাগুম্বা অমত্তা দরকার ওইদবা মরমনা, মহাক ১স্থুং অপাবা মীশক্তী মরক্তা অর্থ হন্দোকনবা মীওই অমা য়াওদনা মহাক্মানা ৱা ভাংই ১স্থুং মশাবু করিনো হায়বহু তাকই। নোংচুপলোমগী মীশিংনা করিগুম্বা মতমদা মহাকপু খংবদা অরুবা ওইনা ফোংদোকলকই। খুদম ওইনা, হোরেস অলেকজেণ্ডরগী খোন্থোক অহু খংজিনলু, মাতুদি মওং অমা ওইনা, গান্ধীজিগী অরুবা অধ্যাত্মিক যুক্তিশিং অসিদি এংগ্লো-সেক্সনগী পুক্নিং অসিবু হেক্তা মায়থীবা পীবা ঙম্মবা অমা ওইরমই। লাইরিক অসিনা লীচৎ-শাজৎ, সামাজিক, ৱাজনৈতিক, অধ্যাত্মিক্তী ওইবা ৱাফমশিংদা গান্ধীজিগী পুক্নিংবু খ ননবগীদমক য়ুমফমগী ওইবা মচাক পি। পুক্নিংগী বিজ্ঞান্দা অৱাংবা থাক্তী ছাত্রনা গান্ধীজিগী লীচৎ-শাজৎ ১স্থুং পামহন্নবা থৌজিনবগী হৌরকফম ১স্থুং য়ুমফমগী ওইবা মরু অহুগী মরীদা হেন্না লুপ্পা থিজিনবা দরকার ওইবা য়াই। মঙোন্দদি লাইরিক অসি তান্নবগী পান্থে অমতমক ওইবা য়াই।

হৌজিক ওইরিবা শেমদোকলবা ১স্থুং চাওথোকলবা চেফোং অসিদি হান্নবা ফোংপ্রবা অহুগী মতুং চহি কুন্দগী হেনলগা থোরকপনি। মসিদা মথোইনা ওমলমলৱোইদবা অহু য়াওই : জাতি, বর্ন, দল ১স্থুং দেশগী মথক ফাওবদগীসু মথক্তা—মীওইবগী আত্মাগী ৱাংমদা লৈবা অৱাংবা থাকশিং অহুদা কাথৎপ্রবা মতমদা, শক ১৯৪৬-৪৮ হায়বা, গান্ধীজিগী অৱোইবা ১স্থুং অরুবা চহিদা ওইবা মাগী ৱাথল ১স্থুং দর্শণনি। অসিগী মতুংদা, মহাক অসি হান্নবা মতম চুপ্পদা

ওইরম্বদগী হেন্না য় ম্না শে না মীওইবা জাতি পুম্বগী ওইরমই। মরমদি, মাগী ধর্ম্ম অহু ঙাকননবদা শোয়দনা তৌদবা য়াদবা অমা ওইনা মহাকপু শহীদ অমা ওইনা শিননবগী অথোইবা য়া ত'ম্নবগী কো'দোকপদা চিংশনলম্বা চহিশিং অহুদা মহাক্না, অহুগুম্বা ধর্ম্ম অহুতনা মীওইবনা হিংহৌবা ঙমলমগদবা অহুগুম্বা ধর্ম্ম মীওইবা জ'তিগী ওইবা ধর্ম্ম অহুবু শন্দোকলমই ১স্নুং থবক ওইনা তৌরমই। অহুগা মাসি মাসিগী মরম অসিননি মাহুদি মহাক্কী পুক্নিংগী অপুনবা শক্তম অসি খংননবদা খায়দোকশা য়াদ্রবা ওইহনবা চহীশিং অসিনা ঐখোইগী ১স্নুং তুংগী মীয়োনগীদমক অবোইবা খায়না য়াহৈ ১স্নুং অশেংবা ওইবা শক্তম অমা ওই। হৌজিক্কী লাইরিক অসিদা মখোইশিবু মশা অমত্তা ওইহন্নবা অরিবা ময়ামশিং অসিবু পাকথোকহনবা ১স্নুং অনৌবা অধ্যায়শিং পুথোকপা তারম্লবনি।

অমুকস্নু, হান্নগী চেক্ফোংশিং অসি, তশেংনা ভারতগী ওইবা সংস্থাশিংগী অয়াম্বা য়াথলশিংবু, পুম্নমক নত্রবস্নু, অয়াম্বা ওইনা, য়াওহৌদবাগী অশোয়বসি থরমথৈ লৈরমই। মফমগী থুয়োনবা 'স্নুং মপান্দা পাবীনবা মীশক হেন্না পাকনা দরক'র লৈবা মরম অনি অসিনা মসি তৌথিরম্বনি। গান্ধীজিগী মগুণ অমস্নুং মীৎয়েংবু মখোইগী মপুংফাবা মওংদা খংবা তারম্নবদি অশোয়ব অসি শেংদোকপা দরকার ওইরমই। মাগী মমিত্তা, পৃথিবীগীদমক্তা ভারতকী মথৌ অমা লৈরমই, অমস্নুং মাগী য়াথল ফীরেপ অসিগীদমক থুদক অহুদা থুদম অমা ১স্নুং হৌদোকপ মীশক অম ওইবা মাবু ( ভারতপু ) মহাক্না পামলমই। মহাক্কী মংশিংগী ভারত অসি হৌজিক চাওরাকনা ওইবমা মপুংফানা অনৌবা ভাংকক : "মীংতম্বা ১স্নুং গনতন্ত্র" হায়না পিরম্বনি।

লাইব্রিক অসিগী উদ্দেশ্য ১স্নং মথোবু হেন্না ফজনা পাংথোকননবা খংবা য়ানা অমুকহন্না শেমদোকলবা ১স্নং শিন্দোক-শিনজিন তৌরবা মচাকন য়াওরবনি।

লাইব্রিকসি লেংবদা মচাক লৌরকলম্নবা, লাইব্রিকশিং ১স্নং মতম মতমগী চেফোংশিং পুশ্বনচিংবগী ফোংদোকপ মীশকশিংদা লাই-ব্রিকসি লেংবা মীগী তৌবিমন মফম অসিদা তোলহন্দুনা ১স্নং তোন্দুনা লৈরবনি। অনৌবা চেফোং অসিদা, অরুবা রহস্য লৈবা রাহোদোক অমা ইবিরকপগীদমক আচার্য্য বিনোবা ভাবেদা লাইব্রিকসি লেংশনবা মীশকশিংনা লুপ্পা তৌখিমন উৎলি।

মাসিদা লম্নাইগী ওইবা রাফম অমতংদং হাপচনগদবা মওাইরে। মাসিদা উবিগনি, মাত্তুদি, রাহোদোক অসি অয়েংবশিংগী মরক্তা মীশক অমত্তগী সহীগী মথাদা ইরবনি। মরমদি, অতোপ্পা অমত্তুদি নোংগাথ্রে। গান্ধীজিগী পাউতাকশিংবু থাজবগা লোইননা ওাকলৌ ওইবা ১স্নং মপুন্সি চুপ্পা ছাত্র ওইথ্রবা, মাগা থবক তৌমিন্নবা মী অসি য়াওনা ময়াম অমগী মরুপ, রাখল তৌবা ১স্নং লমজীংবা মীশক অমা ওইবা আর, কে, প্রভু অসি জানুয়ারি তারিখ ৪ দা লৈখিদ্রে। মাসি অনৌবা চেফোং অসিগী রাহোদোক ইবা গুমদ্রিবৈগী ১স্নং লাইব্রিক মশা অসিমক ফোংবগী মমাংদ ওইখিরম্বনি। মরম অসিনা, মফম অসিদা ইরিবা অয়াম্বা শরুকীদমক্তদি, হিংত্তুনা লৈহৌরিবা অরেংবা মীশক অসিগী দায়ী ওইহৌরে, অসিগা মান্নবা, হায়ফম থোকলমলবা মাসিগীদমক্তা লৈবা মরাল অত্তুদি তৌইগুম্বস্নং মাগী ওইদ্রবনি। অত্তুগা, মহাক্কী চাওরাকনা অরোইবা হুমিৎশিংদা মাগী চিঠিশিংদা খংহনলম্বা, প্রভুনা মথোইশিং অত্তুবু, অহিংদা ভম্বা ১স্নং

থংজোদনা হায়দোকখিবা কৌবা শিং অসিগী হৌজিকী ওইবা অইবা মীশক অসিনা, মতেং লৌবনা দায়ী ১সুং দোষ অনিমক থরা ময়েং তাখিবা ওইনা লৈ।

প্রভূগা মরূপ ওইনা লৈবা ফংবগী থুদোংচাবা ফংব'সি হে'জিক লাইরিক অসি ই'রিবা মীশক অস চহী কুন্থ্রা চুপ্পা লৈরকলবদি, ১সুং মখোইশিংগী মরক্তগী ফনা য়াম্নদি—মহাক্কা লোইননা অকনবা থবক তৌমিন্নরকলবনি। মরম অসিনা, মহাক মশামক্কী মমিত্তা, মহাক্না পীবা ওম্বা করিগুম্বা মমল অমত্তনা মতিক চাবা ওইররোই; চপমান্নবা মরম অমগীদমক্তা, মানা পীবগী করিগুম্বা অমত্তনস্থ অপাবা মীশকশিংগী মন্নুংদা মখোইশিং অত্থুদা মপুংফানা মীচং মীথাই নাইদবা হ'য়বত্থ ওইনা ওইদবা য়াই।

প্রভূ হায়বসি, গান্ধীজিগী রাখল ১সুং দর্শনগী মথল মথা অয়াম্বা অতৈ অতোপ্পা লাইরিকশিং ১সুং অসিবুস্থ কোনশন্নবা "অচৌবা" গান্ধী পরিকল্পনা অত্থবু হৌদোকলম্বা মীশক অমা ওইরমই। অত্থম ওইনমক, তিম্মনা থবক তৌমিন্নবদগী অহুমথক্ত মক, থবক ওইনা পাংথোকপা ওমলমই। মরাইবক ফবনা, প্রভূ মশামকনা, অচৌবা ১সুং মচা, মথল মথা অয়াম্বা অতৈশিংবু, পুন্নমক নবজীবন ফোংদোকখিবা অত্থ, পুখোকখিরমই। মাসিদা প্রভূনা যোগদান তৌবসিগী মমল লেপ্পা হায়বসি গান্ধীগা মরী লৈবা সাহিত্যগী খোইজংবা ছাত্রনা ওইগদবনি। মাগা থবক তৌমিন্নবা মীশক অসিগীদি মহাকী থৌগৎপা, দিক্ষা পিখিরম্বা ১সুং তিম্ম তোংনরম্ববু পিবিরম্বা কনাগুম্বা অমদা লম্মন তোনববু য়াজব'সনা মশাগী অপেনবা হায়বস্থ শোয়দনা ওইরগনি।

হায়রজরুবা মতুবা ১স্ুং থোইদোক হেন্দোকপা, গান্ধী থোমজনবা ক্ষেত্রদা প্রভূগী মক্ষম অসি, মীথয়েং অনিখক্তং লৈ হায়র্বসি মক্ষম অসিদা পনবা য়াই। অমনা, শক ১৯৪৪ গী জুন তাং ২৭ তা নিংশিংনিংঙ'ই ওইরবা উন্নবা মতমদা গান্ধীজি মশামক্না, আইরিক থোমজিনবা মীশক মশামক্তদা পুনাদা লৈবা প্রাকৃত আরোগ্য ভুবনদা হায়খিরম্বত'নি: "ঐগী অইবশিংগী ভাব অসিনা নংবু মচু শংলে।" অতোপ্পা অমনা, গান্ধীজিবু অর্থ হনবা দার্শনিক মীওই ডা'ক্তর সার্বপল্লি রাধাকৃষ্ণন্না, প্রভূনা শিখিবগী অরাবা ফোংদোকপা মরনাই মশাগী ওইবা পাওজেল অমদা ইরমই: "গান্ধীজিগী মরীদা মানা ফোংদোক্লম্বা থবকশিং অসিনা ঐথোইপুম্বদা মহাক্কী মরুওইবা পুন্সিগী স্বার্থবু ফজনা নিংশিনহনবা অমা ওইনা লৈরগনি।"

নয়া দেল্হী
জানুয়ারী ১৩, ১৯৬৭।

ইউ. আর, আর।

# অহানবা ১স্ুং অনিশুবা চেফোংগী বাহোদোক

"গান্ধী হায়বসি পাখোং অমনি।" মাগী খোংোকশিং অমস্তুং খবকশিংবু নৈনহুনা লৈবা মীশকশিঙদগীদা নত্তুনা, অদুগা মাগা লোইননা য়াম্না নকশিন্নবা থবক তে মিন্নবা মীশকশিংনস্তু মাসি হায়খিংসি কয়া য়াম্না তোইনা তারকখ্রবা। মাসি অমুকা হেন্না অঙকপা অমা ওই, মরমদি, হৌখিবা চহী য়ংখৈ অসিগীদমক্তি মহাক্কী মরনাই ওইবা মপুশি হায়বহু চাওরাকনা লৈখিরমদ্রবনি। মহাক য়াম্না তাংনা মতোম্মতা লৈবা হায়বহু ওই অমস্তুং মাগী তুংইনবা মীশকশিংগা লোইননা চই, লই খুকমই থান তৌই, য়ারৌ শায় অমস্তুং থবক নোমই। মহাক্না তুম্বা মতমদা, ময়াম লৈযমশংগী অহংব মুংশিং লৈবা মফমদা তুম্বনি, মহাক মশাগীদা ওইবা কা অমদা পংনা ওইদে।

গান্ধীজিনা তোইনা য়াজরমই মাহুদি মহাক্কী পুন্সিদা ওন্ন-তৈনবশিং লৈরমই মথোক্কশিং অসিগীদমক মশাবু ঙাকপীবদগী লাপ্না মহাক্না হায়রমই,: "চান্নবদা পামজবা মীশক অমা ওইবসি এনা কদৌঙৈদস্তু তৌরমদে। এদি মতাবু পামজনা ইরাংচবা মীশকনি অমস্তুং এঙোন্দা কাওবা অতুদি এনা শোয়দনা হায়দোকনি অমস্তুং অককনবা মতম অমদা মাহুগী মথক্কা মমাংদা এনা কনি হায়খিরম্বা য়াই হায়বহু খোঁওইরুদনা রাকম অত্তুদা এ থক্লি .. ..। এগী মীংয়েং অসি হেন্না হেন্না শেংলকপগা লোইননা এগী ফীরেপস্তু হেন্না হেন্না শুমিং খুদিংগী থবক তৌবগা লোইননা শোয়দনা শেংবা হেনগংলকনি।" মহাক্না য়াজরমই মাহুদি মহাক্কী চান্নদবা অসি ইচম চম্না মপানগীদা ওইনা

তৌরকপনি। মহাক্না ইগ্রে, "ঐনা নিংই, ঐগী চান্নদবশিং অসিদসু থৌরম পরিং অমদি নৈ।" মহাক্কী চান্নদবশিং অসি মহাকপু শারকপা অধ্যাত্মিক্কী মচাকশিংগী থাদোকপা য়াত্রবা শরুক ওইবা তাইশিন্নবগী ভাব অতুদগী থোরকপনি। মহাক্না পনখিরমলে, "ঐগী পুন্সিচুপ্পসি, অচুম্বগী মথক্তা ভকশিনলকপসিভনা তাইশন্নবগী যজ্ঞবু য়ানবা ঐঙোন্দা ভগীরমই।" মাগী অচুম্ববু পূজা তৌবা অসিভনা অতৈ অতোপ্পশিংগী রাথল ফীরেপ্তা লৈবা অচুম্ববু মশক থংবা অতুদা মহাকপু চিংশনলি। চপমান্নবা মতমদা মহাক্না লৌই মাতুদি ভাইশন্নবা য়াত্রবা মতম চুপ্পদা পৈরগদবা নীতিসু লৈ অমসুং মথোই অতু থবক ওইনা তৌবদা কনাগুম্বা অমনা মথরাই কৎথোকননবা শোয়দনা শেম শাগদবনি।

গান্ধীজিগী পুক্লিংগী পাথোং অসিদি মাগী আত্মাগী পাথোংনি। "যুক্তিনা করিগুম্বা অমত্তা থংদবা থর্ম্মইগী যুক্তি লৈ।" মাগী রাথল ফীরেপতি ইগাই চাইবা অইবশিং অমসুং থোম্লোকশিংদগী পুন-শিন্দুনা তাশনবা তাবনি। মাগী ধর্ম্ম অসিগী মপুংফাবা থোম্লোক অমা ইননবা অমসুং মাগী জীবনী অতুগী মমিং থোন্নবা মহাক্না কদোইদসু ক্ষমথথীরমদে। "অচুম্বগা লোইননা ঐগী চাংয়েংগী রারী" হায়বসিনা মহাক অসি ইচম চম্বা অচুম্বা থীবা মীশক অমা ওইনা মশাবু থল্লি ১সুং মাগী অথংবা অতু অতৈ অতোপ্পশিংগা শরুক য়ামিন্নবা লাংভকনৈ অমসুং শেম শাহনা লৈ হায়বসি উৎলি, ভৌই-গুম্বসুং মহাক মশাগী ওইবা ফীরেপ অসিনি হায়বগী অরোইবা শক্তম অমত্তা দাবী তৌদে। রাজনীতিগী থবক পাংননবগীদমক রা ভাংদবা দরকার লৈবগুম তৌবা নত্রগা অতৈ অতোপ্পা রাকম থর জাতিগী

নেতা অমদগী ফোংদোরকপা দরকার লৈবা মতমদা মহাক্না মাগী মপুক্নিংহু মরক মরক্তা ফোংদোকলকপা মওং অহুদা মহাক্পু দাগী খংদবা মীশকনি হায়না তোইনা মরাল পী, তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা মরাল অসিদা মাগী পাওখুমদি অসিনি মাহুদি মহাক্না মাহুবু উবগুম্বা অচুম্ববু ফেংদোকপা হায়বসি মী খুদিংগী তৌফম থোকপা মথৌনি। রাখল অহুনা শেংলবদি অমাংবা অমত্তা থোকলোই। "ঐনা থাক্নে মাহুদি, খু'হৈদগী অফবা রাখল তোনা তোনা কনাগুম্বা অমনা অরানবা তৌবদা চিংঙ্গবদি, মথোই অহুনা পৃথিবীদা, নত্রগা মাহুগী মরমসীদমক্তা কনাগুম্বা মীশক অমত্তদা থাক্নেশেংনা অমাংবা থোকলোই।

অধ্যাত্মিকী রাকমশিংদা, মহাক্না বৈজ্ঞানিকী চাংয়েং থৌরাং মওং ওইবা, অরানবসু অমসুং চাংয়েংবগী থবকসু তৌবা থৌরমশিংবু পানশন্নবা হায় অমসুং মাগী অরোইবা ফীরেপ মশক লৈবা য়ারম-ত্রবদসু, আইন্সটাইগী "মরী-লৈনবা-রাখল-ফীরেপ্না" থা অমসুং পৃথিবী অনিগী মরক্তা লৈবা ময়াই ওইবা অরাপ্পসি মাইল ২৩৮,৮৫৭ মি হায়না হায়বগী, অপনবা লৈত্রবা জ্ঞান লৈবা জ্যোতিষী অমগুম্না, মাগী লৌচৎ-শাজৎকী ফীরেপ অসিনা অকনবা অমসুং শোয়ত্রবা অমা ওইরবা মতমদা, অচুম্বগা লোইননা চাংয়েংবগী পুন্সি অমা লেনলবগী মতুংদা, গান্ধীজিনা থাক অমা য়েৌরমই। জগৎ অসিদা মহাক্না অচুম্বা, সুংশিবা অমসুং থকবগুবা হায়বা থরানমিচাকশিং অসিনা হিনাও ওইনা হি হোনলি। 'মশাবু শেংদোকননবগীদমক অতৎপা লৈতনা হোৎনরকপনা" মহাক্না হায়. "ঐগী সুংগী মীরবা অপিকপা থোক্লেলবু তাননবা শক্তি মচা খর ঐত্তোন্দা থোকললকলে" অমসুং সুংগী ওইবা থোক্লেল অহুদি, মত্তোন্দদি, অচুম্ব হায়বহুনি। সুংশিবা অমসুং ঈশ্বর হায়বা রাহৈশিং

অসি ওন্থোক ওনথন য়াবা রাহৈশিংনি। "ঐগী পান্দমকমদি জগৎ পুম্বগা মরুপ শান্নবনি.........।" "ঐনা মীওইবগী স্বভাবপু চিংননবা তৌদে। মাসিনা পুকচেল চাওবা অমসুং মরুপ-মপাং ওইবগী থবক্তা পাওথুম ফংগনি অমসুং ফংবা শোয়দবনি। অয়োইবদা মহাক্না থাজে, "থবক্তুদা চাং য়াম্না হেন্না মরুওইবা পীবা হায়বসি কদোমৈদসু ওইবা য়ারোই।" "পুন্নমক্না চাননবগীদমক্তা অমসুং অহুদগী হেন্দনা নোম-জমলবদি, পুন্নমক্কী চাননবা চিঞ্জাক অমসুং পোৎথানবা মতম মতিক চানা লৈরমগদবনি।" অহুগী মতুংদা, "ঐখোইগী অরাংপশিং অসিসু মশীং হন্থরমগদবনি অমসুং ঐখোইগী চিঞ্জাক অসিসু ইংম চম্বা ওইরমগদবনি। অহুদগী ঐখোইনা হিংননবদা চাগদবনি, চাননবা হিংলোইদবনি।" মীশক অমমম ওইনা অরান খুভম ফংননবা গান্ধী-জিনা য়াম্না লাংতকনরমই, অমসুং মঙোন্দদি অরাংবা ৱাথল হায়বসি অচম্বা পুন্সি অমদগী তোঙাম্না থায়দোক্কদবা ওইদে। "ঐনা শারেপ ফানা চাওথৎপা পামই, ঐনা মশা মশানা ৱাথল ফীরেপ লৌবা পামই, ঐনা নীংতম্বা শোয়দনা পামই, তৌইগুম্বসুং ঐনা পুন্নমক অসি আত্মাগীদমক্তা পাম্বনি।"

লাইরিক অসি করম তৌনা লেংলকপনো হায়বসি খংজনবদা খুংঙাইবা পোকপা য়াই। চহি তরানিথোই হেনলবগী মমাংদা, মহাত্মা ইরম্বশিং অমসুং ঙাংলম্বশিংদা গান্ধীজিনা "লোইবা লৈত্রবা অচুম্ববু" ফোংদোকলম্বশিংবু মথং মনাও নাইনা খোমজনবা অমসুং মখোইগী মরুমদা লৈরিবা দার্শনকী ৱাথলশিং অফিদা পোৎথাবা অমা পুরকনবা, অমসুং পুন্সিগী গান্ধীগা মরী লৈবা ৱাথল ফীরেপপু খুংগৌনা উবা ওমননবগী ভাব অসি ঐখোইগী মরক্তা অমদা লাকলমই।

সত্য, অহিংসা, সত্যাগ্রহ, মুংশিবা, থাজবা, অপরিগ্রহ, নীংতম্বা, চরাহেনবা, উপাসনা ব্রহ্মচার্য্য, শুচংপা, মেচিনরী অমসুং অসিনচিংবগী মরীদা গান্ধীজিগী রাখলশিং য়াওবা, লাইরিক তরানিথোই লেংনবা পরিকল্পনা থনা তৌরমই, অসিগা লোইন লোইননা রাকমশিং অসিগী মথক্তা মাগী রাখলশিংগী মচী ওইবা শরুক য়াওবা ইতোপ তে'প্পা লাইরিক অমসু, অমসুং মচাক খোমজল্পনবা থবক অহু হৌগংখিরমই। চহি থরগী মন্নুংদা, থবক অসি অস্কী মতিক পাকলমই মাহুদি লোইননা থবক তৌমিন্নবা মীশক অমগী মতেং লৌবা হায়বসি দরকার ওইরমই, অমসুং ম'হুদগী হৌনা ঐখোই অনিনা পে'ংখাবা লৈতনা মাহুদা থবক তৌরমই। হায়না হৌরকপদা থল্লম্বদগী হেন্না শমজনবা মওং অমদা ওইরবসু, অপাবা মীশক অহুদা হৌজিক পীরিবা অসি ওইবা অমসুং অপুনবা ওইনা গান্ধীজিগী পাওতাকশিংগী মরু য়াওবা ইলোই লোইবা লাইরিক অসিদা ঐখোইগী পুক্নিং পুম্বা চিংশনহল্লম্বা হৌখিবা চহি অনি অসিগী মন্নুংদা অবস্থাশিংনা মরক থনলমই।

লাইরিক অসিগী অচুম অরান য়েংনবগীদমক গান্ধীজিদা পিরমই অমসুং মানা পারমই অমসুং ঐখোইনা ঐখোইগী হোৎনজবা অসিবু য়াবিবগীদমক পুকচেল শেংনা মাহাকপু অমসুংমাগী অইবশিংবু শিজিন্ন-হন্নবগী য়াথং পিবিবগীদমক নবজীবন ট্রষ্টীশিংবু থাগৎচরি। গান্ধীজিগী তচ্ছবীর অমবু লাইরিক অসিদা অমুক হাপ্না য়াহনবগীদমক শ্রীকানু গান্ধীবুসু ঐখোইনা থাগৎচরি।

আর, কে, পি।
ইউ, আর, আর।

# মহাত্মা গান্ধীগী পুকনিং

## ১ঃ ঐহাক্কী (ওইবা)

১। ঋষিসু নত্তে পাপত্তোবা মীওইসু নত্তে।

ঐনা খল্লি মতুদি ঋষি হায়বা য়াহৈ অসি ঐগী হন্নক্কী মপোক অসিদদি ককথৎখিগদবনি। (য়াহৈ) অসি অসুক্কী মতিক শেংগে মতুদি মীওই অমদ অমদ হেক্তা পানশিনবদ ইয়াং য়াংনা থোকই, অতুগা অমুকহেন্না মাগী অশোনব মশক খংজবা, অয়ানব কয়া তৌরিবা, অয়ানব-শিংতু মশানা য়াজবদ চিংব লৈতবা, ইতিং তিংমা বৈজ্ঞানিক অমগুম্না, পুন্সিগী লোইবা নাইদবা অচুম্ব অমগী চাংয়েং তৌতুনা খিরিবা, অতুগা বৈজ্ঞানিক অমনি হায়জব ফাওবদসু ওমদ্রিবা মরমদি মহাক্কী থৌরম পথাপ্তা বৈজ্ঞানিক্কী অয়েক্পগী লেংদ্রবা প্রমাণ উৎপ ওমদ্রিবা মন্ত্রগা হৌজিক মতমগী বৈজ্ঞানিক্না তাক্লিবা অতুগুম্বা চাংয়েংগী লেংদ্রবা মহৈসু উৎপা ওমদ্রিবা, ইচম চম্না অচুম্বদা থিজব ঐগুম্বা মীওই অমদনা অমুক্তা হেন্না হন্থনা থোকই।

ওইথোক্লবা ফাওবদসু ঐবু ঋষি মিংথোল পীবসি য়াম্না হেনমল্লি। ঐ ইশামক্তা ঋষি ওইবগী করিগুম্বা মওং নত্রগা মতৌ অমত্ত ইশাদ ফাওদ্রি। তৌইগুম্বসুং খংদনা তৌখিবা অথোই অহেন চিংথ-নাম্বগী অয়ানবা লৈরবদসু ঐহাক অসি অচুম্ব পামজবা অচুম্বা পুজাতৌবা মীওই অমনি হায়না য়াম্না কম্না পুক্রিংদা ফাওই।

**অচুম্বগী পথাপ —**

ঐহাক ঋষিগী ফীজোন লৌবা রাজনীতিগী মীওই অমত্রু নত্তে। তৌইগুম্বসুং অচুম্বা হায়বসিনা খ্বাইদগী রাংবা জ্ঞান ওইবা মরমনা করি করিগুম্বদ ঐগী থবক অসি খ্বাইদগী হৈশিংলবা রাজনীতিবিদশিংগা চান্নরুবা মানবা য়াওই। অহুগা ঐনা নিংবদি ঐঙোন্দা অচুম্বা ১সুং অহিংসাগী পথাপ নত্তনা অতোপ্পা পথাপ ( পদ্ধতি ) অমা লৈতে। ঐগী দেশ নত্রগা ধর্ম্মগী অরানখুভম ফংগনি হায়হুনস্তু অচুম্বা অমসুং অহিংসাবুদি থাদোকলোই। হায়বদি অমুম্না ( অচুম্বা অমসুং অহিংসা থাদোক্লগা ) অনিমক্কী ( দেশ ১সুং ধর্ম্মগী ) অরান খুভম ফংবা ঙংলোই হায়বগা চপমান্নবনি।

ঐগী পুন্সিদা ওন্ন-তৈনবা নত্রগা ঙাওচৎনবা হায়বসি থেংনদে। মী অমনা মহাক্কী মশাগী মনঙ্গদ উবা ঙমদগুম মহাক্না মহাক মশাগী অরানবা নত্রগা ঙাওচৎনবাহু উবা ঙমদে হায়বসি অচুম্বনি। তৌই-গুম্বসুং মুণিশিংনা ধর্ম্মগী মীওই অমবু অঙাওবগা মান্নবগুম য়াম্না তোইনা হায়। মরম অসিনা ঙাওচৎনবদি ওইদনবা অহুগা ধর্ম্মচেনবা মীওই অমদি ওইননবগী থাজবসিদা ঐনা কম্না চেৎনা কোনশিনলি। অনি অসিগী মরক্তা ঐঙোন্দা করম্বনা অচুম্বনো হায়বসি ঐনা শিঞ্জবা ছুংদদা লেপ্পা ঙমহৌগদবনি।

অহিংসাদগী সত্যগী আদর্শনা হেন্না ফজনা ঐনা খংবগুম তৌই। ঐনা থেংনহুনা খংবা জ্ঞানদস্তু হায় মহুদি ঐনা অচুম্বদা পাম্নরিবা খুৎপায় অসি থাদোকপ্রবদি ঐনা অহিংসাগী পাম্বোং ময়াম অসি ফোংবা কদৌঙৈদস্তু ঙমলোই। মাহৈ অমরোমদ হায়রগা, ওইথোকপদি, ঐনা অচিংবা লম্বেলদা ইন্দুনা ( চংশিন্নবগী ) ঐগী থোনা লৈতে।

অনিমক মথাদদি পোং মশা অমত্ত ওইবগী অর্থনি, মরমদি চিংনবা হায়বসি অরাংপা নত্রগা চেংনা থাজবা রাংপগী ভন্তাইফদ্রবা মহৈনি। অদুনা "হে ঈশ্বর, ঐভোন্দা ( বিশ্বাস ) থাজবা হায়বদু পিনবিয়ু," হায়বসিনা মুংথিল মুংদাংগী ঐনা লাইশোননি।

ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ঐ অচুম্ব পাম্বা মীওই অমনি হায়না ঐনা হায়জে। মাসি ঐভোন্দা খ্বাইদগী হেন্না মহৌশাগী ওইবা পোংশক ওইরমই। "ঈশ্বর সত্যনি" হায়বা মহৌশা থংনরকপসিগী মতুত্তা 'সত্যনা ঈশ্বরনি" হায়বা মশানা তাবা ফীরেপ অসি ঐগী লাইশোনগা লোইননা খিজবদগী ঐভোন্দা মা সে পিবিরমই সিদ্ধান্ত অদুনা ঐবু ঈশ্বরগা মায়য়োক্লনা হাকথেংনবা ঙমহনলমই। ঐগী শিংলি নাওরিগী তুখোং তুবুম খুদিংদা মহাক্লা শিন্থ্ংনা লৈবসি ঐনা অনুভব তৌই।

## অচুম্বদা থাজবা –

ঐ ( স্বভাবনা ) মুঙাইগনলি—মরমদি ঐনা অতুগুম্বা অচুম্বা অমনা জয় ওইগদৌরি হায়না শোয়দবা প্রমাণ সাক্ষী পিবা ঙমই হায়বগী নত্তে, অদুগা অচুম্বনা মমৈথংদদি শোয়দনা জয় ওই হায়বগী অচেংপা মরক খল্লবা থাজবা অমা লৈবা মরমদগীনি। অচুম্বনা মমৈদা জয় ওই হায়বগী থাজবসিদগী ঐখোইগী পুক্নিংগী থৌনা ১সুং হৈনিংবা লাকপা ঙমই।

করিগুম্বা মওং অমনা ঐনা মীওইবগী খ্বাইদগী অক্কব শরুক অদু চিংশিনবা ঙমই, অদুনা মসিনা মরম ওইদুনা ঐনা ঈশ্বরদা ১সুং মীওইবগী প্রকৃতিদা থাজবা থম্বা ঙমহনবনি।

## সন্ন্যাসী নত্তে—

ঐনা ইশাবু সন্ন্যাসীনি হায়না কদৌঊৈদসু পরিচয় পীখিদে। সন্ন্যাস হায়বসিদি হেন্না কনগ্রবা পোৎচংনা শাবনি। ঐনা ইশাবু য়ুম-কৈ পান্দুনা লৈবা, সেবাগী থবক তৌদুনা অচম্বা পুন্সি লেনবা মীওই অমগুম্না অতুম লৌই অমসুং মরুপ মপাংশিংগী দাম্না হিংবা ঐগী সহকর্মীশিংগা চপ ম'ন্না লৈমিন্নবা মীওই অমা ওইনসু লৌই। পোৎথাবা অমসুং মুঙাইবা হায়বসিনা পুক্নিংগী অবস্থা বিশেষ অমা ওইরবদি, ঐনা লৈন্নিবা পুন্সি অসিদি মপুংফানা য়ান্না কোমগ্রবা ১সুং মুঙাইগ্রবা পুন্সিনি। করিগুম্বা পিকগ্রবা ঐগী ইশাগী ওইবা পুকৈ অমা থমন্নবগী পিকগ্রবা অরাবা অমা ফাওবা য়াওদনা ঐনা দরকার লৈবা পুম্বা ঐনা ফংই।

ঐনা খ্বাংদা শেৎলিবা ফীজে'ন অসিদি ঐগী পুন্সিগী শায়োননি। হোৎনরুবা য়াওদনা, হান্নবা খল্লুবা তৌদনা মাসি মশানা মরনাই লাকচরমই।

খুদোংচাবা লৌবা অমসুং মফম কনবা হায়বসি ঐনা হঙ্গোইজৈ। ময়ামগা শরুক য়ানিন্নবা ঙমদবমখৈদি ঐঙোন্দদি ইয়া য়াজদ্রব'ন।

ঐবু সন্ন্যাসী হায়না কৌবসি অরানবনি। ঐগী পুন্সিবু শেমলিবা আদর্শশংদি জন সাধারন্না ময়ামগী ওইনা চাওরাকনা লৌন্নবগীদমক উৎথোকলে। তপ্না তপ্না শায়োনলবগী তুংদা মথোইশিং অসি ঐনা য়ৌরকপনি। খোংথাং খুদিংমক মুন্না রাখল তৌরবান, ফজনা খল্লবনি, অমসুং চনিং ত্তানা থাদুনা চৎলবনি।

ঐগী লাইনিং পথাপ অমসুং অহিংসা অনি অসিদি ঐনা ইশানা থেংনবা জ্ঞান্দগী লৌথোরকপনি অত্তুগা অসিগুম্বা জ্ঞান অসি

মীয়ামদা তৌফম থোকপা ইথৌনা কৌরকপগী পাওখুম পিবদা দরকার ওইরকপনি। য়ুম-কৈ পানবা অম ওইনা, লোইয়ার অমা ওইনা সমাজ সংস্কারক অমা ওইনা নত্রগা রাজনীতিগী কর্ম্মী অমা ওইনা ওইরবসু খা আফ্রিকাদা ঐনা চিকনা লৈরুবদি অসিগুম্বা ইথৌশিংবু চপচানা পংথোকনবগীদমক অচেৎপা ব্রহ্মচার্য্য সাধনা অমসুং হৈরে বাকচাশিং নত্রগা ইউরোপিয়ানশিং ওইরবসু, মীগা লৈনবা মরীদা অকনবা সত্য অমসুং অহিংসা সাধনা তৌব দরকার ওইরমই।

ঐগীদি অরেপ্পা লৈতবা থবক্কী মরক্তা মুত্তাইবনা পিকথল্লবা পুন্সিনি। ঐগী দমক হয়েংনা করি পুরকান হায়বা রাখল লৈতবনা ঐ অসি উচেক অমগা চপমান্নবা নিংতমই…… অতৎপা লৈতনা অমসুং পুকচেল শেংনা ঐগী তোংশানা দরকার লৈবশিংগী মাইয়োক্তা লানথেংনরি হায়বা রাখল আসনা ঐবু হিংহল্লি।

থাজবা য়াওদনা তৌবা থবক অচুম্বা মথা লাম্বা ফংদ্রবা গুহা অমবু মথা ফংগে হোৎনবগুম্বনি।

## নাপল ( অভিমান ) থাদোক্নুনা—

ঐনা চৎকদবা অরুবা লম্বী অমা ঐগী মাংদা লৈরি হায়বসি ঐনা খংই। ঐ ( ইশা ) অসি করিমতা লৈত্রবা ( শূন্য ) ওন্থোক-দবনি। মাহাক্তা লোইনরিবা থরাই পানবা জীবশিংগী মসুংদা খাইদগী ইতোন তোনবা মফমদা মশাবু মশানা থওইনা নিংচুনা, থমদ্রিবমথৈ মীওই মহাক অতগী ( মুক্তি ) অরান খুভম লৈরোই। অহিংসা হায়বসিদি নোল্লুকপগী খাইদগী লাপ্পা ওমথৈনি। ঐ ময়াম অমসুং ঐগী ময়ামশিং অসি ধর্ম্মনীতি, রাজনীতি, অর্থনীতিনচিংবদগী মুথৎপা

ওমলবদি ঐখোই থুনা নিংতম্বা ওমগনি অমসুং পৃথিবীসি ( স্বর্গ ) লাইরৈবাক ওল্লগনি। মহাক মশানা থংজ্রবস্ত, সমুদ্রগী ( ইশিং ) মরিক অমনা মাগী পোকনফম ওইবা ( সমুদ্রগী ) অচৌবা গুণ অদুগী শরুক য়ারি। তৌইগুম্বসুং সমুদ্রগী তোঙানবা মফম অমদা হেক লৈরুবা ভাবদা মরিক অদু কংশিনথ্রে ( মাংথ্রে )। ঐখোইনা পুন্সি অসি ইচম চম্বা কোংগোন অমখি হায়বদা হেক্লিম্না হায়বা য়াফম নত্তে।

অচুম্বা থীবা মীওই অমনা অভিমানী অমা ওইননবা শেম শাবা ওমদে। অতোপ্পগীদমক্তা ত্যাগ তৌরকলবা মহাক্কী পুন্সি অদুদা মহাক মশাগীদমক্তা মফম অমা শেমননবা থাক্তুনা থম্নবা মতম লৈত্তে।

( ব্যক্তিগত ) মীওই অমগী তৌবা ওম্বা মপাঙ্গলগী ওমথৈ লৈ, অদুনা মী অমনা থবক পুন্নমক ঐনা তৌবা ওমই হায়না মশাবু মশানা চিরোন হেক তৌরকপা মিকুপ অদুদা ঈশ্বরনা মহাকপু নোল্লুকহন্নবা ত্তৌই। ঐহাক ইশাগীদমক্তি, অঙাং পিশক অমদা ফাওবা মতেং নিবগী নোল্লুকপা গুণ অদু মতিক চানা ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা পীবিরমলে।

লাইবকনা ঐগী থবক পুম্বা লেপ্পি। ঐনা মখোইশং (থবকশিং) অদু ( য়ে'বা ) থীবা কদৌঙৈদসু চৎলুদে। ঐনা পামলবসু পামজ্রবসু ঐঙোন্দা হেক্তা ( থবকশিং ) মখোইদু লাকচৈ। খা আফ্রিকাদ লৈরিঙৈদসু নত্রগা ভারত্তা হল্লকলবা মতমদসু মওং অসি ঐগী পুন্সি চুপ্পদা অসিগুম্বা লাইবক অসি থোকই।

## লাইরিক্কী জ্ঞান ইলৈ লৈতে।

ঐনা ইশাগী অশোনবশিংবু য়াজে। বিশ্ববিদ্যালয় অমগী মতিক চাবা মীংথোলনি হায়বা য়াবা শিক্ষা অমত ফংদে। ঐগী স্কুলগী

জীবনস্তু ময়ামদগী হেন্দোক থোইদোকপ কদৌৰেদস্ত্ ওইরুদে। ঐনা পরীক্ষা পাশ তৌবা ওমলকপগীদমক্ত ঐনা য়াম্না মুওাইজরমই। ( ডিসটিংসন ) স্কুলদা মীথোই মীহেনবা অমা ওইননবা হায়বসি ঐগী কল্পনাগী রাংমদা ওইরমই।

ঐনা স্কুল ভম্লিৰেগী মতমদা স্কুলগী পাঠ্যদগী হেন্দোকপা অতোপ্পা লাইরিক অমত্ত শুপা পারমদে, অদুগা ঐনা কর্ম্ম জীবন্দা কুমথরকপবা মতমদস্তু লাইরিক পাননবা মতম ইলে লৈতে। মরম অসিনা লাইরিক্ত জ্ঞানসি ঐনা লৈ হায়না হায়বা ওমদে। অদুমনদি ওইরগা অস্নুমনা নমদুনা লাইরিক পাখিদবাসনা ঐ য়াম্না মাংদে হায়বসিদি ঐনা থা জৈ। অদুগা মাসিগী ওন্ন-তৈনবদা, ঐনা থরঙৎ পাখিবশিং অদুদি য়াম্না ফজনা খংনা পারা ওমহনখি হায়বা য়াই।

লাইরিকশিং অসিগী মনুংদা "অনটু-ডিস্-লাষ্ট" হায়বা লাইরিক অসিনা ঐগী পুন্সি অসি খুদক অদুমক্তা থবক ওইনস্তু ওস্থোকহল্লমই। ( মতম খর লৈরগা ) মতুংদা ঐনা ( লাইরিক ) অসি "গুজরাটি" লোন্দা "সর্বোদয়" ( পুম্নমক্তা য়াইফবা ) হায়না মিংথোল্লবা ইথোক্লমই। ঐনা খ্বাইদগী লুনা চেংনা থাজপ্রবা পোৎ খর অচৌবা লাইরিক অসিদা মমি তারে হায়বসি ঐনা পুথোকলমই হায়না ঐনা থাজে। অদুনা ঐগী পুক্নিং অসি চিংশিল্লমই অমস্তুং ঐগী পুন্সি অসি ওস্থোকলমই।

মতম অদুদা ঐ খা-আফ্রিকাদা লৈরমই। ইংশোক ১৯০৪ দা ঐগী চহি ৩৫ শুবা মতমদা ডরবান্দা চৎপগী রেল যাত্রা তৌরিঙ ৰেদা "অনটু·দিস-লাষ্ট" হায়বসি পারমই অদুগা মাদুনা ঐ মপানগী পুন্সি থৌরম পুম্বা ওহোবলগে হায়বা য়াখল ফারেপ লৌহনলমই।

অসিগুম্বা অতোপ্পা ম্বাহৈ অমত লৈতে, রস্কিনগী ম্বাহৈশিং অসিনা ঐবু পুমগুম শুমহৎলমই। ঐনা লাইরিক অদু খোংচৎ অমুক্ত পারমই অদুগা থংনবা অহিংচুপ্পা মীত্ত পাংথনা লৈহনলমই। অদুদগী ঐনা খুদক অদুদা ঐগী পুন্সিগী থৌরম পুম্বগী পুংহোং হোংলগে হায়না লেপখিরমই। মাসি ম্বাম্না মমাংদা 'টোলস্টোয়' স্তু পাখ্রে। মহাত্মা ঐগী স্থংগী থরাই অসি শোকলমই।

## লাইরবশিংগী সেবা—

থম্মোইনা চেৎনা অমস্থং শেংনা নিংবা পুম্নমক মতমলৈবাখিবিক্তা থবক পাংথোকই। ঐ ইশানা খংজবা জ্ঞানগী মতু'ইম্না অ'সিগুম্বা নিয়ম অসি চান্নবা ম্বাম্না তোইনা থে'নরে। লাইরবশিংবু সেবা তৌবা হায়বসি ঐগী থম্মোইগী অপাম্বনি অদুনা মসিনা ঐবু লাইরবশি'গী মরক্তদ মতম চুপ্পদ লৈহনলকই অমস্থং মখোইশিং অদুগা ঐগা মশা অমত্ত ওইবা শুমহনলমই। ঐগী পুন্সি চুপ্পদা লাইরবশিংবু চাং য়'ম্না হেন্না মতমপুম্বদা স্থংশিরমই। ঐগী হৌখিবা পু'ন্সিদগী খুকম অমগী মতুংদা অমা ওইনা অদুগা মাসি ঐগী স্থংদা লোইনদুনা ম্বাওরক্লবী অমস্থ ওইনা ঐনা হায়রা শুমলমই। লাইরবশিংগা ঐগা খেন্নবা লৈ হায়বসি ঐনা কন্দৌতৈদস্থ অনুভব তৌরমদে। ঐনা মখোইশিং অসিবু ঐগী ম্বাম্না নক্লবা মরী মতা অমা ওইনা মতমপুম্বদ থল্লমই।

অমাংবা নাইবা পৃথিবীগী রাজ্যবু ঐনা পামদে। "মোক্ষ" হায়বা স্বর্গরাজ্য অমগীদমক ঐনা ( ফংনবা ) খে'ংনরি। ঐগী পান্দমকম অসি ফংননবগীদমক ঐনা ( চৌংগী ) শুহা অমদা চংলূবা দরকার লৈতে। ঐনা মাবু থংই হায়বা অমথক ঐনা পুদুনা ইলোই লোইননা চৎলি।

( চীংগী ) গুহাদা লৈবা মীওই অমনা অকাশতা দলাল শাবা য়াই অদুগা চান্নবা অওইবা কোন্নুংদা লৈবা জনককুম্বা মীওই অমনিদি শান্নবা দলান লৈতে। রাখলগী মশাশিংদা তোংদুনা পৃথিবীগী অকোইবদা কোইরে লৈবা গুহাদা লৈবা মীওইশিংগী শান্তি লৈতে। অকে অমৌ নচিংবা থোঁদোক্কী মরক্তা লৈরবসু জনক ( নিংথৌদি ) হায়ঙমত্রবা শান্তি লৈ।

ঐগী দমক্তদি দেশ সেবাগী অত্তংপা লৈতবা থবক অমসুং মতুনা মীওইবগী সেবাসু তৌবা অসিনা ঐগী অবানখুভম ফংনবগী লম্বীনি। হেক হিংদুনা লৈম্নিবা থরাইপানবশিংগা ঐগা মশা অমত্ত ওইবা পামই।

ঐগী পুন্সিদি থাইদোকপা য়াদবা মপুম অমনি, অদুনা ঐগী থবকপুম্বা অমগা অমগা য়েংশিন্নে ( মরী ইলৈ লৈনৈ ); অদুগা পুন্নমক অসি ঐগী পেনবা লৈত্রবা মীওইববু মু শিব হায়বসিদগী থোরকই।

ঐগী পুন্সিচুম্নসি ঐবু লান্না লান্না অর্থ তৌই। মসি সমাজ সেবক থুদিংগী মরাইবকনি। মহাক য়াম্না কনবা উনশা লৈবা তাবনি। শেরান্নবা অর্থ থুদিংমক শেংদোকপা অমসুং পাওখুম পীবা তারবদি পুন্সি অসি অরাবগী মশক ওইগনি।

হৌরকফম ( কারন ) অদু চুমথোকপা দরকার লৈরবা মতম অদু নত্তনা শেরান্নবা অর্থবু শন্দোক্তুনা তাক্তবা হায়বসি ঐগী পুন্সিগী নিয়মনি। অসিগুম্বা নিয়ম অসিনা ঐঙোন্দা মতম অমসুং পুক্নিং হুংঙাইতবদগী য়াম্না কল্লে।

ঐবু জ্ঞান ওম্ন তৈনবা, মোন্দ্রচংপা, অচাওবা মীওই অমা ওইনা থনৈ। মীংচং অসি প্রমাণ চাননা য়াম্না মতিক চান্নবনি। মরমদি

ঐনা হেক চৎপা মক্কম খুদিংদা জ্ঞান ওন্নতৈনবা অমসুং মোক্ষংচৎপা অতুগা অণ্ডাওবশিংগদা থেংনৈ।

## অওইবা থবক্কী মং মংবা মীওই —

ঈশ্বর অমত্তনি হায়বসি ঐনা থাজে, অদুনা মীওইবগীসু অসি-গুম্বনি। হকচাং য়াম্না লৈবনা কাির তৌবগে ? ঐখোয়পুম্বগী আত্মাদি অমত্তনি। শুমিংকী মণ্ডান অসি মৈথাং য়ৈরকপনা য়ামই। তৌই-গুম্বসুং মখোইগী হৌরকফমদি অমত্তনি। মরম অসিনা খ্বাইদগী হেন্না মরৌ চাওবা (ফত্তবা) আত্মাদগী ঐনা মরী ককথৎপা ঙমদে (নত্রবসু খ্বাইদগী ধর্ম্ম চৈনবা মী অদুগসু অমত্ত ওইবা য়াদবা ঙমদে)। মরম অসিনা ঐনা নিংলবসু নত্রগা নিংদ্রবসু, ঐগী চাংয়েংদা ঐগা মান্নবা জাৎমখৈদি পুন্নমক য়াওগদবনি। অদুগা ঐনা চাংয়েং অসি তৌবদবু ঙমদ্রবনি। পুন্সি হায়বসিদি লোইবা নাইদবা চাংয়েং পরেং অমনি।

ঐগী ইরানপুম্বগা লোয়ননা ঐবু থংঙসনু। ঐদি অচুম্বা থীবা মীওই অমনি। খ্বাইদগী ফজনা শেংশারবা খুৎলাই ফীজেৎ লোইনরবা হিমালয় যাত্রাদগী ঐগী চাংয়েং অসিনা হেন্না ঙমখৈ লৈতনা মরু ওইবা হেক্লি হায়না ঐনা লৌই।

পৃথিবী অসিদা (ইনৌ নৌবা) ইখং খংহৌদবা অমা ওইনা থোকপসি ঐগী লাইবক থীবা নত্রগা লাইবক ফবা অমা ওইরক্লে। অনৌবা চাংয়েং নত্রগা অনৌবা নমুনাদা অরিবা চাংয়েং হায়বসিনা করিগুম্বা মতমদা শোয়দনমক ভাব তান্নদবা থোক্কদবনি।

ঐ থাংগৈ শেংনমক ওইগদবা থবক্কী মং মংবা মীওইনি। ঐগী

মংপুম্বা মুংশিংকুম্না করিসু ওইরোইদবা ওইবে। ঐনা ঐগী মংপুম্বা হেক য়াম্রিবগৈথে অওইবা ওয়োকপ পামই।

ঐগী করিগুম্বা অধ্যাত্মিক সম্বন্ধনি হায়না লৌবা থবক অমা থবক ওইনা চংথবা য়াদ্রবদি, অদুগুম্বা থবক অদু পাংথোকপা য়াদ্রবনি হায়না লাওথোক্কদবা ওই। ঐনা শোয়দনা থাজে মদুদি খ্বাইদগী হেনবা আধ্যাত্মিক সবন্ধ লৈবা থবক অদুদি রাইহেগী চপচাবা অর্থদি, খ্বাইদগী হেন্না থবক্তা পাংথোকই।

## ঐগী লৈথা তাগদবা মওং —

শীগদবা ঐগী লোইনবা মীওই অমগুম্না ঐসু লানবা য়াবা অচম্বা মীশক অমনি হ'য়না ঐনা থাজে। অদুম্নদি ওইরবস্থ ঐগী ইরানবু য়াথোকপা অমসুং খেংকাপ নিংদা হন্দোকপগী মতিকচাবা নেংল্লুক-চবগী ( গুণ ) অদু ঐঙেন্দা লৈজে। তৌইগুম্বসুং মাসিবু মীওই খুদিংদা লোক্তুনা লৈবা ( গুণ ) নত্তবরা ?

ঐগী পুন্সিগী করিগুম্বা থবক অমতনা মীওই অমগী নত্রগা জাতি অমগী মাংননবা তৌদে হায়বসি ঐগী অচম্বা পুন্সি অসিবু চাওরাক্নদ ওইরবসু য়েংদুনা চংপ মীওই অমনা উদবা তৌরোই। ......ঐ লৈথা তাররোই হায়বসিদি হায়জদে। ঐ হিমালয়মুক চাওবা অরানবা থবক তৌথি হায়বসি ঐনা খংই, তৌইগুম্বসুং ( অরানবা ) মথোইশিং অদু তৌগে হায়বা য়াওনা খংনা খংনা তৌথিন বদি ঐ খংদে নত্রগা কনাগুম্বা মীওই অমদা নত্রগা জাতি অমদা নত্রগা কনাগুম্বা মী নত্রগা মীদগী হস্থবা জীব অমদা য়েক্লবগী ভাব লৈদুনা (অরানবা ) তৌখিবা ঐ খংদে।

ঐগী পাপ ময়াম অমা অথুপ্পা লৈতনা ঐনা য়াথোকই। অহুগা ঐনা মখোইগী অরুম্ব অহু ঐ লেংবান্দা পুদে। ঐনা ঈশ্বরগী মাইকৈরোমদ চংশিনলবদি, চংশিনলি হায়নসু ঐনা থল্লি, মাসিনা ঐঙোন্দা খুদোং চাই। মরমদি মহাক ( ঈশ্বর ) লৈবগী হুমিৎ মঙানগী লুম্বু শাবা অহু ঐনা ফাওই।

ঐগী তপস্যা, চরা হেনবা, ( উপাসনা ) লাই খুরুম্বশিং অসি ঐবু শেমদোকুবগীদমক্ত মখোইশিং অসিদ নির্ভর তৌবা তারবদি, করিসু মমল য়াওদ্রে তৌইগুম্বসুং ঐনা তৌসু তৌই হায়না খনলি ; মাহুদি মখোইশিং অসিনা মহাকপু শেম্বীবা মপু ( ঈশ্বর ) গী তম্পাক্তা মাগী অৱাবা রাখলহু থমননবা হেংবনহুনা লৈবা আত্মাগী খোরাংবা অমা মহুৎ শিল্লবদি মখোইশিং অসিগী ওনবা ঙমদ্রবা মমল অমা লৈ।

## পুম্নমক্ত লোইননা মরী-মত্তা ওইবা—

অরানবা তৌবা মী অমা উবা মতমদা, ঐনা ইতোমদা হায়জৈ, ঐসু লানখিরমলবনি ; ঐনা কামুক অমা উবা মতমদা ঐসু মতম অমদা অসুম্না ওইরমই হায়না ইতোমদা হায়জৈ ; অহুনা অসুম তৌনা ঐনা পৃথিবীদা লৈরিবা মীপুম খুদিংগা মরী লৈনবসি অনুভব তৌই অমসুং ঐখোইগী মরক্ত লৈরিবা খ্বাইদগী তোল্লবা মীওই অসি মুঙাইত্রিবা ফাওবা ঐনা মুঙাইবা ঙম্মোই হায়না ঐনা অচুভব তৌই।

কনাগুম্বা অমদা মানা ফংফম থোকপদগী রাংনা ঐনা পিরবদি ঐনা ঐগী ঈশ্বরদা অমসুং ঐবু শেম্বীরকপা মপুদা চপচাবা পাওখুম পিবা তাবনি, তৌইগুম্বসুং ঐনা মানা ফংফম থোকপদগী কনাগুম্বা অমদ হেন্না পীরে হায়বসি মহাক্না ( ঈশ্বরনা ) থংলবদি মহাক্না ঐবু শোয়দনমক বর পিগনি হায়বসি ঐনা শোয়দনা থংই।

ঐনা য়াওরিবা কাংলুপশিং অসিগী মপুংফাদবগী মরমদা ঐ ভাব য়ান্নস্থু তাই অদুগা মখোয়শিং অসিগী মরক্তা কনাগুম্বা মীওই অমত্তদা মুঙাইত্তবা থোকখিগদ্রা হায়বগী য়াথলস্থু তৌই। ঐনা অরানবা অমা তৌবা উবদা অরানব তৌরিবা মীওই অদুবু শোকহন্দনা ঐনা ইতৎ তৎতনা তৌবা অরানবশিংগীদমক ঐনা অরাবা তাবা পামদবগুম্না, ঐনা অরানবদু হান্না পায়খৎপা হায়বসিনা ঐগী হিদাকনি।

ঐনা অচুম্বগা লোয়ননা হায়বা ঙমই মাদুদি ঐগী লোইনরিবা জীব পুম্বগী কত্তবশিং অসি উবদা য়াম্না তপই, ঐহাক্তীস্থু কত্তবনা থম্না লৈবা মরমদগী ; মরম অসিনা মখোয়না ঐবুস্থু মখোইনা (ঙাকশিব) মুংশিবিবা দরকার লৈ। কনাগুম্বা অমদা অয়'কপ রায় পিদবা অদুগা ঐনা ফাবা য়াবা অশোয়বশিং অদুবু লিশাং থরা থাবা হায়বসি ঐ তমলকলে।

## বিরোধীশিংবু লুনা তৌবা —

মত খেন্নবশিংবু খণ্ডনবগী অর্থগুম লৌরে'ইদৌবনি। লৌবা ভারবদি ঐগী মুপীগা ঐগদি অমগা অমগা য়াম্না শাথিনা য়েক্নথ্রবা মীওই ওইব' তারমই। পৃথিবীদা মত খেন্নদবা মী অনিদং থংবা ঙমদে। অদুগা ঐনা গীতাগী মতুংইনবা (শিষ্য) অমা ওইনা ঐগা মত খেন্নবশিংদু ঐগী খ্বাইদগী নক্নবা অমসুং চান্নবশিংদা মুংশিবগুম্না মখোয়বু লুনা চান্না তৌননবা মতমচুপ্পদা হোৎনৈ।

ঐগী মায়োক্তা লৈবা নীতি অমসুং নিয়মনা মখোইগী ওইবা মীওইশিং অদুদা মুংশিবা অমসুং থাজবা সাধারণ ওইনা থম্বগীদমক ঐঙোন্দা মতমচুপ্প অপেনবগী তিরম অমা ওই। খা আফ্রিকাগী

মীশিংনা ঐগোন্দা মথোয়গী থাজবা থনমই অমসুং মরুপসু ওইরমই। বৃটিশকী নীতি অমসুং থোশিন থৌরাং পুম্বনু ঐনা য়ানিংদ্রবসু ইংরেজী মুপা মুপী লিশিং লিশিংগী মুংশিবা ঐ ফংই, অদুগা জড়বাদীগী ওইবা সভ্যতা অসিবু ঐনা নিন্দা তৌরবসু ইউরোপিয়ান অমসুং আমেরিকান মরুপশিংগী মফম অসুম অসুম পাকথোক্লকই। মসি অমুকসু অহিংসাগী জয়নি।

ঐগোন্দা অমসুং ঐগী ওইনদা থাইদগী চাওবা মরাল লৈরবদসু ঐনা জীবনু থংনা থংনা অরাবা পীবা ঙমদে অদুগা অমুকহেন্না ঐগা লোইনবা ওইরিবা মীওইশিংদনা হেন্না পীবা ঙমদে।

হৌখিবা চহি ৫০ গী মনুংদা ঐগী থবক অমত্তনা কনাগুম্বা মীওই অমদা নত্রগা মী কাংলুপ অমদা, য়েকনবা ওইরে হায়না প্রমাণ তৌবা অমসুং থিন্দূনা তাকপ হায়বসি কনাগুম্বা নিপা অমত্তদা ওইথোক্তবনি। ঐগী য়েকনবা ওইগনি হায়বা কনাগুম্ব অমত্তসু ঐনা কদৌউৈদসু থাজদে। কনাগুম্ব অমবু অসুম তৌনা খল্লোইদবনি হায়বসি ঐগী বিশ্বসনি। থরাই পানবা করিগুম্বা অমদা ঐনা ফত্তনবা খল্লোইদবনি।

---

## ২: ঐগী মহাত্মা ওইবগী মওং

**মহাত্মা নত্তে —**

ঐ ( মহাত্মা ) অমগুম্বনি হায়না খন্দে। তৌইগুম্বসুং ঐ ঈশ্বরনা শেম্বা অতোনবা জীব ময়ামশিংগী মরক্ত অমনি হায়বসিদি ঐ শোয়দনা খল্লি।

মীংথোল অসিনা তোইনা ঐবু য়াম্না নুংঙাইহন্দে ; অতুগা মসি হায়রকপা মতমদা ঐনা নুঙাইখিবা মীকুপ অমা ফাওবা ঐ নিংশিংবা ঙমদে।

ঐগী মহাত্মা ওইবগী মওং অসিদি মমল য়াওদবনি। মসি ঐগী মপানগী থৌরমশিং খ্বাইদগী য়ামখিত্রবা ঐগী থবক অতুনা মতম খরগীসু ওইবা ঐগী রাজনীতিগী থৌরম অসি হায়রিবনি। ঐঙোন্দা অওইবা মমল লৈরবদি ঐগী অওইবা শক্তমগী শরুক ওইরিবদি অচুম্বা অহিংসা অমসুং ব্রহ্মচার্য্য অসিগা ঐগা তকনরিবা অসিনি। য়ামত্রবসু য়ামদনা, ঐগী শক্তমগী শরুক ওইরিবা অসিদি থওইদবা য়াব নত্তে। মসিদি ঐগী পুম্নমক্কি। থবক মহৈ য়ানবগী খোংথাং ওইরিবা ঐগী অশোয়বা অমসুং রাথল চোইবা ঐঙোন্দা মমল লৈ। রা ঙাংদবা মথরাই লুপত্রবা হৈশিংলবা অমসুং শেংলবা মুপা অতুগা মুপী কর্ম্মীশিংগী হৈনত্রবসু রানা তৌরিবা থবক অমসুং অতৎপা লৈতনা নোম্লিবা মথোয়গী থবকশিং অসিদা ঐগী অচাওরম ওইরিবসি নির্ভর তৌতুনা কয়া য়াম্না লৈ হায়বসি পৃথিবীনা য়াম্না রাৎনা খংই।

পোৎলুম অমা ওইবা মহাত্মা হায়বসিদদি অচুম্বা হায়বসিনা হেন্না মুংশিজে। 'মহাত্মা' অম ওইবগী ওৎনৈবদগী ঐ থাঙ্গৎশেংবা

কর্মবিরিবসিদি ঐগী করিস্থ লৈজদবা অমস্থং ঐগী অরাৎপা ময়াম অমা লৈবগী ঐগী রাখলতমনি।

## ইরাৎপগী মুঙাইতবা—

রাখল থল্লবা শঙ্গু অমনা ইরাৎপনি হায়দুনা তৌবসিদা ঐ খাঙ্গেঙেংবা অনাবা অমা হায়বদু ওইনা মুঙাইত্রে। ঐঙোন্দা মখোইনা তিন শিংচিনবিরবা অতুনা হেন্না ঐগী পোৎলেপফম মফম অমা থংবা হেনলমগনি। অতুদগীদি খোংজং হন্দোক্তবা, অমুকহন্না শিন্দোক্ত শিনজিন তৌদবা, হিমালয়মুক চাওবা ১স্তুং অতৈ অতৈ অরানবশিংবু য়াবগী দরকার লৈরমলোই।

মফম অয়াম্বদা ঐনা পুবদা রানা থোকলবা থবক ময়াম অমা ঐঙোন্দা পীবা রাকৎচেশিংদা য়াওই। রাফমশিং অসি ঐঙোন্দস্থু অতুগা অইবা মীওইশিংদস্থু অফবা তৌবা ঙমদ্রবনি। মাসিনা ঐবুস্থু ইকাইবা পী মরমদি ঐনা মখোইশিং অসি ঐগী ইতিক নত্তে হায়দুনা ঐনা য়াব তাবনি। মখোইশিং অসি মতিক চারবদস্থু শিজিন্নবদা কান্নদ্রবা অহেনবনি। মাসিনা ঐঙোন্দা লৈরিবা গুণগী শক্তি অসিদা করিস্থু হেনগৎহল্লবনি। ঐনা করিগুম্বা চোকশিনহৌদ্রবদি মসিনা ঐগী কোক ইলাই লাইনা ঙাওহনবা য়াই। মী অমনা অফবা থবক তৌবসিদি চাং য়াম্না হন্দুনা ঙাংনহৌগদবনি। মতৌ তম্বা হায়বসিদি খ্বাইদগী শেংলবা চীরোননি।

মহাত্মা হায়বসি মহাক্না মরাইবক্ত অতুম লৈহনলগনি। ঐনা অসহযোগ কর্মী অমা ওইরবস্থু ঐবু মহাত্মা কৌবদ ১স্তুং ঐগী খোং শোকপদ ( ক্রিমিনেলনি ) মরাল লৈরবনি হায়বা আইন অমা

শেম্বা তারবাদি ঐনা য়ান্না হৱাওনা য়াগনি। ঐ ইশানা হেক্তা আইন অসি চলাইবা ওম্ব মকম হায়বদি আশ্রমদদি, খবক অসি ( ক্রিমি-নেলনি ) মরালনি।

**অওইবা ইকাইখুমনবা—**

ঐগী মরুপ-মপাংশিংনা ঐনা লেপলিবা ঐগী থৌরম পরেংশিং অসি মাগী মাগী পুন্সিগী খবক ওইহনবা নত্রগা ঐগী থৌরমশিং অসি থাজদ্রগা মখোইনা-হেক ওম্বমখৈ ঐবু খাম্বা হায়বসিনা ঐওোন্দা খ্বাইদগী হেন্না ইকাইখুম্নবা উৎপা ওম্ব ওই।

মশামকস্থু লৈখোমনা শাবা অহুনা নিংথিজনা ভাকশেন্দুনা থমলবদি চহি লিশিং লিশংস্থু লৈবা য়াবা খুজ অমদগী হেন্না ত্তেকলবা মীগী হকচাং অহুগা মীওইবগী হকচাংদি মুমিৎ খুদিংগী হোংলিবা ১মুং অককনবা হিংবা য়াবা মতম অমগী মতুংদা অরোইবা ওইনা পুহোং হোংবা অমা থোকলিবা অহুগুম্বা মী অমগী মুত্তিবু ধাতুনা নত্রগা লৈখোমনা শাবদা মমল য়াম্লবা শেনবু চাদিং তৌবা হায়বসি অরেম্বদ মাংহনবা ওইগনি। ঐগী পুন্সিগী খ্বাইদগী মমল য়াম্বা শরুক মখৈস্থু মখোইপা লেনমিন্নরকলবা ঐগী পাংগল মরুপ-মপাংশিংদগী ঐগী মুত্তিগী তহবীর ১মুং অশাবা শক্তমবু পামদবা হায়বসি তমহুনা হৈরকলে।

ঐবু ঐগী মুত্তি শাহুনা অহুগা ঐগী শক্তম অশাবা অমহুনা ইকাইখুমনবা উৎপা পাম্বা মীওইশিংদা, ঐবু অস্থুম তৌনা উৎপসি থম্মোই য়াওনা পামদে হায়বসি মাহৈ পরেংশিং অসিনা চোকশিল্লবা অমা ওইরসন্থ। ঐবু থাজবা মীওইশিংনা ঐনা লেপলিবা থৌরমশিং

অসিবু চাওখৎনবা হোৎনবিরবদি মাহুনা হেন্না য়াম্না ঐবু মরাং কাইনা ইকাইখুমনবা উৎপিরে হায়না ঐনা লৌগনি।

## অবতার নত্তে –

ঐবু শ্রীকৃষ্ণগুম্বনি হায়না লৌবিরবদি ঐগী মিংচৎ থীবনি হায়না ঐনা লৌই। ঐ অসি অচম্বা কর্ম্মী অমনি হায়না হায়জরি অদুগা অচৌবা য়াফম অমদা ময়ামগী মরক্ত য়াওবা মীওই অমদগী হেন্দবনি, অসিগুম্বা ( অচৌবা য়াফম ) অসিদি মাহুগী লুচি বশিংবু থাগৎপনা থৌরম অদু য়াংশিনবদগী হেন্না মাংহনবত্তুম ওমই। ( অসিগুম্বা ) য়াফম অসিদি মাহুবু পরীক্ষা তৌরগা মাগী মগুণ অদুগী মতুং ইল্লবা মতমদতা থবক মহে য়ানবগী খ্'ইদগী খুদোংচাবা লৈ। চাওখৎ-লকলিবা সমাজ অমদদি পুম্নমক য়েংলগা মপুংফাদবা খুৎলাই ওইরবা অদুগা মাগী মপুংফাননবা থবক তৌরিবা মী হায়রিবশিংদগী ( থবক্কী ) পাশ্বৈশিংনা হেন্না মতম চুপ্পদা মরু ওইবা ওইনা লৌগদবনি।

ঐনা হায়জবা পাম্বা হায়ববু অচুম্বা অমস্থং অহিংসা হ য়বা গুণ অসিতবুনি। ঐনা মীগী শক্তিদগী অহেনবা অমা লৈ হায়বসি হায়জবা লৈত্তে। ঐনা করিগুম্বা অমত্তস্থ পামদে। খ্বাইদগী হেন্না শোনথবা ঐগী সত্‌-কর্ম্মী অমনা লৈবগুম ঐগীস্থ মোৎশিনবা য়াবা লু-তোং পাল্লি মরম অসিনা কনাগুম্ব অমদোনা ঐস্থ অরানবা তৌরকপা য়াই। ঐগী থবক্কশিং অসি মপুং ফাদবা য়াম্না লৈরে, অদুবু ঈশ্বরনা হৌজিক ফাওবদি ঐগী মপুং ফাদবশিং লৈহুনস্থ য়াইফবা ( মঙ্গল ) পিনবিরে।

ঐঙোন্দা লাইগী ওইবা (গুণ) ইতোপ তোপ্পা করিসু লৈতে হায়বসি ঐনা হায়রে। ঐহাক তুংগী থোকলগদবা থৌদোক উবা মীওইগী মতৌ লৈ হায়বসি হায়জদে। ঐ অচম্বা অচুম্বা থীবা অমসুং মাহুবু ফংনবদা হোৎনহুনা লৈবা মীওই অম অহুম ওই। ঈশ্বরগা মাইগা মাইগা পেংনহুনা উন্নবগীদমক্তি করিগুম্বা ত্যাগ অমত্ত অচৌবনি (অরুবনি) হায়না খন্দে। সমাজিক, আর্থনৈতিক, সদাচার নত্রগা মানবসেবা ধর্ম্ম হায়নিংবা অমা হায়রবসু ঐগী থৌরমশিং অসি অহুগা ঐগী থৌরমপুম্বসি পান্দমফন অহুদা তমলকপনি।

অহুগা ঈশ্বরদি মাহাক্কী জীবশিংগী মহুংদা অরাংবা অমসুং অচৌবদগী খ্বাইদগী হেন্না নোম্বদা য়াম্না তোইনা থেংনৈ হায়বসি ঐনা থংবা মরমনা ঐনা মখোইশিং অসিগী থাক্তা য়ৌরকনবা ঐনা লানথেংনরি। মখোইবু সেবা তৌদনা ঐনা যাসি য়ৌবা ঙমলোই। অহুনা ওংপি-নৈবিরবা কাংবুবু ঐনা সেবা তৌনিংবগী অপাম্বসিনি। রাজনীতি য়াওদনদি মখোইগী সেবা তৌবা ঙমলোইদবনিনা ঐনা ইশামক মখোই'শংগা ওইশিনবনি। মাসুমনা ঐহাক মপু নত্তে। ঐহাক অসি ভারতকী সেবক অহুনা মরম ওইহুনা মীওইবগীসু সেবক ওইবা লানথেংনবা, অরানবা তৌবা, অচম্বা কর্ম্মী অমা ওইবতনি।

ঐখোইনা ঐখোই ইশাশিংবু করম্না নমথাক তৌজরিবনো হায়বসি অঙকপা অমনি।

মাংবা নাইরিবা হকচাং অসিবু কনাম্বত্তনা আক্রমন তৌবা ঙমলোই হায়না ঐখোইনা খল্লি অমসুং আত্মাগী থুপ্তুনা লৈরিবা শক্তিশিংবু হৌগৎহনবা হায়বসি ওইখোক্তবনি হায়না খল্লি। অহুগা

ঐস্থ ঐথোই মন্নামগী মরক্তা অমগুম্না য়াম্না নামীরবা মীপদথা মীওই অমনি হ'য়রবসি. ঐগী অসিগুম্বা শক্তি লৈরবদস্থ, উৎননবা তৌরিবা মীওইনি, অদুগা ঐগোন্দা থোইদোক হেন্দোকপা অমত্ত লৈরমদে অমস্থুং হৌজিকস্থ লৈতে।

তুংগী থোদোক উবা কাংলুপশিংগা লোইননা ঐগা মান্নবা মওংদা পনলকপ অসি ঐনা ইশাবু মতিক চাদবনি হায়না খল্লি। ঐনা হন্দক্কী মপোকসিদা অরান খুত্তম ফংননবা অমস্থুং ইশাবু ইশানা থংননবগী দমক ঐহাক থাংগুমদ্রবনি। ঐনা জাতিগী সেবা তৌবা হায়বসি ঐগী আত্মানা ঐগী ত্তোংশাগী অফা অপুনদগী নাস্থোক্নবা থবক তম্বগী শরুক অমত্তনি। অস্থুম তৌনা খল্লবদা, ঐগী সেবা কর্ম্ম অসি তশেংবা ইশাগীদ ওইবনি হায়না লৌবা য়াই। পৃথিবীগী মাংথিগদৌবা রাজ্য অসিদা অপাম্বা লৈতে। ঐনা মোক্ষ হায়রিবা স্বর্গগী রাজ্য অদুগীদমক ফংননবা হোৎনরি।

হৈশিংবা থবক ওম্বদ ময়ামদগী হুম্বা ময়ামগা অন্ধা ওইবা অমদগী হেন্না ঐনা হায়জদে। অদুগা ঐনা অহিংসা নত্রগা য়াম্না কন্না নোমলুবদগী, য়োরকপা ঐগী তপস্যা অসিদা ঐগী থোইদোক হেন্দোকপা মগুণ অম লৈ হায়না ঐনা হায়বা ওমদে। ঐগী করিগুম্বা চিংনবগী মমী অমা ফাওবা লৈতে মাদুদি কনাগুম্বা মুপা নত্রগা মুপী অমনা ঐগা মান্ননা আশা অমস্থুং বিশ্বাস থমলবা অদুগা ঐগা মান্ননা হোৎনরবা অদু ওইরবদি ঐনা লৈরিবসি মুপা নত্রগা মুপী অদুনা ফংদুনা থবক পাংবা ওমগনি।

ঐগী পাও পীবা মীওই থরনদি ঐ অসি অওকপা থবক তৌবা ওম্বা ওইনা থনবগুম তৌই। ঐনা অচুম্বগী ভক্ত অমা ওইনা হায়রি

মাহুদি অদুগুম্বা পীথোরকপা মনা ঐগী করিস্তু লৈতে। ঐগী লৈবা য়াবা লৈরিবা শক্তি পুম্বসি ঈশ্বরদগীনি। তৌইগুম্বসুং মহাক্না হাক-থেংনন্না থবক তৌদে। মহাক্না (ঈশ্বরনা) মহাক্কী মশীং লৈরবা এজেন্টশিংগী মাধ্যমদা থবক তৌই।

## অরাংপাশিং (পনথৈ নাইবা) বু থংবা—

ঐ লৌশিং তানা থবক তৌবা কর্ম্মী অমদি ওই হ'য়ংসি ইশাবু ইশানা থঞ্জে অদুগা ঐগী অশিংবা হ'য়বগী অর্থদি ঐগী অশোনবা অপনবা লৈবশিং অদু য়াম্না কুপ্না থংববু হায়বনি। ঐগী পনথৈগী মাংমদা ঐনা কদৌঙৈদস্তু চৎতে হায়না ঐনা নিংই। অওই-বমকনি, ঐনা থংনা থংনা মাসিগুম্বসি কদৌঙৈদস্তু তৌখিদে।

ঐনা ঐগী অশোনবশিংবু থংই। অদুগুম্বা জ্ঞান অদুদনা ঐগী পাঙ্গলনি। ঐনা ঐগী পুন্সিদা তৌবা ওমথিবা পুম্বা অতৈ অতৈদগী ঐগী অশোনবা থংজবদগী থোরকপা থবকতনা হেন্না থবক চৎথৈ।

ঐনা পাম্ব অদু ঐনা ওইবা তারমলবদি চন্না হেনবদু দরকার ওইরমলোই। অদুগা ঐপা কনাগুম্বা অমগা মরৈ য়েংনদুনা নৈনবা দরকার ওইরমলোই। ঐগী মাহৈনা চুমদ্রিংনা পম্ব ংকমদা য়োরমগনি। অওইবমকস্তু ঐনা মাহৈ অমকাওবা ঙাংথোকপগীস্তু দরকার লৈরম-লোই। ঐনা ইচম চম্না হেক্ত নিংবমা দরকার লৈবা মহৈ অদু থোকহনবদা মতিক চারমই। তৌইগুম্বসুং ঐনা অরাবগা লোইননা ঐগী অশোনবশিং অদু থংই।

মীয়ামনা অরানবা তৌবা মতম খুদিংমক ঐনা অরানবশিং অমুম্ ইশানা হজিন হজিন য়াহনা য়াহনা লৈগনি। পৃথিবীসিগী মনুংদা ঐনা য়াবা মীওৎপা অমতঃ লৈ মাহুদি মুংগী "অপিকপা মিইরবা খোঞ্জেল" অসিনি। মশীঃ য়ামদবগী মনুংদা অমা হায়বা অতুত্তমক ওইবহ ঐনা থেংনবা তারবসু ঐনা নেমুক্লা থাজে মাংদি অসিগুম্বা আশা লৈত্রবা মশীং য়ানদবা ওইবগী থৌনা অহ ঐডোন্দা লৈ।

মীওইবগা স্বভাব ফজনা চপচানা খংবা হাত্র অমা অমসুং ইশাগী অশোয়ববু থুগাইহনা খংবা মীওই অমনি হায়বসি ঐনা লৌজে। ঐনা মাসিমা (নৌনা) পুথোকলে মাহুদি মী হায়বসিনা মহাক্লা পুথোকপা খৌশন পথাপতগী হেন্না মথক খোংই।

ঐডোন্দা নাপল চাওথোকপা লৈতে হায়বসি ঐনা খল্লি। ঐগী অশোনবা ঐনা মপুংফানা খংই হায়বসি ঐনা অনুভব তৌই। তৌই-গুম্বসুং ঐনা ঈশ্বর অমসুং ঈশ্বর শক্তি অদুগা ঈশ্বর প্রেম অসিদা ঐনা পোকলিবা থাজবসিদি লেংনিংঙাই লৈত্রে। ঐদি চক্ শাবগী মথুক্তা লৈবা লৈখোমগুম্বনি।

মফম অমত্তদা এগা ইকাইখুমনবগী অপাম্বা লৈত্রে। মাসিদি নিংথোশিংগা লোইশংদা দরকার লৈবা লেতেং পোৎচানি। ঐহাক্তি হিন্দুশিংগী মনাই (সেবক) ওইবগুম্বা মুসলমান, খৃষ্টিয়ান, পারশি, অমসুং জিউশিংগীসু মনাই (সেবক) নি। (সেবক) মনাই হায়-বসিগীদি ইকাইখুম্নবা দরকার লৈতে মুংশিবদি দরকার লৈ। ঐনা হায়বা ইনবা সেবক (মনাই) অমা ওইরিবমখৈ য়াকম অসি ঐডোন্দদি অরেপ্পা অমা ওইনা পিরি।

## শহীদ ওইনবা শেমশাবা —

নংনা তৌররোই হায়না তৌরবদস্থুং নংনা খুদক্তা নাম্বোকপা ওমদবা অকনবা পোৎ খর লৈ। ঐবু সো লোন্দুনা থমলিবা ঐগী লৈপাক্কা শাবা উপু অসি ঐগী পুন্সিগী অমাংবনি, তৌইগুম্বসুং ঐ মসিগা লোয়নননা অসুম খাংবা তাবনি অদুগা চংশিনলিবনি।

ঐনা মুং ফাওনা পাওরৌ অসিগী অচুম্বদা থাজে মতুদি নাপী মকা অমফ'ওবা মাগী (ঈশ্বর)গী ইচ্ছা য়াওদনা লেংবা তৌদে। ঐনা হকচাং অসিদা লৈরগা হেম্না থবক তৌথবা দরকার লৈরি হায়না মহাক্কা (ঈশ্বরনা) নি লবদি মহ'ক্কা ঐগী পুন্সিবু কনবিগনি। মহাক্কী ইচ্ছাগী মাইয়ে'ক্তা কনানসু কনবা ঙমলোই।

ঐবু ঙাকশেন্নবা হোৎনগনু। খ্বাইদগী হেন্না য়াবা অম ঐখোয় পুম্নবু মতমচুপ্পদা ঙাকননবা লৈ। নখোয়না মসি যদি শোয়দবনি হায়না লৌ মতুদি ঐগী মতমনা লোইরক্লদা, পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না মথিং লৈবা কনাগুম্ব অমত্তনা ঐ অমসুং ঈশ্বর অনিগী মরক্ত থন্দুনা লেপ্পা ঙমলোই।

ঐবু শেম্বীবা মপু অদুদদি ঐ চুম্না লৈবা তাই, অদুগা পুন্সি অসি পুডুনা লৈবদা য়'ম্রে হায়না ঐনা খনবা মতম অদুদা অমুকসু য়াংদি হায়না ঐনা খনবা ওইথোকওই। পাংথুম পীব ঙ'ম্রবা অমসুং অচুম্বা লম্বী পুথোকপদা, অয়েৎপা অম ওইরবা হকচাং অসিবু ইশানা য়াম্না কংথোকপদগী হেনব লমন শিংনিংঙাই অমা করি লৈবগে?

ঐ শহীদ অমা ওইননবগী লাংতক্লবা লৈতে, তৌইগুম্বসুং ঐগী পাংথোকদব লম্বীদ ঐনা পায়জরিবা বিশ্বাস অদু ঙাক্লনবদা ঐগী

অচৌবা ইথৌ অমনি হায়না খল্লবা মতম অতুদা মহাক লাক্লবদি ঐনা মাবু শোয়দনা লৌশিনলগনি।

প্রজা মীয়ামবু ঙমখৈ লৈতনা মুংশিবা হায়বসি মমল লৈ হায়না খল্লবদমু ময়াম্না মনিমদি থংবিসন্নু মতুদি ঐগী পুন্সি অসি কন্নবগী খৌরাংবতুনা মরু ওইবা খৌরমদগী মীয়ামগী পুক্লিং চায়থোকখিবা ভাঁরবদি ঐগী পুন্সিসি থম্বদা মমল য়াওত্রবনি।

মমাংদৌঙদা ঐগী পুন্সি ( খরাই ) লৌননবা আক্রমন তৌব্রে, তৌইগুম্বমুং ঙসি ফাওবদা ঐবু ঈশ্বরনা কনবিরে, অতুগা আক্রমন কারীশিং অতুনা মথোইগী থবক অতুগীদমকস্ত নিংঙমখিদ্রে। তৌই-গুম্বমুং ফত্তবা মীওই অমবু লৌথোকনবনি হায়না খাজতুনা ঐবু কনাগুম্ব অমনা নোংঙৈনা কাপলমলবদি ফত্তবা মীওইনি হায়না মঙোন্দা খনবা অত্তু নত্তনা, অওইবা (অশেংবা) গান্ধী অতুদি মহাক্লা হাৎলম্লোই।

ঈশ্বরনা ঐবু ঙাকশেনবীবনি। মশামক্কী হয়েংসি শোয়দনা লৈগনি হায়বা ওইদবা শোল্লবা মী অমনা অতোপ্প অমবু ঙাকশেনবা করম্না ঙমগদগে? ঈশ্বরগী খৌজাল মথাদা লৈজবনা ঐনা পেঙ্গে। মহাক্লা ঙাকপিবা য়াই নত্রগা মাংহনবা য়াই। মহাক্লা করিগুম্বা মতমদা ঙাকশেন্নবগীদমক মাংস্নু মাংহনলি হায়র্বসি ঐনা খংই।

মাইথীরবা মী অমওইনা —ঐগী শক্তি পুম্ব শিথরবা অম ওইনা শিবা ঐনা পামদে। মীহাৎপগী গুলি অমনা ঐগী পুন্সি লোইহনখিবা য়'ই। মত্তু ঐনা স্বাগত তৌই। তৌইগুম্বমুং ঐগী অরোইবা শ্বরগা লোইননা ঐগী ইথৌ তৌতুনা ঐমা রাম্থখিবতু ঐনা পামই। মতুনা ঐগী লাইবক্লা তম্বা ওইরবদি ঐগী ইথৌ তৌবদা শিবতু ঐনা কীদে।

**অশাওবা তোকপা —**

ঐগী অশাওববু ফাজিনহনা থমননবা শাথিরবা অভিজ্ঞতা অমগী মাধামদা অচৌবা পারা অমা ঐনা ওমলে, অদুগা মৈশাবু তুংশিন্দুনা থম্লগা শক্তি অমদা ওন্থোকপগুম্না ঐখোইগী অশাওববু লাকশিন্দুনা থম্লগা পৃথিবী পুম্বা লেংহনবা ঙম্বা শক্তি অম ওইনা ওন্থোকপা ঙমই।
( সম্মান ) ইকাইখুম্নবগী লৈদগী য়াংম লানবগী য়াফম লাকপদা মরুপ নত্রগা য়েক্লববু ঐনা খাকহোবা লৈতে।

ঐহাক শাওত্রে হায়বগী য়াফম নত্তে। ঐনা অশাওবসি মপাল থোকহন্দে। অশাওবা লৈতবগী মতৌ অসি অথাংকনবা গুণ ওইনা ঐনা চর্চা তৌই, চাওরক্লা হায়রবদসু ঐ থবক মহৈ য়াল্লি। তৌই-গুম্বসুং মহাক ( অশাওবা ) লাকলবা মতমদা ঐনা ঐগী অশাওববু লাকত লাকশিল্লি। ঐনা মসিবু লাকশিনবদা করম্না ওইথোকই হায়বা য়াফম অসিদি কান্নদবনি, মরমদি মসি মীওই খুদিংনা চর্চা তৌগদবা অভ্যাসনি অমসুং তত্তুনা শান্জেন শায়তুনা মসি শেম্বদা শোয়দনা থবক মহৈ য়ালহনগদবনি।

ঐনা ফাগী ফরাং তৌবগী জ্ঞান অসি লৈরমত্রবদি ঐ নহাক্লনা ইশা ইথন্ত শিজখিরমলগনি। ঐহাক খাম্বা য়না অফবদা থনবা মীওইনি, মরমদি ঐনা ঐ ইশাবু থাজজে। মসি থোইচংনবা ওইনা তাই, নত্তবরা ? তৌইগুম্বসুং মসি ঐনা য়ৌনা নোম্লকুনা হায়জরিবনি। ঐনা ঈশ্বরগী অচৌবা শক্তিদা থাজে। ঐনা সত্যবু থাজে, মরম অসিনা লৈবাক অসিগী নত্রগা মীওইবগী তুংগী ফীভমদা চিংনবা লৈতে।

ঐহাক ফন-থনবা মীওইনি মরমদি ঐনা ঐ ইশাদগী পোৎ য়াম্না আশা তৌই। ঐনা থংই মতুদি ঐনা মপুংফাবা জীব অমা

হৌজিকসু ওইদ্রিবরা ঐনা মখোয়শিংবু ফংব্রে। ঐনা মহু ওইরম্লবদি নখোয়গা লোয়ননা যুক্তি তৌনবা দরকারসু লৈরমলে'ই। ঐহাক্না মপুংফাবা মীওই ( জীব ) অমা ওইবা মতমদা, ঐনা চুম্না রাতমক হায়গনি, মহু জাতি অসিনা তাগনি। সেবা তৌহুনা অহুগুম্বা মপুং-ফাবা অমা এ বহু ঐনা পামই।

ঐগী করিগুম্বা ( দর্শন ) অমা লৈ হায়বা ভমলবদি, ঐগী দর্শান্দ মপানগী মীহুৎশিংনা অতোপ্প অমগী থৌরম মরু মাংননবা তৌবগী ওইথোকপা য়াংদে। থৌরম মরু অহুনা ফজবা মতমদা নত্রগা থৌরম মরুহুবু শৌরাংগদৌরিবশিংনা চুমত্রবা, পুন্সীং য়াংলবা অমসুং শেংত্রবা মতমদা অমাংবা হায়বসি মশাগী (লাকপদা) মতিক চাজবা ওইনা লাকই।

---

# ৩ঃ ঐনা লম্বেল অদু খংই।

ঐ লম্বীচু খংই। মসি থুই অমস্তুং চুমদ্রিং চুমই। মসি থাংগীময়াগুম্বনি। ঐনা মতুগী মথক্তা চৎপদা হুণ্ডাইজে। ঐনা ঐনা নাম্থ রবদা ঐ কপই। ঈশ্বরগী রাওা দি অসিনি: "হে'ৎন-রিবা মহাক অদু কদৌঙৈদম্তু মাংদে"। ঐনা রাশক অদুদা হুং য়াওনা রাজৈ। মরম অসিনা ঐগী অশোনবদগী ঐনা লিশংলক শোয়রবদম্থ ঐগী থাজবাদ শুকমাং মাংলোই, অদুগা মসি নিংগনি মতুদি নো মদি শোয়দনস্তু থোকলগদবা, ঐগী তে'ংশা অসিবু মপুংফ'না লাকশিনবা মতম অদুদা ঐনা (শোয়দনা) মঙাস অদু উগনি। অরানবা অমথক নত্রগা অরাবা অমথক্কী পাদৈ য়াওদ্রবা য়েংহ্নুনা লৈবা মীওই অমা ওইনা লৈবসি ঐগী থরাইনা পেল্লু হাইবসি য়ানিংদে। তৌইগুম্বস্তুং অর'নবা থৃদিংবু শেমদোকপা নত্রগা ঐনা থেংনরিব। অরানবা পুম্বগী অথিবা মিংচৎতগী ইশাবু নাম্থোকপা হায়ব'সি ঐগুম্বা শোল্লবা, নৌরবা অমস্তুং অরাবঙাক্ত লৈরবা মীওই ওইরিবা ঐঙোন্দদি মসি ওইথোক্তবনি।

ঐগী মুংগী আম্মানা লম্বী অমদা চিংই, ঐগী তোংশানা অতোম্প ওম্ন তৈনবা কাইকৈদা ঐবু চিংই। শক্তি অনি অসিদগী নিংতম্নবগী মওংদি লৈ, তৌইগুম্বস্তুং অদুগুম্বা নিংতম্বহুদি তপ্প অমস্তুং অরাবনা থল্লবা থাক থাক ওইনা ফংবা য়াই। (মহৈগা) মরী লৈনদবা মওংদা জ্ঞানগা লোয়ননা থবক তৌবা নত্তনা, (থরাই য়াওদবা) থুংলায়না থবক তৌদবগুম থবক তৌদ্রগা নিংতম্বসি ফংবা ঙমদে। আম্মানা

মপুংফানা মিংতম্বা য়ানলবগীদমক অসিগুম্বা লানথেংনবসিনা তোংশাকু অতৎপা লৈতবা হাংতোকপগী ফীরেপ অমা ওল্লকই।

অচুম্বা থীবা —

ঐ অচুম্বা থীবা মীওইতমক ওই। মাহুগী লম্বী অমা ফংলে হায়না ঐনা হায়রি। মহু ফংননবা ঐনা অতৎপা লৈতনা হেৎনরি হায়নম্ব হায়রি। তৌইগুম্বসুং অহুবু হৌজিকস্থ ফংদ্রি হায়বসিস্থ ঐনা ইশাবু অমসুং মহাক অহুগী মরাইবকপু খংবা হায়বনি, হায়বদি মপুং ফাবা ওইরবা হায়বনি। ঐনা ঐগী মপুং ফাদবশিং অসে অরাবগা লোইননা ঐনা খংই, অহুগা ঐনা লৈরিবা পাঙ্গল অসি মসিগী মস্থংদা লৈবনি মরমদি মী অমনা মহাক মশাগী অরাৎপা খংবা হায়বসিস্থ অত্তাংবা পোৎ অমনি।

ঐনা মপুংফাবা মীওই অমা ওইরম্লবদি, ঐনা তৌরিবা অস্থম্বা ঐগী য়ুমলোন কৈরোম্নবগী অরাবসি খংলমলোই হায়বসি ঐ (শোরদ নমক) ওইরগদবনি। মপুংফাবা মী অমা ওইনা মখোয়শিংগী (অরাবস্থ) খংজিনলগনি, হিদাক তকপমগনি অমসুং ঐগী মস্থংদা লৈবা শিংন-নিংতাই ওইত্রবা অচুম্বসিগী মপাঙ্গলনা নমহুনা ইলহনলমগনি। তৌই-গুম্বসুং হৌজিকফাওবদি মিংশেল অমদা সমনা উবগুম উরি, অহুগা তপ্প অমসুং কল্লা নোমহুনা ঐগী বিশ্বাস অসি পুবা তাই, অস্থস্থ মতম চুপ্পদা থবক মহে য়ানবা ওইদে।

রাকম অসি অস্থম্না ওইবনা, লৈবাক অসিদা খিংবা য়াবা অরাবনা পস্থনা লৈ হায়বা খংইবা অমস্থং জগৎকী মপুগী মমীগী মরুমদা শরু শরাংগী শক্তম ভাক্তা ওইনা উরবা ঐনা ভারতকী মরোল থোক্তবা

অমম্নুং ৱারৱা মীওই কোটিশিং অসিগী (অরাববু) অহুভব তৌরমভ্রবদি ঐহাক মীদগী হেন্না হন্থবা জীব অম ওইরমগনি।

**ঈশ্বরদ থাজবা —**

"ইকোয় কোইশিল্লবা অমম্বগী মরক্তা" ঐনা পৃথিবীসিদা মডান ( ফংগদবা ) ঐগী লম্বী খল্লি। ঐনা তোইনা লাল্লি অনম্নুং অরানবা ৱাখল তৌই...... ঐগী বিশ্বাসতি ঈশ্বরতদনা মপুংনি। ঐনা ঈশ্বরবু থাজবা মরমদদগী মীবু থাজবনি। নির্ভর তৌগনবা ঈশ্বর হায়বা অমা লৈরমভ্রবদি ঐস্থু মীওইবা জাতিবু য়েংথিবা টাইমোনগুম্বা অমা ঐস্থু ওইরমগনি। পৃথিবীপুম্ববু পেননবা ( ওইরবস্থু ) ঐনা ঈশ্বরগী থাজবদি মাংহনলোই।

ঐগী পুন্সিদা শিংথাবা য়াবা তৌখিবা থবকপুম্বা যুক্তিনা ইমচ শিন্দুনা তৌবা নত্তে, হায়বা তাই, ঈশ্বরনা, হৌনশাগী জ্ঞান্না ইনশিনখিবনি।

ঐ বিশ্বাসকী মীওইনি। ঐনা থাজজবা হায়বসি ঈশ্বরতদনি। খো থাং অমনা ঐগীদি ওকলবনি। মতম অহুনা মহুগীদমক লাকলবা মতমদা মতু গী খোংথাং অহু দি মহাক্না ( ঈশ্বরনা ) ঐভোন্দা শেং-দোকপীরক্কনি।

**অথুপ্পা লৈতবা —**

ঐগী অথুপ্পা পাম্বে লৈতে। অচুম্বগী নীতি নত্তনা মরৈ মপ্পা তৌবগী নীতি ঐ খ দে। অহিংসা নত্তনা ঐগী খুৎলাই লৈজদে। ঐবু খ'দনা মতম খর লম্বী শেরাম্নমা চিংথিবা য়াই, তৌইগুম্বস্নুং মহু মতম পুম্বদা ওইখোক্কে।

ঐগী পুন্সি অসিদি হাংদোক্লবা লাইরিকনি। ঐগী অথুপ্পশিং লৈজদে অমসুং অথুপ্পশিংবু থৌগৎচদে।

রাখল, রাহে অমসুং থবক্তা মপুং ফারবা অহিংসা, পুমচুম চুম্বা অমসুং পুমফ ফরবা মী অমা ওইনিংবগী থৌরাংঙুনা লানথেংনঙুনা লৈবা লাইররবা আত্মা অমনি অদুগা ঐনা চুমই হায়না থংলবা পান্দমফম অদু য়োৌবা ওমদদনা লৈবা মীওই অমসুনি। মসি অরাবনা থল্লবা খোংগা অমনি হায়বসি ঐ য়াই, তৌইগুম্বসুং মসিগী অরাবসিনা ঐঙোন্দদ শোয়দ্রবা মুঙাইবা মওং অমা ওই। থকলোমদা কাখৎপা খোংথাং থুদিনা ঐবু কনথৎহল্লি অমসুং মথংগীদমক মতিক চাহল্লি।

মাইকৈ অমদা ঐনা ঐগী পিকপগী চাং অমসু' মপু'ফানবশিং থল্লগা অদুগা মাইকৈ অমরোমদনা ঐঙোন্দগী আশা তৌরিবা মগ্নামসি থল্লবা মতমদা মতম থরহুদি ঐ পংথবা য়াওই, তৌইগুম্বসুং আশা তৌরিবশিং অসি ঐগী মনা নত্তে, জেকিল অমসুং হ'ইড্ অসিগী অঙকপা য়ানশিল্লবা শক্তম, (অদুগুম্না) সত্য অমসু' অহিংসাগী মমল নাইদ্রবা মপুংফাদ্রবসু অদুগা চাংদম্লবদা ঐঙোন্দদি চাওথ্রবা গুণ অনিনা শায়োন্নবগী (মনা) নি। মরম অসিনা নোংচুপলোমগী অচুম্বা খীবা লোইনবা কর্ম্মীশিংদা ঐনা অঙম্বা মত্তে পিননবগী দায়ী লৌবসি ঐনা থাদোক্নুনা শোয়দনা চেল্লোইদবনি।

লমজিংবা—

শোয়বা লৈত্রবা লমজীং অমসুং পুক্নিংগী থৌনা লৈ হায়বসি ঐনা হায়দে। ঐগী অভিজ্ঞতানা ফংবা ফাওবদদি মী অমগী শরুক্তা শোয়বা লৈতবা হায়ব রাফম অসি চৎনবা য়াবা ওইদে, মরমদি স্বন্দভাবতগী নানথোক্লবা মী অদুক্তদা পুক্নিংগী থৌনা লাকই অদুগা

দ্বন্দ ভাবতগী নানথোকলে হায়রিবসিস্ত অককনবা থৌদোক অমদা কয়া য়াম্না চুমলবনো হায়বগী য়ায় পীব লুনা থোকনি। অস্থমনা শোয়বা লৈত্রে হায়না হায়বসি খ্বাইদগী হেন্না খুদোংথীবা মহায়নি হায়বসি মতম চুপ্পদা ওইগনি। অস্থম ওইরবস্থ, মাসিনা ঐখোইবু করিগুম্বা লমজিং অমত্ত লৈত্রে হায়বস্থ য়াদে। পৃথিবীগী ঋষিশিংগী অভিজ্ঞতাগী অপুনবা শক্তম অমদি ঐখোইনা ফংলি অমস্থং লাক্কদবা মতম পুম্বস্থ ফংলগদবনি।

অসিগী মথক্তা অমুকস্থ, সুক্ষমগী ওইবা অচুম্বা হায়বসি ময়াম নত্তে। অচুম্বা মশামক ওইবা য়ুমফমগী ওইবা অচুম্বা অমথক্তং লৈবনি মাসি অমরোমদা অহিংসা হায়নস্থ খংনৈ। অচুম্বা অমস্থং ম্নংশিবা হায়বসি মশানা ওমথৈ লৈবা নত্তবনা ওমথৈ লৈবা মীওইবা জীবনা মাসিবু মপুং মথোইগী মপুংফাবা শক্তমবু কদোক্তৈদস্থ খংলোই। তৌইগুম্বস্থং ঐখোইবু লমজিংবিনবদি মতিক চানা শোয়দনা ফংই। ঐখোইনা থবক্ত ওন্থোকপদা অরানবা তোগনি, মরক মরক্তা য়াম্না থীনস্থ (লানগনি) তৌইগুম্বস্থং মী হায়বসিদি মশান ওাকচব জীবনি। মশানা ওাকচবা হায়বসি য়াম্না তোইনা লাল্লবস্ত অরানবা তৌরিবমথৈ চুমথোকপ ওন্দগী শক্তি অসিস্থ শোয়দনা মস্থং চল্লি।

মংগুম ঊবা হায়বসি ঐ য়াদে। ঋষি ওইবগী মওং ওইরে হায়বসি ঐনা লৌদে। ঐ লৈপাক্কানি লৈপাক্কা মরী লৈনবগীনি নথোইগুম্না ঐস্ত অশোনবা কয়াগী খুংত্তা তারিবনি। তৌইগুম্বস্থং ঐ সংসারসি উরে। ঐনা মীৎ পাংথোক্কুনা সংসার অসিদা হিংস্থনা পাল্লকলে। মীগী মরাইবক্তা তাররবা খ্বাইদগী হেন্না মৈরী কল্লবা চাংয়েং অহু ঐ থেংনপ্রে। ঐ অসিগুম্বা লিচিং পথাপস্থ থেংনপ্রে।

## ইশাগী থাদোকপা—

লানফম থুংদংবু মাংওইনবা ইশাগী ( ওইজবা ) থাদোকপগী পাওজেল নত্তবা অতোপ্পা পাওজেল অম ইন্দবা ভারতকী ঐগী দেশবাসীশিংদা হায়রিবনি। অহিংসাগী রাথল তৌবা কাংবু ওইরবসু হিংসাগী রখল তোবা কাংবু ওইরবসু নখোইনা থাদোকপা অমসুং ফজবা লীচং শাজংকী মৈদি অহুম থেংনহুনা চংপা তারবনি।

নোংচুপলোমগী ঐগী মরুপ ময়াম অমগী ইকাইখুমনবত্থু থোকপ্রবসু, ঐনা পৃথিবীদা লাওথোকপা পামই অমসুং ঐনা ঐগী কোকতি নোনগদবনি ; অহুগা মখোইগী মরুপ ওইবা অমসুং মুংশিবগী-দমক ঐগী বিবেকী খোঞ্জেল,—ওসি ওইরিবা ঐগী মুংচনবা হৌফম ওইবা স্বভাবকী থৌইনশিনবুদি নমশিন্দুনা থমলোই। ঐগী অরাবসি লাওথোকননবা ঐবু ইনশিনবা করিগুম্বা অমা ঐগী মুংদা লৈ। মীওইবা হায়বসি ঐনা খংলে। ঐনা মনতত্ত্ববিজ্ঞানগী শরুক খর তমলে। অসিগুম্বা মীওই অমনদি মাসি করিনো হায়বা চপ্গানা থংই। নখোইনা মাহু হায়নিংবা মওংদা হায়বদা ঐনা করিসু রারোদে। মুংগী খোঞ্জেল অহুনা ঐঙোন্দা হায়, "নহাক্না নতোমদা লেপ্পা তারবসু পৃথিবী পুম্বগী মায়য়োক্তো ননা লেপ্পা ত'ই। পৃথিবীনা মীং ঊ কাহুনা নঙোন্দা য়েংলবসু নংনা পৃথিবী পুম্বগী মমাইদা মুম্না মিংচান্নহুনা য়েংবা তাই। কিগহু। নংগী থম্মোইগী মুংদা লৈরিবা খোঞ্জেল মচা অহুবু থাজো।" মাহুনা হায় : "মরুপশিং, মুপী অমসুং পুম্নমক থাদোকউ, নহাক্না মাহুগীদমক হিংলিবা অমসুং মাহুগীদমক শিরা তাবা অহ্যাদ চুম্না লৈয়।"

## মাইথীবগী থাকম লৈতে—

মাইথীবনা ঐবু থম্মোই শোন্থহনবা ঙমদে। মাহুনা ঐবু শোংহনবতমক্তি ঙমই। ঈশ্বরনা ঐবু লমজিংগনি হায়বসি ঐনা থংই। অচুম্বনা মীগী লৌশিংদগী হেল্লি।

ঐগী ফনব খনবা থাখলগী মওংচু কদৌঙৈদা মাংখিদে। খাইদগী মম্বা মানবা মতমচুদা ঐগী মুংদা আশাগী মৈরীদি লংনা চাকলি। ঐ ইশানা আশা অচুবু হাত্তোকপদি ঙমদে। ঐনা শোয়দনম্মু হ'ম্মরি মাহুদি আশা অচু লৈ হায়বগী অচুম্বা তাকননবা মীংনা উবা য়াবা উৎথোকপ অমগী থৌরাংম্মু তৌবা ঙমদে। তৌইগুম্বম্মুং ঐঙোন্দদি মাইথীবা হায়বচুদি লৈতে।

ঐনা তুংগী (থবকপু) হাননা উবম্মু পামদে। ঐগা মরী লৈনম্নিবদি হৌজিক হৌজিক অসিদা চোকশিনজবসিনি। ঈশ্বরনা ঐঙোন্দ তুংগী থংনগা মিকুপ অচুবু লাকশিন্নবা পিবিরমদে।

## থাজবা—

ঐবু তোঈনা ইনথুবি হায়বসি অচুম্বনি। ময়াম অমনা ঐঙোন্দা নমথাক তৌই অমম্মুং ময়াম অমনম্মু তৌদে। তৌইগুম্বম্মুং মখোইশিং অচুগা ঐগা তিম্মরুবগীদমক ঐনা নিংঙমবদি তৌদে। মরমদি ঐনা করম তৌনা তিম্মরোইদগে হায়বসি করম তৌনা তিম্মগদগে থংবগুম্মা থংই। নহাক্না ওম্মতৈনবদা চপচাবা থাজনিংঙাই লৈত্রবদা পৃথিবীসিদা খাইদগী থবকম্মু ওইবা অচুগা অরেম্ম মওংদা চৎকদবদি মীশিং অম্মি মহাকী মম্মাহৈদা লৌবসিনি।

ঐনা থাজবা হায়বসিদ য়াই। থাজবনা থাজবা পোকই। চিংনবা হায়বসি হল্লোইবা অমসুং নমথীবত্তনি। থাজবা লৈবা মীওই অমত্তনা হৌজিক কাওবা পৃথিবীদা কদৌৈডদসু মাংখিদে। রাশক থুগাইবা কা বুগা ঐগা করিগুম্বা মওং অমদা মরী থর লৈরুরবা মতমদা রাশক থুগাইবা হায়বসিনা ঐবু আ মরু য়ৌনা নিকহল্লি। চহি হুমফুত্তরা শুরবা থে'ইনা মমলবৃদি য়াওদ্রবসু পুন্সি অসিনা মমল ওইনা পীবা তারবদি ঐনা অশেংবা অমসুং অরেম্বা রাশক্তী তৌকম থোকপা থৌ অমা ফংননবগীদমক ঐনা য়াম্মা য়ানিংনা (হকচাং) অত্তুবু পীথোক্কনি।

ঐনা থংবগী মন্থুংদদি, ঐনা লনাইগী নভ্রগা ময়ামগী থবক তৌবদা ঐনা কদৌৈডদা রাশক থুগাইখিদে।

## ঐগী লুচিং ( নেতৃত্ব )—

ঐনা মীওইবগী স্বভাব থংবসি কনাগুম্বা অতোপ্পা অমত্তনা থ দে হায়না মখোইনা হায়। অওইবমক ঐনা চুমই। অদুগা ঐগী অচুম্বদা অমসুং থৌশিনশি দা থ'জদ্রবদি থৌবমশি গী মকোক্ত লৈবা হায়বসি ঐ মতিক চ'রমল্লোইদব'নি।

ঐনা লমজিংবগী মওংগীদমক্তি, ঐনা লৈবা তারবসু, মাসি ঐনা থিত্তুনা শাগৎতুনা লাকপা নত্তে, ঐনা পুকচেল শেংনা সেবা তৌবগী মইহেনি। নিপা অমনা মাগী কুচুগীদমক্তা অসিগুম্বা লুচিংবসি হুন্দোকখিবা ঙমই। ঐনা জাতি অসিগী কাইবা য়াম্রবা শরুক অমা ওইখিবা মরমনা (জাতি) অসিনা ঐগী ইয়ান অমসুং অপোয়বা পুম্বগা লোইন লোইননা ঐবু অসুম থম্বা তাখিবনি। অদুগা ঐগী

ইরান খরস্থু ঐনা অরাবগা লোইননা থংই অহুগা অতৈ অতোপ্পা খরস্থ ঐগী অশেংবা সমালোচক শিংনা, মখোইদা থাগংচরি, ঐত্তোন্দা নিংশিংবিবা কদোঐৗদা তোক্কে। মহাক্কী খুৎলাইশিংগা ংৎনবা (মীওই) অহু ফত্তবা উত্তবা অগনি। থবক ফত্তবগীদমক মগী মীশিংদা মরাল শী লুচিবা (জেনেরেল) হু ফত্তবনি। ঐ ফত্তবা লুচিংবা নত্তে হায়বসি ঐনা থংই। ঐগী ওমথৈ লৈ হায়বা ংংননবা মতিকচাবা ঐগী লৌশিং লৈ। ঐগী অহোবা লৈবনা লাইবক ওইবা তারবদি ঐগী অহোবা অরাৎপা লাওথোকননবা ঈশ্বরনা ঐত্তোন্দা মতিক চাবা পাঙ্গল পিংগনি। শতাব্দী তংথাই অমরোম থবক তৌননবা য়াথং ফংলবা থবক অহু তৌবদা ঐবু অমুক শাংথনা পামলক্তুবা মতমদা ঐবু মহ'ক্না লৌথোকপিগনি হায়বা য়াই। তৌই-গুম্বস্থং ঐনা আশাসি শোয়দনা তৌই মাহ্'দ ঐনা তৌননবা থবক হৌজিক ফাওবদি লৈরি হায়না, অহুগা ঐবু কুপশিনবগুম তৌরিবা অমম্বা অসি মাংখগনি, অহুগা দন্দি যাত্রাদগী হেন্না লংলবা অত্তোপ্পা লানফম অমগা লোইননা নত্রগা মপান্দগী ওইরবস্থু, উৎপা য়াবা অহিংসাগী করিগুম্বা পাম্বনা ভারতনা মশাগী শক্তমদা লাকলগনি। অমম্ববু লৌথোকখিগদবা মঙাল অহুগীদমক ঐনা লাই নিজরি। অহিংসাদা থরাই তানা থাজবা লৈগা মখোইশিং অহু ঐনা লাই থুরুমবদা য়াওরবা ওইসহু।

ঐগী থবক—

ঐগী মাংদা লৈবা থবক অহু তৌরগা ঐগী অপেনবা ওই। পোৎশিং অহু কদাইদগী ওইবা অমস্থং করিগীনো হায়বগী মরমদা

ঐনা পুন্সিং চরাংনবা লৈতে……। ঐখোইনা ওনবা ওমত্রবা পোৎশিংবু পায়তুনা শান্নব। হ'ম্বসি তৌরোইদবনি হায়না খংবসি যুক্তিনা ঐখোইদা মতেং পাংই। মুপী নত্রগা মুপা খুদিংনা, মশাদি শোল্লবস্থ, মশাগী ইকাই খুম্নবা অমস্থং নিংতম্বগী অভিভাবকনি হায়বগী চেংনা খাজর্বসি মীওইবগী পরিবার পীবদা মহৈ য়াল্লবদি ঐগী থবক লোইরে হায়না লৌব। য়ারগনি। সত্যাগ্রহী মীওই অমগী মায়য়োক্তা পৃথিবী পুম্বনা লৈরবদস্থ ভাকথোকপসিগুম্বসিনা জয় ওই। মতম খরগী ওইবা য়ুমসিনা মৈরিদা কৎথোকপ্রবা অবস্থং ঐগী মিৎনা উইশিনপ্রবা তুংদা ঐগী থবক্কী মথক্তা মত অমা লাওথোকপগী মতিক চাবা মতম লৈখিগনি।

## ৪ : ঐগী ইথৌ—

ঐ মং মংতুনা লৈবা মীওই অমা নত্তে। ঐহাক পান্দমকস্থু থবক ওইনা পাংথোকপা মীওইনি হায়না হায়জরি। অহিংসা ধর্ম্ম হায়বসি মুণি ঋষিশিংগীদা নত্তে। মাসি মীচম ময়ামগীসু ওইবনি। ৎিংসান শাশিংগী নিয়ম ওইবগুম অহিংসা হায়বসি ঐখোইগী শাগৈ কাংবু অসিগী নিয়মনি। শাশিংদদি গুণ অসিদি তুমহুনা লৈ—অহুগা হকচাংগী পাঙ্গল নত্তনা মথোইনা নিয়মসি খংদে। মীওইবগী লেম-জনিংঙাই ওইবা গুণনা হেন্না ৱাংবা নিয়ম অমা ওইবা গুণ অমগী শক্তিবু ইনবা হায়বসি দরকার লৈ। ঐনা লম্মন খুম্বগী শক্তিস্থু লৈরবা মতমদা, লম্মন খুম্ববু লাকশিন্দুনা থমখিবা অমসুং ঐগী মরুপশিংবু ঐগুম্না থবক তৌননবা পাওতাক পিখিবা ঐগী মীয়ামগা মরী লৈনবা পুান্সগী থবক্তা অমদগী হেনবা খুদম য়াম্না লৈ। ঐগী পুন্সি অসিদি নিয়ম অহু শন্দোকুবদা কৎথোকপ্রবনি। পৃথিবীগী খ্বাইদগী চ'ওরবা জোরোষ্টর, মহাবীর, ডেনিয়েল, জেমস, মহম্মদ, নানক অমসুং অতৈ অতোপ্পা ময়াম গুরুশিংনা তস্বীবদগী ফাররনি।

ঐগী থাক্সবগী অহানবা পোংশক্তি অহিংসানি। মাসিনা ঐগী অপাম্বা নিয়মগী অরোইবা পোংশকস্থুনি। অহিংসা বিজ্ঞানবু নোল্লুকনা খিজবা মীওই অমা ঐনা ওইবতনি। ঐগী লোইনবা কর্ম্মীশিংবু মথোইহুনা কত্তাওনহনবগুম ঐবুস্থু মরক মরক্তা মাসি (অহিংসা) গী মরুবা অসিবা কত্তাওনহল্লি।

**সত্যাগ্রহগী ( তৌগদবা ) থবক—**

সত্য অমসুং অহিংসাগী থকথোংনবা মহৈ ওইবা সত্যাগ্রহগী শিংনবিবা লৈত্রবা খুংলাই শিজিন্নববু অকনবা সংযমগী মথাদা লৈবা নিয়মনা অমসুং খুদম ওইনা উৎতুনা তম্বীবা হায়বসি ঐগী (তৌগদবা) থবকনি। অহিংসাগী ওইর্বাস নত্তনা পুন্সিগী কত্তবা মরামসিগী হিদাক লৈত্রে হায়বসি উৎননবগীদমক ঐ য়াম্না লাংতকনৈ, অওইবমক খাংতমদবা ওই........।

ঐহ ক্না ৰুত্তবশিংগা ( থেংনবদা ) মতিক ওইরবা মতমদ অমসুং মতম খরদগী ওইরবস্ত, অয়াকপা অমসুং অণাওবনা ঐভোন্দা লৈত্রবা মতমদা ঐগী ৱাখলগী জগৎনা, মতম অহৃদা, মতম অহু য়ৌত্রিব-মথৈদি ওইদবনি, ঐগী অহিংসানা জগৎ পুম্বগী থম্মোইশিংবু লোংহনগনি। ঐ অমসুং পাঠক্না মমাংদা ওইথোকলোইদবা অাদর্শ নত্রগা চাংয়েং অমা থম্বা নত্তে। মাসি মীওইবগী থোইদোক হেন-দোকপা অমসুং পোকপদগী লোইনরবা অধিকারনি।

অমুক হন্না ফংননবা স্বর্গ অহু ঐখোয়দগী মাংথ্রবনি। মসিনা মতম চংলবস্তু, অপুনবা মতমগী খোংলৈ অসিদা বিন্দু অমা ওইবতনি। গীতাগী দৈব গুরুনা হায়বা মতমদা খংলমই মহুদি ব্রহ্মাগী নেংমতং হায়রগা ঐখোয়গী সুমিৎ কোটিশিংগা মান্নে হায়না।

অহিংসানা ঐগী ঈশ্বরনি অমসুং সত্যনা ঐগী ঈশ্বরনি। ঐনা অহিং মাবু থিরকপা মতমদা সত্যনা হায় "ঐগী মাধ্যমদা মবু পুথোকউ"। ঐনা সতাবু থিরকপা মতমদা অহিংসানা হায়, "ঐগী মাধ্যমদা মাবু পুথোকউ"। ঐগী ইশাসি অহিংসাদা লুপশিনথ্রে হায়না ঐনা থাজৈ। অহিংসা অমসুং সত্য অসি ঐগী থম্মোইগী

অনিনি। ঐনা মখোয় যাওদনা হিংবা ওমদে। মীগী করিস্থু ওইদবা অমস্থুং অহিংসাগী শক্তি মখোয়শিং অসি ঐনা মীকুপ খুদিং লম্বে হেন্না হেন্না উই। মহাক্কী ওমখে লৈতবা থৌজান লৈরবদস্থু, উঙ্গুংদা লৈরিবা অতুস্থ হিংসাদগী ননথোকপা ওমদে। মুংশা স্বর হোনবা খুদিংদা লোইন লোইননা মহাক্কা হিংসাগী চাং খরদং ওইরবস্থু তৌই।

হকচাং হায়রবসিমক শহাৎ-শং অমনি, মরম অক্কুনা মতমচুপ্পগী মুওাইবা অমস্থুং মোক্ষ হায়বসি হকচাংদগী মপুংফানা পুমনান নান্থোকপা চংই, মরম অসিনা মোক্ষগী মুওাইবা নত্তুনা, মুওাইবা পুম্বা মত্তম খরদগীনি অমস্থুং মপুং ফাদবনি। রাফম অসি লৈবনা, মুমিৎ খুদিংগী পুন্সি অসিদা, হিংসাগী অথাবা য়াউম কয়ামরুম থকপা তাবনি।

## হিংসা শীজিন্নবা —

সত্য অমস্থুং অহিংসা হায়রবসি ইচম চমনা মীওই অমত্তুগী ওইবা সাধনা নত্তে হায়বা রাফমসিগী শেম শাগদবনি, কাংলুপ, শাগে অমস্থুং জাতি পুম্বনা অভ্যাস তৌগদবনি। অমবু ওইরবস্থু মতুনা ঐগী মংনি। ঐনা মসি ফংনবা হোৎনতুনা হিংগনি অমস্থুং শিগনি।

ঐনা খাজজবনা মুমিৎ খুদিংগী অচুম্বশিং পুথোকপদা ঐগী মত্তে পাই। অহিংসা হায়রবসি আত্মাগী গুণনি। মরম অসিনা পুন্সিগী থৌরমশিংদা মীওই খুদিংনা অভ্যাস তৌগদবা ওই। বিভাগ পুম্বদা মসিবু অভ্যাস তৌবা ওমজরবদি মসিগী থবক ওইনা চান্নবা মমল লৈত্তে।

সত্য অমস্থুং অহিংসদ ঐগী থাজবসি অস্থুম অস্থুম হেনগৎলক্লি। অতুপা ঐগী পুন্সিদা ঐনা মতমচুপ্প মখোইগী ভুংইস্নবা হোৎনবদগী ঐস্থু মীকুপ খুদিংগী চাওখৎলকলি। মখোইগী মরমদা অনৌবা অর্থ

ঐনা ফই। মুমিৎ খুদিং ঐনা হেন্না নৌবা মঙাল মখোইদা ফংই অমস্তুং মখোইদা হেন্না নৌবা অর্থ থেংনৈ।

খুদোংথীবদগী কনবিননবা মফম খুদিংদা কোইচৎ চৎপা অকন অখো অমগী মথোগুম্না ঐগী ইথোবু কল্পনা তৌদে। মীওইবশিংনা মখোয় মশাগী অরাবশিং অদু করম্না কোকপা ওমগদগে হায়বদু উৎপনা ঐগী নোল্লুকপা ইথোনি।

ঐগী মপুং ফ'দবা অমস্তুং (থবক) মহৈ য়ান্দবশিংসি ঐগী গুণ অমস্তুং (থবক) মহৈ য়ানবগুম্না ঈশ্বরদগী লাকপা বরনি। অসুক চাওথ্রবা চাংয়েং অমগীদমক মপুং ফাব্রবা খুৎলাই মশক ওইবা ঐবু করিগীদমক খনবিরমগদৌরিবনো? মহাক্না তৌগে হায়বা য়'ওনা তৌবিরম্বনি হায়না ঐনা খল্লি। মহাক্না লাইররব, মখোন থোক্ত্রবা অমস্তুং অপংবা কোটিশিং অসি সেবা তৌবা তারম্বনি। মপুংফারবা মীওই অমস্তুং মখোইগী নিংবা কাইবা লৈরম্বা য়াই। ফনাগুম্বা অমনা মখোইগী অশোয়বগা লোইননা অহিংসাগী মাইকৈদা অম্মুম চংশিনলি হায়বসি থংবা মতমদা মখোয়স্তু মখোয় মশাগী শক্তিদা থাজবা লৈখিরম্বনি। মহাক্না ঐখোইগী লুচিংবা ওইনা লাক্লবদি মপুং ফারবা মী অমবুস্তু ঐখোয়না মান্যতা পিরোইদবনি অমস্তুং মহাকপু গুফা অমদা তাম্নোকখিবা য়াই। ঐগী তুংইনবা মীওই অমস্তুং মপুং ফাবা মী অমা ওইবা য়াই অমস্তুং নখোইনা মাগী মাগী পাওজেলস্তু ফংবা ওমগনি।

## গান্ধী কাংলুপ (হায়বা) লৈতে—

ভারতকী অমস্তুং মীওইবগী নোল্লুকপা সেবক অমনি হায়না ঐনা হায়জরি, অমস্তুং অসিগুম্বা সেবাগী থবক তৌবদা শিখিবা পামই।

ঐগী কাংলুপ অমা পুথোকননবগী অপাম্বা লৈত্তে। তুংইনবা অমা লৈবা কাংলুপ অমা লৈরগা পেনবা খাঙ্গেশেংবা আশাম্ন তৌই। মরমদি ঐনা অনৌবা সত্যশিংগী মীহুৎ ওইদে। ঐনা খংজবা সত্য অতুগুম্না ঐনা সত্যবু উৎলি অমস্তুং মতুং ইন্ননবা হোৎনৈ। (অরিংবা) কুইরবা সত্য ময়াম অমদা ঐনা অনৌবা মঙাল অমা পিননবা ঐনা শোয়দনা তৌই।

ঐনা অনৌবা নীতিশিং পুথোক্তে, তৌইগুম্বস্তুং অরিবা নীতিশিংবু অমুকহন্না হায়দুনা (অর্থ তৌনবা) হোৎনরমই।

“গান্ধীজম” হায়বা অসিগুম্বা পোৎ অমত্তা লৈতে। ঐগী তুংদা ঐগী কাংলুপ হায়বা অমা লৈহৌবা ঐনা পামদে। অনৌবা নীতি নন্তরগা নিয়ম অমা হোৌদোকলে হায়বসি ঐনা হায়দে। ঐনা ঐগীত ওইবা লম্বী ঐখোইগী পুন্সি অমস্তুং সমস্যাশিংদা লোইবা নাইদবা অচুম্বশিংবু শিজিন্নবা ইচম চম্না ঐনা হোৎনরম্বদনি।

জগৎপু তম্বিনবা অনৌবা করিস্ত ঐগী লৈতে। সত্য অমস্তুং অহিংসা হায়বসি চীংশাং লৈরিবসিগুম্না কুইরবা লিরবনি। ঐনা হেক তৌরিবা হায়ববু, ঐনা হেক ভম্বমথৈ পাকথোকপা য়াগা চাংদা অনি অসিবু চাংয়েং তৌননবা হোৎনবা হায়বসিনি। মসি তৌবদা ঐনা মরক মরক্তা লানলি অমস্তুং ঐগী অরানবা অসিদগী তমহৌই। অস্তুমনা পুন্সি অমস্তুং মসিগী সমস্যাশিং অসি সত্য অমস্তুং অহিংসা অভ্যাস তৌবদা ঐঙোন্দদি চাংয়েং ময়াম অমা ওইরে।

ঐগী হুংগী জ্ঞান্দি ঐ অচুম্বদি ওই অতুগা অহিংসক অমদি ওইদে। জৈনগী মুণি অমনা মতম অমদা চুম্না হায়রমই, মতুদি

ঐনা সত্য পাম্বগুম্না অহিংসাদি পামদে, অদুগা ঐনা সত্যনা অহানবা মফমদা অদুগা অহিংসাবুনা অনিশুবা মফমদা থমই। মরমদি মহাক্না হায়বগুম্না, সত্যগী দমক্তা অহিংসা থাদোকপা ওম্বগী শক্তি ঐডোন্দা লৈৱমই। অওইবমক্তি ঐনা অচুম্বা থীবা মতমদা অহিংসা অসি থেংনরক্তুনা নৌনা পুথোক্লম্বনি।

গান্ধীগী ওইবা মচু হায়বদু ঐ ইশামক করিনো হায়বা থংদে। না ( হান্নবা লম্বী ) য়েক্তবা সমুদ্রদা হিহোল্লিবনি। ঐনা তৌত্তুনা ৱারকথোল তাব তাবনি।

"গান্ধী-য়াইট্" হায়বা মীং অসি লৈবদ মমল লৈতবনি। অদু নত্তনা "অহিংসা য়াইট" ওইদ্রিব করিগীনো? মরমদি গান্ধী হায়বসিদি অফবগা ফত্তবগা, অশোনবগা পাঙ্গলগা, হিংসাগা-অহিংসাগা য়ানশিন্নবনি অদুগা অহিংসা হায়বসিদি তোংন-য়াম্নদ্রবনি।

গান্ধীগী ফীদম অমসুং মাত্তবু শন্দোকনবা উপায়শিং হায়না কৌবা ৱাফম অদুদা ঐ হৌজিক লাকলগে। সত্য অমসুং অহিংসা হায়বসি শন্দোকপদি থবক ওইনা তৌত্তুনা পুন্সি লেনবদগী লাইরিকনা শন্দোকপনা ৱাংলি। অচুম্ব ওইনা ( তৌত্তুনা ) পুন্সি লেনবা হায়বসি লাইরিক্তগী য়াম্না হেনবনি।

ঐগী পাওতাক পুম্বা তৌদবসু য়াবা ৱারোল অমদি লৈবনি। মাগী বুদ্ধি অমসুং থম্মোইদা মাসি চংদ্রবদি কনাগুম্বনা মাসি তুংইল্লুবগী দরকার লৈতে। ঐগী পাওতাকনা মরম ওইত্তুনা মুংগী অশেংবা থৌইনশিন অমা লৈৱবা মীওই কনাগুম্ব অমবু মাসিগী তুংইনবদগী হিংবা তৌরোইদবনি। ৱাহৈ অমরোমদনা, মাসি মুংগী থৌইনশিন

মশক খংড্রিবা অমসুং ঐগী হেন্না মুল্লবা অভিজ্ঞতা অমসুং ফীরেপকী অমুনবা মওংদ থাজবা লৈবা মীওইশিং অতুদা শিজিন্নগদবনি।

অয়ানবগীদমক্তা লেপ্পা তারবদি "গান্ধীজম" হায়বতু মংখিবা ওইরসগু। সত্য অমসুং অহিংসা হায়বসিদি কদৌঙৈদসু মাংলরোই-দবনি, তৌইগুম্বসুং গান্ধীজম হায়বসিনা কাংলুপ নাইবগী মওং লৈরবদি, মসি মাংহনখিবদা মতিক চায়রবনি। ঐনা শিরবা তুংদা, ঐনা লেপ্লম্বা ফীরেপ অতু কাংলুপ নাইবা মও দা লৈখা তারে হায়বসি খংলবদি ঐহাক মুংথিংনা য়াবা হায়বতু ওইরগনি........

মহাক গান্ধীগী তুংইনবনি হায়বসি কনামত্তনা হায়দবা ওইসনু। ঐনা ঐগী তুংইনজবা ওইগদবনি হায়বসি মতিক ওকচরবনি। ঐ অসি ঐ ইশাগী কয়া য়াম্না মতিক চাদবা তুংইনবনো হায়ব স ঐনা খংই, মরমদি ঐনা থাজজবগী ঐনা লেপালবা ফীরেপ অসি ঁ তুংইন্না হিংতুনা লৈবা ঙমদে। নখোই ময়ামসি তুংইনবা নত্তে, অতুপা তম্মিন্নবশিং, সহ-যাত্রিকশিং থিমিন্নবশিং, থবক নোমিন্নবশিং ওাক্তনি।

"গান্ধী-য়াইট" হায়বা অমা লৈরবদি মাতু ঐ শোয়দনা ওই-গদবনি। অতুম ওইনমক, ঐনা খল্লি, মাতুদি : ঐনা অসিগুম্বা নাপল অসি লৈতনবা মতিক চানা নোল্লুকপা ওই। "গান্ধী-য়াইট" হায়বদি গান্ধীবু পূজা তৌবা মী হায়বনি। পূজা তৌনবা ঈশ্বর অমদি লৈগদবনি। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা দাবী অসি পুশিন্দুনা ঐনা ইশাগী ওইবা নাপল অসি কদৌঙৈদা তৌদে। মরম অসিনা ঐগী ভক্ত হায়বা অমা লৈবা য়ারোই।

## য়াননবগী নিয়ম—

ইশাগী ( ওইজবা ) থাদোকপগী থাইনগী নিয়ম অসি ঐনা ভারতকী মফমদা থমননবা থৌরাং তৌরে। মরমদি সত্যাগ্রহ অমসুং মন্ডোন্দগী থোরকপশিং, তিন্ন-তোংনদবা, আইন থীংবা হায়বসি য়াননবা নিয়মগী অনৌবা মশিং নত্তবা অতৈ করিসু নত্তে।

হিংসাগী মরক্তা অহিংসাগী নিয়ম পুথোকপিরম্বা ঋষিশংসিনা নিউটন্দগী হেন্না চাওবা লাইপোক ওইরম্বনি। ওয়েলিংটন্দগী হেন্না চাওবা লান্মী মখোইশিংসিনা ওইবম্বনি। খুংলাই শিজিন্নবসি মখোই মশামক্না থংলহুনা খুংলাইশিংগী কান্নদবা মওং অসিসু মখোইনা থংলমই, অমসুং চোকথরবা জগৎ অমবু মখোইগী অবান-থৌরাংদি অহিংসাদনি হিংসাদ নত্তে হায়বসি তম্বীরমই।

অহিংসাগী অহিংবা অবস্থা হায়বদি খংনা খংনা য়াজববুনি। মাসিনা ফত্তবা তৌবা মী অমগী অনিংবদা তোন্না চংজবা হায়বা নত্তে, অদুগা ওৎ-নৈবা মীওই অমগী মায়য়েক্তা কনাগুম্ব অমগী আত্মা পুম্বাবু থম্বা হায়বনি। জীব ওইবগী নিয়ম অসিগী মথাদা অম্বমনা থবক তৌহনা কনাগুম্ব মীওই অমত্তনা চুমদবা সম্রাজ্য অমগী শক্তি পুম্বাবু মাগী ইকাইথুমনবা, ধর্ম্ম আত্মাবু কন্ননবা শিনবা হায়বসি ওইথোকপনি, অমসুং সম্রাজ্য অদুগী লৈখা তাননবগী নত্তগা মাং-থরকনবগী য়ুম্ফম থোনবা ওইথোকই।

## ভারতকী থৌদাং—

অদুগা মরম অসিনা শোল্লি হায়বগী মরমনা ঐনা ভারতকী-দমক অহিংসা সাধনা তৌননবা হায়বা নত্তে। মাহাকী মরু

অমসুং শক্তিবু মশক খংনা খংনা মগাকনা অহিংসা অভ্যাস তৌবা পামই। মহাকী মপাঙ্গল মশক খংননবগীদমক খুৎসু-খুৎলাই তম্বগী দরকার লৈতে। ঐখোই মাহু দরকার পৈ হায়না খনবগুম তৌই; মরমদি ঐখোই অসি তোংশা মতুম অমনি হায়না ঐখোইনা খনবগুম তৌই।

ঐনা মাগী মাংবা ঙমলরোইদবা আত্মা অমা লৈ অমসুং মাহুনা হকচাংগী অশোনবাবু জয় তৌহনা হৌগৎপা ঙমই অমসুং জগৎ পুম্নমকী অপুনবা হকচাবু শিংনবা ঙমই হায়না ভারতনা খংবা পামই।

ঐনা নাপল য'ওদনা অমসুং মতিকচাবা নে'ল্লুকপগা লোইননা মসুম হায়দোকপা ঙমলবদি ঐগী পাওজেল অমসুং থৌরাংশিংসি মখোইগী মরুদদি অওইবমক পৃথিবী পুম্বগীনি অমসুং যাম্না রামলবা অমসুং সুংতিগী চাওখৎলকলিবা নোংচুপকী মুপা মুপীশিংগী থম্মোইদা অওকপা পাওখুম অমা হান্না ফংখিবমলে হায়বসি খংবদ মাসিনা ঐঙোন্দা য়ৌনা সুংঙাইবা অপেনবা অমা পোকই।

## মাগী মচিন মনাও ওইবগী মওং—

ঐগী ইথৌদি ভারতবর্ষীগী ইচম চমনা মচিন মনাও ওইবগী মওংবুতা নত্তে। ঙসি ঐগী মতম অমসুং পুন্সি পুম্ববু থবক অসিদা য়েৎশিন্দুনা চিংনবা লৈতনা লৈরবসু ঐগী ইথৌদি ভারতনা ইচম চম্না নিংতম্বাবুতা নত্তে। ভারতনা নিংতম্বা ফংবগী মাধ্যমদা ঐনা মীওইবগী মচিন মনাও ওইবগী থবক অসি অতুম চৎথনবা অমসুং থবক মহৈ যাম্নবা ঐনা মিংই।

ঐগী মরৈবাক নিংবদি ইতোপ তোপ্পা পোৎ অমা নত্তে। মাদি পুম্নমকপু কোনবনি অমস্নুং অতোপ্পা জাতিশিং ওৎনৈবা অমস্নুং অরাবগী মথক্তা তোংখৎপা মরৈবাক নিংবা অত্তুদি ঐনা ককথৎখিগনি। পাকনা চাওনা মীওইবগী থ্বাইদগী পাকনা ফননবগা লোইননা চিংথহোৱা লৈতনা রাফম খুদিংদা মতম চুপ্পদা চান্নত্রবদি ঐগী মরৈপাক নিংবগী কল্পনাদি করিস্নু ওইদে।

অসিদস্নু নত্তনা, তৌইগুম্বস্নুং ঐগী ধর্ম্ম অমস্নুং ধর্ম্মদগী লৌথো-রকপা মরৈপাকনিংবা পুম্নমকসি পুন্সিগী থবক পুম্নমকপু কানশিল্লি। ঐনা ইচম চম্না মী কৌবা জীবগা অমত্ত ওইবা নত্রগা মচিন মনাও ওইবা পাম্বদ নত্তনা ঐনা লৈপাক্তা শিংতুনা চৎপা জীবশিংগস্নু অত্তুগা থরাই পানবা পুম্বগা অমত্ত ওইবা পামই। মরমদি ঐখোই-পুম্ব অমত্ত ওইবা ঈশ্বরদগী থোরকপনি হায়না ঐখোইনা হায়নৈ। মসি ওইবনা, করিগুম্বা মথলগী মওং অমা ওইনা লৈরিবা থরই-পানবা পুম্বসি মকদদি অমত্তনি। ঐগী পুন্সিগী থৌরমদা অত্তুগুম্বা স্নুং য়াওনা থাজবা লৈ, মসিনা থবক পাংলবদি, পাংস্নু পাংগদৌরিবনি, মত্তুদি ঐগী আন্দোলন অসি পৃথিবীগী মীপুম্বা মপুম অমগী শরুকশিং ওইনা, অমগা অমগা য়েক্নবা নত্তনা, পুন্সিন্নবা থৌরাং ওইনা শিন-বনি হায়বসি ইতিহাসনা ইত্তুনা থমগনি।

## হিংসা য়াওদবা লম্বী —

ঐগী অনিংবদি গুমথৈ লৈ। ঈশ্বরনা পৃথিবীসিবু অহিংসাগী লম্বীদ লমজিংনবা পাঙ্গলহু ঐঙোন্দা পীবিরম্নদে। তৌইগুম্বস্নুং ঐনা পুক্নিংনা নিংলে মত্তুদি মহাত্মা ঐবু ভারত্তা মাগী ফত্তব লৈরিবশিংবু

থেংনবা অহিংসাবু উৎননবগীদমক ঐবু মাগী খুৎলাই অমগুম্বা খনবিরে।
হাম্বনা চাওখৎ খোংথাং ফংব্রিবসি চাওব্রে। তৌইগুম্বস্নুং অমুক য়াম্না হেন্না ভৌগদবস্নু লৈরি।

জগৎ অসি ঙসিদগী নমথাক অমস্নুং চুমদবনা থুমহৎলি। অসি-গুম্বা অবস্থা অসিদা ঐনা পাঙ্গল লৈতবা ভাবক অমা ওইনা কমত্নুনা লৈবা ঙমদে। .........ঐনা ঙসি তুমিন্না অমস্নুং থৎক তৌদনা ফমলবদি, মহাক্না ঐভোন্দা পিবিরম্বা লনগৈ অত্নু, জগৎপুম্বা কুপ-শিন্নকলিবা মৈয়ী মরক্তা, শিজিন্নদবগীদমক ঈশ্বরনা ঐবু চৈরগনি। ঐনা ঐগী লনাইগী ওইৰা থাজবা অত্নু অতোপ্পশিংদা হাপচিনবা ঙমদে, জাতিগী লোইশং অমদদি অমুকস্নু হেন্না কদৌৈঙেদস্নু ঙমদবনি। তৌইগুম্বস্নুং ঐনা মাত্নুগী ফজবা অমস্নুং কান্নবদি জাতি অসিদ থাজহন-নবা হোৎনবদি শোয়দনা ঙমই। ঐনা ভৌনিংবদ তৌবদগী, শোয়দনা ফত্রে অমস্নুং মংলে হায়বা লৈত্রিবা অতোপ্পা পাম্বৈনা দেশগী চাওখৎ খোংথাংগী লম্বীদ ঐনা অপনবা পিরবদ মত্নুনা খুদোং থীবা ওইরমগনি খুদম ওইনা. ঐনা ঐ ইতোম্মতা ওইরবস্নু থাঙ্গেশেংবা হিংসাগী থৌরাং মায়য়োক্তদি হৌগৎকদবনি। তৌইগুম্বস্নুং ঐনা মসিস্নু য়াই মত্নুদি মহাক্না নিংলিবদি, থাঙ্গেশেংবা হিংসানস্নু মাগী নিংতম্বা ফংননবগী লানথেংনবা জাতি অসিগী অধিকার লৈ। মতম অত্নুদদি লম্বী শেরন্ননা চৎপ্রবদি ঐগী ইমাদস্নু ঐগী চাওখোকনিঙাই লৈতবগুম, ঐগী পোকনফম লম ওইরবদস্নু ভারত অসি ঐগী মুংশিজবা লমদম হায়বত্নুদি ওইবা লেপলে।

জগৎপুম্বদা অহিংসা প্রচার তৌননবা ঐগী শক্তি লৈতে। মরম অসিনা ঐনা ঐখোয়গী নিংতম্বা ফংননবগী থৌরমতদা চেকশিন্না

অককনবা প্রচার তৌই। মরম অসিনা ওইবা য়াবা মতাং অমগা অহিংসাগী পাম্বনা অন্তর্জাতিগী সম্বন্ধগী আইন শন্নোকপদা শিজিন্নে। ঐনা জগৎকী অহিংসা প্রচার তৌবা ওন্নগী মমাংদা, ঐগী অপাম্বা পুমৈল লৈরোইদবনি, ঐ পাপ পুমতৌ তৌরোইদবনি।

ঐনা জগৎকী ওইনা অহিংসাগী য়াদি ভাংই অতুগা ঐগী চাং-য়েংদি ভারতকী মতুংদদা তৌবনি। মসিনা থবক মহৈ য়াল্লবদি জগৎনা করিসু হোৎনরুবা তৌদনা অতুম লৌনখিনি। অতুম ওইনমক অচৌবা "তৌইগুম্বসুং" অমদি লৈ। থাং থাং অসিনা ঐবু করিসু য়াহন্দে। থিংগাইবা য়'দ্রবা অমম্বগী মরক্তা ঐগী থাজবদি খ্'ইদগী হেন্না লংনা লৈ।

করিগুম্বা অমা নত্রগা অমা ওইনা ঐনা ইউরোপ অমসুং অ'মেরিকা য়েংবা চৎপসি কি। ঐনা ঐগী দেশবাসীবু থাজবদগী হেন্না অসিগুম্বা অচৌবা মহাদেশ অসিবু থাজদবদগী নত্তে, ঐ ইশান ইশাবু থাজদবদগীনি। ঐনা নোংচুপলোমদা হকচাং ফহননবগী নত্রগা লম য়েংনবগীদমক চৎপা পামদে। ঐনা ময়ামদা য়া ভাংনবগীসু চৎপা পামদে। ঐবু (নোংশাগুম্না) চাওহনবসু হন্দোইজে।

ময়ামদা শকউৎপা অমসুং ময়ামদা য়া ভাংবদা চংগদবা তমথীরবা অখাংবগী অয়াবড় ঐগী হকচাংনা পুবা ওমখিগত্রা হায়বসিসু ঐনা ওক্লা থোকলি।

ঈশ্বরনা ঐবু করিগুম্বা নোংচুপলোমদা থাখিরবদি, ঐনা অচুম্বা গীদি নত্তনা করিগুম্বা মমল অমদা শান্তি পামলিবা মীওই ঐগী য়াম্না নকুবা মরী লৈনবা থরাই পানবশিংগা উম্নবগী খুনোংচাবা ফংননবা নোংচুপলোমগী মহারে জশিংগা চিকনা য়ারী য়াতাই তৌনবা, মীয়ামগী থন্মোইদা চংশিন্নবগীদমক ঐনা মকম অমদা চৎলামগনবনি।

অহুগা ঐনা খনবদদি হৌঙ্কিক ফাওবদদি নোংচুপলোমদা ইশাগী ওইনা পিননবা পাওজেল অমত্তা লৈত্রি। ঐনা খাঙ্গে ঐগী পাও-জেলদি জগৎ পুম্বগী ওইগনি অহুনা হৌজিক ফাওবদা ঐনা অনুভব তৌই মহুদি ঐনা ঐগী দেশতা তৌরিবা থবক অসিনা খ্বাইদগী কনা পাওজেল পীবা ঙমগনি। ভারত্তা উৎথোকপা য়াবা থবক্কী মহৈ ফংলবদি পাওজেল পীবহু মপুং ফারে। ঐনা খাজ্জরবস্তু, ভারত্তা ঐগী পাওজেল অসি কান্নবা লৈত্রে হায়না ঐনা রায় তারবদি ঐনা অতোপ্পা মফম অমদা ঐবু ত'বিননবা থীরুবগী করিস্তু তৌবরোই। পুন্নমক্কী অপেনবা মওংদা ঐনা উৎপা ঙমদ্রবস্তু, ভারতকী মপান্দা ঐনা হোৎনরুবা তারবদি য়াম্না তপ্পা ওইরবস্তু, ভারতনা পাওজেল অসি তারি, অসিগুম্বা খাজ্জবসি লৈবদগী ঐনা তৌবা তারমই।

ঐনা ফত্তবসি অমত্ত তৌদ্রবা অমস্তুং অয়াকপা নল্লগা অশাবা হায়বহু মতম থরদংগী ওইরবস্তু লৈত্রবা মতমদা ঐগী রাখলগী জগৎ অসিনা মতমহুদা, মতম অহু য়ৌদ্রিবা ফাওবদি ওইবোই, জগৎপুম্বগী খম্মোই অসিবু লেংহনগনি।

ঐগুম্বা কোটি ময়াম্না মথোয়গী মপুঙ্গিদা অচুম্বগী প্রমাণ তৌবা ঙমদবা য়াই, মহু মথোইগী থবক শোযজবনি, লোইবা নাইবা নিয়ম অহুদগী কদৌঙৈদা ওইথোক্কে।

---

## ৫ঃ নুংগী খোঞ্জেল—

পোৎ খরদি মপান্দগী প্রমাণ অমুক দরকার, ওইদ্রবা মতম মতমদা ওই। ঐখোইগী হুংদা লৈবা অপিকপা খোঞ্জেল অমুনা ঐখোইদা হায়—"নহাক অচুম্বা লম্বীদা লৈরি, নংগী য়েং নত্রগা ওইদা লেংখোক্লসু, অদুগা অখুবা চুমদ্রিং চুম্বা লম্বী অদুদা অদুমক লেপ্পু।"

নংনা নংগী খ্বাইদগী চাম্নবা মকপ অদুগা চৎমিন্নবা ওমদ্রবসু নংনা শোয়দনা থৎক অদু তৌবা তাবা মতম নুংগী পুন্সিদা য়াওই। করিগুম্বা ইথৌ তৌবদা য়েৎনবা অমা য়াওরবদি নংগী নুংগী "অপিকপা নামিবা খোঞ্জেল" অদুনা নংগী অরোইবা রায়েল মপু হায়বদু মতম চুপ্পদা শেয়দনা ওইগনি।

ইশাবু শেংদোকচবগী অতং-অথম লৈতনা হোৎনজবনা চুম্না অমসুং শেংনা নুংগী 'অপিকপা নামিবা খোঞ্জেল" অদু তাবা ওম্বগী শক্তি খর ঐশোন্দা লৈরে (বিকাশ তৌরে)।

ঐনা অপিকপা নামিবা নুংগী খোঞ্জেলসি মচিন মেল্লুবা থুদক অদুদা ঐহাক্না ক'ন্নবসি মাংপ্রগনি।

ঐগী তঃস্যাশিং অসি (থরাই পান্দবা) খুৎলাইগী থবকশিং নত্তে। নুংগী খোঞ্জেল অদুগী য়'থং ইন্দুনা তৌবা ওাক্কনি।

### শেরাম্নগা লৈ হায়জিনবা য়াদে—

লৈবদি লৈতনা নুংগী খোঞ্জেলগী খোইনশিন্দগী নত্রগা লাইগী খোদা অমগী মথাদা থবক তৌরিবনি হায়না হায়জিন্দুনা থবক তৌবা

মীওই অমত্তুদি, পৃথিবীগী নিংথৌ অমগী শক্তি লৈদি লৈতনা লৈ হায়জিন্দুনা থবক তৌবদগী হেন্না ফত্তবা থেংনগনি। অকোনবগী অসিনা মাগী হকচাংদা শোক-পনবা খর তৌরগা নাম্বোকখিগনি অদুগা অহানবগীসিদি মহাক্কী হকচাং অমসুং আত্মা পুন্না মাংখিবা য়াই।

থৌজাল হৈবা সমালোচকশিংনা ঐবু মিনমই হায়নদি হায়দে, তৌইগুম্বসুং ঐ অসি করিগুম্বা মংগী ওইবা য়াথল অমগী মখাদা য়াম্না ওইথোকপা য়াবগী মনুংদা থবক তৌরি হায়না ঐঙোন্দা খংহনলি। অদু ওইরবদসু ঐঙোন্দা পিরিবা মহৈ অসিদি ঐনা হায়জিনবা ওইবদগী থোকদবা মওংদগী য়াম্না লাপ্না থেন্নবা নত্তে। নোল্লুকনা থিজবা মীওই অমা ওইনা খ্বাইদগী হেন্না চোকশিনবা, পুক্নিংগী চাং কাইদনা থম্বা, ঈশ্বরনা মহাকপু লমজিংব্রিবগী মমাংদা মহাক মশাবু করিসু লৈত্রবা শুন্য অমা ওইহনবা দরকার লৈরবনি। য়াফম অসিদা ঐ অমুক য়াজরদসনু।

মংগী ওইবা শক্তম উবগী য়াফম লৈতে। অনিংবা লৈবা মফমদা ফংবসু মতিকচানা লাইরবা, অমসুং খংনবদসু চুম্না ইচম চম্বা, অদুগা দরকার লৈবা গুণশিং ফংননবগী অথাংকনবা অমসুং ( ইচ্ছ ) অনিংবদু লৈরবদি পুন্নমক্না অসুমনা চাংয়েংনবা ইচম চম্বা বৈজ্ঞানিক অচুম্বদুসু ঐনা হায়গ্রবনি। নখোইনা নশাবু নত্তনা কনাগুম্বা মীওই অমদসু থাজরোইদবনি। নখোইনা "ফুংগী খোঞ্জেলবু" তাননবা শোইদনা হোংনগদবনি, তৌইগুম্বসুং "ফুংগী খোঞ্জেল" হায়না ফোংদোকনিংদ্রবসু নখোইনা শোয়দনা হায়বা ইল্লগদবা "যুক্তিগী পাওতাক" হায়না কৌবসু য়াই, অদুগা নখোইনা ঈশ্বর হায়না লৌনিংদ্রবসু, মমৈথ'দদি ঈশ্বরনি হায়না প্রমাণ তৌরগদবা অতোপ্পা পোং থরদি লৌরয়গনি

হায়বসিদা ঐনা চিংনবা লৈতে, মরমদি লাইবক করনা, জগৎ অসিদা ঈশ্বর নত্তবা কনা অমত্তা লৈতে অমসুং অতোপ্পা করিগুম্বা অমত্তা সুকলে লৈতে।

ঐনা অসিসু য়ারি মাহুদি ( মুংগী ) থৌইনশিন্মু লৈবা, মুংগী থৌইনশিনগী পাওতাক্তা থবক তৌই হায়না হ'য়বসি মী খুদিংদা ওইদে। অতোপ্পা গুণ খুদিংগুম্বা মুংগী অপিকপা নামিবা খোঞ্জেল তাননবগী গুণ অসি মাংজোননা হোৎনবা অমসুং তম্বা দরকার লৈ। অতে অতোপ্পা গুণ লৈননবা হোৎনবদগী হেন্না লুই। ( গুণসি ) লৈ হায়না হায়রিবা লিশিং লিশিংগী মরক্তা মীওই থরতগী দাবীনা অচুম্বা ওই। চিংনবা য়াবা দাবীদারশিংসি অসিবু খাংহনা লৈননবগী খুদোংথীবা থেংনবা হায়বশিসু য়াম্না ফজনা মমল লৈ।

ঐনা খংবদি কনাগুম্বা থরদা মুংগী খোঞ্জেলনা ৱাঙাংবসি ওই-থোকপগী মরীদা কনাগুম্বা অমত্তনা ৱাহং হংদে, অদুগা মুংগী খোঞ্জেলগী থোদা মতুংইন্না কনাগুম্ব মীওই অমনা ৱা ঙাংই থবক তৌই, হায়না তৌবা দাবী অদুগী অচুম্বা ওইরবদি, মাদু জগৎ অসিগী অতোংবনি। অসিগুম্বা ৱাকম অসি ময়াম অমনা দাবী তৌবা য়াই তৌইগুম্বসুং পুম্নমক অদু চুমই মচাক লৈ হায়বা ঙমলোই। অরানবা দাবীদারশিং অদু খিংননবগীদমক দাবীসি নমশিনবসু ঙমলোই অমসুং নমশিন্নবসু তৌরোইদবনি।

মুংগী খোঞ্জেল তারবা মী ময়াম অমা লৈবদা খুদোংথীবা করিসু লৈতে। তৌইগুম্বসুং লাইবকথীবনি, শাশিননবগী হিদাক্তি লৈতে। ময়াম অমনা তৌশিননরকনি হায়হনা ধর্ম্মবুদি নমশিনলোইদবনি। জগৎ অসিদা মুংগী খোঞ্জেলগী মতুংইন্না ৱা ঙাংবা মীওইশিং মতম চুপ্পা

থেংনৈ। মখোইগী মতম খর লৈরম্বা থবকশিং অদুনা ওসি কাওবদা জগৎকী অমাংবা করিস্থু ওইদে।

কনাগুম্বা মীওই অমনা খোঞ্জেল অদু তাবা ওমগ্রিথৈগী মমাংদা মীওই অদুনা শাংলবা অমসুং ফজনা কল্লবা অভ্যাসকী পারা অমা ওম্বা তাবনি, অদুগা ওাংলকলিবা অদুনা মুংগী খোঞ্জেল ওইরবদি মাদু অরানবা ওইগ্রবনি। জগৎ অসিবু মতমপুম্বা শোইদনা পংহল্লুনা থম্বা ওমদে। মরম অসিনা ঐগুম্বা অচম্বা মীওই অমবু নমশিন-ছোদ্রে হায়বগী মরমদগী কাংখোং চাইবগী খুদোংথীবদু করিস্থু লৈতে অমসুং মহাক্না খোঞ্জেল অদু তারে হায়না থাজরবা মতমদা মুংগী খোঞ্জেলগী প্রমাণ্যতা অদু থোনা ফনা দাবী তৌরকনি।

ঈশ্বরগী খোঞ্জেল তানবা ঐগী দাবী অসি অনৌবা দাবী নত্তে। লাইবকথীবনা, মহৈদা য়েংবা নত্তনা ঐগী দাবী অসি প্রমাণ তৌননবা থংই হায়বগী লম্বী লৈতে। মহাক্কী ওইবা থরাইপানবশিংনা প্রমাণ তৌননবা পোৎশক অমা মশানা মশাবু ওইহনলবদি ঈশ্বর অসি ঈশ্বর ওইররোই। তৌইগুম্বসুং খ্বাইদগী তমথীরবা চাংয়েং লাম্বোক্লুনা চৎ-ননবগী শক্তিদি ইচ্ছা তৌবা মহাক্কী মনাইদদি শোয়দন পিবি।

শতাব্দী তম্মাই অমদগী হেন্না অসিগুম্বা চাংয়েংগল্লবা মপুসিগী মশাবা য়াজরবা মনাই ঐনা ওইদুনা লৈরক্লিবনি। চহিনা অসুম হৌগ্র-হৌগ্রগা মাগী খোঞ্জেলসি হেন্না হেন্না তাথৎলক্লি। মহাক্না ঐগী খ্বাইদগী মমগ্রবা মতম অতুদা ফত্তবা ঐবু কদৌথৈদসু থাদোক-পীদে। মহাক্না ঐবু তোইনা ইশাগী মায়োক্ত অনৌব অমসুং নিং-তমগী খুদম অমা ফাওবা ঐগীদমক থম্বীরমদে। মতোন্দ চাং অদুক মতিক য়াম্না চংজরিবমথৈ ঐগী মুংঙাইবা চাংসু অদুক ফেনগৎলি।

## ঈশ্বরগী খোঞ্জেল —

“নমিবা-অপিকপা খোঞ্জেল”, মত্রগনা থুংগী খোঞ্জেল নত্রগা অচুম্বগী, বিবেকী ঈশ্বরগী খোঞ্জেল হায়বসি ঐত্তোন্দদি অমত্ত ওইবা পোৎশক্নি। ঐনা মওং নাইবা অমত্ত উরমদে। ঐনা হোৎস্নু হোৎন-রমদে মরমদি ঐনা ঈশ্বর হায়বসি মওং লৈতবনি হায়না মতমচুপ্পদ থাজে। তৌইগুম্বস্নুং ঐনা ভাগ্রিবা অসিদি অরাপ্প অত্থুগা অম্রুক য়াম্না নকপগী খোঞ্জেলগুম্বনি। মসি শোয়বা তৌদনা কনাগুম্ব মীওই অমগী খোঞ্জেলনা ঐত্তোন্দা শোয়দনা ভাংবনি, অত্থুগা থিংবা য়াবস্নু ওইদবনি। ঐনা খোঞ্জেলস্থু তাব মতমদা ঐ মংস্নু মংলমদে। ঐগী থুংদা অকনবা লাম্থেংনবা অমনা খোঞ্জেল অসি ভাবগী মাংওইনবা খৌদোকনি। থংহৌদনা খোঞ্জেল অসিনা ঐত্তোন্দা লাকলমই। ঐনা ভারমই, খোঞ্জেলনি শোয়দ্রে হায়না ঐনা লেপলমই অত্থুদগীদি ঐগী লাম্থেংনবস্থু তোকদ্রে। ঐ চিক্না লৈতারে। মাত্থুগী মতুংইন্না ঐগী ফীরেপ লৌরে, চরা হেনবগী পুং অমস্নুং ভারিখ লেপথিরমই।

মসি ঐগী ইশাগী শারবা ভাবনাগী খোম্থাং নত্তে অমস্নুং ঐনা ভাখিরম্বা খোঞ্জেল অত্থু অচুম্বমক্নি হায়বগী শাংথবা প্রমাণ পীবা ঙম্মত্রা? চিংনগনবা মীওইদা থাজহন্নবা শাংথবা প্রমাণ লৈতে। মসি পুম্বা ইশাবু নমথাক তৌবা নত্রগা মংত্রংগুম্ব উবনি হায়না মহাক্না হায়নিংঙদা হায়বা ওাই। মসি মত্থুস্নু ফজনা ওইবা য়াই। মত্থুগী ওম্ন তৈনবদা ঐনা প্রমাণ পীবা ঙমদে। তৌইগুম্বস্নুং ঐনা মসিদি হায়বা ঙমই। মত্থুদি ঐগী মাইয়োক্ত জগৎপুম্বগী অমত্ত ওইবা রায়নস্নু, ঐবু ঐনা ভাথিবা অত্থু ঈশ্বরগী খোঞ্জেল অশেংবনি হায়না ঐনা থাজরিবা সিদগী ঐবু লেংহনবা ঙমলমলরোই।

তৌইগুম্বস্তুং খরনা খল্লি মতুদি ঈশ্বর হায়বা মখাসিমক ঐখোই ঐখোইগী ভাবনাদা শাগৎপনি। মীংল্লেং অতুনা চুম্বা তারবদি, অম্বু ওইরবদি অওইবা হায়বা পোৎ অমা লৈত্রে, খুদিংমক ঐখোয়গী ভাবনাগী ভাক্ত ওইরে। অতুগুম্না ওইরবস্তু, ঐগী ভাবনানা ঐঙোন্দা মপুং ওইরিঙৈদা মাগী মরাই অতুগী মখাদতা ঐনা খবক তৌবা ঙম্বনি। খ্বাইদগী হেন্না অওইবনি হায়বা পোৎশক অতুস্ত্র মরী শমনবা অমা ওইনদি অসি মঙাই। খোঙ্জেল অসি, ঐগীদমক্তি ঐনা লৈরিবসিদগী হেন্না অওইবা ওই।

মসি ঐঙোন্দদি কদৌঙৈদস্তু শোয়ত্রবনি, নত্রগা অসিগুম্বগীদমক্তি অতৈ অতোপ্প মীওইদস্তু অসি মঙাইবনি। অতুগা ইচ্ছা তৌবা কনাগুম্বনা খোঙ্জেলসি তাবা ঙমই। মসি মীওই খুদিংগী লুংদা লৈ। তৌইগুম্বস্তুং অতোপ্প পোৎ খুদিংগুম্না মসিগীদমক মাংজোননা অমস্তুং শোয়দনা শেমশাবা দরকার লৈ।

লাল্লা নত্রগা চুম্না ঐনা খংই মতুদি খোকপা য়াবা অরুবা খুদিংদা ঈশ্বরগী মতেং নত্তনা সত্যাগ্রহী অমা ওইনা অতোপ্প পাম্বৈ অমা লৈতে। অতুগা ঐগী হায়ভমত্রবা খবক মাল্লিবশিংসি লুংশী খোইনশিন অমদগী শোয়দনা ওইবনি হায়বসিদি ঐনা খাজহনবা পামই।

মসি ঐগী শারবা ভাবনাগী পোৎখোক ওইবা য়াই মসি ঙহরবদস্তু হৌজিক চহি য়াথৌ মঙারোমদগী হেন্না শাংলবা ঐগী কাথন কাথন মাইরবা পুন্সিসিদা ঐগী খবক তৌরক্লবা মরমনা ঐগী ভাবনা অম্বু মমল লৈনা ঐনা লৌই, মরমদি ঐনা চহি ঙরামঙা ওজিঙৈদা ঈশ্বরদা জ্ঞানভানা নির্ভর তৌবা হায়বসি তমলকলবনি।

# ৬ : ঐগী উপবাস (চরাহেনবা)

ঐগী ধর্ম্মনা ঐবু তম্বি মহুদি কনাগুম্ব অমনা কোকহনবা ওমদবা অরাবা তাবব মতমদা মীওই অহুনা চরা হেনগদবনি অমসুং লাই থুরমগদবনি ।

মখোই (চরাহেবা) অসি ঐনা হিংলিবলিগী শরুক অমনি। খুদমগী মশক ওইনা, ঐনা মিং য়াওদনা তৌবা ওম্বা অহুমুক্তমক ঐনা চরাহেনবা য়াওদনা থবক তৌবা ওমই। মীংনা মপ নগী জগৎ অসিগীদমক ওইবগুম মুংগী (জগৎ)কীদি চরাহেনবসিনা ওই ।

## হেন্না য়াংবা থৌদা —

চরাহেনবশিং অসিগী দায়ীদি ঐ নত্তে। ঐগী মুংঙাইনবগীদমক ঐনা চরাহেনবা নত্তে। মীংগীদমক ঐনা তোংশাবু অরাবা পিরোইদবনি। ঐনা অরানবগী অরাবহু অমসুং চরাহেনবগী মুংঙাইতবা অতৈ মরামশিং অহু হয়াওনা পুরবদমু ঐ য়াদে হায়রবসি কনামুহনা থব্দবা ওইসমু। করিগুম্বা হেন্না য়াংলবা শক্তি অমদগী পিশিনলকপা ওইবনা চরাহেনবশিংসি খাংঙহনি অহুপা অরাবসি খাঙ্বা ওবগী শক্তি অসিমু অহুগুম্বা হেন্না য়াংলবা শক্তি অহুদগী লাকপনি।

কনাগুম্বা মীওই অমগী থৌদাদগী ঐনা চরাহেনবা ওমলোই। (শিবা ফাওবা) চায়রাহেনবা হায়রবসি ইশাই লাইনা তৌবা ওবা নত্তে। মসি পুরুপ ওইনা তাবজানা খজরপদি পাকম থোক্তে। শাওবগী তৌবা য়াবা থবক নত্তে। অশাওবা হায়রবদি মতম থরদংগী ওইবা

অঙাওব অমনি   ময়ম অসিনা সুংগী নামিবা অপিকপা থোক্লেঙ অসি-
না থৌদারবা মতমদগ ঐনা চরাহেনবগী থবক শোয়দনা তৌদ-
নবা ওই।

## চরা হেনবা অমসুং লাই থুরুম্বা—

অশেংবা চরা হেনবনা পুক্লিং, হকচাং অমসুং থমাইবু শেংদোকই। মাসিনা তোংশাবু হাংতোকই অচুম্বা চাং অচু কাওবদি আম্মাবু লিংজবা ওইহনলি। থম্মোই শেংবা লাই থুরুম্বনা অঙকপা থবক তৌবা ঙমই। মাসিদি থর হেক্ল অমুকম্ভু শেংগৎলকবা আম্মাগী থৌরাংবনি। অসুম্না অশেংবা ফংলগা, মাহুবু অকবা ময়ম অমগীদমক শিজিন্নরব মত্তমদা লাই থুরুম্বা ওইরকই।

চরাহেনবা য়াওদবা লাইথুরুম্বা, অমসুং লাইথুরুম্বা য়াওদবা চরা হেনবা হায়বসি নৈতে হায়না ঐনা থাজে। মপুংফানা চরা পুমহেন হেনবা হায়বসি আম্মাবু মপুংফানা পুম্না য়াদববুনি। মাসিনা থাইদগী হেক্লা অচুম্বা লাই মথুরম হায়বহুনি। "ঐগী পুন্সিনি লৌবিরো, অমসুং মতম চুপ্পদ মসি পুম্নাসি নহাক্কী ( ঈশ্বরগী ) দমক ওইরসন্নু" হায়বসি চিন্ন নগীদা অমসুং অতোপ্পা অর্থ অম পুব মহায় ওইবা য়াদে, ওইফরোইদবনি। মাসি ( য়াম্না থৌনাফন অমসুং মুঙাইনা থজিক্কং ফাওবা থাকহৌবা নৈতনা পিথোকপা ( কথোকপা ) ওইগদবনি। চিঙ্গাক অমসুং ঊখিং কাওবসু থাদোকপা হায়বসি কংথোকপগী থাই-পিকপা শরুক্কী ইচম চমবা অহৌবা থবক ওইবনি।

## তোংশাবু জয় তৌবা—

কা হেক্লা করবা ওইত্রবসু ঈশ্বরগী থৌজালগী মহৈ অচু ওইত্রবদি উপবাস হায়বসি কায়দনা চাদবা হায়রুনি।

ঐনা খংই মাহুদি পুক্লিংগী মীৎয়েং হায়হুদি খুদিংমক ওইবনি। লাইশোন হায়বসিনা উচেক্কী মশাগী ওইজবা ইচম চম্বা থোনগী অনেম্ অৱাং অমতমক ওইবা য়াবগুম্না চয়া হেনবা হায়বসিস্থু মশানা ওইজবা ইচম চমনা তোংশাবু ওৎনৈবা অমা ওইবা য়াই.........। অদিনা মুংগী আম্মাবুদি শোকহনলোই ........।

ঐনা ইশাগী ওইনা মাসিমা ঐগী থাজবনি মাহুদি নংনা তোংশাবু জয় তৌবা ওম্বা চাং অহুক্কী মতিক আম্মাগী শক্তিস্থু চাওখৎলি।

তোংশানা কনাগুম্ব অমগী মীয়.য়াক্তা লান হৌরবদি তোংশাহুবু অৱাবা পীবা হায়বসি দরকার লৈ। তোংশাবু লাকশিন্দুনা থম্বা হায়বসিস্থু পাপ অমনি অমস্থুং মাসিবু সেবাগী খুৎলাই ওইনা শিজিন্নবস্থু ওমই। অতোপ্পা রাইদদি, তোংশাবু রাহনবনদি মুংগী ওইবা গুণ করিস্থু লৈতে।

তোংশানা পেনগদবহু পিদবদদি করিগুম্বা খর লৈ। তোংশাবু হাংতোকত্রিবা মখৈদি ঈশ্বরবু মায়য়ে কননা উনবা হায়বসি ওইথোক্তে। ঈশ্বরগী লাইশং অমা ওইনা মত্তোন্দা লৈরিবা পুম্বা তৌবা হায়বসিনা পোৎ অমনি; অহুগা তোংশাগী হুকচাং ওইনা মাগী ওইবা পোৎ পুম্ববু য়াদবা হায়বসিনা অতোপ্প অমনি।

ঐগী ইশাগী ওইবা থমথোংবা অভিজ্ঞতাদগী অমস্থুং (ঐগী) লোইনবা রাখল অফৈবা মীওইগী অভিজ্ঞতাদগীস্থু ঐনা চিংনবা লৈজনা হায়— (১) থোং হাম্বা য়াত্রবদি (২) থোং রাম্না হাম্মন্নবদি (৩) লাইকৌ হৌরবদি (৪) চাবা তুমত্রবদি (৫) কোক চিকলবদি (৬) লু-তোং চিকলবদি (৭) মুংশিংকী লাইনা লৈরবদি (৮) হুকচাং

থিংলবদি (৯) ইহৈ হৈনিংক্রবদি (১০) হেল্লা হল্লাওরবদি, চরা হেন্দু; অহুগা নংনা ডাক্তরগী পাওতাক অমসুং অশেম্মা হিদাকশিং দরকার লৈরোই।

নমত্তুনা চরা হেনবা—

য় থরুপা মপা অমগীদমক মচা অমনা চরা হেনবদৌনা মহাকপু শেমদোকননবগীদমক, ঐগী অধিকার অমা নমত্তুনা লৌননবগী নত্তনা সুংশিবা অমগীদমক চরা হেনবসি লৌখৎপা য়াই। ঐনা বোম্বেদা অত্তুগী মথংদা বরদোলীদা চরা হেনখিবত্তু অসিগুম্বা মখলনি। ঐবু সুংশিবশিং অত্তুবু শেমদোকননবগীদমক ঐনা চরা হেল্লমই। ঐনা ঐবু সুংশিদবদ নত্তনা, মহাক মশাসি ঐগী য়ৈকনবনি হায়না খনবা জেনেরেল ডাইয়ারগুম্বা অমগীদি শেমদোকননবা ঐনা চরা হেল্লোই।

চরাহেনবা হায়বসি অওইবমক নমত্তুনা থোকহনবা য়াই হায়বসি য়াদবা য়ারোই। মশাগী ওইজনবা পোৎ অমা ফংননবগী চরা হেনবত্তু-গুম্বনি। মী অমদগী শেল লৌননবা নত্ত্রগা করিগুম্বা মশাগী ওইবা মহৈ অমা ফংননবগী হেনবা চরা মহেন অত্তু নমত্তুনা তৌবনি নত্ত্রগা তৌফম থোক্তবা প্রভাব শিজিন্নবনি হায়বা তাবনি। অসিগুম্বা তৌফম থোক্তবা প্রভাবশি, ঐনা থিংননবা চিংনবা লৈতনা হায়গনি।

ঐগী মায়য়োক্তা চরা হেনখিবা অমসুং কিহনখিবত্তু ঐ ইশামক্তা থবক মহৈ য়ানবগা লোইননা মাত্তুবু থিংপ্রবনি। অত্তুগা ইশাগী ওইজবা অমসুং ওইজদবা অনিত্তু খল্লিবা চৈথন অশি মতম চুপ্পদা য়াম্না শায় হায়না হায়রবত্তু করিগুম্বা চরাহেনবা অমগী উদ্দেশ্য অত্তুনা মশাগী কান্নবনি নত্ত্রগা মপুক্কিং পিকপনি হায়না খল্লবদি, ঐনা চরা হেনবত্তুবু

য়াম্লিংবা মরমদগী চরা হেনবা মী অহু শিং, তারবা কাওবদা; মাহুদা পুক্নিং চেংশগা লোইননা থক য়ারোইদবনি হায়না নিপা অমুদা ঐনা ইনশিনগদবা ওই। মমল নৈতবা উদ্দেশ্যগীদমক চরা হেনবদু থওইনা তৌরুবদগী অভ্যাস অসি মীশিংদা লৈরকলবদি, চরা হেনবগী মরম চাদনা প্রভাব শিজিন্নবা অমসুং নমথু তৌবগী অমোংপশিংভু মাংথিগনি।

মীগী সংস্থান ময়াম পুম্বনা তৌরিবসিগুম্না, চরা হেনবা হায়বসিসু আইন কাইনা নক্তগা কাইদনা শিজিন্নবা য়াই। তৌই-গুম্বসুং সত্যাগ্রহগী থুংলাই পুকৈগী মচুংদা অচৌবা থুংলাই অমা ওইবা মরমনা, মাসিবু লাম্না শিজিন্নরকনি, হায়দুনা, থাদোকপদি শুকয়া য়ারোই।

চরা হেনবগী থুংলাই অসি ইয়াং য়াংনা শিজিননবা নত্রবদি মাসিনা য়াম্না লাইনা হিংসাগী শক্তম লৌরকপা ওমই। হিরম অসিদদি ঐ বিত্তা অসি হৈরবা মীওই অমনি হায়না ঐনা হায়জরি।



# ৭ঃ ঐগী (নাতৈ) চানদবশিং

লৌচং শাজংকী নিয়ম ওাকপা ওমদবা নত্রগা ঐনা তাবতানা থাংবা ওমদবা থবকশিং নত্রগা। হায়না লৈরমলবা থৌরমশিং অচুপ্পী মনাই ওইব হায়বসি ঐনা য়াদে।

ঐগী নাতৈ চায়দবা ময়াম অমা লৈ হায়বসিহু ঐনা য়াজরি। ঐবু "মহাত্মা" অমা কৌবিবা মরমনা, "অপাংবগী নাতৈ চায়বা হায়বসিদি মপুক্কিং পিকপা মীওইশিংগী হিংসাগী ওইবা অথিবা শক্তমনি (হোবগোয়িয়ি)" হায়বসি ঐনা য়াই। ঐনা উই, মাতুদি ঐগী নাতৈ চায়ফবসিশিং অসিদা থৌরম নিয়ম অমদি লৈ। ঐগী মততদি, পান্দ নাতৈ-চায়দনা উয়িবশিং অসিগী মরক্তা নাতৈ অমা চানা চংলি। মসিদি প্রকৃতিগী পানগী মায়দবশিং অসিগী মতুংদা একতা অমা চেল্লিবসিগুম্বনি।

ঐ অসি কাহেনবা অমা ওইবগুম্বা ময়াই ওইবা চাং অমদম্বু চংপনি অমসুং থুন-থুনা হোংবা পাম্বগুম্বা হায়না লৈরম্বহু ইনবা মীওই অমনি হায়বসি ঐবু থংবা ঐগী মরুপশিংনা শোয়দনা থংই হায়রুনা হায়বা য়াই। মরমসিনা কা হেনবা মীওইশিংগী মরক্তা মরুপ ময়াম হংবগী লাইথক কবা লৈ। অহিংসাদি ঐগী মিথয়েং মতুংইন্না অসিগুম্বা য়ানথাইমবসি ওইথনি হায়রুনা, ঐনা থাজে।

নাতৈ চায়দবা হায়বসি চুম্না মায়দবনি। অসুম্না মাল্লিবসি ঐনা থৌজবা অবস্থা পুম্বদা পাওথুম পিবননি। নাতৈ চাবা মানবা হায়বসিদি অওইবসি অর্থ য়াওদবা চুগমনবা ওইবা য়াই।

## নাতৈ চাবগী জ্ঞান য়াওববা পূজা —

নাতৈচাবা মালহনবগা ঐগা করিস্থ মরী লৈতে। ঐনা অচুম্বা থিরকপদা ভাব কয়া ছন্দোকক্রে অমসুং অনৌবা পোং মরাম অমা তম্‌লক্লে। ঐনা চহিদা অহন ওইরকপা মরম্না ঐ থুংগী ওইনা চাওখৎপসি লেপ্লে হায়বা রাখল লৈক্লে নত্রগা ঐগী হকচাং অসি লোইশিনখিবগা লোইননা ঐগী চাওখৎপস্থ লেপঞ্রগনি হায়বা রাখল ফীরেপস্থ ঐগী লৈত্রবনি। ঐগী ঈশ্বর, সত্যনা হায়বা হায়বছু ঐনা ইন্নবা শেমশাবা হায়বসিনা ঐগী ইথৌ ওইরি।

ঐনা জ্ঞান য়াওদনা নাতৈ চান্নববদা হোংনহুনা লৈতে। ঐ অচুম্ববু পামজবা পূজা তৌবা মীওইনি অহুগা মমাংদা ঐনা করি হায়গ্রবগে হায়বছু খল্লুবতৌদনা অককনবা মতম অমদা রাফম অমদা ঐনা অনুভব তৌবা অমসুং খনবছু হেক হেক শোয়দনা হায়ব তাবনি। ঐগী মীৎয়েং অসি হেন্না হেন্না শেংগৎলকপনা ঐগী রাখলস্থ থুংত্তি তৌরিবা খবক্না লোইননা শেংবা হেনগৎলকপা হায়বসি শোয়দবনি ঐনা মত অমা খংনা খংনা হোংলকলব মতমদা অহোংব অছু ময়েক য়াম্না শেংগনি, খংবা ওমদনা তপ্ন তপ্না ওন্নকপা শায়োলনি হায়বসি য়াম্না চেকশিন্না য়েংবা মীওইদনা উগনি।

করিগুম্বা লেপঞ্রবা রাফম অমদা ঐগী হান্নমা মমাংদা হায়খিবগা চান্নগদবনি হায়বসি ঐগী উদ্দেশ্ঠ নত্তে অহুগা অককনবা মতম অমদা অচুম্বনা ঐত্তোন্দা তাকলকপা অহুগা চান্নবা হায়বসিনা ঐগী উদ্দেশ্ঠনি। অসিগী মহৈ ওইনা ঐনা অচুম্ব অমদগী অচুম্ব অমা থেংনফুনা চংখরকলি।

থবক পাংনবদা নত্তে —

রাজনীতিগী খুদোংচাবা ফংননবা ঐনা নীতি-নিয়ম অমত্তবু থাদোক্তে।

ঐগী পুন্সিদা থবক্তা পাংলগা লোইরে হায়না তৌখিবা থবক অম ফাওবা ঐনা খংদে। ঐগী রাখল ফীরেপতি খ্বাইদগী হেনবা অচুম্বা লীচং-শাজং হায়বসিনা খ্বাইদগী হেন্না থবক পাংবনি হায়বসিনি।

য়ানবা —

ঐবু য়াম্নগন্দবা স্বভাবস্থু লৈ হায়না তোইনা মীনা হায়। ঐগোন্দস্থু হায়খ্রে মহুদি ঐ অসি মশীং অয়াম্বগী য়ারেপ্ত নোম্বরোই হায়না ঐবু ঐনা তৌনিংবদা তৌবগী মরালস্থু শিখ্রে। মুং কনলি অমত্থুং ঐনা তৌনিংবতা তৌই হায়বসিদি ঐ য়াবা কর্দৌভৈদস্থু য়াবা ওমলোই। মসিগী ওম তৈনবদা, অহুক হান্না মরু ওইদবা হিরমদি ঐগী য়াম্নগনবা স্বভাব লৈ হায়না ঐনা ইশাগী নাপাল অমা তৌজে। তৌনিংবদা তৌবা হায়বসি ঐনা নিন্দা তৌই। ঐগী নিংতম্বগী মমল খংনা অতৈ অতোপ্পশিংগীস্থু চপমান্নবা থল্লি। মাগী বিবেকপু য়াংহনবা ওমজ্রবদি ঐনা মীওই অমত্তবু ঐগা লোইননা চৎমিন্নবা পামদে।

ঐগী বিবেকপু মথোইনা য়াহনবা ওমজ্রবদি খ্বাইদগী লীরবা শাস্ত্রশিংগী লাইওইবগী মওং অহু ফাওবা ককথৎপগী ওমখৈ অহু ফাওবা চৎশিন্দুনা চৎনবী রাংমা লা'নলি।

অভিজ্ঞতানা ঐনা মসি খংলে মহুদি ঐনা সমাজদ লৈগে নিংলব-দি অহুপা ঐগী নীংতম্বসিস্থু অস্থুম থমগে নিংলবদি য়ান্না অহানব থাকী ওইনা মরু ওইবা থৌরমশিংগী মরীদা ঐনা নীংতম্বগী চাং অসি থন্না

হন্নহনবা তাই। ইশাগী ধর্ম্ম অমসুং লৌচং শাক্লংকী মিরমদগী লেকা দোকত্রবা অতৈ অতোপ্পা রাকম পুন্নদদি মরামদা মীওই অচুনা শোয়দনা য়াগদবনি।

ঐগী পুন্সিচুপ্পদা, অচুম্বদা তৌরকপনা ঐগোন্দা রাম্নবগী কজনা মথক থংবা তম্বীরমলে। মমৈথংদদি অসিগুম্বা ভাব অসি সত্যাগ্রহগী খাদোক্লবা য়াত্রবা শক্তক অম ওইরম্লে হায়বসি উবা ফংখি। মসিনা ঐগী পুন্সিবু খুদোংথীহনবা অমসুং মরুপ মপাংশিংগী মুঙাইতবা থোকহনখি। তোইনা থোকলমই। তৌইগুম্বসুং অচুম্বা হায়বসি হেক চুপন্নবমথৈ কল্লি অমসুং লৈগুম্লস্ত থোংলি।

মীওইবগী পুন্সি হায়বসি য়ান্নবা পরেং অমনি, অমসুং রাখলদা অচুম্বনি হায়না খংলবা পোং অসিসু থবক্তা ওনবা মতমদা মত্তম-চুপ্পদা ইলাই লাইদে।

য়ান্নবা য়াত্রবা লেংত্রবা নীতিশিং লৈ, মথোইবু থবক্তা পাংন-নবদদি থরাই থারা ফাওবা লেম শাগদবনি।



## ৮ঃ ঐগী অইবশিং—

মতম অমদা লাংতক্লব ওইরম, ঐগী রাভাংদা চিংররম্বহু কৌজিক্তি স্নংভাইবা অমা ওইরে। মাসিনা খ্বাইদগী হেন্না কান্নবা পীবদি ঐঙোন্দা চোকশিন্না রাহে শিজিন্নবা হায়রবহু তশ্বীরে। ঐগী রাখলশিংবু লাকশিনবগী অভ্যাস অমা স্বভাব ওইনা থোকলকসমই। ঐগী লৈ নত্রগা কলমদা রাখল য়াওদবা রাহে অমতা পংনা হায়দোকলরোই হায়রবসি ঐনা ঐঙোন্দা শোয়ররোই হায়না অরেপ্পা হায়বা ঙমলে। ঐগী রাভাংদা নত্রগা অইবদা করিগুম্বা কান্দা করিগুম্বা অমগী অরাবা ফোংদোকই হায়গদবা রাকমসি ঐনা নিংশিংবা ঙমদে। অসুমনা ঐনা খুদোংথীবা কয়া অমসুং মতম মাংবা কয়া নানথোক্তুনা লাকলবনি।

"ইণ্ডিয়ান ওপিনিয়ন" ফোংবগী ইহান হেক হানবা থা অহুমক্তদা পাওজেল চে ফোংবগী অমত্ত ওইবা উদ্দেশ্যদি সেবা ওইগদবনি হায়বসি ঐনা খংবা ঙমখি। পাওজেল চেগী প্রেস হায়বসিদি শক্তি য়াম্না চাওই, তৌইগুম্বসুং খুজি য়াওদবা ইশিংগী ইচেম্না খুঙংগী লমদম পুম্বা থুমহুনা মহৈ মরোং মাংহনবগুম্না সংযম তৌদবা কলমদি মাংহনবা থবক্ত তৌই। সংযম অসিনা করিগুম্বা মপানলোমদগী ওইরবদি সংযম ইতৌ তৌদবদগী হেন্না হুগুম মাংহনলি। মুংলোমদগী সংযম তৌরবদদা কান্নবা ওইবা ঙমই। অসিগুম্বা যুক্তি ধারা অসিনা চুমলবদি পৃথিবীদা লৈরিবা পাওজেল চে কয়ানা চাংয়েং অসিদা লেপকদগে? অহুগা কান্নদবশিং অহুবুসু কনানা খিংলুগনি? কান্নবা কান্নদবা অমসুং অফবা ফত্তবা হায়রবসি পুন্না মহোশানা চংশিন্নৈ। অহুনা খীশিংলা মানা অপাম্বা শোয়দনা থনবা তাই।

ঐগী অইবদা চুমদবগী মফম লৈতে মরমদি অচুম্বা নত্তবা ধর্ম্ম অমা লৈতে হায়বসি ঐগী লেংত্রবা থাজবনি অমস্থুং অচুম্বগী মমল ওইনা ফংবা করিগুম্বা পোৎ অমবু ককথৎপা ওম্বগী শক্তি ঐত্তোন্দা লৈ।

পৃথিবী অসিবু পুন্সিবসি হুংশিবনি হায়বা ঐগী অচেৎপা থাজবা লৈবা মরম্না ঐগী অইবশিং অসিদা কনাগুম্বা মীওই অমবু নিন্দা তৌবা হায়বসি গুকওম ওমদে।

## ঐগী পাওজেল চেক্লোং –

ঐনা পাওজেল চেক্লোং অসি পাওজেলগীদ ওইনা লৌথৎপা নত্তে তৌইগুম্বস্থুং মসি ঐগী পুন্সিগী ইথৌগী ইচম চম্বা মতেং অমনি হায়না থনবদগীনি। ঐগী ইথৌদি সত্য অমস্থুং অহিংসাগী চুমথ্রিং চুম্বা, মহৈ ওইরিবা সত্যাগ্রহগী শিংনবিনবা লৈত্রবা খুৎলাইবু অকনবা সংযমগী মথাদা লৈবা নিয়ম অমস্থুং খুদম ওইনা উত্নুনা তম্বিবনি। ঐগী থাজবসি চুমননবগীদমক ঐনা শাওহুনা নত্রগা কল্লকুনা ইরোই। ইত্তন তম্না ইবস্থ য়ারোই। চুম্না অপাম্বা হৌগৎহনবস্থ ইবা য়ারোই। হিরমশিং অমস্থুং ঐগী রাইহৈশিং থনবদা চয়োল খুদিংগী জেল্লাদোরিবা সংযমগী অভ্যাস অসিদি অপাবা মী থংবা ওমলোই। মসি ঐগীস্থ অতম্বগী শরুকনি। মসিনা ঐ ইশাবুস্থ য়েংশিনবা ওমহনলি অমস্থুং ঐগী অশোনবশিংবুস্থ পুথোকপা ওমহনলি। ঐনা নাপল থুনা হায়দোকখিনবা থৌদা পীরমই নত্রগা ঐগী অশাওবনা অয়াকপা মীংথোন ফোংদোকনবা থৌদারকই। মসি তমথীপ্রবা চাংয়েং অমনি অত্থগা নাপী শিংবিশিং লৌথোকনবা ফজবা অভ্যাস অমনি ওই।

ইবা মতমদা ঐগী ( আত্মা ) থৱাইনা ঐঙোন্দা তাকপা মতুংইন্না ঐনা ই। ঐগী জ্ঞান লোইনবা য়াথল অমস্তুং থবকপুম্বা আত্মানা লমজিংই হায়বসি ঐনা শোয়দনা থংই হায়বসি ঐনা হায়দে। তৌই-গুম্বস্তুং ঐগী পুক্নিদা খ্বাইদগী হেন্না চাওবা ঐনা লৌখংপা খোংথাং-শিং অচুপা খ্বাইদগী হেন্না পিকপনি হায়না লৌবা য়াবশিংস্তু চাংয়েং অম তৌবদদি, মখোয়মপুম্বসি আত্মানা লমজিংই হায়বদা চুমদবা ওই-রোই হায়বসি ঐনা খল্লি।

ভাবদানগীদমক্তি ঐগী ইশাগী ওইনা য়াওজয়রকবা থর লৈ। তৌই-গুম্বস্তুং অইবা হায়বসদি খাংতপকী পোৎথোকনি। ঐগী ভাবশিং অসি শব্দোক্রবা ঐ ই, পাওজেল চেকোংবা হায়বসি ঐগী থবক নত্তে।

ঐনা ইখিবা নত্রগা হায়খিবা নত্তনা ঐনা তৌখিবশিংদি ঐনা খাংগনি।



## ২। সত্য

### ৯ঃ অচুম্বগী পাওজেল —

অচুম্বা ............ করিনো ? লূরবা রাহংনি ; তৌইগুম্বম্লুং ঐনা ঐগীদমক্তি মসি হায়রুনা ফোংদোক্লে মহুদি লুংগী খোঞ্জেলনা নঙোন্দা হায়বহুনি। নংনা ( অমুক ) হংউ, অহু ওইরবদি তোঙান তোঙানবা অমস্লুং ওল্লা তৈনবা মায়দবা অচুম্বশিংবু করম্না খল্লিবনো ? মীওইবগী পুক্লিং হায়বসিনা মশীংলাকঙমদবা মাধ্যমদা থবক তৌই হায়বসি অমস্লুং মীগী পুক্লিংগী শায়োল হায়বসি পুম্নমক্কী মায়দে হায়বসিস্থু খংলগা অমগী অচুম্বত্ত অতোপ্প অমগী অয়ানবা ওই, অহুগা অসিগুম্বা চাংয়েং অহু তৌরবশিংনা মসিম লেপলে মহুদি অহুগুম্বা চাংয়েং অহু তৌবদা ঙাক্কুনা সত্ত কয়ামুক লৈ।

মসি ওইরিবগী মরমদি গৌজিমকসিদা কঙাওনরবা জগৎ অসিদা চুমদবা অস্থুক য়াম্না থোকলিবা অমস্লুং করিগুম্বা মথলগী সদাচারী অমদি ওইদনা বিবেকী অধিকার অহুদা তানবা মীওই লৈবননি। ঐনা শেংনা নোল্লুক্লা পীবা ওম্বা হায়বসি অসিনি মহুদি নোল্লুকপগী ভাবনাসি মতিকচানা লৈত্রিবমথৈ কনা অমত্তনা অচুম্ববু ফংবা ঙম লোই। অচুম্বগী সমুদ্রদী মবুক্তা ইরোইনিংলবদি নংনা নশাসি করিগুম্বা অমত্ত লৈহন্দবা শুন্যদা ওহ্লোকদবনি।

অহিংসা— সত্য অমস্লুং প্রেম অসিদবু [illegible]বান। অসি লৈব ময়কমদা পোৎ থুদিংমক মথৈগদি মশানা [illegible]রকই।

## অচৌবা নীতি—

ঐঙোন্দদি অচুম্বা হায়বসি অতৈ অতোপ্পা মশীং লাকওমত্রবা নীতিসু মখুং চনলবা অচৌবা নীতি অসিনি। অসিগুম্বা অচুম্বসিদি ৱাহৈদদা চুমগদবা ওইদে, ৱাখলদসু চুমগদবনি, ঐখোইনা খল্লিবা অমগা অমগা মরী লৈনবা অচুম্বা অসিদসু নত্তে "পুমচুম চুমলবা সত্য," "ওমখৈ লৈত্রবা নীতি," মাহু "ঈশ্বর" হায়বহু ওইরিব অহুবুনি। ঈশ্বরগী মশীং লাকওমত্রবা সঙ্গা লৈ মরমদি ইমাগী শাৱোলশিংসি মশীং লাকওমদে। অঙকপা অমসুং অথুকপগা লোইননা মখোইনা ঐবু থুমহৎলি অমসুং মতম খরসু ঐবু পাংথহনলি।

তৌইগুম্বসুং ঐনা ঈশ্বরবু সত নি হায়নত্তমক পূজা তৌই। ঐনা মহাকপু হৌজিক ফাওবা ফংত্রি, তৌইগুম্বসুং ঐনা মাবুদি থিহুনা লৈরি। মহাকপু থিবদা ঐনা খ্বাইদগী মুংশিজরবা পোৎশিং থাদোকননবা শেম শাহুনা লৈ। থাদোকদোরিবা পোৎ অহুনা ঐগী পুন্সি ওইররদসু ঐনা মাহু থাদোকপ য়াই। অসিগুম্বা পরম সত্য অসিবু খংবা ওমত্রিবা ফাওবদি, ঐনা কল্পনা তৌরুরবা অমগা অমগা মরী লৈনবা অচুম্বসি অসুম্মক শোয়দনা পায়বা তাই। অসিগুম্বা মরী লৈনবা সত্য অসিনা ঐগী লমজিং মৈরা, চুজোই অমসুং খ্বাংফানি। মাসিগী লম্বী অসি চুমত্রিং চুম্বা অমসুং অথুবা অমসুং ক্ষুরগী মরাগুম্বা শৌরবস্ত ঐঙোন্দদি মাসি খ্বাইদগী থুই অমসুং লাই। ঐনা লম্বী অসিদা চোকশিন্না চৎপা মরমনা ঐনা তৌবা হিমালয়মুক চাওবা অরানবশিং অহু ঐঙোন্দা ইচম চম্না করিসু লৈতন্না থোকই। মরমদি লম্বী অসিনা ঐনা অৱাবা তাগনবদগী কনবিখি অমসুং ঐনা ফংবা

মঙালগী মতুংইন্না ঐনা মাংলোমদা চংশিনলি। ঐনা চাওখৎ-খোংথাংদা ঐনা মমী মশা ওইনা পরম সত্য ঈশ্বর অদুবু ভোইনা থেংনৈ, অদুনা মহাক্তনা অওইবনি অতৈ অতোপ্পশিংসি ওইদবনি হায়রনা ঐগী রাখল অসি মুংভিগী চেংশিনবা ঐভোন্দা হেনগংলকলি।

অচুম্বা থীবা—

ঐভোন্দা হেন্না থাজবসিমক্ত পোকপকলি মাহুদি ঐভোন্দা ওই-খোকপা খুদিংমক অঙাং অমদস্তু ওইথোকই, অদুগা মাস্তম ভোনা হায়ননবা ঐগী মতিক চাবা যুক্তি ঐনা ফংলে। অচুম্বা থীননবা খুৎলাই হ'য়বসি মথোইনা লুবা অদুকী মতিক ইচম চমই। নাপল লৈবা মীওই অমদদি ওইথোক্তবা অমা ওইনা থোকপা য়াই অদুগা অচম্বা অঙাং অমদদি য়ান্না লাইনা ওইথোকপনি।

অচুম্বা থীবা মীওই অমা হায়বশিদি উফুলদগী হেন্না ভোনগদবনি। অসংনা খোং মথাদা উফুলবু নেৎশিল্লি, ভৌইগুম্বস্তুং অচুম্বা থীবা মীওই হায়বসিদি মশাবু অদুকী মতিক ভোলহনগদবনি মাহুদি উফুল অদুগী মথাদা মহাক লৈবা ভাবনি। মতম অদুতদ, মতমদু য়োভ্রিবা কাওবদি ওইদে, মহাক্না অচুম্বগী মঙাল অমা ফংগনি।

অচুম্বা হায়বসি, নংনা মাবু হেন্না হেন্না য়োকথৎপিরিবা মথৈ মহৈ হেন্না হেন্না পীবা পাক চাওপ্রবা উপাম্বী অমগুম্বনি। অচুম্বগী থনিদা হেন্না লুথনা থিরিবমথৈ, সেবা ভোননবগী হেন্না হেন্না চাও-খোকলকপা থবক ভোকপগী মওং ওইবা, মফমদুদা ফুমচনা লৈরম্বা মশিশিং হেন্না হেন্না ফংলকনি।

সত্য ওইবা ঈশ্বর নত্তনা অতৈ অতোপ্প পুম্বদি ওইদবা ওইরিবা জগৎ অসিদা অওইবশিং আশা তৌবসি অরানবনি হায়না ঐনা থজি। অকোইবদা থোকলিবা অমস্তুং উৎপরিবশিং অসি ওইদবনি অমস্তুং মতম থরদগীনি। তৌইগুম্বস্তুং অওইবা মশক ওইনা মাহুগী মস্তুংদা অচৌবা মীওই অমা লোৎতুনা লৈ, অওইবা ওইরিবা শক্তম অহুগী মঙাল মচেৎ ফাবা ঙম্নবা অহুগা মহাক্কী মশাহু মাহুদা নপশিনবা ঙমলবা মহাক অহু মরাইবক ফরবা অমস্তুং বর ফংলবা হায়হু ওইরমলগনি। পুন্সিগী অরোইবা থবক হায়বহুদি অহুগুম্বা অচুম্ববু থীবা অহুনি।

অচুম্বগী মাইকৈদা চংশিনলকপদা, অশাওবা, ওইজবা পাম্বা, তাথিবনচিংবা পুম্বসি মহৌশানা কাইখিগনি, অসি নত্তবদি অচুম্বা ফংবা ওইথোক্তবনি। অপাম্বনা থুমহৎপা মীওই অমনা য়াম্না ফবা রাথল তৌবা য়াই অমস্তুং অচুম্বদা ঙাংবা য়াই, তৌইগুম্বস্তুং মহাক্না কদৌঙৈদস্থ অচুম্বা ফংবা হায়বহুদি ওইথোকলোই। অচুম্বা থীবদা মহৈ য়ানবা হায়বদি দ্বন্দভাব হায়বদি ফুংশিবা অমস্তুং তাথিবা, মুংঙাইবা অমস্তুং অরাবা হায়বা অনি অনি চৎপসিদগী মপুংফানা নানথোকলবা হায়বনি।

অচুম্বগী শক্তম—

পুম্নমক ওইবা অমস্তুং পুম্নমক্তা শিন্থুনো লৈবা সত্যগী শক্তমহু উননবা কনাগুম্বা অমনা সৃষ্টি অসিগী মস্তুংদা থাইদগী হেন্না তোল্লবা (জীবহুবু) মশাম্ককুম্না উবা ঙমগদবা ওই। য়াসি ফংগে হায়না নিংবা মীওই অহুদি পুন্সিগী থবক তৌকম থুদিংদগী হন্দোকনবা তৌবা ঙমলোই। অহুনা ঐনা অচুম্ববু পামজরবদগী রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা ঐবু চিংশিনখিবনি; অহুগা ঐবা চিংদবা লৈঙৈবা অমস্তুং নোঙ্গুন্নী

হায়বা ওমই মাতুদি ধর্ম্ম হায়বসিদি রাজনীতিগা করিম্নু মরী লৈচে হায়বা মীওই অতুদি ধর্ম্ম করিনো হায়বা খংদহুনা তৌরিবনি। ঐগী চাং ওইনা তৌরবা অভিজ্ঞতানা ঐবু খাজহনলে মাতুদি সত্য নত্তনা অতোপ্পা ঈশ্বর হায়বা অমা লৈতে। ঐখোইগী মীৎনা হুমিৎ খুদিং উরিবা হুমিৎ অসিদগী শরুক কোটি কোটি হেন্না লংলবা অচুম্বগী হায়নিংঙাই লৈত্রবা মঙালগী ভাবপু ঐনা ঙাইহাক্কগী ওইনা উবা ঙম্বা অচুম্বগী মমি অসিনা হায়বা ঙমকম থোক্কবনি।

অওইবমক্তি, ঐনা ফারিবসিদি চাওথ্রবা মঙাল অতুগী খ্বাইদগী শিকলবা মীমগুম্বা মঙাল অতুনি। তৌইগুম্বসু ঐনা শোয়দবগা লোইননা অনিথক্তি ঐগী চাংয়েংগী মহৈ ওইনা হায়বা ঙমলে মাতুদি অচুম্বগী মপুংফাবা শক্তম উবনা অহিংসা পুর্ণসিঙ্ক ওইববু তুংইন্দুনা লোইনবা ঙমই।

মীওইবগী থম্মোই খুদিংদা অচুম্বা হায়বসি লৈ, অতুগা মাতুবু মফম অতুদা মীওইবনা থিগদবনি অমসুং মাবু খংলগা মাতুনা মাবু লমজিংহনগদবনি। তৌইগুম্বসু অতোপ্পা অমবু নমকু তৌহুনা মানা উৎলরিবা অচুম্বা অতুগী মতুংইন্না থবক তৌহননবগী কনাগুম্বগী অধিকার লৈতে।

## পরম সত্য—

মপুংফাবা শক্তম ওইবা সত্যবু মীনা খংননবা তমলমদে। মহাক্কী মখোদি মানা উবা অচুম্বা অতুগী চাং ফাওব মহাক্না থবক তৌহুনা হিংবা হায়সি ফাওবদনি। অতুগা মাস্তি তৌবদা খ্বাইদগী শেংলবা পাম্বৈ হায়বদি অহিংসাদা চংজকম লৌগদবা ওই।

ঈশ্বরতনা পরম সত্য মশক থংই। মরমসিনা ঐ সত্যবু ঈশ্বরনি, হায়বসি তোইনা হায়রিবনি। মসিগী মতুং তাবদি, ভমখৈ নাইবা মীওইবনা পরম সত্যবু থংবা ভমলোই।

জগৎ অসিদা কনাগুম্বা অমত্তগী পরম সত্য লৈত্তে। মাসিদি ঈশ্বরতদা লৈবা গুণ ন। অতোপ্পা মরী লৈনবা সত্যদি ঐখোই থংই। মরম অসিনা ঐখোইনা থংবা অচুম্ব অহুতগী মতুংইনবা ঐখোইনা ভমই। অসুমনা অচুম্ববু থীবা মীওই অমনা কনাগুম্বা অমবু লম্বী শেরাননা চিংবা ভমলোই।

অচুম্বা অমসুং ঐ—

ঐনা তোগে নিংদবা পোৎ অমত্তং হায়খিবগী মরাল অমত্তং ঐগী পুন্সিদা কদৌমুংদসু লৈরোই। ঐগী স্বভাবতি থম্মোইদা চুমত্রিংনা চংবা অসিনি, অহুগা ঐনা মাসি তৌবদা কন্নিগুম্বা থবক মহে য়াম্রবনু ঐনা থংই মাহুদি অরোইবদা অচুম্বনা মশাবু তাহনগনি অমসুং অনুভব তৌহনগনি, মাসি খোকপসি ঐনা তোইনা খেংনরবনি।

ঐগুম্বা চাম চাম মাংখিসনু, তৌইগুম্বসুং অচুম্বদি লেংদনা লৈহৌসনু। ঐগুম্বা লান্দূনদ লৈবা মীওই অমা লমজৈ ওন্নবগীদমক অচুম্বগী থাকপু শমনা মকৈ অমত্তং ফাওবা হন্মহনবসি ঐখোইনা তৌদবা ওইসনু।

ঐনা লমজৈ ওনবদা ঐনা অতৈ অতোপ্পশিংবুসু পাংলিবগুম্বা হেক মাবমখৈ অচুম্বগুম্বা অয়াকপা অমা ওইননবা হোৎনগনি। ঐবু চাং অহুনা লমজৈ ওনহুনা সুরদাসগা লোইননা ঐ খোয়দনা লাও-খোরকনি,

ঐগুম্না মরৈ চাওবা অমসুং অতোনবা
লাইরক থীবা মী করাইদা লৈ ?
ঐনা ঐবু শেমবিবা মপুবু থাদোকলে
ঐহাক অসি অসুক্কী মতিক থাজবা য়াঔবনি ।

## ঐগী অরানবশিং—

ঐহাক হন্নে ইনিংতাই ওইবা মীওই অমা ওইবা য়াই । তৌই-গুম্বসুং অচুম্বনা ঐগী মাধ্যমদা রা ভাংলকপ মতমদা ঐহাক অসি লাকতম ফাওমদবা ওই ।

অচুম্বা নত্তনা ঐনা কনাবুসু ভক্তি তৌদে, অদুগা অচুম্বা নত্তনা ঐনা কন'মত্তগী লৌচং শাজং ইন্দে ।

অচুম্ব নত্তবা ঈশ্বর অমত্ত ঐনা সেবা তৌননবা লৈতে । অচুম্বগা তকনবদগী থোরকপা নত্তনা ঐগী শক্তি অমত্তা লৈতে । অহি সাসু অসিগুম্বা তকনবদগী থোরকই ।

ঐহাক অসি য়াম্না তে'ল্লবা তৌইগুম্বসুং অচুম্ব থীবদা য়াম্না পুক্নিং চংবা মীওইনি । ঐনা ( অচুম্বা ) থীবঁদা, ঐগী ইরানশিংবু থংবা য়াননবা অমসুং মখোইবু চুমথোকপা য়াননবা ঐগা থীমিন্নরিবা মীওইশিংবু ঐনা খ্বাইদগী হেন্না থাজবগা লোইননা থৌরিবে । ঐগী হিসাব অমসুং রাখলগী ফীরেপ.শিং অ.সি তেইবা লাল্লি হ'য়বসি ঐনা য়াই । ঐনা থৌদোক থুরিবা ঐগী থোংথাং' নিংহম্নবাহুম-মৌনা, লেংজবা অমাংবদি ঙোলেন্না ওম তৈনবদহুম, অহিংসাগী মৌলিক সত্য অহু ভবথৈ নাইদনা মহৌশাদগী হেন্না 'কোয়োকপা

ববক্রকই অমসুং লেশগী ওইনা লেখনা অমাংবা হায়বত্থ করিগুম্বা মতং অমদা থোকহন্বে।

ঐহাক ঈশামক অসি তমলিবা মীওই অমনি। ঐগী তক-খাইনবনা খুৎলাই করিস্থ লৈতে, অচুপা ঐনা করিগুম্বা অচুম্বা অমা হেক ফংবা মক্তম অচুপা ঐনা মাচুবু লৌখৎলি অমসুং মাচুগী মতুংইন্না থবক তৌননবা হোৎনৈ। খ্বাইদগী শেংনা থনবা রাথলগী মায়রোক্তা কনাগুম্ব অমবু অরানবা তৌননবা লম জিংপ্রবদস্থু জগৎপু নত্রগা মাচুগী রাকমদা, মীওই অমবুস্থ থাজৈশেংনা মাংননবদি তৌদে হায়বসি ঐনা থাজৈ। মতাকপু কীননা লৈবা মীওইনা খংদনা তৌবা মরালশিংদগী মহৈ থোরকপা মহৈশিংদগী ঈশ্বরনা মতম চুপ্পদা জগৎপু কনবি।

মথোইনা ঐগী থবকপু খংদহুনস্থ ঐনা পীবা খুদমনা শেরাননা লমজীংপ্রবা মথোই অচুনা চপচানা অচুগুম্বা লম্বীদা চৎখিবস্থ য়াই। মরমদি ঈলোই লোইবদদি, অতোপ্পগী খুদম্না মতম থর লমজিংবা মাল্লবদস্থ মী হায়বসি মহাক্কী লীচৎ-শাজৎতদি মাগী মুংগী থৌদানী লমজিংবা ওাক্তনি। ওইনিংবা অমস্থ ওইসন্থ, ঐনা থই মাচুদি ঐগী ইরানশিংনা মরম ওইহুনা জগৎনা বদৌৱৈদস্থ অরাবা নংদে মরমদি মথোইপুম্ব'স ঐনা থংদবদগী থোকপা ওাক্তনি। ঐগী অথংবা ইরানশিং অসিগী মরক্তা অমতং ফাওবা তৌগে হায়না তৌদে হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি।

অওইবমক, কনাগুম্বা অমদা মযেক লায়বা অরানবনি হায়না থনবা য়াবত্থ অতোপ্পা অমদদি অশেংবা জ্ঞানি হায়না উৎপা য়াই। মংগী ওইবা শক্তম উবা ওইরবদস্থ মাচু মানা নানথোকপা ওম্বা নত্রে। অওইবা মশক তুলসীদাসনা হায়রম্বই ঃ "নুমিংকী মতালদা ঈশিং

নত্রগা কোংগ্রেসনা লুপা কদৌৱৈদা ওইত্রবস্থ, হুমিৎকী মণ্ডালদা ঈশ্বিং নত্রগা অরংবা মকু অহুদা লুপ্পনি হায়বগী ওম্ব তৈনবা জ্ঞান অহু লৈরিবৈ কাওবদদি পৃথিবীগী মহুৎদা কনাগুম্বা শক্তি অমত্তনা গুন্ধাংলবা মীওই অহুগী অঙাওবহুদগী নানথোকহনবা ঙমদে।" মতৌ অসুমনা মংগী শক্তম অমগী মথাদা থবক তৌরিবা, ঐগুম্বা মীওই অমদি, ওইথোকপা য়াই, মসি শোয়দনা থোকক্কম থোকলবনি। ঈশ্বরনা শোয়দনমক মথোইবু ঙাকপিগনি অমস্তুং জগৎনা মথোইশিংবু থাংগদবা ওই। মমৈদা অচুম্বনা মশানা লৈ হায়না উৎলকনি। অচুম্বনা মরম চুম্বা থোরাং অমা কদৌৱৈদা মাংহন্দে।

পুন্সি হায়বসি থৌরাংববুনি। মসিগী মথৌদি মপুংফাননবা হোৎনবা হায়বদি অত্মাজ্ঞান উদয় ওইবা হায়বসিনি। ঐথোইগী অশোনবা নত্রগা মপুং ফাদবনা মরম ওইহুনা আদর্শবু থাক নেমহন-লোইদবনি। অরাবগা লোইননা অনি অসিমক ঐঙোন্দদি থংবনি। ঐগী অশোনবা অমস্তুং মপুং ফাদবশিংবু কোকপিননবদা ঐবু মতেং পাংবিননবা খোঙ্গেল য়াওদনা কপ্প অমনা হুমিৎ থুদিংগী অচুম্বা তাম্বা-চংলি। নহাক্না মসিবু থংলবদি, অচুম্ব থীবদা নংগী নরাইবক্তা তারগদবা অরাবা কয়া অমস্তুং চাংয়েং মশীং কয়াগী অরাববু নংগী ঈশ্বরগী লাইশোন অমত্তনা নংবু তুজুংদনা মতমচুপ্পদা থাংবা ঙমহনব ওইগনি।

অচুম্বত্তনা থাংহুনা লৈহৌগনি, অরেম্বা অতৈপুম্বদি মতমগী ঈচেলগী মমাংদা লোইননবা তাওথোকখিগনি। মরম অসিনা ঐবু পুম্নমক্কা থাদোকপীরবস্থ ঐনা অচুম্বদা পুহুনা অস্তুম লৈগনি। ওসিদি ঐগী আস নারক্তা লাওবা খোঙ্গেন অমা ওইবা য়াই, তৌইগুবস্থ

মসিনা অচুম্বগী খোজেল ওইরবদি, অতৈ অতোপ্প খোজেলশিং অসিবা ভুমিন লৈগবা মতমদা মসিবু তাগনি।

থাজবা লৈরবা মীওই অমনদি, জগৎপুম্ববু ওইদবনা অচুম্বদা চেৎনা লেপতুনা লৈগনি।

য়াম্না মুংঙাইতবা ওইতুনস্থ মতাং চারবা মতমদদা অচুম্বা হায়বসি হায়দোকদবনি। মতাং চাদবা হায়বসি মতমচুপ্পদ চুমদবনি অমস্থং ঙাংথোকলোইদবনি।



# ১০ঃ অচুম্বদি ঈশ্বরনি —

## ঈশ্বর লৈ —

পোৎ খুদিংমক্তা অওকপা হায়ওমত্রবা শক্তি অমনা শিন্থু্নো শন্দুনা লৈ। ঐনা মসি মশক উত্রবস্থু, অম্বুভপত্তি ভৌই। মশাবু অন্নুভব ভৌহনলিবা অমস্থুং অমুকস্থু প্রমান পুম্ববুস্থু শিংনরিবা উদবা শক্তি অসি মসিনি মরমদি মসি ঐনা জ্ঞানেন্দ্রিশিংগী মাধ্যমদা ঐনা খং-লিবশিং অসিগা অস্থুকী মতিক শুকমান মান্নদে। মসি ইন্দ্রিশিংগী হাংমদনি। তৌইগুম্বস্থুং ওমথৈ নাইবা চাং অমদা ঈশ্বর লৈ হায়বসি থুক্তিনা পুথোকপা ওইথোকই। মতুনা পুম্নমকপু পুল্লপনা পায়বা মতুনা শেম্বা, থুগাইবা অমস্থুং অমুকহন্না শেম্বা, হোংব নাইত্রবা অহিংবা শক্তি অমনা অহোংবা পুম্বদা হুংদা চেন্দুনা লৈ হায়বসি ঐগী অকোই-বদা লৈবা পুম্বনা ইতৎ তত্তনা হোংবা, ইতৎ তত্তনা শিতুনা লৈরিভৈদা ঐনা মতুবু মমি মশা ওইনা শোয়দনা খংই। অস্থুম্না খংহনলিবা শক্তি নত্রগা আত্মা অতু ঈশ্বরনি। ঐনা ইন্দ্রিশিংগী মাধ্যমদা উরিবা অতৈ অতোপ্পশিং অসিনা লেংদনা লৈরোইদবা অমস্থুং লৈবা ওম-লোইদবনিনা, মহাক মতোমদনা লৈবা ওই।

অতুগা শক্তি অসি থৌজাল হৈত্রা নত্রগা হৈতত্রা ? ঐনা মসি শেংনা থৌজালহৈ হায়বসি খংই। মরমদি ঐনা খংবা ওমই মতুদি অশিবগী মরক্ত থরাই লৈ, ওইদবগী মরক্তা অওইবা লৈ, অমম্বগী মরক্তা মঙাল লৈ। অতুনা ঐনা ঈশ্বর হায়বসি হিংতুনা লৈবা, অচুম্বা, মঙালনি। মহাক প্রেমনি। মহাক অসি অচৌবা অফবনি।

ঐনা ৱাজৈ মহুদি যুক্তিনা মরম ওইহুনা খংহন্নবা ঐগী হায়জ নিংঙাই লৈতে। বিশ্বাস হায়বসি যুক্তি-বিচারগী ৱাংমদনি। ঐনা পাওতাক পীবা ভগ্বা হায়ববু ওইখোকলোইদবা অমা হোৎনো হায়রা নত্তে। জ্ঞান লোইনবা কন্নিগুম্বা পাম্বে' অমদা ফত্তবা লৈ হায়বসি ঐনা তাকপা ঙমলোই। ঐনা মসি তৌবা পাম্বা হায়বদি ঈশ্বরগা চপ মান্নবা ইমান্নবা ওইবনি। মরম অসিনা ফত্তববু মশক অসুম ওইনা লৌননবগী নোল্লুকপহু ঐগী মতিকচানা লৈ; অহুনা ঐনা ঈশ্বরবু শাংনা ৱারবা অমসুং অনাবা কৌই চপচাবা মরমদি মহাক্না জগত্তা ফত্তবসু লৈহনলি। ঐমা খংই মহুদি মহাকী মুংদা ফত্তবা লৈতে অহু ওইরবসু ফত্তবা লৈরবদি মাসি শোক্কবা, মসিগী মপুদি মহাকনি।

ঐনা অসিসু খংই, মহুদি ঐনা পুন্সি অসিমকী মমল ওইনসু ফত্তবগা লোইননা অমসুং ফত্তবগী মাইয়োক্ত লাম্থেংনজ্রবদি ঐনা ঈশ্বরবু কর্দৌঙৈদসু খংলমলোইদবনি। ঐগী ইশাগী তোন্নবা অমসুং ঙমখৈ নাইবা জ্ঞান অসিনা অসিগুম্বা থাজবসিদা ঐবু লানবন ওইনা ঙাকপিরে। ঐনা হেন্না শেংবা ওইননবা হোৎনবনা ঈশ্বরদা হেন্না নকশিন্নকই হায়বসি ঐনা ইশাবু অহুভব তৌই। ঙসি ওইরিবা অম্রম', ঐগী থাজবসিনা ইচম চম্না ঙাকপিয় হায়বসি ওইরমজ্রবা, অহুগা লেংবা ৱাত্রবা হিমালয়গুম অমসুং মহুগী মতোন্দা লৈরিবা ঙৌরবা অমসুং লংলবা টৌনশিং অহুগুম ওইরম্নবদি ঐনা ঈশ্বরগী মনাক্ত কন্না ৱান্না হেন্না নকশিন্নমগনি?

ঐগী শ্রাদ্ধা —

জগৎপুম্ববু লৈত্রে হায়না লৌরবস্থ ঐনা শাইনা থাংবা ওমই, তৌইগুম্বস্থং ঐগী ঈশ্বরবু ঐনা লৈতে হায়বসিদি থন্নিংঙাই ওইদে।

ঐনা থংই মন্থদি ঐনা করিস্থ তৌবা ওমদে। ঈশ্বরনা পোৎ খুদিংমক তৌবা ওমই। হে ঈশ্বর, ঐবু নহাক্কী মতিকচাবা খুৎলাই অমা ওইনবা শেম্বীয় অমস্থং নংনা নিংবা মতুংইন্না ঐবু শিজিন্নবিয়্ম।

ঐনা মাবু উস্থ উদে অত্থগা মাবু ঐ থংস্থ থংদে। জগৎকী ঈশ্বর শ্রাদ্ধা অসি ঐ ইশামক্কী ওইহনদে, অত্থগা ঐগী শ্র দ্ধ অসিদি যুৎথৎপা। য়াদবনা, ঐনা শ্রদ্ধা অত্থবু জ্ঞানগা মান্নরে হায়না লৌই। অত্থম ওইনমক, শ্রদ্ধাবু জ্ঞাননি হায়বসি অচুম্ববু মোৎশিনহনবনি হায়না হায়বা য়াবনা ঈশ্বরদা ঐগী শ্রদ্ধাসি ফোংদোকনিঙাই ৱাহৈ লৈতে হায়বনা হেন্না চুম্বা মহায় ওইবা য়াই হায়বসি ওই-থোকপা য়াই।

নংগা ঐগা কা অসিগী মত্থংদা ফমলি হায়বা থৌদোক অসিদগী মহাক লৈ হায়বসিনা ঐঙোন্দা ‘হেন্না অওইবা ওই। অত্থগী তুংদা মহাক য়াওত্রবদি ওমদে অত্থগা ঐনা ঈশিং অমস্থং ফুংশিৎ য়াওদনা ছিংবা ওমই হায়বসিগী অচুম্বাত্থস্থ তাকপা ওমই। নংনা ঐগী মীৎ কোৎথোকপা য়াই মত্থনা ঐবু হাৎপা ওমলোই। নংনা ঐগী নাতোন ককথৎখিবা য়াই মত্থনা ঐবু হাৎলোই। তৌইগুম্বস্থং ঈশ্বরদা লৈরিবা ঐগী শ্রদ্ধা অসি কাপথাইরবদি ঐ শিরবনি।

নংনা মসিবু অমম্বদা থাজবা কৌবা য়াই, তৌইগুম্বস্থং ঐনা অসিবু ঐনা চেৎনা কোনজরবা অমম্বদা থাজবনি হায়বসি ঐনা

য়াজৈ। মাসি এৈনা অভাং ওইরিবৈদা খুদোংথীবা নত্রগা অকিবা অমগী মরম লাকলব। মতমদা এৈনা রামগী মমিংবু চেংনা কোনশিন-নমবগুম্বনি। মাতু হন্নবী য়োকচবী অমনা এৈঙোন্দা তম্বিরম্বনি।

এৈনা থাজৈ মাতুদি এৈখোইনা মী কীবা ভোকলবা অমসুং ঈশ্বরগী অচুম্বা অহুতবু থীরবদি এৈখোই পুম্বা ঈশ্বরগী পাওজেনবা মীওই ওইবা ওমগনি। এৈনা শোয়দনা- থাজৈ এৈনা ঈশ্বরগী অচুম্বতবু থিরবনি অহুপা মীবু কীবা পুম্বা মাংগ্রবনি।

ঈশ্বরগী ইচ্ছাগী খোইদোকপা অতাকপা অমা লৈতে। এৈগী অচেৎপা থাজবদি অসিনি মহুদি মীওইবা খুদিংদা হুমিং খুদিংগী ঈশ্বরনা মশামকপু কো'দোক্নুনা উৎলি, তৌইগুম্বসুং এৈখোইনা "নামিবা অপিকপা খোঙ্গেল" অহুদা এৈখোইগী নাকোংশিং অসি মেনশিল্লি। এৈখোইগী মাংদা লৈরিবা মৈগী য়ুম্বী অহুদা এৈখোইনা এৈখোইগী মিৎ উইশিল্লি। মহাক্না মফম খুদিংদা লৈবসি এৈনা থংই।

এৈগী পাওমী থরনা এৈ অসি অশুকপা থবক ভৌবা ওমই হায়না খনবগুম তৌই। এৈনা অচুম্বগী ভক্ত অম ওইনা হায়নহু মহুদি এৈঙো-নদা অহুগুম্বা মনা লৈতে। এৈনা লৈরিবা শক্তি পুম্বসি ঈশ্বরদগী লাকই। তৌইগুম্বসুং মহাক্না চুমজ্রিং চুম্না মথুৎমক্না থবক ভৌদে। মহাক্না মহাক্কী মশীং নাইজ্রবা মীহুৎশিংগী মাধ্যমদা থবক তৌই।

## ঈশ্বরগী স্বভাব—

এৈঙোন্দদি ঈশ্বর হায়বসি সত্যনি অমসুং প্রেমনি, ঈশ্বর হ'য়বসি সদাচারনি অমসুং অশেংবা লীচৎ শাজৎনি; ঈশ্বর হায়বসি অকিবা

লৈতববুনি। \ ঈশ্বর হায়বসি মতাম অমত্তুং পুক্নিগী থোয়ককয়নি অত্তুম্না মহাক অসি পুন্নমক অাসগী শথক্তনি অমসুং রাংমদনি। ঈশ্বর হায়বসি বিবেকনি। মহাক অসি নাস্তিকশিংগী নাস্তিকতা অত্তুম্ন মহাকনি। মরমদি মহাকী ওমথৈ লৈত্রবা প্রেমগী মতুংদা ঈশ্বরনা নাস্তিকশিংবু হিংহনা লৈহনলি। মহাক্তি থম্মোইশিংবু খিবনি। মহাক মুক্তি অমসু রাহৈগী রাংমদনি। ঐথোই ইশানা ইশাবু থংজবদগী হেন্না মহাক্না ঐথোইগী থম্মোই পুম্নবু অমসুং ঐথোইবু থংই। মহাক্না ঐথোইগী রাহৈদা থাজদে, মরমদি মহাক্না থংই মাত্তুদি থন্না থংনা অতোপ্পশিংনা থংদনা ঐথোইনা তোইনা রাহৈগা চান্নদে।

মশাগা উন্নবা থেংনবা দরকার লৈবা মীশক অত্তুদি মহাকনি মশাগী ওইবা ঈশ্বরনি। মহাকপু থুংনা শোকপা দরকার লৈবা মীশক অত্তুগীদি মহাক হকচাং পান্নকই। মহাক অসি থ্বাইদগী শেংলবা মচং অত্তুনি। মঙোন্দা শ্রদ্ধা লৈবা মীশক অত্তুগীদি মহাক অসি ইচম চম্না লৈবা হায়বত্তুদা মওই। মহাকসে মীপুম্নদা পোৎ পুম্নমক ওই। মহাক ঐথোইগী থুংদা লৈ, অত্তুগা থক্তা অমসুং রাংমদত্তু লৈ। মহাকী মমিংদা হঙোইরবা লমচৎ নাইদবা অমসুং থৌজাল লৈত্রবা শাগী শাজৎ ওইবা থবক তৌই হায়ত্তুনা মহাক লৈবদি তোকপা ওংলোই। মহাক শাংনা রাত্তুনা লৈবনি। মহাক অনাবনি তৌইগুম্নসুং তমথীবা মশকত্তু ওই। হৌজিক ওইরিবা অমসুং তুংদা ওইগদবা জগৎ অসিদা মহাক অসি থ্বাইদগী হেন্না অনমকনবা মীশকনি। ঐথোইনা ঐথোইগী মমলোন কৈরোম্নবা মী অমসুং শাশিংদা চৎপা লীচৎ শাজৎকী চাং অত্তুগা চপ মান্নবা লীচৎ ঐথোইদত্তু মহাক্না চংলি।

খংদবা হায়বসি মঙোল্লদি ঙ কপিনিংঙাই ওইদে। অদুগা অম্মুকন্থ মহাক অসি মতম চুম্নদা ঙাকপিহৈবনি মরমদি মহাক্না ঐখোইদা মতম চুম্নদা নিংঙমদবা কোংদোক্লবগী খুদোং পি।

পৃথিবীনা খংবা খ্বাইদগী চাওবা গনতান্ত্রিক ওইবা মীশক অমনি, মরমদি মহাক্না ঐখোইনা অকবা অমসুং ফত্তব অনিগী মরক্তা অমা খনজনবা ঐখোইদা নিংতম্বা থাদোলমই। মহাক অসি মানা খংনবা খ্বাইদগী হেন্না তমথীরবা নিংথৌনি মরমদি মহাক্না ঐখোইগী চিনবান ময়াদা লৈরবা পাত্রবু য়ৈথৈ অমসুং নিতন্না খনবা হায়বা কুয়োম অমগী মফুংদা ঐখোইবু মমল ওইরগা মহাকীনা কুম্মে অমা ওইননবা য়াম্না মতিক চাখিত্রবা ফীবান অমা ঐখোইগীদমক থমই।

মরম অসিনা হিন্দুশিংনা মাসিবু মহাকী শাস্ত্রবা, লীলা কোই নত্রগা মায়া—পুন্নমক শুদ্ধৎপা অসুম হায়না কৌই। ঐখোই পুম্বা ওইদবা ঙাক্তনি, অওইবদি মহাক্তনি। অদুনা ঐখোইনা অসুম লৈরগদি ঐখোইনা অরোইবা নাইদনা মহাকী মগুণবু শক শোনগদবনি অমসুং মহাক্না নিংবদা তৌগদবা ওই। ঐখোইনা মাগী বাঁশী খোঞ্জেলগী মতুংইন্না জগোই শাসন্ন অদুগা পুন্নমক য়াউফবা ওইগনি।

পৃথিবীদা ঐনা খংবগী মফুংদা ঈশ্বর হায়বসি খ্বাইদগী হেন্না য়ারকপা হৈবা মীশকনি। মহাক্না নখোইবু হন্না হন্না চাং য়েংই। নংনা নংগী শ্রদ্ধা অদু অদু কাম্নত্রবা, নংগী নশাদু য়ারক্লবা অমসুং নং শিগদৌরবা মতমদা করিগুম্বা মওং অমদা মহাক্না নংগী নক্তেং পাংই অমসুং নংনা হায়বা মতুংইন্নদি নত্তনা, মহাক্না হায়বা মতুংইন্না মহাক্না নংবু সেবা তৌরি অমসুং নংগী শ্রদ্ধা মা নিংঙাই ওইদে হায়বসি

ন্নওোন্দা প্রমাণ তৌই। ঐ খংলবনি। অরোইবা মীকুপ্তা মানা ঐবু খাদোকলম্বা খুদম অমা কাওবা ঐনা খাগৈশেংনা থেংনবা ওমজ্রি।

ঐনা নহা ওইরিঙৈদা হিন্দু শাস্ত্রনা হায়রিবা ঈশ্বরগী মমিং লিশিং অমা হায়বত্থু শোয়নবা ঐবু তম্বীরমই। তৌইগুম্বস্নুং অসিগুম্বা মীং লিশিং অমসিনা করিগুম্ব মও.দা মপুংফাবা ওইরমদে। ঐখোইনা খাজৈ— ম'সি অচুম্বনিস্নু খল্লি মহুদি জীব অসিমুক ঈশ্বরগীস্নু মমিং অমুক য়াম্না লৈ, অহুনা ঈশ্বরবু ঐখোয়না মমীং লৈতে হায়না হায়, অতুগা ঈশ্বর মওং য়াম্না লৈবা মরমনা ঐখোইনা মাবু মওং লৈতে হায়না খল্লি, মহাক্না লৈ ময়াম অমগী মাধ্যমদা রা ভাংই মরম অসিনা মহাকপু ঐখোইনা রা ভাদে হায়না খল্লি, অসিনচিংবা রাকম কয়া অমস্নু লৈরি। অতুগা ঐনা ইসলাম ধর্ম্ম য়েংলুবা মতমদা ইসলাম ধর্ম্মদা ঈশ্বরগী মমিং ময়াম অমা লৈবা ঐনা থেংনৈ।

ঈশ্বরদি প্রেমনি হায়বা মীশকশিং অতুগা লোইননা ঐনা হায়কম খোকই মহুদি ঈশ্বরদি প্রেমনি। তৌইগুম্বস্নুং ঐগী মুংদা খর লুথনা অমুক লুপলগা ঐনা হায় হায়তুনা লৈরমই মহুদি ঈশ্বরনা প্রেম ওইবা য়ারবদস্ন ঈশ্বর হায়বসি পুম্নমকী মথক্ত, সত্যনি। মীওইবগী রাইনা ঈশ্বরবু খ্বাইদগী হেন্না মপুংফানা তাকপা ওইথোকলবদি ঐগীদমক্তি ঐনা অরোইবা ওইনা লেপলে মহুদি ঈশ্বর হায়বসি সত্যনি।

তৌইগুম্বস্নুং চহি অনিগী মন্নাংদা ঐনা খোংথাং অমা হেন্না চংশিনলমই অমস্নুং হায়রমই মহুদি সত্য হায়বসি ঈশ্বরনি। ঈশ্বর সত্যনি অমস্নুং সত্য ঈশ্বরনি হায়বা রাকম অনি অসিগী খেন্নবগী

ফজরবসি নখোইস্থ খংলকনি। চহি য়াথে য়োমদগী মমাংগী তৌদুনা অরেপ লৈতনা অমস্থং য়ানা সত্যবু থীরক্লবা ভুংদা ঐনা কীরেপ অমি অরোইবা ওইনা লৌরমলবনি।

মাহুদগী ঐনা খংলমই মতুংদি প্রেমতনা ঈশ্বর ফংননবগী খ্বাইদগী হেন্না তেনবা লম্বনি। অতুগা ঐনা মসিমস্থ খংলমই মতুংদি ইংরেজী লোন্দা প্রেম ( Love ) হায়ব বাহৈ অসি য়ামদ্রবদা অর্থ য়াম্না পুবা য়াই অতুগা মীওইবগী অনেম থাক্কী প্রেম হায়বসিনা হন্থহনবা পোৎ অমস্থ ওই। অহিংসাগী অর্থদা প্রেমবু লৌই হায়বসি জগত্তা য়াম্না অকনবা মীশক থরদনি হায়বসিস্থ ঐনা খংলমই। তৌইগুম্বস্থং অচুম্বগী মরীদা অর্থ অনি চৎপা মওংসিদি ঐনা কদৌকৈদস্থ থেংনখিদে অতুগা য়াকমসিদা নাস্তিকশিং ফাওবনা অচুম্বগী শক্তি দরকার অসিদি চিংনবা লৈরমদে।

অতুগা, অচুম্বা পুখোকনিংবগী অপাম্বনা নাস্তিকশিংনা ঈশ্বর লৈ হায়বা ফাওবা য়াদবদা করিস্থ চিংনখিরমদবনি, মাসি মাখোইনা য়েংজবা মীৎয়েংদগীনি, চুমননি। অসিগুম্বা যুক্তি অসি লৈবা মরমদগী—ঈশ্বর সত্যনি হায়বদগী সত্য ঈশ্বরনি হায়কম থোকই হায়বসি ঐনা খংলমই।

ঈশ্বর সত্যনি, তৌইগুম্বস্থং ঈশ্বরদি পোৎ অত্তে ময়াম অমস্থ ওই। মরম অসিনা সত্য ঈশ্বরনি হায়না ঐনা হায়বনি......। অতুগা মসিমস্থ নিংশিংতি মাহুদি সত্য হায়বসি ঐখোইনা মমিং থোক্লিবা গুণ ময়ামগী মতুংদা অমস্থ ওইদবনি। মাসি ঈশ্বরগী অহিংবা হৃকচাংনি। মসিদনা মাগী পুন্সিনি অমস্থং খ্বাইদগী মপুংফাবা পুন্সিগা সত্যগা মশক অমত্তনি হায়না ঐনা লৌই, অহুনা মত্তৌ অমুমনা মহাত্মা মশক

লাইবা পোং অমা ওইবনি মরমদি ঈশ্বর হায়বসি মহাক্কী সৃষ্টি পুম্বনী মশকনি, লৈরিবা পুম্বা মশকনি, অদুগা লৈরিবা পুম্বগী সেবা মশকনি—সত্য হায়বসি ঈশ্বরগী সেবা মশকপুনি।

মপুংফাবা হায়বসি পুম্নমক ওম্বা মশক অমগী মগুণনি অদুগা মহাকসি কয়াদা চাওথবা গনতান্ত্রিক মীশক অমা ওইগনবনো। মহাক্না ঐখোইগীদমক কয়া য়ায়া অরানবা অমসুং মীনবা তৌদুনা অরাবা থোকনেরিবনো! ঐখোইগী মুংদা, পান্দা, অকোইবদা পরমাণু পুলিংদা লৈরবসু, মহাক্কী করিসু লৈত্রবা থরাইপানবা জীব অমা ওইনা মহাক লৈবগী মরমদা হংলিবা য়াহংগী পাওখুম পীননবদ অরাবা ওইরি। তৌইগুম্বসু, মহাক্না খনবা অককনবা মীওইদদা মহাক্না কোংদোক্নবগী অধিকার অদুদি মহাক্না মশা মতোমদগী ওইনা খাক্তুনা থমই। মহাক অসি থোং, থুং অমসুং অতৈ হকচাং কায়াৎ পানদবা মীশক অমনি, অদুমনদি ওইরগা মহাক মশাবু উৎননবা মহাক্না খনবা মীশক অদুনা মহাকপু উবা ঙমই।

সেবাগী মাধ্যমদা ঈশ্বর—

ঐনা ঐগী মুংদা লৈরিবা ঈশ্বরবু পূজা তৌত্রবদি মুমিৎ থুদিংগী ঐনা অদুক্কী মতিক অরাবা অমসুং নিংবা কাইবা ওই মদুদি ঐ অসি চোইরোন লোনবা অঙাওবা ওইরমই অমসুং ঐগী পনথুংকমনা হুগদী ওইরমই।

ঐনা ভারতা থাইদগী মশীং য়ামদবগী অরাবগা, ঐগী শক্তি লৈরবদি, জগৎকী অরাবগা, ঐগা মশা অমত্ত ওইবা ভারবদি ঐনা

য়োকচরিবা মীশক মচা মচাশিংগী পাপশিংগা লোইননা ঐগা অমত্তা ওইসনু।

ঐনা মীওইববু সেবা তৌহনা ঈশ্বরবু উমনবা হোৎনরি মরমদি ঐনা খংই মাহুদি ঈশ্বরদি স্বর্গদসু লৈতে, নত্রগা পাতালদসু লৈতে তৌইগুমসুং খুদিংমক্তা লৈ।

ঐ অসি মপুমগী শরুক অমনি, অহুনা ঐনা মহাকপু লৈহৌরিবা মীওইবগী তোঙানবা শরুক অমা ওইনা ( খংবা ) উবা ওমদে। ঐগী স্বদেশবাসীশিং অসি ঐগী খ্বাইদগী নকনবা লৈকোক লৈকাই। মখোই অসি অসুক্কী মতিক মপাঙ্গল লৈত্রে, তৌকম খংদ্রে মাহুদি ঐনা মখোইবু সেবা তৌবদা পুক্নিং য়াম্না থিংজিনবা তাই। মহাক অসিবু হিমালয়গী গুফা অমদা ঐনা ফংবা ওমলমগনি হায়না ইশাবু খেম-জিনজবা ওমলমলবদি ঐনা মকম অহুনা খুদক্তা চৎলমগনি। তৌই-গুমসুং ঐনা খংই মাহুদি মহাক অসিবু মীওইবদগী তোঙানব অমদা ঐনা ফংবা ওমলোই।

ঐনা ঐগী মী কোটিশিং অসি খংই হায়না হায়রি। নোংমগী পুং ২৪ অসি মখোইগা লোইননা লৈ। মখোই অসি ঐগী অহোবা অমসুং অরোইবা ওইনা য়েংফমনি মরমদি মরোল থোক্লবা কোটি অসিগী থম্মোইদা লৈবা ঈশ্বরদু নত্তনা ঐনা ঈশ্বর অমা মশক খংদে; ঐদি খংই। অহুগা সত্য ওইরিবা ঈশ্বর অদুবু ঐনা পূজা তৌই; নত্রগা ঈশ্বর ওইরিবা সত্য অদুবু মীওইবগী সেবা তৌহনা পূজা তৌই।

## লমজিংবা অমসুং ঙাকশেনবা মীশক—

ঐগী অমত্ত ঙাইবা লমজীংবা মীশক অমওইনা ঐনা ঈশ্বরগা লোইননা শোয়দনা চংকনি। মহাক অসি কলকচাওবা মপুনি। মহাক্না কনামতদম্ মহাক্কী শক্তি অসি শরুক য়াহল্লোই। মরম অসিনা কনাগুম্বা মীশক অমনা মহাক্কী মমাংদা মশাগী অশোনবা পুম্বগা লোইননা খুং-হাংনা, মপুংফানা চংজরবগী ভাবতা মঙোন্দা চংগদবা ওই মতম অহুতদা মহাক্না নখোইবু জগৎ পুম্বগী মমাংদা লেম্না ঙমহল্লি অমসুং নখোইবু অমাংব পুম্বদগী ঙাকশেল্লি।

ঐনা পান্না অসিমদি তমলকলে—মাহুদি মীওইবদা ওইথোক্তব-শিংহু ঈশ্বরদি অভাংগী শান্নবনি অহুগা মহাক্কী সৃষ্টিগী খ্বাইদগী হেন্না পিকপা মশক অমগী মরাইবক লেপলিবা লাইগী ওইবা মওং অহুদা ঐখোইনা শ্রদ্ধা লৈরবদি পোৎ পুম্নমক ওইথোক্কদবা ঙাক্তনি হায়রসিদা ঐগী চিংনবা লৈত্তে, অহুনা অহুগুম্বা অরোইবা আশা অহুদা ঐনা হিংই অমসুং ঐগী মতম লেল্লি অমসুং মহাক্কী অনিংব য়াথং ইন্নবা হোৎনৈ।

খ্বাইদগী হেন্না তমথীনা নিংবা কাইরবদা, পাকপ্রবা জগৎসিদা মুক্তাইবা লৈত্রবা, মতেং পাংবিনবা মীশকসু লৈত্রবগুম তৌরবা মফমদা মহাক্কী মমিংতনা শক্তিগা লোইননা ঐখোইগী থৌনা হাপই অমসুং নিংবা কাইবা পুম্না লোইনা চেনথি। ঙসিদি অকাশ অসি নোংনা হুপশিনবা য়াই অহুগা ঐখোইগী শম্মোইশোকপা লাইশোন অমনা মাহু কোকহুমবগী মতিক ওই। নিংবা কায়বা হায়বহু ঐনা গুকথং কাত্রিবসিগী মরমদি লাইশোনজবননি।

ঐনা নিংবা কায়বা হায়বসি থংদে। মাহু ওইরবদি নংনা করিগী-দমক মাহুগী লম্বী শেমগদৌরিবনো? ঐখোইগী থম্মোই অপিকপা, অনেম্বা অমম্তুং মীনম্বসি মহাক্না শেংদোকপিননবা ঐখোই খুরুমসি অতুগা মহাক্না শোয়দনা ঐখোইগী লাইশোনশিংগী পাউথুম পিবিরকনি। ময়াম অমনা শক্তিগী শোয়বা লৈতবা হৌরককমলোদদা লৈশিন্নখিবসি ঐনা থংই।

ঐনা খলে অমম্তুং থাজে মাহুদি ঈশ্বরনা কদৌউভদম্মু নখোইদা মশা ওইনা লাকলোই, তৌইগুম্বম্তু: নংগী খ্বাইদগী মমলবা পুংজাদা নংবু কনবিননবগী মরম ওইবা থবক ওইনতবক লাক্কনি।

মীশক অমতা ওইনা পুজা তৌবা হায়বসিদ রাহৈনা ফোংদোকপা ওমদে। মাসিদি অতৎপা লৈতনা অমম্তুং থংদনা চৎথরিবনি। মহাক্না লোইননা ঐনা মাত্রা চান্নবা হোৎনরিবা অমম্তুং মহাকী মমিৎনা করিগুম্বা অমতং উদবা লৈতবা মশক অমনা লৈবসি ঐনা অম্লুভব তৌবা মতমগী মীকুপ অমতং ফাওবা লৈতে।

মহাক্না পাওথুম পীবা রাৎহৌই হায়বসি ঐ কদৌউভদম্মু থেংনজ্রি। ঐগী থবক্তা অমত ফজনা চৎথত্রবা জেলগী ঐগী চাংয়েংদা অকাশ অসি খ্বাইদগী হেন্না মমশিল্লকলবদা খ্বাইদগী নকনা থুত্তা ঐনা মাবু ফংই। ঐগী পুল্লিদা ঈশ্বরনা থাদোকলম্বগী রাখল লৈবা মতমগী মীকুপ অমা ফাওবা ঐনা নিংশিংবা ওমদে।

**ঐবু থংবা ( আত্ম-দর্পণ )—**

অতৈ অ:তাপ্পা পোৎ খুদিংমক থাদোকলমলগা মশাগী হুদো

ঈশ্বর লৈবগী অনুভূতি ফংবা পাপ লৈত্রবা, হান্নদোকপা ঙমত্রবা, শুঙাইরবা অবস্থা অমা ফংননবগী ওইথোকপসি মীওই খুদিংগী লৈ হায়না ঐনা থাজৈ।

ঐনা ফংনিংলিবদি,—ঐনা ফংননবা হাৱিবা অবস্থং হোৎনৱিবদি ঈশ্বরবু মায়গা মায়গা উৱবা, মোক্ষ ফংবা, ঐ খংবা হায়বছুনি। পনথুংফম অসি তান্নবদা ঐনা হিংলি, লেংলি অমস্থং মীশক অমা ওইরি। ঙাংবা অমস্থং ইবা ওইনা অমস্থং রাজনীতি ক্ষেত্রদা ঐগী তৌৱিবা থবক পুম্নমক মশা অমত্ত ওইবা পনথুংফম অসিগী মাইকৈরোমদনি।

মরমদি ঐ অসি মঙোন্দগী থোকলকপনি অমস্থং ঐনা হোল্লিবা সুংশাশ্বর অসিবুস্থ মহাক্না চলাইরিবনি হায়বস্থ ঐনা মপুংফানা খংলবদস্থ মঙোন্দগী ঐ অসি হৌজিক ফাওবদস্থু অমুক লাপ্না লৈরি হায়বসিনা ঐঙোন্দা মরক খন্ত্রবা অৱাবা অমনি। ঐনা খংই মাদুদি ঐনা মঙোন্দগী লাপনা লৈৱিবসি ঐগী যত্রবা সুংদা লৈবা অপাম্বা হায়বছুননি অদুবু ঐনা মখোইদগী লাপথোকপা ঙমদে।

ঈশ্বর থাজবা হায়বসি যুক্তিগী ৱাংমদা লৈবা শ্রদ্ধা নির্ভর তৌপ-ৱবনি। অওইবমক, ঐ খংবা হায়না খংনৱিবসি লৈথাদা মতু ৱাওদ্রবনি হিংবা য়াদবা শ্রদ্ধাগী মচাক থর লৈবনি। পোৎপুম্নগী হেক স্বভাব মশামক্তা অস্থমনা ওইগদবনি। মহাক্কী শক্তমগী ঙমথৈ নাইবা মওং অদুদগী কনানা লাস্থোকপা ঙমগদগে ?

হকচাং পান্নবা পুঞ্জি অসিদা মপুংফানা ঐ খংবা হায়বস্থ ওইথো-ক্তবনি হায়বসি ঐনা লৌই। নত্রগা কনস্থ কান্নদবনি। মীওইশিংনা

ফংবা য়াবা মপুং কাবা অধ্যাত্মিকী মরেপ য়োননবগী দরকার লৈবদি লেংদবা, অহিংবা শ্রদ্ধানি। ঐখোয়গী লৈপাকনা শাবা কুয়োম অসিগী মপান্দা ঈশ্বর লৈতে। মরম অসিনা মপানগী প্রমাণ অসি, লৈবা ভারবস্থ, অচুক হায়না কায়বা ওইদে।

ঐখোয়না মহাকপু ইন্দ্রিগী মতেংনা থংবসি শুকওই ওইরোইদবনি মরমদি মহাক মখোয়গী য়াংমদা লৈ। ঐখোয়না নিংলিবা অমস্তুং ইন্দ্রিশিংদগী মশাবু লৌথোকলবদা মহাকপু ঐখোইনা অনুভাব তৌবা ঙমই। লাইগী ইশৈদি ঐখোইগী মুংদা মতমচুপ্পগা শকলি, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী ইন্দ্রিশিংনা তাবা নত্রগা থংবা ঙম্বা করিগুম্বা পোংকা মায়ত্রবা অমস্তুং ঙমখে নাইদনা হেন্নবা, নৌরবা ইশৈ অসিবু খোজেল হৌরবা ইন্দ্রিশিং অসনা ইরাকনহনলি।

---

# ১১ঃ অচুম্বা অমসুং ফজবা

## কলাবিদ্যাগী মুংগী মশক—

পোং পুম্নগী শকলোন অনি লৈ — মুং অমসুং পান অসিনি......।
পানগী মশক অসি মুংগী শকলোনবু মতেং পাংবা নত্তনা অতৈ অর্থ লৈতে। অসুমনা অশেংবা কলাবিদ্যা হায়বসি মুংগী আত্মাবু ফোংদোকপনি। মীগী মুংগী আত্মাবু ফোংদোকলবা মতম অচুতদ মপানগী মওং-মশকশিং অসিগী মমল লৈ।

ময়াম অমা মখোই মশা মশাবু কলাবিদ্যাদা হৈশিংলবনি হায়না হায় হায়বসি ঐ থংই অমসুং অসুম হায়না অচুম থংনৈ, তৌইগুম্বসুং মখোইগী থবক্তা আত্মানা থকলোমদা কানিংবগী অইনবা অমসুং লাংতকনবগী লংজিন অমা ফাওবা শুককং ফংদে।

অশেংবা কলাবিদ্যা পুম্বনা মুংগী থরাই ওইবা আত্মাবু মশক থংবদা মীবু মতেং শোয়দনা পিগদবনি। ঐ ইশাগী য়াফমদদি, ঐগী আত্মাবু থংবদা মপানগী মওং মশক য়াওদনা থংবা ওমই হায়বসি ঐনা থেংনৈ। মরম অসিনা ঐনা হায়জবা ওমই মাচদি কলাবিদ্যাগী থবকনি হায়রিবশিংচু ঐগী মরমদদি উবা ফংদ্রবদসু ঐগী পুন্সিসিদা শেংনা থবক তৌবা কলাবিদ্যা লৈ।

ঐগী কাগী ফকলাংশিং অসি ইহাং হাংবা য়াই; অচুগা ঐগী য়ুমথক ফাওবা, অয়োইবা নাইদনা পাকনা শন্দোকখিবা কোকথক্ত লৈরিবা থরানমিচাকনা থল্লবা আকাশ অসি য়েংবা য়ানববা লৌথোকখিবা য়াই। ইরুং লংলিবা থরানমিচাকা লোইনরবা থক্তা লৈরিবা

আকাশ অসিদা ঐনা য়েংখৎলকপা মতমদা ঐগী মাংদা হাংগোক্লকপা লৈরিবা মহৌশা লাইরেম্বীগী মথং মথং লৈগ্রিবা শক্তম অসিবু করম্বা মীগী জ্ঞান য়াওবা কলাবিদ্যা অমনা পীবা ঙমগদগে ?

অসি হায় হায়হনসু, কলাবিদ্যাগী পোৎথোকশিংবু য়য়াম্মা অচুম হায়না লৌনরিবসু ঐনা লৌত্রে হায়বগী অর্থ নত্তে। ভৌইগুম্বসুং ভৌবদদি মহৌশা লাইরেম্বীগী লোইবা নাইগ্রবা ফজবশিং অসিগা লোইননা চাংদমনরুবদা কল্যাবিদ্যাশিং অসি কয়াদা মপুং ফাদবনো হায়ংহু ঐনা ইশাগী ওইনা অনুভব ভৌই।

মীগী কলাবিদ্যাগী পোৎথোকশিং অসি আত্ম-দর্শনগী মাই-কৈদা আত্মানা মাংলোমদা চংশিনবদা মভেং পাংলব মতমদভা মথোইশিংগী মমল লৈবনি।

**অহানবদা সত্য —**

থিগদবা ইহান হানবা পোত্তি সত্যনি, অচুদগী ফজবা অমসুং অফবা হায়বসি নখোইদা হাপচিনলকনি। ঐগী পুক্নিংদদি, জেমস হায়বসি অথোইবা কলাবিদ্যাদা হৈশিংলবা মীশকনি মরমদি মহাক্না অচুম্ববু উরমই অমসুং ফোঙদোকলমই ; অসুমনা মহম্মদসু ওইবনি, অদুগা অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু পণ্ডিতশিংনা হায়রিবসু কোরান হায়বসি আরব সাহিত্যগী মনুংদা থাইদগী হেন্না মপুং ফারবা শৈরেংনি। মাসি ওইবগী মরমদি মথোই অনিসিনা অহানবদা অচুম্বগীদমক হোং-নরমই অদুনা ফোঙদোকপগী ফজবসু মশানা লাকচরমই অদুগা জেমস নত্রগা মহম্মদনা কলাবিদ্যাগী ওইনা কন্নিসু ইবা লৈরমদে। ঐনা খৌরাংলিবা, মাহুগীদমক হিংনিংলিবা অমসুং শিনিংলিবা অচুম্বা অমসুং ফজবা হায়বসু মাহুনি।

**মীয়ামগী ওইবা কলাবিদ্যা—**

মকম অসিদমু, অতোপ্পা মফম অতৈদা তৌবগুম মীয়াম কোটিগী ওইনা ঐনা শোয়দনা থনবা তাবনি। কোটি মীয়ামদদি অচুম্বদা ফজবা উবা ঙমননবা তম্বীবা হায়বসি ওইথোকপা ঙমদে। মখোইদদি ইহান হানবদা অচুম্বহু উহনলু অহুগী তুংদা মখোইনা ফজবা উবা ঙমগনি। চরা হেল্লিবা কোটিশিংদা কান্নবশিং অহু ঐনা থনবদদি মখোইগী ফজবনি। ঙসি মখোইদদি পুন্সিগী লৈতেং অফব পুম্বা তু ইল্লকনি।

ঐনা মীয়াম কোটিদা রা ঙাংবা কলাবিদ্যা অমসুং সাহিত্য পামই।

কলাবিদ্যানা কলাবিদ্যা ওইননবা শান্তি পিগদবনি। হায়বমথৈ হায়রবসু, পোৎথোক য়ামথংনবদ শেম্লবা বিজলিনা থৌরবা মথরাই পান্দবা কল-কবজাগী মাধ্যমদা কলাবিদ্যা ফোঙদোকপা ওইরোই, মীওইবা মুপী অমসুং মুপাশিংগী অহিংবা অথোৎপা মথুৎশিংনা শোকপদগীদা কলাবিদ্যা ফোংদোকপা ঙমগনি।

**মুং-শেংবা—**

অশেংবা কলাবিদ্যাদি মপানগী মওংদা নত্তনা মাহুগী তুংদা লৈরিবা মশক অহুবুসু য়েংশিনবনি। পুন্সিব হাংপা কলাবিদ্যা লৈ অহুপা পুন্সি পীবা কলাবিদ্যাসু লৈ। অশেংবা কলাবিদ্যাদি মাগী মপু অত্তুদা অশেংবা, অপেনবা অমসুং মুংঙাইবগী প্রমাণ শোয়দনা ওইগদবনি। থাজৈশেংনা ফজবা হায়বহুদি থম্মোই শেংবনি।

ঐশু ইশৈ অমসুং অতৈ অতৈ কলাবিদ্যাশু পাম্বই অচুম্বা মজায়া চাওরায়া শিনরিবা মমল অচুওব মমলদি ঐনা থমদে। খুদমগী মশক ওইনা, মখোইশিংবু শংবদা অককনবা জ্ঞান অতোপ্পা অমা দরকার লৈবা থৌরম পুম্বচু ঐনা মমল লৈ হায়না লৌবা ঙংদে।

পুন্সি হায়বসি কলাবিদ্যা পুম্বদগী হেন্না চাওবনি। ঐগী খোংথাং অমম্থ হেন্না চংশিননিংই অমসুং হায়নিংই মাহুদি মপুংফাবগী মনাক্তা খুাইদগী হেন্না নকনা চংশিনবা মপুন্সিগী মীশক অচুনা খুাইদগী হেন্না চাওবা কলাবিদ্যাদা হৈশিংলবা মীওইনি; মরমদি পুক্চেল অচৌবা পুন্সি অমগী উকম অমসুং লোংত্রেবা য়ুক্ষম লৈত্রবা কলাবিদ্যাশু করিনো?

ঐখোইনা করিগুম্বা মওং অম ওইনা লনাই ওইবা পুন্সিগী অশেংবদা কলাবিত্থাগা মরী লৈনদে হায়না থাজবসি ঐখোইনা হৈনবে। ঐগী হেক লৈজবা ঐগী অভিজ্ঞতাদগী ঐনা হায়বা ঙমই মহুদি মসিদগী হেন্ন চুমত্রব অম লৈত্রবনি। ঐগী মর্তজীবন অসি লোইগদবা নক-শিনলকপনা ঐনা হায়বা ঙমই মহুদি অশেংবা পুন্সি হায়বসি খুাইদগী অরাংবা অমসুং অশেংবা কলাবিদ্যানি। নৈনরবা খোঞ্জেল অমনা মুংশিবা ইশৈ অমা পুথোকপা হায়বসি অয়াম্বনা পাংথোকপা ঙমই; তৌইগুম্বসুং অশেংবা পুন্সি অমগী মাত্রা চায়রবা ইশৈ অচু পুথোকপগী থঘক্তি য়াম্না তাংনা পাংথোকই।

## অচুম্বদা ফজবা —

অচুম্বদা নত্রগা অচুম্বগী মাধ্যমদা ঐনা ফজববু উই অমসুং থেংনৈ চুম্বগী অশেংবা রাখলত নত্তনা, অচুম্বা মায়থোংশিং, অচুম্বা লাইশিং, নত্রগা ইশৈপুম্বা অসিনা ওইরিবা অচুম্বা পুম্বা য়াম্না ফজবা মশক্তি।

মীশিংনা সাধারন ওইনা অচুম্বদা কজবা উদে, অদুম্ব মীশকশিংদি মসিদগী লাপ্না চেনখোকখি অমসুং মতুগী মহুংদা লৈরিবা কজবচদা মীং উইশিনখি। মীশিংনা অচুম্বদা কজবা উবা হৌরক্লবদা অচুম্বা কলাবিদ্যা হারবচু খোরকনি।

অচুম্বা কলাবিদ্যাদা হৈশিংজবা মীশক অমদদি, মপানগী মওং ইয়াও রাওদনা মুংগী আত্মাগী অচুম্বগা লোইননা ওাল্লবা মাইথোং অত্তনা কজবা ওই। অচুম্বদগী তোওানবা কজবা হায়বা অম লৈতে। অতোপ্পা মাইকৈ অমরোমদা, মপানগী মওংদদি শুকক কজত্রবা মওংশিং ওইনা অচুম্বনা কোংদোকললকপা য়াই। ঐখোইদা হায়, মহাক্তী মতমদা সোক্রেটিস হায়বসি খ্বাইদগী হেন্না অচুম্বা মীশকনি অদুগা গ্রীসকী মহুংদদি মহাক্তী মাইথোং অত্তদি খ্বাইদগী হেন্না থীব মীশকনি হায়। ঐগী পুক্লিংদদি, মহাকসি কজরমই, মরমদি মহাক্তী পুন্সিচুপ্পসি অচুম্বগী দমক্তা হোংনথিবনি। অদুগা নখোইনা নিংশিংবা য়াই মতুদি মহাক্সা কলাবিদ্যাগী মীশক অম ওইনা মপানগী মওংবু উবদা হৈনরমলবসু মহাক্তী মুংদা লৈরিবা অচুম্বগী কজবচু লৌশিনখিবদগী ফীভীয়াসবু মপানগী মশক অদুনা থীংবা তৌরমদে।

অচুম্বা অমসুং চুমদবদি তোইনা লৈমিন্নৈ; অফবা অমসুং কত্তবসি তোইনা পুন্ন পুন্না থেংনৈ। কলাকার অমদসু পোৎপুম্বগী অরানবা পুন্না লৈমিন্নরম্বসি খেংনদবা পংনা ওইদবা নত্তে। চুম্না খংবনা থবক তৌরবা মতমদত্তা সৃষ্টিগী অশেংবা কজবচু লাকই। পুন্সিদা নিংশিং খুদমশিং অসিনা তাওনা থোকলবদি কলাবিদ্যাদি মখোয়শিং অসিসু তাওনা থোকই।

ফজবশিং ( হুমিং তাবা নত্রগা অহিংদা থরানমিচাকশিংগী মরক্তা ঙাল্লিবা পানথংলকপা থা ) অসি, মথোন্নবা মথোন্নগী নমদা লৈরিবা মথোইবু শেম্বা মপু অহুবু ঐঙোন্দা থলহনবা অহুগুম্না, অচুম্বা ওই।

সৃষ্টিগী ময়াইদা লৈরিবা অচুম্বা অহু নত্রবদি অতোপ্পা করম্বা অমনা ফজবা ওইবা ঙমগদগে ? ঐনা হুমিং তাবগী অঙকপা নত্রগা থাগী ফজবহুবু থাগৎপা মতমদা শেম্বীবা মপুবু পুজা তৌবদা ঐগী আপ্পাসি পাক চাওনা শন্দোকই। সৃষ্টিশিং অসিদা মহাকপু অমসুং মহাক্কী থৌজালবু ঐনা উননবা হোৎনৈ। মহাকপু থনবদা মতেং পাংলমত্রবদি হুমিং তাবা অমসুং থোকপাসিংসু ইচম চম্না য়েথাইবা অমা ওইরমগনি। আপ্পানা কোইপাই পাইবদা য়েথান্নবা পীবা করিগুম্বা পোৎ অম হায়বসি লাংনি অমসুং গুঙ্কৎপ মশকনি। মসি মুক্তিগী লম্বীদা নহাক্কী হকচাংনা নঙোন্দা য়েথান্নবা পীবগুম্বনি।

নথোইনা মনামশীংগী মচুগী ফজববু উবা ঙমগ্রিবনো ? অহুগী ভুংদা মক্ত্রবা অতিয়াদা ফজবসু লৈ। তৌইগুম্বসুং ওইদে, অহুগা মীৎনা শেরাননা উবা মশক ওইবা চুমথাং মচুশিংবুদি নথোইনা য়েংবা পামই। ঐথোইবু অসুম হায়না তম্বীরমলে মহুদি ফজবা ওইরিবপুম্বা কান্নবা ওইবা দরকার ওইদে, অহুগা কান্নবা ওইরিবা পুম্বসু ফজবা ওইদে কান্নবা ওইবা পুম্বা ফজবসু ওই হায়বসি ঐনা উহনবা পামই।

---

## ৬। অভয় (আকবা লৈতবা) মকণ

## ১২ঃ আকবা লৈতবগী পাওজেল

অধ্যাত্মিকতগী ইহান হাবনা চংগদবা পোৎচংদি অকিবা লৈতবা হায়বসিনি। অমম্বশিংনা কদৌঙৈদম্ব লৌচং-শাজং করবা হায়বদু ওইবা ওমদে।

অকিবা লৈবা মকমদা থর্ম্ম লৈতে —

গীতা শাবা মীশক খুদিংনা থংই মচুদি ১৬ শুবা অধ্যায়গী দৈবী সম্পদ মশীং থীরকপদা অকিবা লৈতবা হায়বসিনা পরেং অহুগী মকোক্ত লুচিংই। মসি মাত্রা চায়নবা চুমা হাম্মরা নত্রগা মকমগী মওণ অহু অকিবা লৈতবা হায়বসিদা খণ্ডন খণ্ডনা চংজবরা হায়বসি ঐনা হায়বা ওয়দগী হেন্দোকপ্রে। ঐগী মওদি, অহুম ওইনমক খণ্ডহৌদনা ওইবা য়াই, মফম অসিদা মতোন্দা পিরিবা অহানবা ফম অসি অকিবা লৈতবা হায়বসিগী ফংবদা মতিক য়াম্না চাবনি।

অকিবা লৈতবা হায়বসি অতৈ অতোপ্পা অফব গুণশিং চাওখৎ-লকনবগী ("সাইনে-কা-নন্") থাজবা য়াত্রবা অবস্থা বিশেষনি। অকিবা লৈতবা হায়ব গুণ অসি য়াওদনা কনানা মুংশিববু থনবা নত্রগা অচুম থীবা ওমগদগে? প্রীতমনা হায়বগুম্বনি 'হরিগী লম্বী হায়বসিদি থৌনা ফবশিংগীনি, অয়ম্বা মীশকী নত্তে"! হরি হায়বনা মফম অসিদা সত্যবু হায়বনি। অহুগা থৌনাফবা হায়বনা, অয়ম্বশি তনা পায়বা থাং, লোংগৈ নত্রগা অতোপ্প মী হাৎপা খুৎলাইশিং নত্তবা অকিবা লৈতবা হায়বা খুৎলাই পায়বশিং অহুবু থৌনাফবা মীশক ওইবনি।

কীদবা মশক হাংবনা মপানগী অকিবদা—লায়না, অশিবা নক্রপা হকচাং শোকহনবা, পোৎমাংবা, কনাগুম্বগী থ্বাইদগী মুংশিজরিবা অমস্মুং নকনরবা মাংখিবা, মী চৎ মাংখিবা নক্রপা মরাল পীবা অসিনচিংবা কীবা পুম্বদগী নাম্থোকপবু হায়বনি।

## অকীবা লৈতবা গুণ ফংবা—

শুদ্ধাৎলবা জ্ঞানদগী নাম্থোকপগী অথৌবা মরেপপু তাকাৎলবা ব্রহ্মবু হাকথেংননা থংলবা মীশক্তনা মপুংফানা অকীবা লৈতবা অবস্থাবু ফংবা ঙমই। মশাবু মশনা মথং মথং ওইনা থাজরকলবা, অমস্মুং অতৎপা লৈতনা হোৎনরকলবা, অইন কল্লবা মীশক অত্তুনা মতম চুপ্পদা পম্মুংফম অসিগী মাহকৈদা চংশিনলকপা ঙমই।

মুংগী য়েকনবশিংগী দমক্তুদি, ঐখোইনা মখোয়বু কীতুনা কীতুনা অস্তুম চৎকদবনি। শাগী ওইবা অপাম্বা, অশাওবা, অমস্মুং অসিগা মান্নবশিংবু কীবসিদি অচুম্বনি; লানবন মস্মুং অত্তুদা বিশ্বাসঘাতকশিংসিবু অমুক্তং জয় তৌথ্রবা মতমদা মপানগী অকীবশিং অসিদি মশা মথন্ত মরম্লাই ওইনা লেপচখিগনি। অকাবা পুম্বসি হকচাংগী অকোয়বদা হকচাংনা ময়াই ওইরগা লোইত্তুনা লৈইত্তুনা লৈবনি, মরম অসিনা কনাগুম্বা মীশক অমনা হকচাংগী অশাম্বত্তু হেক য়াম্না থুনা তোকপ্রবা মতমদা অকাবসিম্তু মাংখিরমগনি।

অস্তুমনা ঐখোয়না থংই মত্তুদ অকীবপুম্বা ঐখোয়গী মুনফম লৈতবা মীংয়েংনা শাগৎপা শক্তমনি। লনথুম, ইমুংমস্মুং অমস্মুং হক-চাংবু পাম্বা হাযবসি থাদোকথবদা ঐখোয়গী থম্মোইদা অকীবগী মফম

লৈথিজ্রবনি। "তেন ত্যক্তেন ভুঞ্জীথাঃ" হায়বসি অচৌবা য়াথং অমনি। লনথুম, ইমূং-মমূং, অমসুং হকচাংগি অতুম লৈগনি, চপ অতুম মাল্লবনি, মখোইদা ঐখোয়গী মীৎয়েং হোংবদা ভাবনি। মখোইপুম্বসি ঐখোইগী নত্তে, ঈশ্বরগীনি। জগৎ অসিদা হেক লৈরিবা করিগুম্বা অমত্তসু ঐখোইগী নত্তে। ঐখোই ইশা অসিমক মহাক্কীনি। অদু ওইরবদি অকীবশিংসিগী অমত্তং ফাওবা ঐখোইনা করিগী থমগদৌরিবনো ?

মরম অসিনা, উপনিষদশিংনা "ঐখোইনা ভোগ তৌন তৌনা পোৎশিংগী অপাম্ববু থাদোকউ" হায়না ঐখোইদা তাকই। হায়বদি, ঐখোইনা পোৎশংবু মপু ওইনা পামগদবা নত্তে, শিল্লরম্বা অমা ওইনদা পামগদবনি। মহাক অদুগী মহুত্তা ঐখোয় পায়রিবা মতাক অদুনা মখোইবু ভাকননবা চংগদবা দরকার ওইবা থুংলাইশিং অমসুং শক্তিবু ঐখোয়দা পিগনি।

অসুমনা ঐখোইনা মপু ওইবা তোকলবা অমসুং ঐখোইগী খোয়াগী উফুলদগী হেন্না তোল্লবা মীনাইগী কমদা ঐখোই ইশাবু ওইহনলবা মতমদা অকীবা পুম্বা লৈচিনগুম্বা পাইথোকখিগনি; ঐখোইন হায়গুমজ্রবা শান্তি ফংগনি অমসুং সত্যনরায়ণ ( অচুম্বগী ঈশ্বরবু ) মায়য়োক্লনা উগনি।

## ঈশ্বর কীবা —

ঐখোইনা ঈশ্বরবু কিবা ওইলমু অদুওইরবদি ঐখোইনা মী কীব ভোকহনগনি। ঐখোইগী অকোইবদা অমম্বদা থাজবা অমসুং মীনম্বা অমুক্কী মতিকয়াম্না লৈগ্রে, কনাগুম্বা মীশক অমনা অচুম্বা থবক তৌবদসু অকীবা পোকই। অদুগা কনাগুম্বা মীশক অমবু অকিবনা

অশ্রবদি অচুম্বহু নম্‌শিন্দুনা লৈঙ্খিবা ত্তাবনি। খোয়দবা নিয়মদি কনাগুম্বা মীশক অমনা চুমই হায়না থাজবা অন্থদা অকীবা লৈতনা খবক তৌবা হায়রবসিনি।

অকীবা লৈতবা হায়বনা কারাম্বা অমসুং মরম য়াওনা খুমাং চাওশিনববু হায়বা নত্তে। মহুদি মহু ওইনা অকীবগী খুদম পি। অকীবা লৈতবা হায়বসি হায়না পুক্নিংগী শান্তি লৈবা অমসুং অইংববু খংহনবনি। মহুগীদমক্তদি ঈশ্বরদা অহিংবা শ্রদ্ধা অম দরকার ওই।

অকীবা হায়বসি ঐনা পামদবা পোৎনি। কনাগুম্বা মী অমনা অতোপ্পা মীশক অমবু কীগদোরিবনো ? মীওইবনা ঈশ্বরবুদি কীগদবা ওই অহুদগীদি অতোপ্পা অকীবা পুম্বা থাদোকপা ঙমই।

## আত্মাগী থৌনা —

মীশক খুদিংমক মশা ঙাকচনবগী বিদ্যাদি তম্বীগদবা ওই। ঐখোয়গী হকচাংনা লম্মন খুম্বা তম্বীবদগী ঐখোইনা হেন্না তৎত্তনা ইনশিনগদবদি পুক্নিংগী অবস্থা বিশেষ অম শেম্বনি। ঐখোয়গী পুক্নিংবু তম্বীগদবদি ঐখোইগী মতেং পীবিনবা অমত্ত লৈতে হায়বসি অনুভব তৌবসিনি। থৌনা ফবা হায়বসি হকচাংগী গুণ নত্তে মসি আত্মাগী ওইবনি। কল্লবা মতোংনা য়োমশিল্লবা অয়ম্বা মীশকশিং, অমসুং খ্বাইদগী শোল্লবা হকচাংদা অতাংবা থৌনা লৈবা ঐনা থেংনরে ......... ঐখোয় মসুংদা খ্বাইদগী হেন্না মশা শোল্লবশিংবু ঐখোই ইশাগী মতিকচাবা ফজনা উৎননবা অমসুং খুদোংথীবশিং মায়থোকননবা বিদ্যাসি তম্বীগদবনি।

অয়ুক নম্ভ্রগা মুংদাংবাইগী মমলী মমলীবা মওয়া ঐখোই থাদে, ঐখোইনা ওাল্লি ওাল্লি তৌবা মশাগী থোঙ্গা লেপলি। অমনা অহিং ভুইয়াকই অতোপ্পা অমনা নোংওাল্লকপবু পাওজেল্লকই। ওাল্লি ওাল্লিবগী ভুগ্গা ঐখোইনা অরাবা অহিং নত্তবা অওানবা মুমিং অমবু উবা পান্মংলবদি ঐখোই খুদিংমকনা তাঞ্জাসিদা অচুম্বা থংনবা, করিগুম্বা খুদোংথীব অমগী মায়য়োক্ত মাহুগীদমক লেপননবা অমসুং শন্দোকননবা অমসুং থবক ওইনা করিগুম্বা মমল অমগীসু চিংনবা লৈত্তনা তৌননবা আশা তৌই।

নিংতম্বগী মাইকৈদা চংননবা থোংথাংগীদমক ঐখোইনা থাইন্দগী লৈরকলবা সত্য অমসুং অহিংসাগী লম্বীবু থনগ্রবনি। অথুবা অমসুং অচুম্বা লম্বী অসিদা চংপা মীশকনা কর্দৌওৈদা অরাবা থেংনরোই, শ্রদ্ধা অমসুং আশাগা লোইননা ঐখোইগী পুক্লিং থৌগৎপিরক্নি হায়বা ঈশ্বরগী অরেপ্পা য়ারোল অসিদি ঐখোইনা শোয়দনা ইনগদবনি।

মশাবু নমশিনজরবা অমসুং থৌনা লৈত্রবা, অয়ুম্বগা শমুত্থনা লৈরবা লৈবাক অসিদা য়াম্না থৌনাফবা অমসুং য়াম্না ওইজবা থাদোকপা ঐখোইনা লৈবা ওমলোই........., অতপ্পগী, নোঙ্কুপগী, অহিংসাগী হেন্না চাওরবা থৌনা, কনাগুম্বা আত্মা অমদা মাংনবগী য়াথল তৌদ্রপা নম্ভ্রগা মাংহন্দনা ফাঁসীগী শগাইদ কাগদবা থৌনা অত্থ ঐনা পামই।

চাওগে হায়বমথৈ চাওসম্মু, নিংথৌগী শক্তি অমদা খুক খুদক ফুনববু অরেপ্পা পুক্লিংগা লোইননা য়াদবা হায়বসিদগী হেন্না থৌনা, ফবা অমা লৈত্রবনি, অত্থগা করিগুম্বা থরাই মুওাইতবা অমত্ত য়াওদনা

অমসুং শ্রদ্ধাগী মপুংফাবা মওংদতা আত্মানা হিংবনি, অতৈ অতোপ্পা মওংদা ওইদবনি।

ঐখোইগী মাংদা ঐখোইন খনগদবা অনিথক লৈ। ঐখোইনা রায়া চাওরবা লানমীগী শক্তি অমা ওইবা ওমই নত্রগা ঐখোইনা ঐগী লম্বী ইল্লবদি, ঐখোই অহিংসা ওইবা অমসুং লাকওম কাওমত্রবা শক্তি অমা ওইবস্থ ওমই। রাকম অনি অসিগী অমদস্ত অকীবা পুম্বা থাদোকপা হায়বসিনা অংগনবা সর্ত্তনি।

## ৪। শ্রদ্ধা

## ১৩। (ধর্ম্ম) শ্রদ্ধাগী পাওজেল

নোংমৈ মুংশিংকী সমুদ্রদা ঐখোইবু লমশাম্বিরিবসি শ্রদ্ধানি। চাংশিংবু লেংহনলিবসু শ্রদ্ধানি, সমুদ্র য়াংম লাপ্পা চোংলিবসু শ্রদ্ধানি। অদুগুম্বা শ্রদ্ধা অদুদি অহিংবা, মীকপ্তা থোক্নুনা লৈবা মুংগী ঈশ্বরগী চিদাংশ অদুবুনি। অসিগুম্বা শ্রদ্ধাসি ফংগ্রবা মীশক অদুগী করিগুম্বা অপাম্বা অমত্তা লৈতে। মশাদা লৈনা লৈরবসু. মহাক্তি অধ্যাত্মিকী হক্চাং করবনি; পানগী লনথুমদা লাইররবসু মহাক অধ্যাত্মিক সম্পত্তি য়রক্তা ওনথোইদুনা লৈ।

শ্রদ্ধা য়াওদ্রবদি জগৎ অসি মীকুপ অমগী মন্নুংদা করিসু লৈররোই। প্রার্থনা অমসুং তপস্যানা শেংদোকলবা পুক্নিং অমনা মাগী ওইরে হায়বা ঐখোইনা থাজরবা মীশক অদুগী যুক্তিলোইনবা অভিজ্ঞ-তাবু লৌশিনবা হায়বসি অশেংবা শ্রদ্ধানি। কুইরবা মতমদা লৈরম্বা সিদ্ধপুরুষশিং নত্রগা অবতারশিংদা থাজবা হায়বসি অতমবা অমম্বদা থাজবা নত্তে অদুগা মাসিদি থাইদগী মুং চনগ্রবা অধ্যাত্মিক অরাংপা অমবু মপুং ফাহনবনি।

শ্রদ্ধা হায়বসি থাইদগী পিকপা নোং মুংশিং অমদা পৎথখিগদবা অথোংপা লৈ অদা নত্তে। শ্রদ্ধা হায়বসি হোংদোকপদা ওইথোক্নবা হিমালয় চাংজাওগুম্বনি......। অদুনা নথোই খুদিংমক্না ঈশ্বর অমসুং ধর্ম্মদা শ্রদ্ধা পোক্নবা চচ্চা তৌবসি ঐনা পামই।

## যুক্তিগী ওমথৈ নাইবা—

যুক্তিগী অককননা ওমথৈনাইনবসি ঐবু খংহননবা অভিজ্ঞতানা ঐবু মতিক চানা নোল্লুকহনলমগে। পোৎপু মকম লান্না থমলগা অমোৎপা ওইবগুম্না যুক্তি অসি শেরান্নবা শিজিন্নবদি অভাওবা ওই।

হেতুবাদীশিং অসি থাগৎনিংঙাই ওইবা মীশকশিনি, হেতুবাদ হায়বসি মখোইনা পুম্নমক ওমই হায়বা হায়রকপবসিমক্তদা হল্লোইরবা হিংচাবা অমনি। যুক্তিদা (সর্ব্ব শক্তিমর্ত) পুম্নমক ওম্বগী গুণ অসি পিশিনবা হায়বসি মসুং অমসুং উপু লাইনি হায়না থম্মুনা পুম্বং তৌবা মূর্ত্তি উপায়না তৌবমুক ফত্তবা ওই।

ঐখোইগী মসুংদা লৈরিবা যুক্তি মশাবুম্ন শেংদোকহনবা মহাক অহুবু মতিকচানা মশক খংবা নত্তনা, ঐনা যুক্তিবু নমশিনখিনবা হায়দে।

অশেংবা অমসুং মোৎশিন্নবা যুক্তিদা হ'যজ্জরক্কবা রাকমদা, য়াম্না চাওজ্জরবদসুং শক্ত পায়বা মীশক অমদা অমুক হায়ররোইদবনি হায়বসি ঐভোন্দাদি লাংশোয় খুৎপাইকমগা মান্নবা চমই।

ঐখোইবু মখা পংলাপ লাপ্না পুবা ওমদবা যুক্তি লৈ। মহুদা ঐখোইনা শ্রদ্ধাদ পেংশিং অহু লৌবা তাই। অহুগী তুংদা শ্রদ্ধানা যুক্তিবু ওন্ন তৈনহন্দে তৌইগুম্বসুং মহুবু রাংম লানলি। শ্রদ্ধা হায়বসি যুক্তিগী মীৎয়েংগী মপান্দা লৈবা রাকমশিংদা থবক তৌবা মখল অমগী তরুকগুবা ইন্দ্রিনি।

## ধর্ম্মগী অর্থ —

ধর্ম্ম হায়রগা ঐনা করিবু হায়রিবনো হায়বসি ঐ শব্দোক্না হায়গে। অতৈ অতোপ্না ধর্ম্মশিংদগী ঐনা খোয়দনা মমল য়ামই

হায়না লৌবসি হিন্দু ধর্ম্মবু নত্তে, তৌইগুমন্নং হিন্দু ধর্ম্মবুম্ন য়াংমা লানবা, কনাগুম্বা মীশক অমগী স্বভাবপুম্ন হোংহনবা, মুংগী অচুম্বগা খাইদোকপা য়াদনা পুন'শনবা, অমস্নং মহাকপু মতমচুপ্পদা শেংহনবা ধর্ম্ম অসিবু ঐনা ধর্ম্মনি হায়। মশাবু মপুংফানা কো দোকননবদা করিগুম্বা মমল অমবু য়ামই হায়না শিংথাত্রবা, মশাবু হেক ফংত্রিবা ফাওবদা, মাবু শেম্ব মপুবু খংত্রিবা ফাওব, অমস্নং মশামক্তা মাবু শেম্ব মপুগী মরক্তা শম্ন'য়বা অশেংবা মরী অসি খংত্রিবা ফাওবা পোংথাকম শুকলৈ লৈতবা হায়বসি মীওইবগী স্বভাবকী লেংত্রবা পোং মচাক্নি।

ধর্ম্ম অসিনা, ঐখোইবু শেম্বিবা মপু অদুগা মায়যোকনহনবা ধর্ম্ম পুম্বগী মুংদা চেল্লিবা ধর্ম্ম অদু নত্তনা, মওংদদা ওইবা ধর্ম্ম নত্রগা চংনবীগী ওইবা ধর্ম্ম অশিবু ওইনা ঐনা অর্থ তৌদে।

**ঐগী ধর্ম্ম —**

ঐগী ধর্ম্মদি ভৌগলিক সীমা লৈতে। ঐগী করিগুম্বা অহিংবা শ্রদ্ধা অমা লৈরমলবদি, ঐনা ভারত মশামকপু মুংশিন্নিবসিদগী য়াংমদা লৈরমগনি। ঐগীসিদি কৈগুমশংগী ধর্ম্ম নত্তে। ঈশ্বরগী সৃষ্টিগী মমুংদা খ্বাইদগী পিকলবা মীশক অদুগী মকমদস্থ লৈ। ধর্ম্মগী নত্রগা কুচুগী, শাগৈ নাপল, অক'ইবা পীবগী মায়োক্ত লৈবা পোংশকনি।

ইহান হানবদা ঐহাক হিন্দুনি, অদুগী তুংদা ঐ জাতীয়তাবা-দীনি হায়বা অমস্নং ঐগী দেশভক্তীগী ঐনা পায়রিবা ধর্ম্ম অসিনা হেন্না মুংশি হায়না হায়বা মতমদা খোম্থোক অসিগী অচুম্ব লৈ হায়বা য়াথল অমা চিংনবা লৈতনবা লৈ। মখোইগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না

ফবা মীশক অহুদগী ঐনা হন্নবা জাতীয়তাবাদী অমা মরম অহুদদি ওইবা নত্তে। ইচম চম্না ঐনা তাকলিবদি ঐগী ধর্ম্মগী স্বার্থপা দেশগী স্বার্থপা মশা অমত্তনি হায়বনি।

অসিগুম্না, ঐনা ভারতকী মুক্তিদগী, অতৈ অতোপ্প খুদিংদগী ঐগী মুক্তিনা মমল লৈ হায়না হায়বা মতমদা, ঐগী ইশাগী মুক্তি ফংননবা ভারতকী রাজনৈতীক নত্রগা অতৈ অতোপ্পদগী মুক্তি ফংবসি থাদোকপা দরকার লৈ হায়বা অর্থ তৌব নত্তে। তৌইগুম্বসুং ঐনা মশাতাবা ওইনা উৎলি মহুদি অনি অসি পুল্লপনা চংমিয়ে।

মসিনা ঐহাক্না য়াজরবা পুন্সিগী লেংত্রবা ফীরেপনি হায়বদি চাওগে হায়বমখৈ চাওবা মী ওইরসনু, কনাগুম্বা মীশক অমনা তৌবা থবক অসি, ধর্ম্মগী ভাকলো য়াওত্রবদি থাকৈশেংবা সুংভাই য়াইফবা হায়বহু ওইরোই।

ঐগী থবক অমসুং মীওইবদা ঐগী মরাং ক'য়রবা শ্রদ্ধা লৈ ভারতকী মীওইবশিং অসি অতৈ অতোপ্পদগী হেন্না ফত্তবা ওইদে; হেন্না ফবহুম লৈ হায়বসি ওইথোকপনি। অওইবমক, থবক হায়বসিনা মীওইবগী স্বাভাবতা শ্রদ্ধা লৈ হায়বসি হায়না য়াওবা রাখলনি। মগী অসিনা মম্বগুম তৌরবসু, ঐহাক্না মাগী লমজিংদা থাজরবা অমসুং শোরবা নাইত্রবা লমজীং অহু নত্তনা ঐগী মতেং পাংবীনবা অমত্ত লৈত্তে হায়বসি য়াজবগী নোল্লুকপসি লৈরবদি, ঈশ্বরনা মঙাল পীবিগনি অমসুং ঐগী খোংকাপপুম্বা লমজিংবিগনি।

মসি (কুইজোটিক) জড়বাদীশিংগী ওইনা থনবা য়াই। তৌইগুম্বসুং ঐগী অচেৎপা শ্রদ্ধাদি অসিনি মহুদি মীশক অমনা ঈশ্বরগী

মমিংদা অমত্নং মঙোন্দা মপুং কারবা শ্রদ্ধা থমহ্না করিগুম্বা থবক অমা মাগী অরোইবা হুমিত্তা ওইরবগ্না, তৌবদা থবক অদু অরেম্ব ওইত্রবনি, ঐনা লৌখৎলিবা থবক অসি ঐগী নত্তে ঈশ্বরগিনি হায়র্বাসন্থ ঐনা শোয়দনা লৌরবনি।

মুণি ঋষিশিংনা ইল্লম্লবা, পণ্ডিতশিংনা অর্থ তৌরম্লবা অমত্নং খল্লোইদদা আপিল তৌরবা শেংলবা শাস্ত্রশিংনা তাকলমলবা ধর্ম্ম হায়বদু অদু নি। মরিগুবা অদু পায়খত্রিংদা অহানবা সর্ত অদুম খক্তি শোয়দনা পাংথোকপা তাবনি। অস্নুমনা কন'গুম্বা মীশক অমদা ঃখোই মশামক্লা তৌননবা হায়রবদম্থ অপংবা নত্রগা ফত্তবা মী অমনা তাকপা নিয়মশি বু ইন্ননব অধিকার লৈতে। নিয়ম হু য়বদি ধর্ম্ম তাকপদা মতিক চ'বা মীশক অমা ওইননবগী মী অমদা অহানবা চংগদবা পোৎচংশিংদি মাংননবা তৌদবগী অকনবা লীচৎ, য়েকনবা লৈতবা (অদ্বেষ) অমত্নং থাদোকপা অ স ন।

## হিংসাগী কান্নদবা —

শ'গী শক্তিনা ধর্ম্মবু হিংহনবা ওমলোই হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি। অসিগী ওন্ন তৈনবদা থাং পাম্লবা মীশকশিংনা থাংদা মতম চুপ্লদা মাংই।

জাতি পুম্নমককুম্না, ধর্ম্মপুম্নম্থ থন মথক্তা ওনবা ঙাক্কনি। চুমদবা নত্রগা হিংসা নত্রগা অন্যায়দা শ্রদ্ধা লৈবা জাতি নত্রগা ধর্ম্ম অদু পৃথিবী-দগী মুত্থিগদবনি।

## ফজবা লীচৎ শাজৎ —

ঐগীদি লীচৎ শাজৎ হায়বনা অধ্যাত্মিকতম্থ মত্নং চপ্পি ......

সংস্কারক অমা ওইনা ঐগী পুন্সিদা পোৎ থুদিংমক ঐনা লৌচৎ শাজংকৌ মীৎয়েংদগী লৌই। রাজনৈতিক নত্রগা সমাজিক নত্রগা অর্থনৈতিক ওইরবসু রাকম অমা ঐনা লৌথংলকপদা লৌচৎ শাজৎ মাইকৈরোমদা মশানা ইনশিন্নকই অমসুং ঐগী পুক্নিংগী মীৎয়ে পুম্বা মতুনা শিন্থুংনা লৈ

মতমপুম্বদা মপুং ফারবা লৌচৎ শাজৎ হায়বা অসিগুম্বা পোৎ লৈতে। তৌইগুম্বসুং মপুং ফাদবা শীবা নাইবা ওইরিবা ঐখোইগী-দমক্তি মপুংফাবা ওইবা মরীলৈনবা লৌচৎ শাজৎ হায়বদি লৈ। অসুমনা হিদাক্কী মশক ওইনা, তিদক্কী মাত্রাদা, মাইবশিংগী পাওতাক নত্তনা মন্নাইকাবা য় থকপা হায়বসি লৌচৎ শাজৎকী ওন্ন তৈনবনি। অসি-গুম্ন, মশাগী মুপী নত্তনা অতোপ্প মুপী অমবু কাযগা লোইনবা মীৎ-য়েংনা য়েংবা হায়বসি পুমলান লাল্লবনি। রাকম অনি অসি অইংবা যুক্তিনা প্রমাণ তৌরবনি। মসিগী ওন্ন তৈনবা মরৈ যাম্না থাংজিনলকই। পুম্নমক 'লৈ' হায়বসিগী অপুনবা মশক ওইরিবা ঈশ্বর লৈ হায়বসিমক্কী মায়য়োক্তা তৌবা মরৈনি। যুক্তিগী রাংমদা লৈবা শ্রদ্ধা হায়বসিনা ঐখোইগী কুইরবা চহিদগী লৈরক্লবা লেংত্রবা চৌংতুম নি। ঐগী শ্রদ্ধানা ঐবু কনবিগ্রে অমসুং লৈখা তাগদবদগী হোজিকসু ঐবু কন-বির। মসিনা ঐবু কদৌওদসু বিশ্বাসঘাত তৌদে। মসিনা কনাগুম্বা অমবু বিশ্বাসঘাত তৌই হায়বসি কদৌওদসু থংবা লৈতে।

## ধর্ম্মগী তোঙান তোঙানবা মশক —

থাক্লৈশেংবদি লৈরিবা মীশকশিংগী মতুংইন্না ধর্ম্মসু অহুক রায়া লৈবনি। ধর্ম্মশিং অসি চপমান্নবা মকম অমত্তদা য়োরকপা তোঙান

তোঙানবা লম্বীশিংনি। পন্থংক্কম অমত্তবা থুংলরবদি তোঙান তোঙানবা লম্বীশিং অসি চৎপদা করি তৌরবগে? পৃথিবীদ ধর্ম্ম অমত্তমক্ক লৈগনি হায়না থাজবসিগী ঐ শরুক য়াদে। মরম অসিনা অমগা অমগা থাংনহনবা অমসুং অমনসু অমনসু য়াবা য়াক্কম পুথোক্কবা ঐনা হোৎনরি।

## মৌলিক একতা —

ধর্ম্মশিংগী মথরাইদি অমত্তনি, তৌইগুম্বসুং মখল মখল য়াম্নবা মওং ওইবা মথুম পাল্লি। মওং অসিদি মতমগী অরোইবা কাওবদা লৈগনি পণ্ডিতশিংনা মপানগী কুয়োম অসিবু থওইদে অমসুং মখল মখা য়ামলবা কুয়োমশিংগী মহুংদা হিংহুনা লৈরিবা চপমান্নবা অমত্তা ওইবা আত্মা অহুবুদা উই।

পৃথিবীগী অচৌবা ধর্ম্মশিং অসি য়ামলবসু নত্রগা য়ামত্রবসু অচুম্বা ভাক্কনি হায়বসি ঐনা থজে। "য়ামলবসু নত্রগা য়ামত্রবসু" হায়বসি ঐনা শিজিন্নৈ, মরমদি মীওইবা পুম্বা মপুং ফাদে হায়বা যুক্তি লৈবা মরমনা মীওইবগী খুৎনা শোকলুবা পোৎখুদিংমক মপুং ফারোইদবনি হায়বসি ঐনা থাজে। মপুংফাবা হায়বসি ঈশ্বরগীদা ওইবা তোপ তোপ্প গুণনি অমসুং মসিদি হন্দোক্কনা অমসুং শন্দোক্কনা তাকপা ঙমদবনি। ঐনা কন্না থাজে মহুদি ঈশ্বরনা মপুংফাবা ওইবগুম্না মীওইবশিংসু মপুংফাবা ওইবা হায়বসি ওইথোকই। ঐখোইপুম্বনা মপুংফানবা খোয়াংবা হায়বসি দরকার ওই, তৌইগুম্বসুং অহুগুম্বা মুংঙাইরবা অবস্থা অহু ফংলবা মতমদা মহু শন্দোকনা হায়নিংঙাই লৈতে অমসুং ভাক্কিঙাই লৈতে। মরম অসিনা ঐনা নোল্লুকনা য়াই মহুদি বেদ, কোরান অমসুং বাইবল হায়বসি ঈশ্বরগী মপুংফাদবা

য়াহৈনি, অমস্তুং ঐখোইনা মপুং ফাদবা জীব ওইবনা, অমস্তুং অপাম্বা ময়াম অমনা চিংথোক শিংশিন তৌবনা ঐখোয়না ঈশ্বরগী য়াহৈ অসিবু মপুংফাবা মওংদা-থংবা ছায়বসি ওইখোক্তলনি।

ঐনা ভারতকীদা নত্তুনা— অমগা অমগা থোংনম্বনা হেন্না ফবা মীশকশিং ওইননবা, তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম চৎলিবা পৃথিবীগী মীপুম খুদিংবু মুংশিগদবা ওই, অদুগা মদু করিগুম্বা থোকলবদি ওসি ওইরিবসিদগী লৈবদা য়াম্না হেন্না মুংঙাইবা মফম অমা পৃথিবী অসি ওইরগনি। ঐনা খাইদগী হেন্না পাকনা চাওনা থাংনহন্নবগীদমক হায়রিবা অমস্তুং মদুগী মাইকৈদা থবক চৎথরি। পুম্নমক হিন্দু ওইবা, নত্রগা পুম্নমক খৃষ্টিয়ান ওইবা, নত্রগা পুম্নমক মুসলমান ওইননবা ধর্ম্ম অমত্ত লিংথৎননবা ঐনা থনজবা ভারত্তগী আশা তৌদে। তৌইগুম্বস্তুং গুম্বস্তুং অমগা অমগা নাকল নাকলদা মাগী মাগী ধর্ম্মদু চৎলগা, পুম্নমক মহৈ মহৈ থংনহনবা হায়বদু ঐনা পামই। মাগী মাগী ধর্ম্মদু চৎলিবা মীশকশিংদা মশা মশাগী মীৎয়েংদগী ধর্ম্ম খুদিংবু চাং য়েংননবা ঐনা মীপুম্বদা হায়রিবনি।

ঐনা হান্নরা অরোইবা ফীরেপ ওইনা মসি লৌরবনি, মদুদি ঐনা হেক উন্নবা গুম্বা মী ময়াম অমগা লোয়ননা লৈরবা অমস্তুং প্রার্থনাগা লোইননা থীরবা অমস্তুং তম্নবা তু দা ধর্ম্মপুস্বসি অচুম্বনি। অদুগা মখোইপুম্বদ অরানব থরস্তু লৈ, অদুগা ঐনা ঐগী ধর্ম্মবু চৎচরিঙৈদা অতৈ ধর্ম্মবুস্তু ঐনা হিন্দু ধর্ম্মবু মুংশিবগুম্না মুংশিগনি অদুগা মসিদগী ন্যায়সঙ্গত ওইনা তুংতাবদি মসিনি মদুদি ঐখোইনা পুম্নমকপু ঐগী খাইদগী নকুবা শাগৈ নাত্তে অমগুম্না লৌগনি অমস্তুং মখোইগী মরক্তা করিগুম্বা খেন্নবা অদুত্ত থমলোইদবনি।

ঈশ্বর অমদা থাজবা হায়বসি ধর্ম্ম পুম্বগী থাদোকপা য়াব্রবা শরুকনি। তৌইগুম্বসুং ঐনা পৃথিবী অসিদা থবক ওইনা ধর্ম্ম অমথক্তা লৈরবা য়াই হায়বা মতম অসি হান্নদা উবা ওইদে। রাখলগী থাক্তদি ঈশ্বর অমথক্তা লৈবনা ধর্ম্মসু অমথক্তা লৈবা য়াই। তৌইগুম্বসুং থবক ওইনদি, ঈশ্বরবু চপ মান্ননা কল্লনা তৌবা মী অনিদং ফাওবা ঐনা থেংনদ্রি। মরম অসিনা, ওইবা য়াবদি, মতম চুপ্পদা তোঙান তোঙানবা হরাপানিগী অবস্থা, অ.সুং পুকচেলবু পাওথুম পিননবগী তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম লৈগনি।

ঐনা পৃথিবীগী অচৌবা ধর্ম্ম পুম্বগী মৌলিক সত্য অদুদা থাজৈ। মখোই পুম্বসি ঈশ্বরনা পিবনি হায়বসি ঐনা থাজৈ, অমসুং মখোইদা ধর্ম্মশিং অসিবু ফোঙদোকলকপা মীশকশিং অদুগীদমক মখোইশিং অসি দরকার লৈ হায়না ঐনা থাজৈ। ধর্ম্মশিং অসিবু চৎচরিবা মীশকশিংগী ফীরেপতগী তোঙান তোঙানবা ধর্ম্মগী শাস্ত্রশিংবু ঐখোই পুম্বনা পাবা ওবলবদি, ঐনা থাজৈ মাদুদি মখোইশিং অসি মথাদদি অমত্তনি অমসুং অমনা অমবু মতেং পাংনবনি হায়বসি ঐখোইনা খংলমগনি।

ধর্ম্ম পুম্বসি অমনা অমদগী তোঙাম্ন তাহন্নবা নত্তে, মখোই পুম্ববু পুনশিন্নবনি।

## শাস্ত্রশিং—

ঐগীদমক্তি, বেদশিং অসি লাইনি অমসুং ইরম্বা নত্তে। "অইবনা মাংহনলি।" মঙাল পিরিবদি পুকচেল অদুনি। অদুগা বেদশিংগী পুকচেলদি অশেংবা, অচুম্বা, মন্নান লৈতবা, মোঙবা, নোল্লুকপা, ইচম চম্বা, ঙাকপিবা, ঈশ্বরগী ওইবা মওং, অদুগা মুপা মন্নগা মুপী অদুবু পুকচেল চাওহনবা অমসুং থৌনা ফহনবা পুম্বদুবুনি।

বেদশিংগী ইতোপ তোপ্পা লাইগী ওইবা মওং অ। লৈ হায়বশিদা ঐ থ'জদে। বাইবল, কোরান অমসুং জেণ্ড অ:েস্তদা, বেদনা পিরিবা লাইগী ওইবা থৌনা অসি মখোয়শিং অসিনসু পি হায়বসি ঐনা থাজে। রাহৈ খুদিং অমসুং শ্লোক খুদিং লাংগী ওইবনি হায়বসি ঐগী হিন্দুশাস্ত্র বিশ্বাসকী মতুংইন্না ঐঙোন্দা দরকার ওইদে। য়াম্না হৈশি লবসু, ঐবু অর্থ অমনা পুনশিনবসি, মাহুনা যুক্তি নক্সগা সদাচারগী ওম্ন তৈনরর্বাদ, ঐনা য়াদে।

ঐহাক সাহিত্যিক অমা নত্তে। মরম অসিনা ঐনা পৃথিবীগী মথল মথাগী শাস্ত্রশিংগী পুকচেল অসি থংননবা হোংবনৈ। শাস্ত্রশিং অসিনা ( সত্য অমসুং অহিংসা ) বু অর্থ তৌননবগীদমক ইরমলিবশিংবু সত্য অমসুং অহিংসাগী চাংয়েংদা ঐনা শিজিন্নৈ। চাংয়েং অদুগা লোইননা চান্নবশিংদু ঐনা লৌশিল্লি অমসুং চান্নদবশিংবু লংথোকই।

সারমোন ওন ডি মাউন্ট অমসুং ভগ দগীত। অনিগী মরক্তা খেন্নবসি অমত ঐনা উবা ঙমদে। সারমোন্না অয়েকপগী মওংদা ত,কপদু গীতানা বৈজ্ঞানিক সুত্র ওইনা ওনথোকই। ময় ম্না লৌনরিবা শবদগী অর্থ অদুদা, মাসি বিজ্ঞানগী লাইরিক অমা ওইদবা য়াই তৌইগুম্বসুং ঐনা কৌবগী মতু'ইন্না প্রেম ধর্ম অমসুং ত্যাগ ধর্মবুদি বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা যুক্তি পিরে। সারমোন ওন ডি-মাউন্টনা চপমান্নবা অক্রকপা লোম্না পিরি। ওল্ড-টেষ্টামেণ্টনা ঐঙোন্দা পীরম্বা মুঙাইতবা শরুকশিংগী মতুংদা লাকপা মরমনা নিউ-টেষ্টমেণ্টনা ঐঙোন্দা মুঙাইবা অমসুং ওমথৈ লৈত্তনা হরাওবা পিরমই।

ভাবনা শান্তনা, ওসি, ঐঙোন্দগী গীতাসি লৌথোকপ্রো অমসুং মাসিদা য়াওরিবা পুম্বনি কাওথোকপ্রো হায়না লৌরবা, অদুগা ঐগী

থুত্তা সারমোনগী কপী অমদি নৈহৌরমবদি ঐনা গীতাদগী ফংলিবা মুংঙাইবা পুম্বা সারমোন্দগী চপমান্নবা মুঙ'ইবা ফ'লমগনি।

ঐঙোন্দা পে'ৎ অমথক লৈ, মাত্থদি অসিনি, মাহাদি পোৎ পুম্বগী অরংবা শরুক অতুতমক উবা পাবই অতুগা অমম্ব অতু'দি পামদে, অতুনা ঐনা করিগুম্বা অচৌবা ধর্ম্ম অমগী অচৌবা করিগুম্বা লাইরিক অমদগী পুরিং পৌগৎপা অমম্মুং মুঙাইবা ফংবা ঙমই। নিউ-টেষ্টামেন্ট নত্রগা গীতাদগী শ্লোক অমা ফাওবা অমুক হায়দোকপা ঙমদবা য়াই; হিন্দুগী অঙাং নত্রগা খৃষ্টিয়ান অঙাং অমনা হেন্না ফজনা থীবা ওম্বা য়াই; তৌইগুম্বমুং লাইরিক অনি অসিগী ওসি ঐঙোন্দা চুশিনপ্রবা থন্নাই মশক ওইথিংসিদি হৈশিংলবা অঙাংশিং অতুনা ঐঙোন্দগী লৌথোকপা ঙমলরোই।

মরম অসিনা কনাগুম্বা অমগী অভিজ্ঞতা হায়বসিনা অরেইবা লমজিং ওইগদবনি। অইবা রাহৈশিংনা চিংনবা নৈতনা মত্তেং পাংই, তৌইগুম্বমু মাত্থমু অর্থ অমুক হনবা তাবনি অতুগা য়েৎনবা অর্থশিং য়াওরকলবা মতমদা থিরিবা মী অতুনা অরোইবা বিচারপতিনি।

ঐঙোন্দা অমম্বদা থাজবা নৈতে হায়বসি ঐনা থাজে। য়ান্না কুইরে হায়ত্থনা অচুম্বসি অচুম্বা হেক্ত ওইদে। নত্রগমু মাসি কুইরে হায়ত্থনা চিংনবা মীৎয়েংনা শোয়দনা য়েংগদবনি হায়না লৌগদবা ওইদে। কনাগুম্ব অমগী পুন্সিদা শিজিন্নবদা নুনা থোকপা মরুমদগী ইয়ুং য়ৎনা হেক্তা থাদোকপ য়াদবা পুন্সি অসিগী হৌফম য়ুম্ফম ওইবা রাফম থর লৈ।

## ধর্ম্মগী পাওতাক –

ভারত অসিনা অধ্যাত্মিক শুদ্ধতা লাওথোক্কবা তাবরবদি, ধর্ম্মগী পাওতাক অসি য়ুম্বান-কৈবানগী মরমদা পাওতাক পীবা দরকার ওইবা অমুমনা মাগী নহারোলশিংদা পীবা তাবনি। মাসি অচুম্বনি, মাদুদি ধর্ম্মগী লাইরিক্কী জ্ঞান অসি ধর্ম্মগী জ্ঞানগা চপমান্নবা নত্তে। তৌই-শুম্বসুং ঐখোইনা ধর্ম্ম ভাকনা চৎপা ওমত্রবসু, ঐখোই পাথং অমসুং লৈশাবীশিংদা খ্বাইদগী ফবগা হেক থংনবদু পীদুনা ঐখোইনা পেন-গদবনি। অদুগা অসিগুম্বা পাওতাকশিং অসি স্কুলদা পিরবসু পিত্রবসু খর চাওখৎলকলবা ছাত্রশিংনা অতৈ অতৈগুম্না ধর্ম্মগী হিরমদসু মশানা মশাবু মতেং পাংজবগী থবকসি লৌখৎকদবনি। মখোইনা মখোই মশাগী ক্রস অমা, মরৈ য়েৎনবম ক্লাস মখোইনা থমজবগুম, হৌজিক্তি, লং-নাইশং ওইরবগুম, লিংবা হোবা য়াই।

হৈটনা মশামক্লা ধর্ম্ম শিক্ষা লৌখৎপা নত্রগা থেংনবা ঙমগনি হায়বসি ঐনা থাজদে। ধর্ম্ম শিক্ষা হায়বসিদি ধর্ম্ম সংস্থানশিংগীদা ওইবা মথৌনি হায়বসি ঐনা থাজে। ধর্ম্মপা সদাচারগা তোংখাই য়ানথাইনগদু।

ধর্ম্ম পুম্বদা মৌলিক সদাচার অমদি পুন্নমক্কী ওইনা লৈ হায়বসি ঐনা থাজে। মৌলিক সদাচার তম্বীবা হায়বসিদি চিংনবা লৈতনা হৈটকী থবক্তি ধর্ম্ম হায়বনা মৌলিক সদাচারগী রাফম অসি ঐগী পুক্নিংদা লৈতে তৌইগুম্বসুং ঐনা হায়রিবসিদি ধর্ম্ম সম্প্রদায় ধর্ম্মগী কাংলুপ হায়বা মীং অসিনা থংনরিবা অদুবুনি। ঐখোই হৈটনা মতেং পাংবা ধর্ম্ম অমসুং হৈট চর্চতগী অরাবা রান্না কংলে। মাগী

ধর্ম্ম অহু হিংননবগীদমক শরুক থর নত্রগা পুন্না ওইরবস্থ ৱৈটকী মতোংনা নন্দুনা লৈরবা সমাজ নত্রগা কাংলুপ অহু মতিক চাদবনি, হেন্না চান্নবা লোন্দি, ধর্ম্ম মমিং অহুগী মমল লৈবা মথোইগী ধর্ম্ম অমত্ত গুকলৈ লৈত্রবনি।

মশাগী ধর্ম্ম অহুগী নত্তবা অতৈ ধর্ম্মশিংগী নীতিশিংবু অন্নবা অককনবা পারাশিংগী মন্নুং চলহনগদবনি। থৌরম অসিগীদমক পৃথিবীদা লৈরিবা মখল মথাগী অচৌবা ধর্ম্মশিংগী নীতি নিয়মশিংবু ভক্তি ভাব অমস্থুং পুকচেল চাওনা খংবগী ভাবকা লোয়ননা খংননবা অমস্থুং অফব লৌননবগী অভ্যাস তৌননবা ছাত্রশিংবু তম্বীগদবনি।

# ১৪ঃ ঈশ্বরগী অর্থ

**ধর্ম্ম পীবা মীশক অমসুং ধর্ম্ম —**

পুন্সগী অহিংবা ধর্ম্মবু খংহনশিবমখৈদি ঈশ্বরবু কৌনিংবা মীং অমনা কৌবা য়াই। অতোপ্প রাহৈদা,— ধর্ম্ম অমসুং ধর্ম্ম পীবা মীশকনা অমত্ত ওইনা য়েংশিনখিবত্থনি।

ঈশ্বর মশামকসি ধর্ম্ম অমসুং ধর্ম্ম পীবা মীশক অনি অসিনি। মরম অসিনা মহাকপু কনাগুম্বা অমনা শেম্বগী রাকম অসি, অমুক্তা খাইদগী হুম্ববা মীগুম্বা অর্থ য়াওদবা জীব অমনদি, ওইবা য়াদে। মীনা (তুরেল ঈশিং থিংত্থনা) ঈপাক অমা শাবা ঙমই, তৌইগুম্বসুং তুরেল শাবদি ঙমদে। মীনা চৌকি অমা শাবদি ঙমই, অত্থুগা মীনা উ অমা শাবা হায়বসি মাগী রাংমদনি। অত্থুম ওইনমক, মহাক্তা মহাকী পুক্রিংদা ঈশ্বরবু মওং মওং ওইনা য়েকপা ঙমই। অত্থুগা তুরেল নত্ত্রগা উ অমা কাওবা শাবা ঙমদবা মী অমনা ঈশ্বরবু করম্না শাবা ঙমগনি। মরম অসিনা ঈশ্বরনা মীবু শেম্মী হায়বসিদি অশেংবা সত্যনি। মসিগী ওয় তৈনবদি মায়ানি। অত্থুম ওইনমক মহাক্তা পামলবদি, কনাগুম্বা অমনা হায়বা য়াই মত্থুদি ঈশ্বরদি ( কারন ) মরমসু নত্তে নত্ত্রগা থবক তৌবা মীশকসু নত্তে। মতোম্দদি অনিগী মরক্তা অমা পানবা য়াগনি।

**মীগী শক্তম ওইবা ঈশ্বর নৈত্তে —**

ঐনা ঈশ্বরবু মী অমা ওইনা লৌদে। অচুম্বা হায়বসি ঐগীদি ঈশ্বরনি, অমসুং পৃথিবীগী মিংশো অমসুং মাগী ধর্ম্ম অসি তোঙার

তোঙানবা পোংশিং নত্ত্রগা থৌদোকশিং ওইদে। মরমদি ঈশ্বর হায়বসি ভাব, ধর্ম্ম মশকপুনি। মরম অসিনা ঈশ্বরনা ধর্ম্ম থুগাইরে হায়না কল্পনা তৌবসি ওইথোক্তবনি। অতুনা মহাক্না থবকশিংবু থাম্না অমসুং মশামক হন্দোকপা হায়বসি তৌদে। ঐথোইগী থবকশিংবু মানা বিধান তৌই হায়বসি, ঐথোইনা ইচম চম্না মীওইবগী লোন শিজিন্নবনি অমসুং মাবু ভমথৈ নাইহন্নবা হোৎনবনি নত্ত্রবদি মহাক অমসুং মহাক্কী ধর্ম্মনা মফমপুম্বদা অমসুং পোৎ খুদিংবু বিধান তৌই।

মরম অসিনা, ঐথোইনা হায়জবা খুদিংগী অকুপ অতা খুদিংদা মহাক্না জবাব পী হায়বসি ঐনা খল্দে, তৌইগুম্বসুং মহাক্না ঐথোইগী থবকপু বিধান তৌই হায়বসিদি চিংনবা লৈতে। ঐথোইনা ফংলিবা নিংনিংবদা নিংবা মশক অসিদি মী কুক্-কুক্ ইন্নবা হী মথক্তা হী তোংবা মীশক অমনা নিংবদগী হেন্না হন্থবনি।

ঐগী নিংতম্বসি যাত্রিক অমগী নিংতম্বদগী হেন্না হন্থৈ হায়না খংলবদসু, গীতানা তম্বীবা সরাংশগী মাধ্যমদা ঐভোন্দা চুপ্রবা মী হায়বসি মামাগী মরাইবক মশা মশানা শেমজবনি, হায়বগী ভাবত্তি মহাক্না নিংতম্বতু শিজিন্ননিংবা মওংদা শিজিন্নবগীদমক থন্নবা নিংতম্বতু লৈ হায়বা মরমনা, ঐনা নিংতম্বা অতুবু য়াজরি। তৌইগুম্বসুং মহাক অসি মহৈশিংগী বিধাতাদি নত্তে। মহাক্কি হায়না হেক থনবা মীকুপ অতুদা, মঙোন্দা অরাবা লাকই।

মসিদি অতুমওইনমক য়াম্না শেংবা ওইসন্নু। (সর্বশক্তিমান) ঈশ্বর হায়বসি ঐথোইগুম্বা মী নত্তে। জগৎসিদা মহাক অসি খাইদগী চাওবা অহিংবা শক্তি নত্ত্রগা ধর্ম্মনি। মসিগী মতুংইন্না, মহাক্না নিংঙক

নিঙকপদা তৌজে নত্রগা ধর্ম্ম অদুনা শেমদোকপা নত্রগা ফগৎহনবগী করিগুম্বা থোঁরম অমত্তবু য়াদে। মহাক্কী ইচ্ছাদি অরেপ্পনি, হোৎবা লৈতবনি, অতোপ্পা পোৎ খুদিংদি সেকেও খুদিংগী হোংই।

## মহাক্কী মগুণ ওইবা শক্তম —

ঐনা ঈশ্বরবু মায়গা মায়গা থেংননা উদ্রি। ঐনা উরম্লবদি নখোইনা রা ঙাংলিবসি দরকার ওইরমলোইদবনি। ঐগী রাহৈ অমসুং খবকশিংসি ঐগীদমক্তি দবকার লৈহন্দনবা ঐগী রাথলগী মতিকচাবা শক্তি লৈরমগদবনি। তৌইগুম্বসুং ঈশ্বর লৈ হায়বসিদা ঐগী শিবা নাইররোইদবা থাজবা অমা লৈ। জগৎ অসিদা লৈরিবা কোটি কল্পনা থাজবা অসিদা ঐগা লোইননা শরুক য়ামিম্লে। খ্বাইদগী হেন্না হৈরব পণ্ডিত অদুনা শাইরিক হৈতবা কোটিশিং অসিগী থাজবসি লেং-হনবা ওমদে।

ঈশ্বর হায়বসি অপুনবা ওইনা অফবনি। মঙোন্দা ফত্তবা লৈতে। মহাক মশাগী মমিদা ঈশ্বরনা মীবু শেমলমই। লাইবকথীবনা ঐখোইগীদমক্তি, মীনা মাগী মওংদা ঈশ্বরবু শেমলে। অসিগুম্বা নাপল অসিনা মীওইববু অরাবগী সমুত্রদা থাদবিরে। ঈশ্বর হায়বসি অচম্বা ধাতুবু সনা ওলহনবা অচৌবা মশক (আলকেমিষ্ট) অমনি। মহাক্কী মমাংদদি য়োৎ অমসুং ফত্তবা মচাকপুম্বা অশেংবা সনা ওল্লি। অসিগুম্না অফবপুম্বা অফবা ওল্লি।

অমুকসু, ঈশ্বর হিংদুনা লৈ, তৌইগুম্বসু ঐখোইদোঁনদি নত্তে। মহাক্কী জীবশিং অসি শিননবগী হিংলিবনি। মরম অসিনা অফবা অমসুং মসিনা থংনবা পুম্বা গুণ অমা নত্তে।

অফবা মতৌ হায়রবসি ঈশ্বরনি। মতোন্দগী তোঙাম্না কল্পনা তৌবা অফবগী মতৌ অসি মথরাই য়াওদবা পোৎ অমনি অমসুং পীবগী নীতি অমা ওইনা লৈরিবা মখেদং মাসি লৈগনি। অসুমনা সদাচার পুম্নমক্নি। মখোইনা ঐখোইগী মুংদা হিংহনা লৈবা তারবদি মখোইবু ঈশ্বরগী মরীদা রাখল তৌগদবনি অমসুং লৈনগদবনি। ঐখোইনা অফবা ওইননবা হোৎনৈ মরমদি ঐখোইনা ঈশ্বর য়োবা অমসুং খংবা পামই। জগৎ অসিগী শিগাংনরবা সদাচার পুম্বা উফুল ওনপ্রে মরমদি ঈশ্বরদগী তোঙানবা ওইথিবনা মখোইশিং অতু মথরাই য়াওদ্রবনি। ঈশ্বরদগী লাকুনা, মখোইনা মথরাইগা লোইননা ঐখোইদা লাকই। মখোইনা ঐখোইগী শরুক ওই অমসুং ঐখোইবু পুকচেল চাওহনলি।

ওন-তৈনবা, অফবা য়াওদনা কল্পনা তৌবা ঈশ্বর অতুদি মথরাই য়াওদবনি। ঐখোইগী ওইদবা রাখলশিংদা। ঐখোইনা ঈশ্বরদা মথরাই হাপ্প।

"ঈশ্বরবু মায়য়োকননা উবা" হায়রগা "ঈশ্বরবু য়াম্না অরাপ্পদগী অচুম্বগী শকম অমা ওইনা মাবু উবগা" অনিসিগী মরক্তা চাওরবা ঈভুপ অমা লৈ। ঐগী ফীরেপঙদি, খোঙ্গোক অনি অসি চান্নদবদ নত্তনা অমনা অমবু শন্দোকনা উৎলি। ঐখোইনা হিমালয়বু য়াম্না অরাপ্পা অমদগী উই অচুগা ঐখোইনা চৌংদে ন্দা লৈরবা মতমদা হিমালয়বু মায়য়োকননা উরে। উবা ঙম্বা অরাপ্পগী মমুংদা লৈরবদি কোটি কোটিনা মাইল চাম চান্নদগী মখোইব উবা ঙমই, তৌইগুম্নসুং খরনা, চহি কয়া চংনা চৎলবগী তুংদা চাংদোন্দা থুংলগা মখোইবু মায়য়োকননা উই।

ঈশ্বর লৈ হায়বসিগী অচুম্বদা ঐগী চিংনবা থজিক্কং ফাওবা কদৌভৈদস্সু লৈখিদে। অতুগা মাহাক্কী খ্বাইদগী হেন্না শেংনা তাকপা মীংদি সত্যনি।

## ঈশ্বরগী শক্তি—

অহৌবা অমা লৈবা পোৎ থুদিংমক শোয়দনা লোইগনি। মশাং থীবা ওমদবা চহি মশাংগী তুংদা ওইরবস্সু হুদিৎ, থা, অমস্তুং পৃথিবী পুম্নমক নোংমদি শোয়দনা মাংগনি। ঈশ্বর মতোম্মত্তনি শিরোইদবা অমস্তুং মাংলোইদবা। মহাকপু শন্দোকনা তাকননবা রাহৈ কনাগুম্বা অমনা করম তৌনা ফংবা ওমগদৌরিবনো?

বুদ্ধিগী মাধ্যমদা ঈশ্বরবু ফংবা ওমদে। বুদ্ধিনা মীওইববু অককনবা ওমথৈ অমা ফাওবা চিংবা ওমই অতুগা মাতুদগী হেন্থবা য়াদে। মাসি শ্রদ্ধাগী অমস্তুং শ্রদ্ধাদগী পোকলকপা অভিজ্ঞতাগী রাকমনি। কনাগুম্বা অমনা মশাগী ফননবা পুম্বা অভিজ্ঞতাদা নির্ভর তৌবা য়াই নত্রগদস্সু মশাগী অভিজ্ঞতাদগী হস্থবা করিগুম্বা অমদা পেন্দবস্সু য়ই মপুং ফারবা শ্রদ্ধা হুয়বতুদি অভিজ্ঞতাগী অরাংপা অতু অনুভব তৌদে।

ঈশ্বরত্তনা মপুংফাবা সত্যবু থংবা ওমই। মরম অসিনা ঐনা তোইনা হায়রে মাতুদি সত্যসি ঈশ্বরনি। মসিগী তুংইনবদি, মাসিনি মাতুদি ওমথৈ নাইরবা মীওইবা হায়বা জীবনা মপুংফাবা সত্য থংবা ওমদে।

ঐনা অচৌবা শক্তি অতুবু, অচুম্বা হায়বা মীং অতুনা কোই, "অল্লাহ" হায়বা মীংন কৌদে, "খুদা" হায়বা মীংনস্সু কৌদে, গোড"

নত্ত কৌদে। ঐগীদমক্তি সত্য হায়বসি ঈশ্বরনি অমসুং সত্যনা ঐখোই পরিকল্পনা পুম্বা ওম্বোকই। সত্য হায়বা অচৌবা শক্তি অদুগী থম্মোই মপুংদা অচুম্বা পুম্বা য়াওহনা লৈ। য়াম্না নহা ওই-রিঙৈদগী হৌনা সত্যবু ঐনা য়োবা ওমদবা য়েৌবা য়াদবা পোৎ খর ওইনা লৌননবা তম্বীরকই। অচৌবা ইংলিশমেন অমনা ঐঙোন্দা ঈশ্বর হায়বসি খংবা য়াদবা মশকনি হায়না থাজিননবা তম্বীরমই। মহাক অসি খংবা য়াই, তৌইগুম্বসুং ঐখোইগী ওমখৈ নাইবা বুদ্ধিনা য়াবা ওমখৈগী চাং অদু ফাওবদং খংবা য়াই।

ঈশ্বর হায়বসি পুম্নমক ওম্বনি। মহাক্না মীগী থম্মোই পুম্ববু হোংহনবা ওমই অমসুং মখোইগী মরক্তা অশেংবা শান্তি পুরকপা ওমই।

## মহাক্কী বিধান—

ওসি, নোংচুপলোমদা খ্রাইষ্টকী রা য়াম্না ঙাংলি, তৌইগুম্বসুং মখোইগী পুন্সিশিংবু বিধান তৌরিবদি খ্রাইষ্টকী ওম্ন·ৈতনবনি। অদুগুম্না ইসলামগী রা ঙাংবা মীশক খর লৈ অদুগা থাঙ্গেশেংবদি সতানগী লম্বী তুংইনলি। মাসি য়াম্না অরাবগী মশক ওইরবা থোদোকশিংগী অবস্থানি। মীশিংনা ঈশ্বরগী লম্বীবু তুংইনলমলবদি পৃথিবীদা ঐখোনা উরিবা অয়োৎপা অমসুং শেন্দোং চাবা পুম্বাসি লৈরমলোই। ইনাক-খুনবনা হেন্না খুনগৎলকলি অমসুং লাইরবনা হেন্না লাইররকলি। অরাম্বা, ফী লৈতবা, অশিবনা মমাইদা য়েংশিনলকই। মাসি পুম্বসি লাইগী লৈপাক্কী খুদম নত্তে অদুগা সতান, রাবন, নত্রগা খ্রাইষ্ট বিরোধীগী লৈবাকনি। চিনবান্দা মাগী মমিং চুম্না হঙ্কন হঙ্কন শোল্লগা পৃথিবীদা ঈশ্বরগী রাজ্য অমা লাকননবা আশা তৌগা ঐখোইনা ওমদে।

ঐখোইগী লমচৎ অসি সতানগী মতুংদা মহাক্কী লম্বীশিংগা শোয়নবা চুনহনগদবনি।

মীশিংগী থম্মোইশিংদা ঈশ্বরনা পাল্লবা মতম অদুতদা মখোইনা অশাওববু থাদোকপা ঙমগনি। অনিংবা অদুনা লৈরবদি ঈশ্বরগী য়াথং-শিংনি হায়না খংনরবা জগৎকী ওইবা লমচৎকী বিধিশিং অসিদা ইচম চম্বনি অমসুং খংবদা অমসুং থবক ওইনা পাংথোকপদা ইলাই লাইবনি। মীওইববু লাকলিবা অতনবা হৈনিংদবা হায়বদুনা মরম ওইদুনা মখোইশিং অসি অরুবা মালহনবতনি। মী হায়বসি চাও-খৎনিংবা জীবনি। প্রকৃতিদা তুমিন্না লেপ্পুনা লৈবা হায়বসি লৈতবনি। লেং-ওৎতবা হায়বসি ঈশ্বরতনি মরম্দি মহাক মশামক অদুম ওইনা ওরাং, ওসি অমসুং হয়েং, ওইরমই, ওইরি, অমসুং ওইগনি ; অদুগা অমূকসু তত্তনা লেংলিবা মশকনি। অসুম ওইনা ঐখোইনা ঈশ্বরগী গুণগী মথক্তা ঐখোই ইশাবু লাংতকনহনবা দরকার ওইদে। ঐখোই অসি মতম চুপ্পদা চাওখৎলকলি হায়বসি ঐনা খংবা তাবনি। অদুনা, মীওইবনা হিংবা তারবদি সত্য অমসুং অহিংসাগী বিধান মখাদা চাওখৎ চাওখৎনা লাকপা তাবনি হায়না ঐনা লৌই। লমচৎকী অসিগুম্বা মৌলিক বিধান অনি অসিগী মীৎয়েংদগী ঐ অমসুং নং থবক তৌবা তাবনি অমসুং হিংদুনা লৈবা তাবনি।

ঈশ্বরদা থমদবা পুক্নিং অদু কোইচৎ চৎপনি অমসুং পূজা মন্দির অম ওইবগী মগুণ য়াংলি।

**কত্তবগী হৌরকফম—**

জগৎ অসিদা কত্তবা করিগী লৈয়্রিবনো হায়বসিগী পাওখুম পীবদা সুবা য়াহংনি। ঐনা খুনমী অমগী পাওখুম কৌবা য়াবা অদুমথৈত্তং

ঐনা পাওখুৎ পীবা ওমই। অফবা লৈরবদি ফত্তবস্থ শোয়দনা লৈগনি, মঙাল লৈবা মফমদা অমম্বা লৈবগুম্না, তৌইগুম্বস্নুং মাসি শিবা নাইবা মীওইবা ঐখোইগা মরী লৈনবা ফাওবদংদা অচুম্বা ওইবনি ঈশ্বরগী মমা'দদি অফবা হায়বস্থ লৈতে, ফত্তবা হায়বস্থ লৈতে। ঐখোই লাইরবা থুনমীশিনা মহাক্কী থবক্কী মরমদা মীওইবগী লোন্দা রারী তৌবা য়াই, তৌইগুম্বস্নুং ঐখোই লোন অসিদি ঈশ্বরগী (লে'ন্) নত্তে।

বেদান্তনা হায় মাহুদি জগৎ অসি মায়ানি। অহুগুম্বা শন্দোকপা* রারোল অসি ফাওবস্থ মপুংফ'ত্রবা মীওইবগী অপংবা অভাংগী রাভাংনি। মরম অসিনা মাসিগী মরমদা ঐনা ঐগী কোক য়াই চিলহনলরোই হায়না হায়রি। ঐবু ঈশ্বরগী কাগী খ্বাইদগী মুং চনবা পোৎথাকম অহুবু য়েংবা য়াহনলবদস্থ ঐনা মাসি তৌগে হায়না খোশ'রোই। মরমদি মফম অহুদা ঐ করি তৌগদগে হায়বসি খংলমলোই। ঐখোইগী অধ্যাত্মিক উন্নত্তিগীদমক ঈশ্বর হায়বসি মতম চুপ্পদা অফবা তৌবা মীগী ওই হায়বসিনা মতিক চাজরবনি। মাসিস্থ অমুক্কা থুনমী অমগী শন্দোকপা রাভাং ওইরবনি।

ঐনা ফত্তবা লৈবগী মরমদি যুক্তি য়াওবা পাম্বৈনা তাকপা ওমলোই। অস্থমনা তাকপা পাম্বা হায়বসি ঈশ্বরগা চপ ম'ন্নবা অম্মা ওইবা পাম্বনি। মরম অসিনা ঐনা ফত্তববু অস্থম ফত্তবা ওইনা লৌননবা মতিক চানা নোঙ্লুকচে। ঈশ্বরবু ঐনা শাংনা রারবা মীশক অমস্থং অনাবা মীশক অমা ওইনা কৌই, চপচাবা মরমদি মহাক্না জগৎসিদা ফত্তবা (লৈননবা) য়াথং পি। মহাক্কী ফত্তবা লৈতে হায়বসি ঐনা থংই। মহাক মসিগী মপুক্কি অহুগা মাসিনদি

মাবু শেংক্তে। ঐগী পুন্সি মশাসিমক্কী মমল ওইনস্থু ঐনা ফত্তবগী মায়োক্ত নত্রগা লোইননা লানথেংনত্ত্রবদি ঐনা ঈশ্বরবু কদৌডৈদস্থু থংলমলোই হায়বসিস্থু ঐনা থংই। ঐ ইশামক্কী তোল্লবা অমস্তুং ওমথৈ নাইরবা অভিজ্ঞতানা থাজবসিগী মস্থুংদা ঐবু লানবন শাক্লুনা ডাকপিরে। হেল্লা শেংবা ওইনবা ঐনা হোৎনরিবা মথৈ ঐনা ঈশ্বরগী নাক নকপা হেল্লকই হায়বসি অনুভব তৌই। ওসি ওইরিবা অমুমনা ঐগী শ্রদ্ধা অশিনা ইচম চম্না চংজবা নত্তনা, হিমালয়গুম্না লেংবা য়াত্রবা অমস্তুং মাগী চীংদোন্দা লৈরিবা উনশিংগুম্না ডৌরবা অমস্তুং লংলমলবদি ঐনা কয়া য়াম্না হেনগৎলমগনি ?

চপ চারবা বৈজ্ঞানিক্কী রাথলদদি ঈশ্বর হায়বসি অফবা অমস্তুং ফত্তবা অনিগী মথাদা লৈ। ডাক্তর অমগী থাংদগী তাদনা মীহাৎপ অমগী থাংবুস্থু মহাক্না লম তাকপনি। মাসি পুম্ব লৈরবস্থু, অফবা অমস্তুং ফত্তবা হায়বসি, মীওইবগী থৌরমগীদমক্তা, অমনা অমদগী তোঙানলি অমস্তুং তিম্নবা য়াদে, মাসি অঙানবা অমস্তুং অমম্বা, লাই অমস্তুং হিংচাবগী থুদম মশক্কি।

জগৎ অসিদা ঈশ্বরনা ফত্তববু ( লৈনবা ) য়াথং পি হায়বসি হায়বদা নাকোংদা স্তুঙাইতবা য়াই। তৌইগুম্বস্তুং মহাক্না অফবগীদমক দায়ী লৌবা তারবদি ফত্তবগীস্থু মহাক্না দায়ী লৌবা তাবনি হায়বসি মশানা তাই। ঈশ্বরনা রাবনবু মপা লৈতবা শক্তি উৎমনবা য়াথং পিখিরমদবরা ? ওইবা য়াবদি, অসিগুম্বা চয়েৎনবগী হৌকম মরুদি ঈশ্বর করিনো হায়বা অশেংবা থংবা রাৎপাদগী থোরকই। ঈশ্বর হায়বসি মী অমা নত্তে। মহাক শীংথাবগী রাংজনি। মহাক অদি

ধর্ম্মবু শেম্বা, ধর্ম্ম অমসুং ধর্ম্মবু পাংথোকপা মীশক অমনি। কনাগুম্বা মীশক অমনা শক্তিশিং অসি মশাদা লৈ হায়বগী নাপল তৌবা ঙমদে।

মহাক তৌরমলবদি, মহাকপু শেংলবা অম্নপ্পা মীশক অমনি হায়না থংনরমগনি। মথোই অছুতনা ঈশ্বরগুম্না ঐথোইনা পূজা তৌবা মহাক অছুবু, ওই। মাসিদনা অশেংবা মশক'ন, (ঈশ্বরনা ফত্তববু য়াবরা?) হায়বা রাহংগী পাওথুম পীগদবা অশেংবা অনদি অসিনি।

অম্নম হায়না হায়নবা অমা লৈ মাছুদি মপানথোং হায়বসি মম্নংগী মমী তাকমনি। নংনা অফবা মীশক ওইরবদি জগৎ পুম্বসি অফবা ওইগনি মাসিগী ওম্ন তৈনবদা কনাগুম্বা মীশক অমবু নংনা ফত্তবনি হায়না নিংছুনা অম্নভব তৌরবা, মাসিগী অঙকপদি নংগী মম্নংদা ফত্তবা লৈ হায়বনি।

ঐথোইনা অতোপ্পশিং ফত্তবনি হায়না খল্লোইদবনি অমসুং ঐথোইবুসু ফত্তবনি হায়না খন্নবা অতোপ্পবু চিংনহনলোইদবনি। ফত্তবা পাও তানিংবগী নাকোং অছু শ্রদ্ধা রাৎপগী থুদমনি।

## অস্বভাবিক অঙকপা থৌদোকশিং—

ঐনা অঙকপা থৌদোকশিংদা শোয়দনা থাজে অমসুং থাজদে। অঙকপা মহোশাগী ওইদবা থৌদোকশিংগী মাধ্যমদা ঈশ্বরনা থবক তৌদে। তৌইগুম্বসুং লাইগী পুন্নিংদি নোংঙাংগুম্ ওইনা ফোঙদোকই অমসুং মাসিবু মীওইবদদি মহোশাগী ওইদবা অঙকপা ওইনা উই। ঐথোইনা ঈশ্বরবু থংদে, ঈশ্বরবু ঐথোইনা মাগী ধর্ম্মগী থবক তৌবগী

মাধ্যমদা থংই। মহাক অমসুং মহাক্কী ধর্ম্ম হায়বসি অমত্তনি। মাগী ধর্ম্মগী মপান্দা করিগুম্বা অমত্তা লৈতে। মুহারাবা অমসুং নোংলৈ-মুংশিংশিং অসিসু মাগী অনিংবা য়াওদনা অমত্তা থোক্তে—তৌইগুম্বসুং মাসি মহাক্কা নিংত্রবদি নাপী মকা অমা ফাওবা চোংদবনি। মঙোন্দগী তোঙান্দনা সত্তানসু মাগী অরাবত্দা লৈবনি।

মীওইবনা ফত্তবদগী অফবদা অহিং অমদা হেক্তা ওনবা ঙমদে। ঈশ্বরনা মীৎত্রং তৌদে। মহাক মশান্না মাগী ধর্ম্মগী মমুংদা লৈ। মাগী ধর্ম্মদি হৈটকী ধর্ম্মদগী তোঙানলি। হৈটশিংগীদি অরানবা লৈবা য়াই, তৌইগুম্বসুং ঈশ্বরদি লানবা য়াদে। মহাক্কী ধর্ম্মগী ঙমখৈ রাংম লানলবদি জগৎ অসি মাংথিগনি।

মীয়ামদদি অঙকপগী পরেং মপুম অমা ওইবাদু মীৎনা কুপ্পা অমগী মমুংদা অককনবা রাথল অমত্তদা ওনথোকখিবসি ইতিহাসনা ঐথোইদা তাকলি। খুদম ওইনা "বোড়গী লান" লৌ। ইংরেজী লোন্দা মাসিবু "মফিকিং" হায়না হায়রমই। "মফিকিং মুমিং" অসিদা মীপুম্বা কোইঙাও ঙাওনরমই। অদুগা চহি অনিগী মমুংদা বৃটিশ জাতি পুম্বা পুমহোং হোংখিরমই। হেনরী কেম্পবেল বেন্নরমেন্না প্রধান মন্ত্রি ওইরমই অমসুং লানদগী অঙংবা পুম্বা লোইনবা পুমথা থাদোকখিরমই। ইকুই কুইত্রিবা মীথন্দা লেবরগী জয় অদুসু পনবা য়াবা অতোপ্পা খুদম অমনি।

ঙরাং ফাওবা মাগী মচিনবান্দা য়ান্দুনা লৈরম্বা অমসুং মাবু অঙকপগা লোইননা তায়রম্বা, মাগী মগুণ অমসুং বাক শক্তি অদুগী মায়রোক্তা চর্চিলগুম্বা মীশক অমনা ইংলিসমেনশিংগী মুর্ত্তি ওইবন্থু

লেপাখিবসি ঐঙোন্দদি মহৌশাগী ওইদবা মতিকচানা ঙকপা ওই। ঈশ্বর, প্রকৃতি নত্রগা কৌনিংবা মমিং অমা কৌ, অতৈ অতোপ্পা শক্তি পুম্বনা চৎপ্রবদা অমথক্তি লৈহৌগনি হায়না থাজবা ঐগুম্বা মীশক অমগী শ্রদ্ধা লেংদনা লৈননবগীদমক্তি খুদমপুম্বশিং অসিনা মতিক চারবনি।

## অবতার —

হকচাং পানচুনা হিংলিবা (জীব) পুম্ব ঈশ্বরগী অবতারনি, তৌই-গুম্বসুং অহিংবা জীব খুদিংবু অবতারনি হায়না খনবসি তৌনদে। তুংদা হৌরকপা মীরোম্না কনাগুম্বা মাগী মীরোন অচুদা মাগী লমচত্তা থোইদোক হেন্দোকনা থর্ম্ম চেনবা ওইবা মীশক অচুবু, পূজা তৌই। থৌরম অসিদা ঐনা অরানবা করিস্থ উবা ঙমদে; ঈশ্বরগী অচৌবা গুন্দগী মসিনা করিস্থ লৌথোকখিদে, অমসুং সত্যদা মসিনা হিংসা করিস্থ তৌদে।

অবতারদা থজবা হায়বসি মীওইবগী রাংলবা অধ্যাত্মিক আশাগী খুদমনি। ঈশ্বরগুম্না হেক মান্নত্রিবা ফাওবা মীনা মশাদা শান্তি লৈতে। অবস্থা অসি য়ৌননবা হোৎনবা হায়বসি নিংবদা মমল লৈরবা মীওইবগী অম্নিংবা মশক, অচৌবনি। মসি আত্ম-দর্শন মশাবু মশক খংবা হায়বচুনি। অচুপা অসিগুম্বা আত্ম-দর্শন অসি অতৈ অতোপ্প শাস্ত্রগীগুম্না গীতাগী বিষয়নি।

মরম অসিনা মমাংঙৈদা লৈরম্বা তুংগী থৌদোক উবা মীশক নত্রগা অবতার পুরুষশিংদা থাজবা হায়বসি অমম্বদা থাজবা নত্তে, খ্রাইদগী তুংচনবা অধ্যাত্মিকী অরাংপ্পা অমবু নিংথৎহনবনি।

**ঈশ্বরগী ধর্ম্ম —**

ঈশ্বরগী লম্বীশিংবু মীওইবনা মপুংফাদবা মওংদা শন্দোকনা হায়বা নত্তনা করিস্থু ওমদে। ঐনা মাসিমস্থু খংই মহুদি মসি শন্দোক্না তাকপা য়াবা ওইদে অমস্তুং মুং য়োনা চংবস্থু য়াবা নত্তে। তৌইগুম-বস্তুং শিবা নাইবা মীওইবনা মখোইশিংবু শন্দোকনা তাকনবা হোৎনরং-বদা, মাগী শেংদ্রবা রাহেশিংগী মাধ্যমদা নত্তনা হেন্না ফবা অমস্ত মাগী লৈত্রবনি।

ঐখোইনা ঈশ্বরগী ধর্ম্ম পুম্ববু নত্রগা মখোইগী খবকপু খংদে। খ্বাইদগী রাংলবা বৈজ্ঞানিক অমগী নত্রগা খ্বাইদগী চাওরবা অধ্যাত্মিক অমগী জ্ঞান হায়বসি উফুল মরিক অমগুম্বনি। ঐগী লৈপাক্না শাবা ইপাগুম্না ঈশ্বরনা হকচাং লৈবা জীবা অমা ওইত্রবদি, মহাক অসি মপান নাইদনা হেনগবনি। ঐগী পুন্সিগী খ্বাইদগী শিকলবা থৌরম শিংগী থৌদোকপুম্থ বিধান তৌই। ঐনা চপচানা থাজে মহুদি মহাক্কী ইচ্ছা য়াওদনা উনা অমা ফাওবনা লেংদে। ঐনা হোনজিনলিবা মুংশাম্বর খুদিংসি মাগী অরাবদা নির্ভর তৌই।

মহাক অমস্তুং মাগী ধর্ম্ম অসি অমত্তমি। ধর্ম্ম অসি ঈশ্বরনি। মওোন্দা হেক থোনজিল্লিবা করিগুম্বা পোৎ অমসি অচম্বা গুণ নত্তে মহাক অসি গুণ মশা অহুমক্কি। মহাকসি সত্যনি, প্রেমনি ধর্ম্মনি অমস্তুং অতৈ অতৈ শেংদ্রবা মীওইবনা মীং থোনবা গুম্বা পোৎ কোটি কোটিশিংনি।

প্রকৃতিগী ধর্ম্মবি হোংবা লৈতে, হোংবা য়াদে অমস্তুং প্রকৃতিগী ধর্ম্মবু য়ৈথায়বদা নত্রগা থুগ্রাইবগী অনবা মহোৌশাগী ওইদনা অরুকপা

করিস্থ লৈতে। তৌইগুম্বন্সুং কাখু মন্নুংদা লৈরবা জীব মীওইবা ঐখোইনা মথল মথা কয়াগী পোৎ পুম্ববু ভাবনা-তৌই অমসুং ঐখোই মপুংফাদ্রবশিংছুবু ঈশ্বরদা থৌজিনলি। ঐখোইনা ঈশ্বরগী মতৌতম্বা য়াই অচুগা মহাক্নদি ঐখোইগী য়াদে। মহাক্নীদমক্তা ঐখোইনা মতমবু থায়দোকপা য়াদে। মতম হায়বসি মহাক্নীদি লোইবা নাইদববুনি। ঐখোইগীদি হৌখিবা, হৌজিক অমসুং মতুং অস্তুম হায়না লৈ। মপান নাইদ্রবা মতমগী অচম্বা বিন্দু অমদগী হেন্না পিক্লবা চহি চামগী ওইবা মীওইবগী পুন্সি অসিবু করিনো ?

## প্রকৃতিনা য়েংশিনবশিং —

সভ্য অমসুং অসভ্য জগৎপুম্বগা লোইননা ঐনা থাজমিন্নৈ মতুদি বিহারগী অচুগুম্বা (য়ুহারাবা) অন্নাবা থৌদোকপুম্ব অসি মখোইগী পাপ-শিংবু কোকথোকনবগীদমক মীওইবদা লাকই। অসিগুম্না থাজবসি থম্মোইদগী লাকলবা মতমদা মীপুম্বনা লাই শোল্লি, অন্নাবা ফোঙদোকই অমসুং মশা মশাশিংবু শেংদোকই ......।

মহাক্নী খোরমগী মরিদা ঐগী জ্ঞান য়ামদনা লৈ। অসিগুম্বা অন্নাবা থৌদোকশিং অসি দেবতা নত্রগা প্রকৃতিগী হেক্তা ইচম চম্না মরম য়াওদনা থোকহনবা নত্তে। মখোইগী খোংচৎপু বিধান তৌরিবা ধর্ম্মগী য়াথং ইন্দুনা গ্রহশিংনা। চৎপগুম্না মখোইনা অরেপ্পা ধর্ম্মপুম্বগী য়াথং শোয়দনা ইল্লি। থৌদোকশিং অসিবু বিধান তৌরিবা ধর্ম্ম অচুবু ঐখোইনা থংদে মরম অস্লিনা ঐখোইনা মসিবু অন্নাবা থৌ-দোকশিং নত্রগা য়ৈথাইবা থৌদোকশিং হায়না কৌই

তত্র এহিৎপাশিংনা শীরিবা লিক্লোগী খুজিংগী ঐখোই মর্তজীবন অসিনা হেক্না কাইশনবান। মখোইবু শোকখ্রদনা থম্নবা নত্রগা য়োং উপু অমদা হাপচিন্দুনা থমলবদি নখোয়না লিক্লোগী খুজি অহুবু চহি লিশিং লিশিং ফাওবা থগ্না ওমই। তৌইওবস্তুং মর্তজীবন অসিগী অসুকী মতিক ভনিক ভনিকই মন্থাদি মীৎনা কুপ্পা অমগী মন্থাদা মসিদি শিংতোকখিবা য়াই। মমমু অসিনা ঐখোইনা হুৎশাবর হোমনবা মতম লৈরিবৈদা, অমাংবা অমস্তুং অনেম্বগী থেম্নবসি মুক্তংহৌসি, ঐখোই থম্মোই শেংদোকহৌসি অমস্তুং মুহায়াবা অমা, প্রকৃতিগী অরাবা থোঁদোক অমা নত্রগা হোনশা ওইনা ঐখোইদা থোকলিবা অশিবা হায়বত্তুনা লাকশিনলক্লবা মতমদা ঐখোইবু শেংনা মপুবু থেংননবা শেম শাসি।

প্রকৃতগীবিক্ষোভ খুদিংগী মরুমদা লাইগী ওইবা থৌরম অমা লৈ। মপুং ফাইল্লবা বিজ্ঞান অহুনা গ্রহনবু ওসি ঐখোইদা হায়-রিবসিওয়া, নোংমদি কদোইও মুহারাগনি হায়বা ওম্বসি য়াম্না ওইথোকই। মাসি মীওইবগী পুক্লিংগী অতোপ্পা জয় অমা ওইগনি। তৌইওবস্তুং অসিওম্বা জর অসিবু মশীং থংদনা পুরিহুনা হেনগৎহল্লবদস্তু, মাহু নত্রবদি মমল করিস্তু লৈত্রবা থম্মোই শেংহনবা হায়বত্তুদি ওইহনবা ওমলোই।

মম্ভং শেংদোকপা দরকার লৈ হায়না থনবা মীশক পুম্ববু, অসিওম্বা বিক্ষোভ অসিগী মরুমদা লৈবা ঈশ্বরগী থৌরমবু থানবা, মখোইনা ঐখোইবু নোম্লকহনবা অমস্তুং মতম লাকলবদা ঐখোইবু শেম্বা মপুগা থেংননবগী শেম শাননবা অমস্তুং ওইনিংবা অমা ওইজরবা কনাওবা ঐখোইগী লোইনবা জীবশিংগী অরাবদা শরুক য়ামনবগী

অহুম চুমদা শেম শ'ননবগী লাইশোন্দা য়াওননবা ঐনা মখোই পুম্বদা হায়রি।

## ঈশ্বরগী মমীংশিং—

ঈশ্বরগী ম্যাখং লাঙ্গং অমা লৈ অহুগা অমুকন্সু, মহাক অসি মীং লাইদে। ঐখোইনা পামুব্বা করিগুম্বা মমীং অমদা মহাকপু ঐখোইনা পুজা তৌবা নত্রগা খুরুম্বা য়াই। খরনা মাবু রাম কৌই, খরনা কৃষ্ণ, অতোপ্পশিংনা মাবু রহিম কৌই, অহুগা অতৈ অতোপ্পনসু মাবু গোড কৌই। পুম্মক্না অমত্ত ওইবা আত্মাবু পুজা তৌই; চিঙ্গাক পুম্বা মীপুম্বদা চাম্নদবগুম, মীং পুম্ব মীপুম্বগী পুক্লিংদা পান্দে। খুদিংনা মাগী তিন্নরুবগী মতুংইন্না মীংবু খল্লি অমসুং মহাক্না, ঐখোইগী সুংদা লৈবা মীশক অমা ওইবনা, শক্তি পুম্বা লৈবা, পুম্নমক খংবা ওইবনা ঐখোইগী থ্বাইদগী সুং চল্লবা ভাব অহু থংই অমসুং ঐখোইনা ফংফম খোকপা মনা নত্রগা দণ্ড অহুগী মতুংইন্না মহাক্না পাওখুম পি।

পুজা নত্রগা লাইশোন হাযবসি, মরম অসিনা, চিনবান্দগীদা তৌরোইদবনি, তৌইগুম্বসুং থম্মোইগা লোইনগদবনি। অহুনা মাসি মরোল খোকুবনা, মরৈ লোম্বনা, লাইরিক হৈতবনা অমসুং অপাংবনা চপমান্নবা পাংথোকপা ওমই। অহুগা মরৈদদি অমুত্ত তৈরবা তৌই-গুম্বসুং থম্মোইরদি হুনা পিরু থল্লবা মখোইশিং অহুগী লাইশোনদি করোইদসু তাদে। মরম অসিনা ঈশ্বর খুরুমগদবা মহাক অহুদি শোয়দনয়ক মাগী থম্মোইহ শেংদোকদরনি

হনুমানগী চিনবান্দতা রাম লৈবা ওইরমদে মহাক্না থম্মোই সিংহাসন্দা লৈতে লমনি। মহাক্না হনুমান্দা তোকথবা লৈত্রবা মপাক্কল

পিরমই। মহাকী ( ঈশ্বরগী ) শক্তিতনা মহাক্না চীংবু থাজখলি অমস্মুং সমুদ্রবু লানথোকই।

মহাক্না ওই হায়না ঐনা থাজবা মওংদা চপচানা ঐনা ঈশ্বরগী ম্না ওাংই। ঈশ্বরসি শেমগৎ-শাগৎপগী থবক তৌই লোইনা লোইনম্ম তৌদে হায়না ঐনা থাজে। মাসিম্মু থওইবগী মরামগী ওইবা মওংগী ফীরেপপু ঐনা লৌরুবগী মহৈনি। জৈনশিংগী ধর্ম্ম কম্পাক্তগী ঈশ্বরনা শেমগৎ-শাগৎপগী থবক তৌদবগী মওং অসি ঐনা প্রমাণ তৌই, অদুগা শেমগৎ-শাগৎপগী মওংনা রামানুজগী-দগী তৌই। অওইবা থৌদোক ওইনদি, ঐথোইনা খনবা য়াদবা মশক অমবু খঙ্লি, শন্দোকনা তাকপা য়াদব অমবু শন্দোক্না তাকলি, খংব য়াদবা অমবু খনেনবা থিরি মরম অসিনা ঐথোইগী য়াহৈ অসি শিথরকই, মতিক চারক্তে অমম্মুং তোইনম্মু ওন্ন-তৈনরকই। অদুনা বেদশিংনা ব্রহ্মবু 'মাসি নত্তে', 'মাসি নত্তে' হায়না তাকই।

ঐগী মত্তদি, রাম, রহমন, অহুর মাজ্দ, গোড নত্রগা কৃষ্ণ হায়বসি শক্তি পুম্বদগী খ্বাইদগী চাওরবা, উবা ঙমদবা শক্তি অমবু মীওইবনা মমিং থোননবা হোৎনবত্তনি। মহাক্না মপুং ফাদবা ওইরবদম্মু, মপুং ফাননবা অত্তৎপা লৈতনা হোৎনবা হায়বসি মীওইবগী মুংদা চেম্নরক্লবনি। হোৎনবসিদা মহাক্না মং মংই। অদুগা অভাং অমনা লেপননবা হোৎনবদা, হন্না হন্না ডুমগুন্না, অমম্মুং মমৈথংদা করম হান্না চৎকনি হায়বা হৈ। মত্তৌ অসিগুম্না মীওইবসি, মাগী বুদ্ধিপুম্বগা লোইনরবম্মু, লোইবা নাইত্রবা অমম্মুং চাই লৈত্রবা ঈশ্বরগা চাংদম্নকবদা অঙাংগা মাম্নবনি। মাসি হেক্না হায়জিনবা মানবম্মু য়াই তৌইগুম্নম্মুং নত্তে। মীওইবনা ঈশ্বরবু মাহাকী মশাগী লাইরবা লোয়দ তাকপা ঙমই।

---

# ১৫ঃ রামনাম্ (রাম্ হায়বা মীং)

**ঐগী উকল —**

ঐগী যুক্তি অমসুং খল্লোইনা মমাংঙৈদগী হৌনা ঈশ্বরগী মিং অমসুং গুণ অসি সুত্যানি হায়না খংলবসু, ঐনা সুত্তবু রামগী মিং অসি ওইনা খুংই। ঐগী চাংয়েংগী খ্বাইদগী হেন্না মমল্লবা মতমদা মিং অমখক অহুনা ঐবু কনবিখিরমল্লে অমসুং হৌজিকসু, মানা ঐবু কন্নবিরি। মসি ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদগী লোইনরকপনা ওইবা যাই তুলসীদাসনা ঐবু মেত্তুনা শেম্লবা ঐনা পাযজবদগী ওইবা যাই

অহুপা শোয়রনা লৈরবা ঋংগী থৌরম অহুদি অহুম লৈ। ঐগী অকুল লুমনরগী যুমগী মনাক্তা লৈবা রামজি মন্দিরবু ঋমিং খুদিংগী কর্ত্তন চংপা মতমগী ঐনা অঙাং ওইরিঙৈগী দৃশ্য অহু, ঐনা পরেং খরসি ইরিঙৈদা, নিংশিংলকই। ঐগী রাম মতম অহুদা লৈরমই। মংাক্তা ঐবু অকীবা ময়াম অমসুং পাপশিংদগী কনবিরমই। মসি ঐগীদি অমঙ্গদা থাজবা নত্তে। মুর্ত্তি অহুগী ঙাকশেন্নরিবা মীশক অহু কত্তবা মী ওইরম্বা যাই। ঐনা মাগী বিরোধদা কল্লিসু খংবা লৈত্তে। কৃত্তবা থুরকশিং কয়া মন্দিরা অহুদা তৌরম্বা যাই। অমুকসু মখোয়শিং অহু ঐনা কল্লিসু খংদে। মরম অসিনা, মখোইনা ঐবু শোকলমলোই। ঐঙোন্দা অচুম্বা ওইরবসু অমসুং ওইরিবসি হিন্দু কোটি কোটিদা অচুম্বা ওই।

অঙাং ওইরিঙৈদা, ঐগী য়োকচবীনা ঐনা কীরবা অমসুং বারবা মতম মতমদা রামনাম শোন্নবা ঐঙোন্দ তমীরমই, অমসুং ঐগী জান্না

হেনগৎলকপগা অমসুং চহি য়ামশিল্লকপগা লোইন লোইনবা য়ুনি ঐগী অনিত্তবা স্বভাব অমা ওইরকলমই। পুং কুন্নমরি চুপ্পা ঐগী চিনবান্দ থাজেশেনো লৈত্রবস্থ, ঐগী খম্মোইনদি য়াহৈ অসি অস্নম লৈ হায়বসিনু ঐনা হায়বা য়াই। মাসিনা ঐগী উকন্ন ওই অমসুং য়াম্নিগী মথক্তা ঐবু মতমচুপ্প লৈহনলে। জগৎকী অধ্যাত্মিক সাহিত্য-শিংগী মনুংদা তুলসীদাসগী রামায়ণ হায়বসি খ্বাইদগী মমাংথংবা মফমদা লৈ। ঐনা মহাভারত্ত কংদবা অমসুং বাল্মীকীগী রামায়ণদা কাওবস্থ কংদবা য়াসিগী কজবশিং লৈ।

## থৱাহদগী কবা পূজা—

ঐ হশাবকসি অতাং ওইরিবৈতদগী তুলসীদাসগী ভক্ত অমা ওইহনা লৈরমই, মরম অসিনা ঐনা মতম চুপ্পদা ঈশ্বরবু রামগুম্না পূজা তৌরমই। তৌইগুম্বসুং ঐনা থংই মাহৃদি ওঁকারনা হৌহনা মতম পুম্বদা, অমসুং লোন পুম্বনা চৎনরিবা ঈশ্বরগী মমিংশিংসু অপুনবা শব্দগী মাধ্যমদা শোল্লবদি মহৈদি চপমাম্নে। মহাক অমসু মহাক্কী ধর্ম্মদি অমত্তনি। ধর্ম্ম অসিবু ভাকনা চৎপা হায়বসিনা পূজাগী খ্বাইদগী কবা মওংনি।

## ঈশ্বর অমা—

রাম নঞ্জগা রামনাম খিবা হায়বসি হিন্দুশিংগীত্তনি, মরম অসিনা মুসলমানশিংনা মাসিদা করম তৌনা শরুক য়াবা, ওমথনি হায়না কনাগুম্বা অমনা আপত্তি তৌবা য়ুতক্কদা ঐনা ঐগী চুকা লোকই। মুসলমানশিংগীদমক্তা ঈশ্বর অমা লৈবা? অতোপ্পা অমা হিন্দু,

পারসি, নত্রগা খৃষ্টিয়ানশিংগী লৈত্রা ? ওইখোক্তে, পুন্নমক তম্বা অমসুং পুন্নমক খংবা ঈশ্বর অমথক্ত লৈ। মহাকপু মখিং তোঙান তোঙানা খোল্লি অমসুং ঐখোইনা মাবু, ঐখোইদা খাইদগী তোইনবা মিংনা নিংশিংই।

ঐগী রাম, ঐখোইগী লায়শোনগী রাম অসিদি অযোধ্যাগী নিংথৌ দশরথকী মচানুপা ঐতিহাসিক রাম অদু নত্তে। মহাক অসিদি, লোইবা নাইদবা অমসুং অনিগুমবা অমত্ত থাইবা অচবুনি। মহাকপুদা ঐনা পূজা তৌই। মাগী মতেংতবু ঐনা থি, অমসুং অসিগুম্বা নংনা তৌগদবা ওই। মহাক্তি চপ মান্ননা পুন্নমকীন। মরম অসিনা মাগী মখিং শোনবদা মুসলমান নত্রগা কনাগুম্বা অমনা আপত্তি তৌননবগী মরম ঐনা উদে। তৌইগুম্বসুং মহাকপু করিগুম্বা মওং অমদা ঈশ্বরবু রামনাম হায়তুনা খংনমবগী অপ্নবা লৈতে। মহাক্না মশা মথন্তা অলহা নত্রগা খুডা হায়না, ময়ামগী খোম্থোকী চান্নবসি থুগায়দনবা মওদো শোজবা য়াই।

ঐত্তোন্দদি,......... সীতাগী মপুরোইবা, দশরথকী মচা, রাম হায়বসিদি শাক্তি পুম্বা য়াওবা সারাংশনি, ঐগী থম্মোইদা য়েকশ্নবা মিং অসিনা পুক্সিং, হকচাং অমসুং লমচংকী অরাবপুম্বা কোকহনদি।

## কোকহন্নবা শক্তি —

মতিকচাবা য়াহং অমদি তত্তনা চাংনাইনা রামনাম শোনবা অমসুং অশেংবা পুক্সি অমসু লেনবা মীশক অমনা করিগীদমক নাগদৌরিবা মী হায়বসি খন্ডাবনা য়পুং কানবনি। রাখল লৈবা নিপা অমনা য়পুং কাননবা ......নে, তৌইত্তবসুং মদু কদৌত্তৈনসু খংদে। মহাক্না

লম্বীদা তৌনিংঙবা ওইরবদসু তুই। ঈশ্বরগী অপুনবা ধর্মদি অশেংবা পুক্নিংদা য়াওবনি।

ইগান হানবা পোত্তি কনাগুম্ব মীশক অমনা মাগী ওমখৈ নাইবত্তু খংগদবনি। মদি শেংলগদবনি মত্তুদি কনাগুম্ব অমনা ওমখৈশিং অত্তু রাংম হেক লানলুবা মীকুপ অত্তুদা মহাক শোয়দন অনাবা ওই। অসুম্না চাং কাইদবা দরকারগী মতুংইন্না চ'বা চিঞ্জাকনা অনাবদগী নাম্মোক-হল্লি। কনাগুম্বা মীশক অমনা কনাগুম্বগী মতিক চাবা চিঞ্জাকনো হায়বসি করম্না খংগদগে? অসিগুম্বা পাথোং ময়াম অমা কল্পনা তৌবা ওমই। পুম্নমকসিগী মুংগী অর্থদি মীশক খুদিংনা মশা মশাগী মশা মশানা ডাক্তর ওইগদবনি অমসুং মাগী মাগী ওমখৈশিং পুথোকদবনি হায়বনি। অসুম্না তৌবা মীশক অত্তুনা শোয়দনা লৈকম থোকপা ফাওবা লৈগনি।

নংগী মাংগ্রবা হকচাং কায়াৎ অমবু অমুক পানশিন্নবা অঙকপা থবক রামনামনা তৌবা ওমদে। তৌইগুম্বসুং নংনা হিংলিঙৈদা অমাংবা মায়োক্তা অমসুং অশিবগী মহুবু লৌথোকপা অমসুং জীবন যাত্রাগী অরোইবদা মোংফম জয় তৌবদা হায়ফম থংদ্রবা শান্তি ফংনবা নংবু মতেং পীবগী, হেন্না ওকপা থবক্তি মসিনা অতুম তৌবা ওমই। থুনা নত্রগা তপ্পা অশিবা হায়বসিদি কনাগুম্ব মীশক খুদিংনা লাকপা ভাবনা কনাগুম্বনা মতমগীদমক লাংতকনরিবা কনিগীনো?

প্রকৃতিক আরোগ্য হায়বসিগীদমক লাইরিক য়াম্না হৈবগী গুণ মত্রগা পণ্ডিত্য য়াম্না লৈবগী দরকার লৈতে। অচম্বা হায়বসিদি জগৎপুম্বগী সারাংশনি। কোটি মীয়ামগী কায়গদবা ওইবত্তুদি পাণ্ডিত্য

য়াম্না লৈগী দরকার লৈতে। পণ্ডিতা হায়ৰ'সাদ খরদনা লেবা ওমহ, অদুনা ইনাকখুনবা খরদমক কান্নহল্লি।

তোইগুম্বসুং ভারত হায়বসিগী খুনুং লাখ তরেৎ লৈ, চনৈনবা পিকলবা, চৎনবী হৌনবীগী রাংম ওাক্ত ওইবা খুন্নংশিংনি— মীশিংনা মকম খরদদি চামদগী খরদা মহেল্লি অদুগা খরদদি কুন খরদংসু ফাদবসু য়াওই।

ঐনা অসিগুম্বা খুদং খরদা চৎনগা লৈরুবা পামই। মতুনা [illegible] ভারত, ঐগী ভারতনি। অসিগুম্বা অচম্বা মীশকশিং অসিদা য়াম্না মশুন লৈরবা ডাক্তরশিংগী পোৎলমশিং অমসুং ডাক্তরগী খুৎন্থ খুৎলাই পুরুবা মখোয় ওমলোই। অচম্বা প্রকৃতিকী হিদাকশিং অমসুং রামনামতনা মখোইগী আশানি।

ৱাখল শেংবা —

চিনবান্দা চুম্না রামনাম থীবগা লায়না কোকপগা মরী করিসু লৈনদে। ঐনা মসিবু চপচানা খংবা ওইরুবদি, সিদ্ধ লাইয়েং কায়বসি মীৎ য়েংদনা লায়না কোকহনবনি, মসিদি অহিংবা ঈশ্বরগী অহিংবা মমিংবু মরুপ অদুনা কাগী তাহন্দুনা তাকপগুম্বনি। ঈশ্বর হায়বসিদি করাগুম্ব অমগী পুক্লিংনা শাগৎপা মওং অমা নত্তে। মসিদি থম্মোই-দগী থোরকদবনি।

ঈশ্বরবু থম্মোই য়াওনা থাজবা অমসুং মহাক্কী ধর্ম্মবু খংবনা করি-গুম্বগী মতেং অমত্তা য়াওদনা মপুংফানা লায়না কোকপ হায়বা ওইথোকই। ধর্ম্ম অদুদি মসিনি মদুদি মপুং [illegible] পুক্লিংনা মপুং

কানা হকচাং কবগী দায়ীনি। মপুংফাবা পুক্নিং হায়বসি মপুংফাবা থম্মোইদগী লাকই। অসিগুম্বা থম্মোই অসিদি ডাক্তরগী ষ্টেথেস্কোপ্না উবা থম্মোই অমত্তা নত্তে মসিদি ঈশ্বরগী লৈকম ওইবা থম্মোই অমত্তনি। মসি হায়নৈ মতুংদি থম্মোইদা ঈশ্বর ফংলবদা শেংলবা নত্রগা অতনবা রাখল অমত্তনা পুক্নিংবু লাম্থোকখিবা হায়বসি ওইথোকহন্দে।

রাখল শেংনা লৈবা মফমদা লাইনা হায়বসি ওইথোক্তবনি। অসিগুম্বা অবস্থাসি ফংবদা লুবা য়াই। মসিবু খংব হায়বসি হকচাং কবা কনখৎলকনবগী অহানবা খোংথাংনি। মতুংগীনা লোইননা হোৎনবা হায়বসিনি। কনাগুম্বগী পুন্সিদা অসিগুম্বা মৌলিক পরি-বর্তনসি মীনা ওসি ফাওবদা পুথোকপ্রবা প্রকৃতি ধর্ম পুম্ববু ভাঙ্গনা চৎপগা স্বাভাবিক ওইনা লোইনবনি। কনাগুম্বনা মথোইবু (অঙাংগুম) শাম্নরগা থম্মোই শেংলে হায়বা য়াদে। ন্যায় সঙ্গৎ বিচারগা লোইননা হায়বা ওমই মতুংদি রামনাম য়াওনা অশেংবা পুকচেল অমা লৈরবস্তু চপমান্ননা অকবা অতুম ওইগদবনি। অশেংবা ফংননবগী অতৈ অতোপ্প লম্বী এৈনা শুকখং খংউদবননি। পৃথিবীপুম্বদা মসি থাইনগী মুশিং-শিংনা চৎখিরম্বা লম্বী অত্নি। মথোইদি ঈশ্বরগী মী হায়রক্তুদি, অমম্বদা থাজবা মীশক নত্রগা যাত্রুপরশিং নত্তে।

অধ্যাত্মিক শাক্তি হায়বসি অতৈ অতোপ্প শক্তিগুম্বা মীওইববু লেবা তৌবদা নৈ। অওইবা থৌদোক্কী তোঙান্না মসিনা চাহি কুইনা য়াম্না নত্রগা থর করবস্তু, হকচাং অনাবশিংদমক শিজিন্নরকলবনি, অদুগা করিগুম্বা মসিনা হকচাংগী অনাববু চপচানা ফংনবা ওমজবদি মসিবু শিজিন্নবা হায়বসি স্বাভাবিক ওইনা অরাংবা হায়রক্তু ওইগনি।

মরমদি, মী হায়বসি থন্নাই অমসুং মচাক অনিনি, অমনা অমদা থবক তৌমুনা শোকনবনি।

নখোইনা কুইনাইন চারগা, মতুবু ফংদবা মী কোটি অমগী রাখল খল্লুদনা, মেলেরিয়া অরুম ফবা গুমলবদি, কোটি ময়াম অমনা থংগৎবদগী শিক্তিমদে হায়তুনা নংগী লুগদা লৈবা হিদাক অদুবু শিজিন্নবা কন্নিগী য়ারোইদৌরিবনো?

অতৈ অতোপ্প কোটি ময়াম অমনা থংদতুনা নত্রগা শাপ ওইনস্থু ওইবা য়াই, তৌদে হায়তুনা লুনা অমসুং ফজনা লৈবা য়াররোইত্রা?

মীগী ফননবা তৌবগী অরানবা ভাবতগী নখোইনা লুহেন্না লৈত্রবদি, মোংনা অমসুং নাতুনা লৈবগা কোটি ময়াম অমগী লেবা তৌনবগী নখো অদু তৌবদা নখোই নশানা নশাবু য়াজদবা হায়বছু ওইরগনি। শোয়দনমক অধ্যাত্মিকী লুহেনবা য়াদবনা হকচাংগী লু-হেনবা য়াদবদগী হেন্না যক্তে।

রামনামদি শোনবা অমসুং থবক্তদি রাবনগী লম্বী চৎপা হায়বসি কায়দবদগী হেন্না ফক্তে। মসি ইহাং হাংনা মীনম্বনি। মীশক অমনা মশাবু নত্রগা পৃথিবীবু মীনম্বা য়াই, তৌইগুম্বসুং শক্তি পুম্নমক লৈবা ঈশ্বরবুদি কনাগুম্বনা মীনম্বা গুমলোই।

---

## ১৬ঃ প্রার্থনা ঐগী আত্মাগী চিঞ্জাক—

ঐনা ঐ ইশাবু শ্রদ্ধা অমসুং প্রার্থনাগী মীশকনি হায়না হাইজে অহুগা ঐবু মচেৎ মচেৎ ককথৎলবসু, ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা মহাকপু য়াদবা ওইদনবা অমসুং মহাক লৈ হায়বসি হায়ননবা শক্তি পিবিগনি হায়বসি ঐনা থ'জে।

প্রার্থনা য়াওদনা ঐনা থবক অমা কাওবা ভৌত্রি। মী হায়বসি লোয়বা নাইবা জীবনি। মহাক্না মাগী খোংথাং পুম্বা শোয়রোই হায়বা কদৌভৈদসু ভমদে। মাহাক্না প্রার্থনাগী পাওথুম ওইনা লৌবা য়াবদু মহাকী নাপলগী খোনথাং ওইবা য়াই। শোয়বা নাইত্রবা লমজীংবীদমক মীওইবনা ফত্তবা তৌবা ইত্তম ভমত্রবা মপুংফানা মরান লৈত্রবা থম্মোই অমা লৈবা তাবনি। অসিগুম্বা দাবী অসি ঐনা তৌবা ভমদে। ঐগী অসিদি লানথেংনবা, হোৎনত্থনা লৈবা, লাম্দুনা লৈবা, মপুং ফাদবা আত্মানি।

ঐবু হাৎলবা কাওবসু, ঈশ্বর অমত্তবু থাংহনবা রাম অমসুং রহিমবু শোনবদি ঐনা থাদোকলোই। ঐগী চিনবান্দা মীংশিং অসিগা লোইননা ঐনা হরাওবা শিগনি।

### চাংয়েংদা হকশেল—

চাংয়েংগী থৌদোক পুম্বদা মহাক্না ঐবু কনবিগ্রে। ঐনা থাই মাহুদি "ঈশ্বরনা ঐবু কনবিরমই" হায়বা বাহৈ কাংলুপ অসি ভসিদি ঐগীদমক্তি হেন্না লুবা অর্থ অমা লৈ, অমসুং হৌজিক কাওবসু মাগিগী

মপুংফাবা অথাসি ঐনা লৌশিনবা উমজি হায়না ঐনা অনুভৱ তৌই। অভিজ্ঞতা হেনগংলকলগতা হেন্না মপুংফানা থংবদা ঐবু মতেং পাংবা ঙমগনি।

তৌইগুম্বসুং ঐগী চাংয়েং পুম্বদা—অধ্যাত্মিকী ওইবা, লোয়াইবা অমা ওইনা, সংস্থানশিং পুবদা, অমসুং রাজনীতিদা—ঐনা হায়বা ঙমই মাহুদি মহাক্না ঐবু কনবিরমই। আশা থুদিং চৎপ্রবা, তেংবাংবা মীশক পুম্বা ঙমজবা অমসুং হুন্ডাইবা পুম্বা পায়খোকপ্রবা মতমদা ঐনা খোংনৈ মাহুদি করিগুম্বা অমদগী মতেং থুংলে, মাহু কদাইদগী নো হায়বা ঐস্থ খংদে।

প্রার্থনা হায়বসিনা ঐগী পুন্সিবু কনবা ওইহ্না লাকলি। মাসি য়াওদনদি য়াম্না কুইনগী মমাংদনা ঐ অত্তাওবা অমা ওইরমলনি। ঐগী আত্ম কথানা নখোইনা হায়গনি মাহুদি খ্বাইদগী থারবা সমাজগীস্থ লন্নাইগী ওইবা অভিজ্ঞতাদা ঐগী ফজরবা শরুক য়াওথি। মখোইনা ঐবু মতম খরগী নিংবা কাইবদা লংশিনলমই, তৌইগুম্বসুং ঐনা মাসিদগী নানথোকপা ঙমলমলবদি মাহু প্রার্থনাগী মরমদগীদনি।

হৌজিক ঐনা মাসি নখোইদা হায়কদ্রা য়াই মাহুদি সত্যনা ওইবগী অর্থদা প্রার্থনা ঐগী পুন্সিগী শরুক অমদি ওইরমদে। মাসি য়াওদনা ঐনা হুন্ডাইবা ঙম্বা হায়বছ ওইথোক্তবদগী ঐনা ইশাবু করিগুম্বা অবস্থা অমদা লৈরুবা মরমনা, মাসি চুম্না দরকার ওইবদগী লাকলমই। অদুগা ঈশ্বরদা ঐগী শ্রদ্ধা হেনগংলকপা অদুকী মতিক্ প্রার্থনাগী-দমক থৌরাংবসি হেন্না হেন্না থাম্বা ঙমদবা ওইরকই। মাসি য়াওদনদি পুন্সি অসি অহাংবা অমসুং অতনবা ওইবগুম তৌরমই।

খা আফ্রিকাদা ঐনা খুদিয়ান লাইশং থৌরমদা চৎলমই, তৌই-গুম্বসুং মাহুনা ঐবু লাকশিনবা ওমলমদে। ঐনা মথৌ ইগী প্রার্থনাদা শরজিনবা ওংলমদে। মথোইনা ঈশ্বরদা হায়জরমই, তৌইগুম্বসুং ঐনা অতুম হায়না তৌবা ওমলমদে, ঐনা হৌনবা কাইনা পাংথোকলমদে। ঈশ্বর অমসুং প্রার্থনাদা থাজবগী লোইননা ঐনা হোৎলমই, অমসুং পুন্সিগী খোংলবা থাক মৌত্রি ক্যাওবদা, পুন্সিদা ঐনা অফাংবা ওইনা করিগুম্বা অমবু অনুভব তৌখিরদে। তৌইগুম্বসুং থাক অদুদা ঐনা অনুভব তৌরমই, মাহুদি হকচাংসীদমক চিঙ্গাক থাদোকপা য়াদবগুম, আম্বাগীদমক প্রার্থনানা হায়বসি থাদোকপা য়াদবনি। অওইবদি, আম্বাগীদমক প্রার্থনানা ওইবগুম চিঙ্গাক অসি হকচাংগী-দমক অতৈক হাক্না দরকার ওইদে। মরমদি হকচাং ফনা থম্মনবগীদমক চরা হেনবা দরকার লৈ, তৌইগুম্বসুং প্রার্থনা চরা হেনবা হায়বা অসিগুম্বা পোত্তি লৈতে। রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা নিংবা কাইবনা ঐবু মাইদা মুন্না য়েংশিনলকলবসু, কদৌভৈদা ঐগী শান্তিদি মাংখিদে। অওইবমক্তি, ঐগী শান্তিসিবু কনকপা মীশকশিং ঐনা খেংনদ্রে। শান্তি অদু ঐনা নথোইদ হায়রিবসিনি, প্রার্থনাদগী লাকপনি। মতাংগী মরোদা ঐ থোওইদে। কনাগুম্বা খুদিংমক হিৰুম অহুদদি মশা মশাদগী ধর্ম্ম অমা ওইবনি। তৌইগুম্বসুং নিংখিনা হকলবা লম্বী থরদি লৈ, অমসুং থাইনগী আচার্য্য গুরুশিংনা চৎলমলবা, লম্বীশিং অদুদা চৎপনা খুদোং চাই।

………ঐনা ইশাগী ওইবা অচুম্বা মশক্তি পিরে। খুদিংমক্না হোৎনসনু অমসুং খংসনু মাহুদি তুমিং খুদিংগী প্রার্থনা তৌবগী মহৈনা

মহাত্মা মাগী পুন্সিদা করিগুম্বা অনৌবা পোৎ খর হাপচিল্লি, হাপ-চিল্লিবা পোৎ অদু করিগুম্বা অৎপদু চাংদমনবা য়ারোই।

## ঈশ্বরগী পাওখুম –

অশেংবা রাকম অমগীদমক্তা মাইথীবা হায়নসি কদৌডৈদনু য়ারোইদবনি। অসিগী মথুংদগী নখোই অশেংবা মীশক ওইরগদি অমস্তুং নখোইনা ঈশ্বরদগী পাওখুম অমা ফংলগনি হায়বসিদমক নখোইগী পুন্সিং অদু শেম শাগৎলু। ঈশ্বরনা মাপল তৌবা মীশক্কী প্রার্থনা কদৌডৈদা তাদে অদুগা মাহাক্কা মনত্তিকনবা মীশক্কী প্রার্থনাসু মহাক্কা তাদে। নখোইনা মঙোন্দা মতেং নীবা তারবদি নখোইনা নপুন্সিংদা করিমত্তা য়াওদনা চৎকদবনি, নখোইগুম্বা লৈখা তারবা মীশক অমদা মহাক্কা করম্না মতেং পাংবা ওমগনি হায়বগী চিংনবা অমস্তুং অকীবা ফাওবসু য়াওদনা, মঙোন্দা থাকহৌবা লৈত্তনা চংজগদবনি। মঙোন্দা চংজবা মী কোটি অমদি মতেং পাংপ্রগা, নখোইবুদি মহাক্কা থাদোকপিগদ্রা ?

করিগুম্বা মথলগী তৌবা য়াদবা হায়বদু মঙোন্দদি লৈতবনি অদুনা নখোই খুদিংগী প্রার্থনা পুম্বা শোয়দনা পাওখুমলকনি হায়বসি নখোইনা খেংনগনি। খ্বাইদগী হেন্না শেংদ্রবা মীশক অদুগী প্রার্থনাসু পাওখুমলকনি। মসি ইশাগী আত্তিজ্ঞতাদগী হায়রিবনি। ঐনা শেংদোকপগী সাধনা মওংদা য়েংলে। অহানবদা স্বর্গগী রাজ্য অমা থীযু অদুদগী মঙোন্দা পোৎ খুদিংমক হাপচিনলকনি।

মহাক্কা পাওখুম পীবদা চিংথক্লোদে হায়বসি ঐনা কদৌডৈদনু খেংনখিদ্রে। ঐগী খবকপুম্বা ফজনা চৎত্রবা মতম জেলদা ঐগী

চাংয়েংপুরবা অভিরাসিন খাইদগী হেন্না মমবক্তম তৌরক্লবা এরোন্না মহাক্লা খাইদগী হেন্না নক্লা লৈ হায়বসি এৈন্না থেংনপ্রবনি। ঈশ্বরগী থাদোক্লমদে হায়বা জ্ঞান অসি লৈরবা এৈগী মতম মীকুপ অমা কাওবা এৈনা নিংশিংজবা ওমদে।

## প্রার্থনাগী শক্তম —

হায়জবা, পুজাতৌবা, প্রার্থনা তৌবা অসি অমম্বদা থাজবা নত্তে; চাবা, থকপা, ফম্বা নত্রগা চৎপা অসিদগী হেন্না অওইবা ওইবা থবকশিংনি। মখোইশিং অসিভনা অওইবনি, অতৈ অতোপ্পশিংদি ওইদবনি হায়বসি হেঞ্জিন্না হায়বা নত্তে।

অসিগুম্বা পূজা নত্রগা প্রার্থনা হায়বসি রাওাং হৈতনগী মশক নত্তে মাসি চিনবানগী পূজা নত্তে। মসি থম্মোইদগী থোরকপনি। মরম অসিনা এৈখোইনা অচুগুম্বা অশেংবা থম্মোই অচু, ঘুংশিবা (প্রেম নত্তনা অতৈ অতোপ্পপুম্বা য়াওত্রবা মতম, অচুগা এৈখোইগী ভাব ভঙ্গীপুম্ব মফমচানা থমলবদি, মখোইশিং অচুনা "নিকন নিকনা ইশৈ শক শকুনা মীৎয়েংগী রাংমদা লান্দুনা চংলি"।

প্রার্থনাদা রাহৈগী দরকার লৈতে। মাসি মশামকী ওইনা ইন্দ্রিগী থবক্তগী তোঙানবনি। এৈনা চিংনবা খাইদগী পিকপা মচেৎ অমা কাওবা লৈতে মাচুদি প্রার্থনা হায়বসি অপাম্ব হায়বা থম্মোই অচু শেংদোকুবগী শোয়ত্রবা পাম্বৈনি। তৌইজবমুং মাসি খাইদগী হেন্নবা নোম্লকপগা লোইননা শোয়দনা ভিজরুরবনি।

প্রার্থনাদদি রাহৈদি য়াওদবা, থম্মোইদি য়াওবনা, থম্মোইদি য়াওদবা রাহৈদি য়াওবদগী হেন্না ফব হেন্নি। মুং নত্রগা থাজুগী

মী অমনা হুমিং মশিং কয়ানি কাওবস্থ চিজাক য়াওজনা লেনবা ভম্বা য়াই। তৌইগুমস্থং ঈশ্বরদা থাজরবা, মীনা প্রার্থনা য়াওদনা মীকুপ অমতং হিংবা ঙমদে ১স্থং ঙমলোইদবনি। ঈশ্বরনা ঐথোইদা হায়রক-প্রবস্থ মক্তেং পি স্থং পিরকনি হায়না থাজবা মপুক্লিংগী অভনবদগী নত্রগা কন্নবা স্বভাব অমদা ভারুবদগী থাজবা মী ময়াম অমা নৈ। অদু ওইরবদি ঈশ্বরগী মমিং শোনবা করিগীদমক দরকার ওই? মাসি অচুম্বনি মাদুদি ঈশ্বর হায়বসি নৈরবদি মতাক ঐথোইগী শ্রদ্ধাগা মরী করিস্থ লৈতবনি। তৌইগুমস্থং ঈশ্বর কংবা হায়বসিনা ঐথোইগী শ্রদ্ধাদগী ঙমথৈ লৈতনা হেল্লি। তৎত্রগা অভ্যাসতনা মাসি ওইহনবা ঙমই। বিজ্ঞান পুম্বগী মাসি অচুম্বা ওইরবনি। বিজ্ঞানপুম্বগী বিজ্ঞান ওইরবাসিগীদি কয়া য়াম্না হেম্না চুম্বা ওইগনি?

প্রার্থনা হায়বসি অয়ুকীনা পোনি ১স্থং হুমিদাংগীনা পোনা অয়নি। ঐনা হায়বা মতমদা ঐ ইশাগী ১স্থং ঐগী মরুপ পুম্বগী অভিজ্ঞতা মচেৎ অমা নখোইদা পিরিবনি মাদুদি প্রার্থনাগী অঙকপা শক্তিবু থেংনরবা মীশক অদুদি য়াম্না কুইনা চাদ থক্তনা নৈবা য়াই, অদুগা তৌবদদি প্রার্থনা য়াওদবা মীকুপ অমা কাওবদি মাওরোই-দবনি। মরমদি প্রার্থনা য়াওদনা হুংগী শান্তি লৈতে।

মী অমনা পুং কুনমরি চুপ্পা ঈশ্বর নৈ হায়বসি ভাবনা তৌবা ঙমলমলবদি, প্রার্থনাগী তোঙানবা মতম অমা থম্বা দরকার ওইদে হায়বসি ঐস্থ য়াই। তৌইগুমস্থং মী অয়াম্বদদি মসি ওইথোক্তবা ওইনা থোকই। হুমিং পুদিংগী মীনম্বা অমাং অসিদদি মখোইদা য়াম্না লুনা থোকই। মখোইগী দমক্তদি, হুমিং পুদিংগী মিনিট থরদং

ওইরবনু. মপানগী পোৎপুম্বদগী পুন্সিং অসি মপুং ফানা চিংখোকপগী অভ্যাস অসিনা ওমথৈ নাইদনা কাম্লে হায়রবসি, খবা ওমগনি। অশাওবা নমথনবা ১সুং অথাং করবা তমননব, চন্নাংনবা মরক্তা অরেংপা লৈতবা শান্তিগী অভিজ্ঞতা ফংননবা তুম্মিন্না (ঈশ্বরগা) তিন্নবা হায়রবসিনা মখোইবু মতেং পাংগনি।

পৃথিবীসিদা কনাগুম্বা মীশক অমগী দমক্তা প্রার্থনা হায়রবসি খেংথহনলোইদবনি হায়রবসি মন্নামগী ওইবা ধর্ম্ম ওইগদবনি। ঈশ্বরগী মতমদি কদৌঙৈদসু লেপ্তে। হেক অহৌবদগী মহাক্কী মতমগী চাকাদি অরেপ্পা লৈতনা চৎলি। অওইবদি, মহাক্কী মতম নত্রগা মহাক অসিদি অহৌবা হায়রবনু লৈতে। মহাক্কী ঘড়ীনা কদৌঙৈদসু লেপ্তবা মতোন্দা প্রার্থনা তৌবগী মতমবু লানথোক্লনবা হোৎনবা করম তৌনা ওমগদৌরিবনো।

ঈশোপনিষদকী হুমিং থুদিং প্রার্থনাগী অহৌবদা থিন্নিবা ইহান হানবা শ্লোক্তা, ঈশ্বরদা পোৎ খুদিংমক কৎথোকনবা হায়রি ১সুং অতুগী তুপা দরকার লৈবা চাং অতুমখৈদং শিজিন্ননবা হায়রি। ইরিবা মক ওইবা সর্ত্ত দি অসিনি মাহৃদি অতোপ্প অমগী পোৎপু কনাগুম্বা অমত্তনা কল্লক মীহৌয়োইদবনি। আসগুম্বা কীরেপ অনি অসিনা হিন্দু ধর্ম্মগী জুংগী মচী ওইবা মশকনি।

**প্রার্থনাগী মচী ওইবা শক্তম—**

অমক্কী প্রর্থনদা থীরিবা শ্লোক অমদনা মসি হায়রি,—"ঐনা মতম খরগী ওইবা শক্তিবু নিজদে, নত্রগা স্বর্গ ফংননবসু নিজদে, নত্রগা মোক্ষ (অরান খুভম ফংননবসু নিজদে। ঐগী নিজরিবা হায়রবদু অন্নবা ফংলবা মীশক অমবু অন্নাবা অতুদগী কোকহনবা ওন্না ওইহনবিয়ু। অন্নাবসু হকচাংগী, পুন্সিংগী নত্রগা অধ্যাত্মিকী ওইবা ন্নাই)

অদোমগী মীনাই ওইবা কনাগুম্বগী অধ্যাত্মিক অনাবাসিনা হকচাংগী অনাবদগী কারিগুম্বা মতমদা হেন্না চাওই।

তৌইগুম্বসুং ঈশ্বরদি অরাবা কোকহুমনবা মগা ওইনা লাক্তে। মছাক্লা মীওইবা মীহুৎকী মাধ্যমদা থবক তৌই। মরম অসিনা, অতোপ্পা-শিংগী অরাবা কোকহনবা ভমননবা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌবা হায়বসি কনাগুম্বা অমনা মাহুৎশীদমক্তা থোরাংবা ১সুং হোৎননবা শেম শাজবা হায়বহুবু থংনৈ।

প্রার্থনা হায়বসি……তোঙান্না তাবা মশক অমা নত্তে। মাসি কনাগুম্বা বর্ণ নত্রগা কাংলুপকী ওইনা পনথৈ থাবা নত্তে। মাসি পুম্নমকপু কোনবনি ) মাসিদা মীওইবা পুম্বা মপুং চনবনি। অসুমনা মসি থংবা হায়বসি পৃথিবীদা স্বর্গগী রাজ্য অহু লিংথংগা হায়না থংনগনি।

অশেংবা ধ্যান হায়বসিদা কনাগুম্বনা ভক্তি তৌজরিবা পোৎশক অহু নত্তনা পুম্নমক্তা পুক্নিংগী মীৎ ১সুং নাকোংশি বু য়েনশিনবা হায়রহু রাওই। অহুনা প্রার্থনা মতমদা মীৎ উইশিনবা হায়বসি অসিগুম্না থারনা অসিদা মতেং অমা ওই। মীওইবনা ঈশ্বরবু কল্পনা তৌবা হায়বসি ভমথৈ নাইবনি। মরম অসিনা খুদিংমকনা, কল্পনা অহুনা থক্তকাবা ১সুং অশেংবা ওইরবদি, মতোন্দা খ্বাইদগী কবা ওইনা ঈশ্বরবু থনগদবা ওই। মাসী হুদা ঈশ্বর লৈ হায়না থাজবা পোকলবা মীশক অহুনা ঈশ্বরবু অওইবা ওইনা প্রর্থনা তৌবা তমই। ঈশ্বরদি শাওরোই, অহুগা ঐনা থেংনহুনা থংবাদগী ঐনা হায়বা ওবহু মাহুদি মছাকপু প্রার্থনা তৌদবা মীশক অহুদি মাংজরবনি।

অছু ওইরবদি, ঈশ্বরবু কনাগুম্বা মীশক্তা মীওইনা, অতোপ্পা অমনা শক্তি ওইনা পূজা তৌবদা কুয়ি থোকলি ? মানা মানা কংবা মঙালগী মতুং ইন্না অনিমক অচুম্বা তৌরি। প্রার্থনা তৌননবা মপুং ফারবা চপচাবা লম্বী কনিনো হায়রবসি কনানন্থু খংদে ১সুং ওইখোকই, মাহুদি কদৌডৈনন্থু খংলরোই। পাল্দমকম হায়রবছুদি পাল্দমকম ওইনা মতমচুপ্পা লৈরগদবনি। কনাগুম্বনা নিংশিংবদুং দরকার ওইবদি ঈশ্বর হায়রবসি শক্তিশিংছুগী মরক্তা শক্তি অছুনি হায়রবসিতনি। অতৈ অতোপ্পা শক্তিশিং অসিদি পোৎচং ওাক্ত ওইবনি। তৌইগুম্বসুং ঈশ্বর হায়রবসিদি অহিংবা শক্তি নত্রগা পুম্নমক্তা শিন্থ‌ুনা লৈবা, পুম্নমকপু কোনবা থন্নাই হায়রবছুনি, মরম অসিনা মীওইবগী মীৎয়েংগী রাংমদনি।

## তুমিন্না লৈবগী কান্নবা—

অচুম্বা থীবা মীশক অমনা তুমিন্না লৈগদবনি হায়রবসি ঐঙোন্দা তৌচনা থোকলরে। ঐনা তুমিন্না লৈব (মৌনব্রত)গী অওকপা ফংনা কান্নবসি ঐ খংই। থা আফ্রিকাদা ট্রেপিষ্টকী লাইশং অমদা চংলমই। মাছু য়াম্না ফজথ্রবা মফম ওইরমই। মফম অছুদা লৈরিবা মীশকী অয়াম্বনা মৌনব্রত তৌরমই। মাসিগী রাথলগী মরমদা ঐনা ফাদর'দা হংলমই অমসুং মহাক্তা হায়রমই, ইফোং ফোংবা রাথলনি। ঐখোইপুম্বা শোল্লবা মীওইমা হায়বা জীবছুনি। ঐখোইনা হায়রিবছু য়াম্না তৌইনা (করি হায়রিবনো হায়বছু) ঐখোইনা খংদে। ঐখোইগী সুংদা তন্তনা রা ওাংলিবা নামীরা, অপিকপা খোঞ্জেল অচু তাবা পামলবদি, ঐখোইনা তন্তনা রা ওাংছুনা লৈরবদি, মাছুবু তাবা ওইথোকলোই মমল য়ামলবা পারা অছু ঐনা খংলমই। মৌনব্রতগী অপুনাছু ঐ খংই।

অভিজ্ঞতানা ঐবু তশ্বীরে মাহুদি : মৌন হায়রবসি অচুম্বা পাম্বা মীশক অমগী অধ্যাত্মিক অনুশাসনগী শরুক অমনি। হেন্না হায়জিন্নিংবা, অচুম্ববু নমশিন্নিংবা নত্রগা শেমদোক্লিংবা হায়বসি থংনা নত্রগা থংদনা ওইরবস্তু, মীওইবগী মহৌশাগী ওইবা অশোনবনি, মাসিবু জর তৌননবা তুমিন্ন লৈবা হায়বসি দরকার লৈ। রা থরদা ওাংবা মীশক অমগী রাঙাংদা রাখল য়াওদবা হায়বসি পংনা থোকলোই; মহাক্না রাহৈ খুদিংমক থন ওনগনি।

মচিনবান তুশিনগ্রবা মীশকী মৌন অহুদি মৌন নত্তে। কনাগুম্বগী মরৈ ককথংগ্রগা মীশক অচুনা মাসিগা চপমান্নবা কলদি অচুম কম্বা য়াই, তৌইগুম্বসুং মাহুসু মৌন ওইবা য়ারোই। রাঙাংবা ওম্বগী শক্তিদি লৈবা, অঙনবা রাদি ওাংদবা মীশক, অহু তুমিন্না লৈবনি।

(মৌন) মসি ঐগীদমক্তি হৌজিক হকচাংগী অমসুং অধ্যাত্মিকী তৌদবা য়াদবা অমা ওইগ্রে। হৌরকপদদি নমশিনবগী ভাবপু কোক্-ননবা মসি সাধনা তৌরম্বনি। অহুগীতুংদা ঐনা ইননবা মতম পায়মই। অহুমদি ওইরগা ঐনা মাহু অভ্যাস তৌরবগী তুংদা মসিগী অধ্যাত্মিকী ওইবা মমল ঐনা উরমই। থংহৌদনা মাসি ঐগী পুক্লিংদা ওাম্মোক্লমই, মাহুদি ঈশ্বরগা লোইননা খ্বাইদগী হেনবা মওংদা অমত্ত ওইশিনবা ওম্বা মতম হায়বহু মাচ ওইরমই। অহুগা হৌজিক্তি ঐ অসি মৌনগীদমক্তা স্বভাব ওইনা শাগ্নংগ্রবা অম্নদোনসু ঐনা অনুভব তৌই।

প্রার্থনা হায়বসি ঈশ্বরবু নিংশিংননবগী দমক্তি অমসুং থম্মোই শেংদোক্লনবগী দমক্তি অমসুং মৌনব্রত তৌরিগৈগী মতমদসু (প্রার্থনা) তৌবা ওমই।

কোনা তৌবা করিগুম্বা থবক অমম্বী তুমিন্না লাই পুরম্বনা হেন্না চাওরা (শক্তি) অমা তোইনা ওই হায়রবসি ঐনা থাজবনা; ঐগী ইত্তেং লৈত্রবগী মওং অমা ওইরবদা অশেংবা থম্মোইগী প্রার্থনাদি পাওথুম কংদবা কদৌঙৈদম্ব ওইদে হায়রবসি থাজহ্নুনা ঐনা অতংপা লৈত্তনা প্রার্থনা তৌই।

## প্রার্থনাগী শক্তি —

অতৈ অতোপ্পা লায়বা ফত্তবা স্বভাব পুম্বরু অমসুং অবস্থা পাংদবরু জয় তৌনবগী মরীদা মীওইবগী লৈবা খ্বাইদগী হেন্না কল্লবা খুংলাইদি চিংনবা লৈতনা থম্মোই শোক্লবা প্রার্থনানি হায়রবসি ঐ ইশাগী প্রমাণপত্র ওইনা পীবা অমসুং হায়রবা ঙমই।

ঐখোই ইশাসিবু ইশানা করিগু য়াওম্রবা মশক অমা ওন্থোক-ত্রিবা ফাওবদি ঐখোইদা লৈরিবা ফত্তবশিং অসি জয় তৌবা ঙমদে। ফংবদা মমল লৈরবা অশেংবা নিংতম্বগীতা ওইবা মমলগুম্বা মশাবু মপুংফানা কখোকপা হায়রবসিদগী হেন্ন তাংবা অমা ঈশ্বরনা পামদে। অহুগা মী অমনা অসুম্না মশাবু সূর্পশিনগ্রবা মতমদা, মহাকনা খুদক্তা মশাবু হিংহ্নুনা লৈবা পুম্বগী সেবাদা চংশিল্লে হায়রবসি থংই। মাসিনা মাসী ফুংঙাইবা অমসুং পোথাবা ওই। মহাক অহু অনৌবা মীশক অমা ওই, ঈশ্বরগী সৃষ্টিগী সেবাদা মশাবু চাদিং তৌবদা চোকথবা লৈতে। মীওইবগী পুকমুংদা অমম্বা অমসুং অঙানবা শক্তিশিংগী মরক্তা লোইবা নাইক্রুম্বা লানফম অমা থেংনহ্নুনা লৈ অমসুং নির্ভর তৌনবা প্রার্থনাগী ভাক্তো অহু লৈরবা মীশক অমম্বা শক্তিগী শরেন-শা অমা ওইগনি। প্রার্থনাগী মী অহুদি

মশাগী শান্তি লৈগনি অমসু পৃথিবী পুম্বগসু লোইননা লৈগনি ; প্রার্থনা য়াওবা থম্মোই য়াওদনা পৃথিবীগী থবক তৌবা চৎলক্লিবা মীশক অছুদি অয়াবা ওইগনি অমসুং পৃথিবীবুসু য়াহনগ'ন...।

ঐখোইগী মুমিৎ থুদিং তৌরিবা থবক পুম্বদা মথং মনাও নাইবা অমসুং শান্তি অমসুং পোথাবা পুরক্কদবা পাম্বৈদি প্রার্থনা হায়বা অসিতনি। মরু ওইবা পোত্তমক চোকশিন্নু অছুগা অতে অতোপ্পা পোৎশিংদি মশানা মশা চোকশিজখিগনি। চুথেক নাইবা (স্ক্বার) অমগী কাচিন (কোণ) অমথক্ত চুমথোকউ অতে কাচিনশিং অছুদি মশা মতোম্মতা চুমজগ্রগনি।

প্রার্থনা হায়বসি হন্নুবী অমগী অতনবা কুম্মৈ নত্তে। মফম থংলবা অমসুং শিজিন্নরবদা মাসি থবক্কী খাইদগা হেন্না পাজস্লৈবা থুংলাইনি।

(ঈশ্বর) মাগী ভাবনানা পুক্লিং অসি মপু'ফানা থলহল্লবা মতমদা কনামত্তনা কনাগুম্বা অমদা য়েংথীবা নঙ্গগা। কত্তবা য়াথলা থম্বা ভম্লে'ই অছুগা অমগা অমগা মরী লৈরকপা ওইনা, য়েক্লবক্তুনা মাগী য়েক্লববু থাদোকখিগনি অমসুং মরুপ অমা ওইরকনি। য়েক্লববু মরুপ ওইহনবদা ঐ ওমলে হায়না ঐনা দাবী তৌদে, তৌইগুম্বসুং মহাক্কী অইংবা লৈত্তাবনা পুক্লিং অসি থল্লবা মতমদা য়েংথীনবা পুম্বা লেপই হায়বসিদি মশিং য়াম্লবা থৌদোক্তা ঐ ইশানা থেংনরবনি। মতমগী অহোবদগী অত্তৎপা লৈত্তবা পৃথিবীগী গুরুশিং মথং মথংনা য়াফম অসিদা প্রমাণপত্র পিগ্রবনি। ঐনা মাসিগী-দমক গুণ অমা লৈরে হায়না দ'বী তৌদে। ঈশ্বরগী থৌজালদগী মসি পুম্বা ওইরিবনি হায়বসি ঐ থংই।

মরৈ-মরা তৌবা থম্মোই অমগা লোইননা কনাগুম্বা অমনা ঈশ্বরগী পুম্নমক শেংদোকপা মশক অসি কদোইক্তেদমু থংবা ওয়োই।

ঈশ্বরনা প্রার্থনাবু মহাক্কী ওইবা মওংদা, এখোইগী নত্তনা পাওখুম পি। মহাক্কী লম্বীদি শিবা নাইবা মীওইবশিংগী লম্বীশিংদগী তোঙানল। অহুনা মহাক'সবু খিজিল্লুবা য়াদে। প্রার্থনা হায়বসিনা শ্রদ্ধা হ'ম্বনা লৈ হায়বা কল্পনা তৌই। প্রার্থনা অমত্তা লেম্না মাংদে।

প্রার্থনা হায়ব'স অতৈ অতৈ অতোপ্পা থবকপুম্বগুম্বনি। এখোইনা শম্ব'সবু উরবমু মহৈদি য়াল্লি অমসুং থম্মোইগী প্রার্থনাগী মহৈদি থবকনি হায়রিবশিং'সদগী হেন্না য়াম্না মপাঙ্গল লৈ।

## ১৭ঃ ঐগী হিন্দুধর্ম্মদি তোপ তোপ্পা নত্তে—

### পুন্নমক কোনশিনবা —

ঐগীদমক্তি হিন্দুধর্ম্ম হায়বসি পুন্নমক পেনবনি। মহাক্কী পাক্লবা শায়গোন্দা ধর্ম্ম মখল খুদিংনা ঙাক শেনববু ফংই;

ঐগী মুপীদা লৈরিবা অসিদগী হেন্না হিন্দুধর্ম্মদা ঐনা লৈরিবা ভাবনা অসি শন্দোকপা ঙমদে। পৃথিবীগী মুপী অতৈ অতোপ্পী অমত্তনা ঙম্লোইদবা মওংদা মহাক্না ঐবু হৌহনলি। মহাক্কী মরাল লৈত্রে হায়বা নত্তে, ঐনা থৌনা ফনা হায়নিংই মাহুদি ঐ ইশানা উবদগী হেন্না মাগী মরাল ময়াম অমা লৈ। তৌইগুম্বসুং হায়-দোকপা ঙমদ্রবা লৈপুন অমগী অনুভূতিদি অহুম লৈ। অসিগুম্না মরাল অংসুং ঙমখৈ নাইবা পুম্বশিং অসিগা লোইনা লোইননা হিন্দু ধর্ম্মগীদমক অমসুং অসিগী মরমদা ঐনা অনুভব তৌই।

হিন্দুধর্ম্ম হায়বা অসি তোঙান্না তাবা ধর্ম্ম অমা নত্তে। পৃথিবীদা লৈরিবা মুনি ঋষি পুম্ববু পূজা তৌননবা মফম অসিগী মনুংদা লৈ। মসি ময়াম্না শব্দ অসিগী অচম্বা ভাব ওইনা খংনরিক্ মিশনরীগী ধর্ম্ম অহু নত্তে। মাগী শায়গোন্দা কাংলুপ ময়াম অমা মহাক্না চিংনবা লৈতনা লৌশিনখ্রে, তৌইগুম্বসুং অমুম্না লৌশিন-খিবা অসি খংবা ঙমদবা, ক্রান্তিকারী ওইবা মওংদনি। মহাক মহাক্কী শ্রদ্ধা নত্রগা ধর্ম্ম অহুগী মতুংইন্না ঈশ্বরবু পূজা তৌননবা খুদিংমক্তা হিন্দুধর্ম্মনা হায়। অহুনা মাসিনা ধর্ম্ম পুম্বগা লোইননা শান্তি ওইনা হিংহনা লৈ।

ঐনা মাহুক্নী অচুম্বা অমসুং সরকার ওইবহ অনুভব তৌরবা মীৎকুপ অহুদা খৃষ্টিয়ানিটি নত্রগা অতৈ অতোপ্পা ধর্ম্ম অমা লৌবদা পৃথিবীদা ঐবু খিংগদৌবা করিমু লৈতে। অকীবা লৈবা মফমদা ধর্ম্ম লৈতে। ঐ ইশানা তৌকবা অথগী মতুংইন্না কোরাণ নত্রগা বাইবলগা লোইননা ঐ ইশাবু খৃষ্টিয়ান নত্রগা মুসলমান হায়না কৌবা ঙম্মবদি, অনি অসিগী মরক্তা অমা ইশাবু কৌবদা করিমু চিংনরমলোই। মরমদি অসিদগীদি হিন্দু মুসলমান অমসুং খৃষ্টিয়ান হায়বসি চপ মান্নবা রাহে ওইরম্লগনি। ঐনা চেৎনা থাজে মহুক্নি অতোপ্পা লোকতা হিন্দু নত্রগা খৃষ্টিয়ান নত্রগা মুসলমান হায়বা অমা লৈতে। মফম অহুদদি পুন্নমক মাগী টিকট নত্রগা ধর্ম্মসংস্থা অহুগী মতুংইন্না নত্তে, তৌইগুম্বসুং মখোইগী ধর্ম্ম সংস্থা অহু শক্লদনা মখোইগী থবক্কী মতুংইন্না পুন্নমকপু রারেপ লৌই। ঐখোইনা পৃথিবীসিদা লৈরিঙৈসিদদি টিকট অ'স মতমচুপ্পা লৈগনি। মরম অসিনা মসিনা ঐগী চাওখৎপদা অকাইবা পিত্রিবা মখৈদি অমসুং অতোপ্পা মফম খুদিংদা লৈবা অফবা পুম্বা লৌশিনবদগী ঐবু খিংত্রিবমখৈদ ঐনা ঐগী ইপা ইপুগী টিকট অসি অসুম থম্বা পামই।

ঐনা খংই মাহুদি ঐ অসি সনাতনী হিন্দুনি হায়বা মতমদা মরুপশিংনা কত্তাওনৈ অমসুং অসুম ওইনা মহৌশা ওইনা টিকট নপ্পবা মী অহুগা লোইনহুনা লৈবা পোৎশিং অহু ঐঙোন্দদি মখোইনা ফংবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং মাসিগী মরমদি অসিনি মাহুদি ঐনা অচেৎপা হিন্দু অমা ওইরবসু, খৃষ্টিয়ান, অমসুং মুসলমান অমসুং জোরোষ্টানগী শিক্ষাগী মফম ঐগী হিন্দুধর্ম্মদা ফাই। মরম অসিনা

ঐগী হিন্দুধর্ম্মবু ময়াম পুনবা ওইনা উই অমসুং খরনা ঐবু পক্লেপকক্ষ লৈতবা হায়নসু মীং থোঞ্জয়ে। অদু ওইরবদি, মী অমবু পক্লেপকক্ষ লৈতবা হায়না কৌবদি মী অদুগী ধর্ম্ম লৈতে হায়বনি, তৌইগুবসুং ঐগী পাক্লবা ধর্ম্মনি মসিনা খৃষ্টিয়ান অমা ফাওবা প্রীমঠ ব্রদর অমসু ফাওবসু খ্বাইদগী হেন্না মাগীদা খল্লবা মুসলমান অমা ফাওবদসু বিরোধ তৌদে। মাসিদি পাকপা য়াবনৈখ খ্বাইদগী পাক্লবা অথাংবদা য়ুম্ফম ওইরবা ধর্ম্মনি। মহাকী অত্তাওবগুম্নবা থবক অদুগীদমক মী অমবু থীনা হায়বা ঐ য়াদে। মরমদি ঐনা মখোইবু মাগী মীংয়েংদগী উননবা হোৎনৈ। ঐবু হিংহল্লিবনি অসিগুম্বা অপাকপা ধর্ম্ম অসিননি। মসি খর মুংতাইতবা অবস্থানি, ঐসু খংই অদুবু, মসি অতৈদনি, ঐভোন্দা নত্তে।

হিন্দুধর্ম্মগী মপুং ওইবা মমলদি অহিংবা পুম্বা (মীদা নত্তনা, অতৈ খংবা নাইবা জীব পুম্বসু) অমত্তনি হায়না চপচানা থাজবাসিদগী লৈ। মাদুদি আলহা, গোড নত্রগা পরমেশ্বর কৌবা, জগৎকী হৌরকফম অদুদগী অহিংবা পুম্বা লাকই।

ঐগী হিন্দুধর্ম্মদি কাংলুপ নাইবগী ওইদে। ইসলাম, খৃষ্টিয়ানিটি, বুদ্ধিজম অমসুং জে'রোষ্ট্রিয়ানিজমগী মহুংদা খ্বাইদগী হেন্না কৈ হায়না ঐনা খংবা পুম্বা মসিগী মহুং চল্লি। সত্যনা ঐগী ধর্ম্মনি অমসুং মাহু ফংননবা অমত্তা ওাইবা লম্বীনা অহিংসানি। ঐনা থাংগী সিদ্ধান্ত অসিদি মতম পুম্বগীদমক ককথৎপ্রে।

## হিন্দুধর্ম্ম অমসুং অহিংসা —

পৃথিবীগী মহুংদা ঐগী চুপীনা ঐভোন্দদি খ্বাইদগী হেন্না ফজবী

সুগী অমা ওইবগুম্না পৃথিবীগী মনুংদা হিন্দুধর্ম্মনা মাগী অহিংসাগী পাওজেলগা লোইনবনা খ্বাইদগী হেন্না মগুণ লৈবা ধর্ম্মনি। তৌই-গুমসুং অতোপ্পশিংনসু মাগী মাগী ধর্ম্মগী মরমদা অসুম্না চপ মান্নবা অনুভব তৌবা য়াই।

ভারতকী সংস্কৃতিদা হিন্দুধর্ম্মগী খ্বাইদগী হেন্না ছৌখিবা তোপ তোপ্পা অমসুং খ্বাইদগী হেন্না চাওবা শক্তি অহিংসাগী সিদ্ধান্তনি। চহি লিশিং অহুম অমসুং হেনবদগী দেশ অসিগী ইতিহাসতা মসিনা অরেপ্পা পোৎসাহন অমা পিখিরমলে অমসুং মাহু ওসি ফাওবদসু ভারতকী কোটিশিংগী মপুক্সিদা অহিংবা শক্তি অমা ওইনা লৈবসি লেপ্পা লৈত্রে। মাসি অসুম অসুম চাওখৎলক্লিবা কীরেপ্পি। মাগী পাওজেলদ হৌজিকসু অসুম শন্দোকলি।

মাসিগী শিক্ষা অসিনা ঐখোই মীয়ামশিংদা অসুকী মতিক সুং ফাওবা চংলমই, মাহুদি ভারততা খুৎলাইগী লানহৌবা হায়বসি ওইখোক্তবা অমগুমলে। মাসি খরনা হায়বা য়াই, ঐখোই জাতি অমা ওইনা পাঙ্গল শে'নবা মরমনা নত্তে। মরমদি মসিদা মী হাৎননবা নোংমৈ তেঙ্খান নম্মনবগী হি চাবগী ইচ্ছা অহুমুক ওইবা হকচাংগী পাঙ্গল অহুমুক দরকার ওইদে। অহুগা মসিগী মরমদি অহিংসাগী পারমপারা চৎনরক্লবা ইতিহাসনা ঐখোইগী মীয়ামদা মরু কংনা লুনা য়ৈশিন্দুনা লৈখিবননি।

ইমা গীতা—

অকবা তৌননবা গীতানা হিংলা তঙ্গী হায়বসি ঐনা খাজদে। মাসি ঐখোই ইশা ইশাগী খল্লোইপুম্বদা খেংনহুনা লৈরিবা লানমকমগী

মরু ওইনা শন্দোকপা য়ারোল অমনি। দিব্যকর্ত্তা অহুনা কনাগুম্বা অমগী পুন্সিগী থুদোংথীবা তারবদম্ব মহাক্কী মথৌ অহু তৌননবগী পাম্বা তম্বীননবগীদমক ঐতিহাসিক থৌদোক অমা শিজিন্নখ্রে। মাসিনা মহৈশিংবু খল্লুদনা ইথৌ তৌবগী পাওতাক পি। মরমদি হকচাংগী কোনকম অসিনা গুমথৈ নাইরবা, সিবা নাইবা মী ঐথোইনা, ঐথোই ইশাগী নত্তনা, থবকশিংবু লাকশিনবা গুমদে। গীতানা মঙাল ১স্নুং অমম্বগী শক্তিশিংগী মরক্তা খেন্নবা তাকই অমস্নুং মথোইশিংগী তিন্নবা য়াদববুম্ব উংলি।

ঐনা খৃষ্টিয়ানিটিবু য়াম্না থাগৎলবস্নু, হান্নগী কীরেপ লৈবা খৃষ্টিয়ানিটিগা ঐগা মশা অমত্ত ওইবদি ঐ গুমদে। ঐনা থংজন্নিবা হিন্দু ধর্ম্ম অসিনা ঐগী আত্মাবু মপুং ফানা পেলহনলি, ঐগী জীববু মপুং কাহনলি, অহুগা সারমোন - ওন - দি - মাউন্টদম্ব ঐনা খেংনদবা উপনিষদ ১স্নুং ভগবদগীতাদগী শান্তি অমা ঐনা ফংই। মাহুগী মন্নুংদা পিরিবা পান্দমফম অহু মমল লৈতে হায়বা নত্তে; সারমোন ওন ·ডি-মাউন্টদা পিরিবা মমল য়াম্নবা পাওতাকশিং অত্তনা ঐত্তোন্দা মুংচননা চুদে হায়বা নত্তে; তৌইগুম্বস্নুং ঐনা মসিমদি য়াজরি মাহুদি চিংনবনা ঐবু ঙাওহনলবা, নিংবা কাইবনা ঐগী মন্নাদা য়েংলবা, ১স্নুং মঙালগী মশেক অমত্ত অতিয়াদা ঐনা উত্রবা মতমদা ঐনা ভগবদগীতাদা লৈশিনলি ১স্নুং ঐবু মুংঙাইহনবা শ্লোক অমা ঐনা ফংই; ১স্নুং ঐনা থুদক্তা অরাবনা থুম্মাংলবা মরক্তা মোমোন নোকপা হৌই। ঐগী পুন্সি অসি মপানগী ওইবা অরাবনা পিক থল্লি, ১স্নুং ঐত্তোন্দা মথোইগী অফোংবা ১স্নুং মুৎপা য়াদবা মমী করিগুম্বা তারমত্রবদি, মাসিগীদমক ভগবদগীতাগী পাওতাকশিংদা ঐনা লমন তোপ্পে।

ঐ ইশা ইতোমদগী ওইনা, ঐনা করিগুম্বা অরাবা অমা তারবা মতমদা ঐনা ঐগী ইমা গীতাদা চেনশিনলি, ১স্তুং ওসিফাওবদা মহাক্না ঐবু সুংঙাইহনবা কদোউঙেদা তে'ক্তে। গীতাদগী সুংঙাইবা ফংলিবা মীশকশিং অচুগা হেন্না চাওবা মতেং ফংবা য়াবগী ওইথোকপা লৈ, অমস্তুং ঐনা নেংম অমদগী নোংম অমদা মাসিবু থংলিবা মওং অসিদা ২থোইনা থংলবদি পুনৌ নৌবা অতোপ্পা পোৎ খরস্তু উবা য়'ই।

ওসি'দি গীতা হায়বসি ঐগী বাইবল নত্রগা ঐগী কোরান ওইবদা নত্রে—মাসি মাচুদগী হেনলে—মাসি ঐগী ইমা ওই'রি। মতমকুইনগী মমাংদা ঐবু পোকপীরম্বা লৈপাক্নী ওইবা ইমা অচুদি মাংত্রে ; তোই-গুম্বস্তুং শিবা নাইত্রবা ইমা অসিনা ঐগী নাকলদা মহাক্নী মফম অচু মপুংফানা থন্দুনা মতমচুপ্পা লৈরে। মহাক্না কদোউঙেদস্তু হোংদে, মহাক্না কদোউঙেদস্তু ঐবু শোয়হনদে। ঐনা অন্নাবা নত্রগা অকুবা স্তারবা মতমদা মহাক্নী থুম্মো'ইদা ঐনা চংক্ষকম থী।

## বুদ্ধগী লম্বী—

ঐগী য়াম্না খন্থুরবা মক্তি অসিনি মাচুদি বুদ্ধগী পাওতাক্নী মরু ওইবা শরুকতি হিন্দু ধর্ম্মগী থাম্নবা য়াত্রবা শরুক অমা ওইনা লৈ। হিন্দু ধর্ম্মদা গৌতমনা থোকহনলম্বা অচৌবা সংস্কার অসিবু তুলোমদা হন্দুনা চৎপা ১স্তুং মাগী থোংথাবু নিংহনজিনবা হায়বসি ওসি'দি হিন্দু স্তারতকীদমক্তি ওইথোক্তবনি। মহাক্নী অচৌবা ত্যাগনা, মাগী অচৌবা থাদোকপনা, ১স্তুং মাগী পুন্সিগী অমকপা লৈত্রবা অশেং-বনা, হিন্দু ধর্ম্মদা মুথৎপা য়াত্রবা মঙ্গী অমা মহাক্না থনমই, ১স্তুং

হিন্দু ধর্ম্মনা লোইবা নাইত্রবা তৌবিমলগী লমন অমা অচৌবা আচার্য্য অসিদা তোল্লি……। হিন্দু ধর্ম্মনা লৌশিনখিদবা বুদ্ধধর্ম্মনি হায়না ঙাসি চৎলিবসিদি বুদ্ধদেবগী পুক্নি ১স্নুং পাওতাকী মরু ওইবা শরুক অমা ওইরমদে।

মাসিনা ঐগী অয়েপ্পা মতনি মাহুদি বুদ্ধধর্ম্ম নত্রগা, বুদ্ধগী পাওতাকশিং অসি ভারতনা মপুং ফানা মহৈ য়ানবা ওইখি ১স্নুং মাসি ওন্নকৈননা থোকপা য়াদবনি, মরমদি গৌতম মশামকসি হিন্দু-শিংগী হিন্দুনি। হিন্দু ধর্ম্মগী মনুংদা লৈবা খ্বাইদগী হেন্না কবাশিংনা মহাক অসি তৈশিনলবনি, অমসুং মহাক্না কুমজিন্দুনা লৈগ্রবা অমসুং নাগী শিংনাংনা মর্থক্কা হৌজিনগ্রবা বেদশিংগী পাওতাক থরদা মথরাই হাপলমই।

মহাক্কী হিন্দুগী অচৌবা থৌনা অছুনা বেদশিংদা য়াওরম্বা সনা-গুম্বা সতাবু মথক্কা কুমজিনগ্রবা অর্থ লৈতবা রাহৈশিং, রাহৈশিংগী জঙ্গল মরক্তা মাগী লম্বী শেমলমই। মহাক্কী মীরোন অছুগী মীশক শিংদদি পুণ্ডক ভকপা ওইরম্বা বেদশিংদা য়াওবা রাহৈ থরদ মহাক্না অর্থ অমা য়া'হনলমই, অমসুং মহাক্না ভারত অসিনা খ্বাইদগী হেন্না চান্নবা লৈপাক ওইনা ফংলমই। অছুগা বুদ্ধনা চৎপা মফম মফম খুদিংদা মহাকপু হিন্দু নত্তবনা কোইশিনলমদে অমসুং তুংইল্লমদে তৌইগুম্বসুং বেদগী ধর্ম্মনা তৈরবা মীশক হিন্দুশিংনা কোইরমই ১স্নুং তুংইনলমই। তৌইগুম্বসুং বুদ্ধগী পাওতাক্তি, মাগী থম্মোইগুন্না, পুন্নমক্তা শন্দোকলমই অমসুং পুন্নমকপু কোনশিনলমই ১স্নুং অসুম তৌনা মহাক্কী হুক্কাংদগী লেমছুনা হিংখিরমলে ১স্নুং পৃথিবীগী লৈমাইসি শিনথুংনা

হৃমদোকলমদে। অতুগা বুদ্ধগী তুংইনবা অমা কৌথিবগী খুদোং থীবদা অসিগুম্বা জন্ম অসি হিন্দু ধর্ম্মগী জন্ম অমাগুম্বা ঐনা দাবী তৌই। বুদ্ধনা হিন্দু ধর্ম্মবু বদোইডেদন্থ ককথংলমদে, তৌইগুম্বস্তুং মাসিনা মাগী য়ুমফমবু পাকথোকহনলমই। মহাত্মা মাসিবু অনৌবা মথৱাই হাপলমই ১স্তুং; অনৌবা অর্থ পিরমই। তৌইগুম্বস্থ.........ঐনা নখোইদা হায়বা পামলিব'দ অ'সনি, মাসি সীলোনদবু ওইরবস্থ নক্সুগা ব্রহ্মাদা নক্সুগা চাইনাদা নক্সুগা তিব্বৎতা বুদ্ধগী পাওতাকশিংসি মাগী মপুং ফাবা মওংদা লৌশিনবিদে।

## পৃথিবীগী সদাচারগী ওইবা সরকার —

ঐনা মশীং লাকওমদনা হায়নবা ত'রে অমস্তুং বুদ্ধধর্ম্মগী ভাবনানা ফোংদোকই মাহুদি বুদ্ধনা ঈশ্বরবু থাজরমদে হায়না ইবা লাইরিকশিংস্থ পারে। ঐগী তোল্লবা মততদি অস্তম হায়না থাজবসি বুদ্ধগী পাওতাক্কী মরু ওইবা পোচ্চংগী ওয়ৈতৈনবনি। অসিগুম্বা কওাওনবসি মহাত্মী মীরোন অতুদা ঈশ্বরগী মমিংদা হস্থবা অনেম্বা থবক তৌরম্বা পুম্ববু মহাত্মা ককথংলম্বা অমস্তুং হেক্তা ককথংপদগী থোক্লক্লম্বনি। মহাত্মা চিংনবা লৈহুনা ঈশ্বর হায়বা অহিংবা মশক অমা অরানবা রাখলনা শাগংলমলে, অতুগা মহাত্মা মাগী থবকশিংগীদমক নিংঙ'দবা ওমগনি অমস্তুং অপাম্বা মিহোবা লৈবা ওম্বগী মওংস্থ ওইথোকই অমস্তুং মাগী অচানবা মীশকশিংস্থ থম্বাওম্বগী মওং ওইথোকই হায়বা অসিগুম্বা ভাব অসিবু চিংনবা লৈত্তনা ককথংলমই। মহাত্মী আত্মানা য়াম্না শাওনা হৌরকখিব'সি ঈশ্বর কৌবা অহি'বা মশক অমা মহাত্মী পেম্নবগীদমক অমস্তুং হুওাইনব-গীদমক শাগী অহিংবা ঈ দরকার লৈ—অম্বগুম্বা শাশিং অতুদি মহাত্মী

খুৎশেমনি—অসিগুম্না থাজবা অসিগী মায়ৎয়োক্তনি। মরম অসিনা মহাক্না ঈশ্বরবু অচুম্বা মকমদা অমুকতন্না থমলমই অমস্তুং মতম খরগীদি অঙৌবা সিংহাসন্দা ফমজনা লৈরবগুম তৌবা অয়ানবা মীশকশিং অহুবু সিংহাসন্দগী কুমথহনলমই। মহাক্না কনশিম্না জগৎ অসিগী লোইবা নাইদবা অমস্তুং হোদোক হোংজিন য়াদ্রবা সদাচারগী ওইবা জগৎ অসিগী সরকার অমা লৈ হায়বসি অমুক হন্না লাওথোকলমই। মহাক্না চিংনবা লৈতনা হায়রমই। মাহ্‌দি ধর্ম্ম হায়বসি ঈশ্বর মশামক অহুবুনি।

ঈশ্বরগী ধর্ম্ম হায়বসি লোইবা নাইদে অমস্তুং হোংদোকপা য়াদে ১স্তুং ঈশ্বর মশামক্তগী থায়দোকপা য়াদে। মাসিদি মহাক্না মপুং ফাবা অহুমক্তগী থাম্নবা য়াদগা অবস্থা বিশেষ অমনি। অহুনা বুদ্ধনা ঈশ্বর থাজদে হায়বা অমস্তুং সদাচার ধর্ম্ম অসিদা ইচম চম্না থাজবনি হায়বা অচৌবা কণ্ডাওনব'সনি, অমস্তুং অসিগুম্বা ঈশ্বর মশামক্তা মরমদা কণ্ডাওনবসিনা মরম ওইহুনা নির্ব্বান" হায়রিবা অচৌবা মগুণ লৈরবা য়াহৈ অসিগী অর্থদা মতিক চানা অওইবা খংবা ফাওহদা কণ্ডাওনবা থোকলমই। নির্ব্বান হায়ব'স চাম্নমা পুমাং মাংখিববু নত্তে নির্ব্বান হায়ঙসিদি ঐখে ইগী হুংদা লৈবা অতোনবা পুম্বা, ঐখে'ইগী হুংদা লৈবা ফত্তবা পুম্বা ঐখোইগী হুংদা লৈবা অমে'ৎপা অমস্তুং মোৎলকপা য়াবা পুম্বা পুমাং মংখিববু হায়বনি। নির্ব্বান হায়বসিদি মোংফমগী অমুবা, অশিবা শান্তিগুম্বা নত্তে, তৌইগুম্বস্তুং মাসিদি অহিংবা শান্তি, মশানা মশাবু খংজবা আত্মাগী অহিংবা হুংঙাইবা, অমস্তুং লোইবা নাইদ্রবা মথক অহুগী থম্মোইদা মহাক মশাগী লৈফমবু ফংলে হায়বা খংবা অহুবুনি।

ঐগী নোঙ্লুকপা মততদি, ঈশ্বরবু মহাক্কী লোইবা লৈত্রবা মককমদা অমুকহন্না হুনজিনহনবা হায়রবসিনা মীওইবদা বুদ্ধনা থাংলম্বা শরুক অচৌবনি। মতমকুইনা লেমনা লৈরমলবা, জীবগী থরাইবু নমহুনা ইকাই খুমনহনবা হায়রবসিনা হৌজিক ফাওবা অমুক্কা হেন্না চাওরবা বুদ্ধনা মীওইবদা পীরম্বা শরুকনি।

## নোংচুপতা খৃষ্টিয়ানিটি —

ঐগী অচেৎপা মত তি অসিনি মাহুদি ওসি ইউরোপনা, সতানগী ভাবনা নত্তনা ঈশ্বরগী নত্রগা খৃষ্টীয়ানিটিগী ফজবা ভাবনাহুদি চংনত্রি। চিনবান্দা ঈশ্বরগী মীংগা লোইননা মীশক অহুনা লাকলবা মতমদা সতানগী জয়শিং অহুদি খ্বাইদগী চাওবা ওই। অওইবদদি মাসি লল্লৈমাবু পূজা তৌরিবনি। "ইনাক থুনবা নীপা অমনা রাজ্য অসিদা চংবদগী উ অমনা য়েংতুম মথুন্দা লানথোকপ্না হেন্না লাইবনি।" অসুমনা অওইবহু জেসস খ্রাইষ্টনা হায়রমই। মহাক্কী তুংইনবনি হায়রিবশিং অহুদি মখোইগী সম্পত্তি য়েংহুনা মখোইগী সদাচারগী চাওখৎ খোংথাংবু থন ওল্লি। নোংচুপকী মথক্তা য়ান্না অওকপা রারোলদি অসিনি মাহুদি খৃষ্টিয়ান ধর্ম্ম চংলি হায়রবদসু, নোংচুপ্তা খ্রাইষ্ট নত্রগা খৃষ্টিয়ান ধর্ম্ম লৈতে, নংলমত্রবদি লান অমত লৈরমলোইদবনি। জেসসকী পাওজেল ঐনা করম্ব মওংদা থংই হায়বহুদি মাহুনি।

নোংচুপলোমদা চংখিরম্বা মতমদা খৃষ্টিয়ান ধর্ম্ম অসি মশক থাবা ওইরমই। মাহু হায়দোকপাদা ঐ অরাবা ওই।

ঐগী খৃষ্টিয়ান ইচিন ইনাওশিংদা ··· ··· ··· নোংচুপলোমদা অর্থ তৌরিবা খৃষ্টিয়ান ধর্ম্ম অহুম হায়বনা খৃষ্টিয়ান ধর্ম্মবু লৌদননবা

ঐনা হায়। মকম অহুদা, ঐখোইনা থংই মমাংঙৈদা অমুকতম্ন খোক-খিনবগুম্বা, মখোই মশেল অমগা অমগা লাম তোনৈ। পুম্নমকী ভুংদা জেসস হায়বসি আরবকী অচোনবা কীজোন শেংপিরগা য়েকপা এশিয়াগী মীশক ওইরম্বনি। মহাক অসি নোঙ্গুকপগী মরুনি। ঐনা আশা তৌই মাহুদি ভারতকী খৃষ্টিয়ানশিংনা মখোইগী পুস্তিদা মথয়াই হাংখিবা বাইবলগী জেসস অহু ফোংদোকনি, অহুগা নোংচুপ্তা ঈ তৈরবা খুৎশানা অর্থ তৌবা অহুদি (লৌয়োইদবনি) ঐনা নোংচুপ্ন-সমালোচনা তৌগে হায়না নিংদে। ঐনা নোংচুপ্তা লৈবা অফবা গুণ কয়া মমল লৈ হায়না লোই লমস্নং থংই। তৌইগুম্বস্নং নোংচুপ্তা মীশকশিং মী ওইনা নত্তনা এশিয়াগী জেসসপু শেরায়না উংলে হায়বসি ঐনা শোয়দনা তাকথোকপা তারবনি।

খৃষ্টিয়ান ধর্ম্মগী নাকোইগী প্রভাবতি হিন্দুধর্ম্মবু থুনা হিংগৎ-হনববুনি। তৌইগুম্বস্নং ভারততা খৃষ্টিয়ানধর্ম্মগী মহৈদি অয়ামবা খৃষ্টিয়ানননা ঐখোইগী মরক্তা লেপ্লিবা পুন্সি অমস্নং ঐখোইদা তাব্রিবা মাহুগী মমি অসি য়েংহুনা সাধারণ ওইনা রাথলগী ফীরেপ লৌগ-দবা ওইবনি। মাসিদি মাং-তাক্লবা ওইরক্লি হায়বা ঐগী মত অসি য়েকশিন্দুনা থম্বা তাবদা ঐগী অৱাবা ওই।

## খ্রাইষ্টকী মঙ্গণ —

ঐনা হায়বা য়াই, মাহুদি ঐতিহাসিক জেসস্ অমদা ঐনা কদৌওৈদস্নু পুম্নিং থিংজিল্লুদে। কনাগুম্বা নিপা অমনা জেসস্ হায়না কৌবা নিপা অমা কদৌওৈদস্নু লৈরমদে হায়না প্রমাণ

তৌরম্নবা অমস্তুং শাস্ত্রশিং অতুদা লৈরম্লিবা অতু অইবা মীশক অতুগী কল্পনাদগী থোকপা শক্তম্নি হায়না প্রমাণ তৌরম্লবস্তু ঐনা মাস্তুবু করিস্তু থৌওইরম্মোই। মরমদি ঐগীদমক্তি সারমোন ওন ডি মাউন্ট অসিদি অতুমক চুমহুনা লৈগনি।

জেসস্-তা ঐনা ইতোপ তোপ্পা লাইগী মগুণ থোক্লিনবা ওমদে। মহাক অসি কৃষ্ণ নত্রগা রাম নত্রগা মহম্মদ নত্রগা জোরোষ্টরগী লাই ওইবা গুণ অতু মাস্তু অতুং লৈ। অসগুম্না ঐনা বেদশিংগী রাহৈ খুদিং নত্রগা কোরাণগীস্তু ঐনা লাইগী রাহৈনি হায়না লৌদ-বগুম বাইবলগী রাহৈ খুদিংবু ঐনা ঈশ্বরনা পিরক্ল বা রাহৈনি হায়না লৌদে। লাইরিকশিং অসিগী খুদিংগী পুল্লপনদি শোয়দনমক পুক্লিং থৌগৎলি, তৌইগুম্বস্তুং পোৎশিং অসিগী অয়াম্বা তোঙান তোঙান য়েংলুরগা অতুগুম্বা পুক্লিং থৌগৎপা মশক অতু ঐনা ফংদে। বাইবল হায়বসি গীতা অমস্তুং কোরাণগুম্না ধর্ম্মগী লাইরিক অমা ওইবা চাং অতু অতুম ওই।

ঐনা খৃষ্টিয়ান অমনি হায়না কাংলুপ ওইবগী ভাবতা হায়বা গুমদ্রবস্তু, জেসস্-কী অরাবা নংবগী খুদম অসিদি, সসারিক অমস্তুং মতম থরদা ওইবা, ঐগী থবক পুম্ববু বিধান তৌরিবা অহিংসাদা ঐগী শিবা লৈতনা থাজবা শাগৎপগী মচাক অমা ওই।

## ঐঙোন্দা খ্রাইষ্টনা করি থৎই —

খ্রাইষ্ট হায়রগা ঐঙোন্দা করি অর্থ থংনৈ? ঐঙোন্দদি মহাক অসি মীওইবনা তাংনা ফংথিবা খ্বাইদগী চাওবা গুরুশিংগী মরক্তা অমনি। মাবু থাজবা মীশকশিংদদি, মহাক অসি ঈশ্বরনা পোকপা

অমত্তা ওাইবা মচা ওইরমই। থাজবা অসিবু ঐনা য়াবা নত্রগা য়াদবা হায়রবগী থৌদোক অদুনা ঐগী পুক্নিদা জেসস্‌কী প্রভাব য়ামলবস্‌ নত্রগা য়ামত্রবস্‌ তাবা ঙমখিবরা? মহাকী পাওতাকী অমসুং কীরেপকী অচৌবা ফজবা মশকশিংদু ঐত্তোন্দা থোং থিংজিনখিবরা? ঐনা অসুম হায়না থাজবা ঙমদে।

ঐত্তোন্দদি মসি (পোকপা "বিগোটন") হায়বা রাহৈ অসি লাইগী মপোক অমবু খংহন্নবা উৎলি। অত্তোপ্পা রাহৈদা ঐগী অর্থদি অসিনি মাহুদি জেসস্‌ মশাগী পুক্নিদা মহাকনা ঈশ্বরদা মনাক নকপগী সমাধান তৌবনি অদুগা মহাক্না, অতৈ অতোপ্পশিংনা ঙমখিদবা, ঈশ্বরগী ইচ্ছা অমসুং ভাবনাবু কোংদোকপিরমই। ঐনা মাবু উবদি ভাবনা অসিদনি অমসুং ঈশ্বরগী মচা ওইনা ঐনা মহাকপু মশক খংই।

পৃথিবীগী ধর্ম্ম মখল মখা য়ান্নবা ধর্ম্মশিংগী গুণবু হিস্সাব তৌবা হ যবসি ওইথোক্তবনি হায়না ঐনা থাজে, অমসুং অদুগী মথক্তা ঐনা থাজে মদুদি মসি দরকারস্‌ ওইদে, অদুগা মাহু তৌননবা হোৎনরুবা হায়বসিস্‌ অমাংবগী মশক ওই। তৌইগুম্বসুং মখোইগী খুদিংনা, ঐগী ফীরেপ্তদি, মীওইবগী পুক্নিবু থাজৎননবা অমসুং কান্নবা থবক্তা ইনশিনবগী অপান্থা: থৌইনশিনগী শক্তি অমদি অমগীস্‌ অমগীস্‌ য়াওই। অদুগা জেসস্‌কী পুনসি অসি ঐনা পনখিবা রাংমগী ওইবা পোৎশক অমসুং অর্থ লৈবা অমা ওইবা মরমনা মহাক অসি খৃষ্টীয়ানধর্ম্মগীত ওইবা য়াদে, তৌইগুম্বসুং মহাক পৃথিবী পুম্বগীনি, জাতি অমসুং মীওই পুম্বগানি, মীশক অদুনা

করম্না ক্রিয়ান, মীং নত্রগা ফীরেপকী মথাদা থবক তৌই, খঙ্ক চংলি, মাগী মপা মপুদগী লৌরকপা ঈশ্বর অমবু পূজা তৌই হায়বসি খল্লুনিংঙাই ওইদে।

অপাংবা অমসুং অমম্বদা থাজবা হায়বদি ভারততা য়াম্না লৈ; তৌইগুম্বসুং ঐখোইগী মুংদা খাদা লুনা চথরবদি ঈশ্বরশ্রদ্ধা হায়বা অহুদি লৈ, মাসি ধর্ম্মগী মশানা য়াওরক্লবা বুদ্ধিনি।

মহম্মদনা ওলি ভারততা লাক্লম্লবদি, মহাকী শিংনি হায়বা খংনরিবা মীশক য়য়াম অমা মাগী ওইরম্লোই অমসুং জেসস্না ঐবু অশেংবা খৃষ্টিয়াননি হায়রমগদবগুম্না, ঐবু মহাকনা অশেংবা মস-লিমনি হায়না লৌশিল্লমগনি।

"ঈশ্বরদা নত্রগা জেসস্কী পাওতাক্তা নত্রগা মহম্মদকীদা ঐখোইনা মীবু করম্না অমুক পুরকপা ঙমগদগে?" ঐনা পাওখুম পীবা য়ারমই মাহুদি জেসস্না মাগী তুংইনবশিংগী মরক্তা অমদা পিরমই: "স্বর্গদা লৈবা ঐগী ইপা অহুগী ইচ্ছা অহু পাংথোকউ, চুম্না ইবুঙো, ইবুঙো, হায়নদা কৌগনু।" নং ঐ অমসুং মীশক খুদিংগী ওইনা মাহুদি অচুম্বা ওইবনি। ঐখোইনা অহিংবা ঈশ্বরদা শ্রদ্ধা লৈরবদি, ঐখোইগা লোইননা পুম্নমক অফবা ওইগনি। ঐনা শিগদবা মুমিৎ অহু ফাওবদসু শ্রদ্ধা অহু মাংদননবা ঐনা আশা তৌই। ঐতনা য়াম্না মুম্না থংলবা ঐগী মথল মথাগী অশোয়বা অমসুং অশোনবা পুম্না লৈহুনসু ঐগী ঈশ্বরশ্রদ্ধাদি মুমিৎ খুদিংগী হেন্না হেন্না লংনা চাকলি।

মসি তৌরমত্রবদি, নাহোকপন্ন য়াত্রবা নত্রগা মতেংসু লৈত্রবা

অমসুং হকাইথুম্বা মাংহন্নবগী অকীবা লৈরবা মুপীশিংদা, নতোঙ্গা শিদোকউ, হায়না পীবা পাওতাক অতুগা চপমান্নবা পাওতাক অদু ঐনা লৌরমগদবনি।

## ইসলাম শান্তিগী ধর্ম্ম অমনি —

খৃষ্টিয়ান ধর্ম্ম, বুদ্ধ ধর্ম্ম অমসুং হিন্দু ধর্ম্মনচিংববু লৌরিবা মান্নবা ভাবনাদা ইসলাম ধর্ম্ম অসি শান্তিগী ধর্ম্ম অমনি হায়না ঐনা লেপ্পা লৌই। চাংদা খেন্নবা লৈ হায়বসি চিংনিংঙাই লৈতে, তৌই-গুম্বসুং ধর্ম্মশিং অসিগী উদ্দেশ্যদি শান্তিনি।

ভারতকী জাতিগী সংস্কৃতিদা ইসলামগী তোপ তোপ্পা শক্তি ঈশ্বরগী অমতনি হায়না শেংনা থাজবা হায়বসিনি অমসুং মমিং ওইনা মখোইগী শায়গোলদা লৈবা মীশকশিং অতুগীদমক্তা মীওইবগী মচিন মনাও অমত্ত ওইবগী মওং অসিগী অচুম্ববু থবক ওইনা পানশিনবা অসিনি। ঐনা মখোইশিংসিবু তোপ তোপ্পা মশক নাইবা শরুক অনি কৌই। মরমদি হিন্দুধর্ম্মদদি মচিন মনাও ওইবগী ভাবনা অসি কাহেন্না দার্শনিকী রাখল ওইনা তৌখ্রে। অসিগুম্না দার্শ নক ওইরবসু হিন্দুধর্ম্মগী ঈশ্বর হায়বসি নত্তবা অতোপ্পা লাই অমা লৈত্রে, মাসিমসু য়াদবা ওমলোই মাতুদি থবকী ওইবা হিন্দুধর্ম্মদি ইসলামগুম্না অসুকক্না তান্নশিন্নবা য়াদবা হায়বতুদি ওইদে।

## শক্তি ( নমক্ক ) শিজিন্নবা —

ধর্ম্ম ওন্ননবা ( নমক্ক ) শক্তি শিজিন্নববু য়াবা হায়বসি কোরাণদসি করিন্নু য়াওদে। অশেংবা শাস্ত্র অসিনা ওইখোকপা য়াবা খাইদগী

শেংলবা লোন্দা হায়, "ধর্ম্মদা নমফু হায়বসি লৈতে।" মুণিশিংগী লৌশাং শীংপা পুন্সি অসি ধর্ম্মদা নমফু শক্তি অসিবু য়াদবনি। ঐনা খংবদদি, মুসলমান অমত্তনা কদৌভেদা নমফু য়াবা লৈতে। মাসিবু শন্দোকনবগীদমক নমফু শক্তিদা নির্ভর তৌরমলবদি ইসলাম হায়বসি পৃথিবীগী ধর্ম্ম ওইবা লেপলমলগদবনি।

ঐনা ঐগী মত পীগে মাহ্নদি ইসলামগী তুংইনবশিং অসি খাংগা লোইননা কাহেন্না য়ান্না নিংতমই। তৌইগুম্বম্নং মাসি কোরাণগী পাওতাক মতুংইন্নদ নত্তে। ঐগী মতত্তদি, মাসি ইসলাম পোকলুবা অবহাওয়া অত্তননি। খৃষ্টিয়ান ধর্ম্মদা মাগী বিরোধ ওইবা ঈ তৈবগী অইবা পুককৈ লৈ মা'স জেসসতা অরাংপা লৈবগী মরমনা নত্তে, তৌইগুম্বম্নং মাসিদি মাহ্ন শন্দোকলকপগী অবহাওয়া অত্তুপা মহাক্কী অরাংবা পাওতাক অত্তুগা চুনরমদে।

## কোরাণ —

ঐনা অমুক্তগী হেন্না কোরাণ পারে। ঐগী ধর্ম্মনা ঐবু, পৃথিবীগী অচৌবা ধর্ম্ম পুম্বগী অফবা হায়ত্নুনা লৈরিবশিংবু লৌশিনবা ঙম্হনলি, ঐবু শোয়দনা তৌহনলি।

ঐনা ইসলামবু পুক্লিং থৌগৎপা ধর্ম্মনি হায়না শোয়দনা লৌই, মরমাসনা শেংলবা কোরাণবু পুক্লিং থৌগৎপা শাস্ত্রনি হায়না, অমম্নং মহম্মদপুনা মুণিশিংগী মরক্তা অমনি হায়না লৌই।

কোরাণগী পাওতাক অসি অহিংসাবু য়াবনি হায়বা ঐগী ফীরেপ লৌপ্রবনি। হিংসাদগী অহিংসানা হেন্না ফৈ হায়বসি কোরাণদা হায়রি। অহিংসা হায়বসি ইথৌ ( ধর্ম্ম ) অমা ওইনা পিরি ; হিংসা হায়বসি ওত্তাই ফত্রবদা য়াই।

# ১৮ঃ ধর্ম্ম অমসুং রাজনীতি

## পুন্সি খায়দোকুত্রবা মপুম অমনি—

ঐনা হায়রি মাহুদি মীওইবগী পুক্নিং নত্রগা মীওইবগী সমাজ হায়বসি সমাজনৈতিক, রাজনৈতিক অমসুং ধর্ম্মনৈতিক অসুম হায়না চেৎলবা কাখনশিং ওইনা খায়দোক্তে। পুম্নমক অসি অমনা অতোপ্পা অমগা মহৈ মহৈ থবক তৌই অমসুং তৌনৈ।

মীওইবগী পুন্নসি অসি খায়দোক্তবা মপুম অমা ওইবনা মাগী তোঙান তোঙানবা কাশিং অসিগী মরক্তা সদাচার নত্রগা রাজনীতি হায়না লৈয়ি চৌংবা য়াদে। মহাত্মা মীনমহুনা তাল্লুবা অফংবা থর ধর্ম্মগী থবক্তি হায়না কৌনবা থবক মরম থরগীদমক চাদিং তৌরগা মাগী পাপশিং অহু চামথোকখিগনি হায়না খল্লবা মতমদা মীনমহুনা লন থুম তানবা লল্লোনবা মীশক অমনা মশাবু মশানা মীনমজবদা মহৈ য়াম্লি। কনাগুম্বা অমগী হুমিৎখুদিং ওইরিবা পুন্সি অ'স মহাক্কী অধ্যাত্মিক জীবনদগী তোঙাম্না খায়দে কপা ঙমদে। অনিমক অমগী মথক্তা অমনা থবক তৌই অমসুং তৌমিন্নৈ।

ঐঙোন্দা লৈরিবা রাজনৈতিক মশক অসিনা ঐগী রারেপ অমত্তবু কদৌঙৈদসু মথক থোংদে অমসুং ঐনা রাজনীতিদা শরুক লৌবগুম তৌরবদি, মাসিগী মরমদি অসিনি মাহুদি ঙসি ঐখোইবু কনাগুম্বা অমনা য়াম্না হোৎনরবসু ওইপ্রবা মঙোন্দগী লানথোকপা ঙমদ্রবা লীন অমনা য়েং'শনবগুম্না রাজনীতিনা ঐখোইবু কোইশিল্লি। মরম অসিনা ঐনা লীন অসিগা লোইননা, ঐনা শক

১৮৯৪ দগী খংনা খংনা মহৈ খরনা রাজবস্থ খরনা রাষ্ট্রবস্থ তৌচনা লাকপা, খংদনা, হৌজিক্তি খংলক্লবা, খনবা ওয়গী চহি য়োবদগী হৌনা লাম্নেংনগে হায়না ইপুক্লিংদা নিংই। য়াম্না ইশাগীত ওইনা উ-উ লাওবা নোং-মুংশিংকী ঐগী অকোইবদা লৈবা অহোবা খোন-জেল মরক্তা শান্তি ওইনা লৈগে হায়না ঐনা নিংলুবনা, রাজ-নীতিদা ধর্ম্ম পুশিন্দুনা ঐ ইশা অমস্থং ঐগী মরুপশিংগা লোইননা ঐনা চাংয়েং অমা চথরক্লি।

জগৎকী ওইবা অমস্থং পুম্বদা শিন্দুনা লৈবা সত্যগী শক্তমবু উবা হায়বসি সৃষ্টিগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না তোল্লবা জীব অমবু কনা-গুম্বা মী অমনা মশাগা মান্নবা মুংশিবা শোয়দনা ওমগদবনি। মাহুবু পামলিবা মীশক অহুনা পুনসিগী করিগুম্বা ক্ষেত্র অমদগী লাপখোকপা ওমক্কম খোক্তে। মরম অহুদগী ঐনা সত্যবু মুংশিরুবনা রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা ঐবু চিংশিনথ্রে অনস্থং করিগুম্বা চিংনবা খ্বাইদগী পিকপা মরিক্ অমা ফাওবা লৈতনা অহুগা অমুকস্থ য়াম্না নোল্লকনা ঐনা হায়বা ওমই মাহুদি ধর্ম্ম হায়বসিদি রাজনীতিগা করিস্থ তৌনগদবা লৈতে হায়বা মীশক অহু ধর্ম্মগী অর্থ করিনো হায়বা খংদবননি।

ঐনা মীওইবা কাংলুপ অসিগা ইশানা মশা অমত্তা ওইরমদ্রবা অমস্ত মাহুনা মরম ওইহুনা ঐনা রাজনীতিদা শরুক লৌবা ওয়্নমদ্রবা অহু ওইরবদি ঐনা ধার্ম্মিক জীবন অমা ওইনা লেনবা ওমলমলোই। মীওইবগী থৌরমশিংগী অপুনবা খোংথাং পুম্বা ওসি থায়দোকপা য়াদ্রবা মপুম অমা ওইনা শাই। নখোইনা সামাজিক, রাজনৈতিক অর্থনৈতিক অমস্থং ধর্ম্মনৈতিক্কী অশেংবা মশক হায়না ইশিং চংদবা কাখলশিং ওইনা থায়দোকপা ওমদে।

মীওইবগী থৌরমদগী তোঙানবা ধর্ম হায়বা অমা ঐনা খংদে। মসিনা অতৈ অতৈ থংক্তা সদাচারগী মুমফম ওইহনলি। নংলমজবদি মখোইশিং অসি লৈরম্লোই অমসুং পুনসি অসি অর্থ য়াওদবা খোজেল অমসুং অশাওবগী মফম অমা ওন্থোক্লগনি।

রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা ঐবু তঙাইফদনা চংহনবা ওইনা অনুভব তৌরমই। মরমদি রাজনীতি শোক্তনা সামাজিক থৌরম ফাওবসু তৌবা ওয়মদবা ওইনা ঐনা থেংনরমই। ঐনা অসুম তৌই মহুদি রাজনীতিগী থবক হায়বসি সামাজিক অমসুং সদাচারগী চাওখৎখোংথাংগী রাকম ওইনা য়েংবা তারমই।

গণতন্ত্রদদি পুনসিগী থৌরম অমতা রাজনীতি হায়বসিনা শোক্তবা লৈতে। ঐগীদমক্তদি ধর্ম য়াওদবা রাজনীতি হায়বসি মপুং ফারবা অমোৎপনি। মসি পুমথা থাদোক্লগদবা ওই। রাজনীতি হায়বসি জাতিগী থবক্তি, জাতিগী য়াইফনবা থবক হায়বসি ধর্মদা পুক্লিং লৈশিনবা রাহৈ অমদা ঈশ্বর অমসু সত্যবু থীরিবা মীশক অহুগী থবকশিংগী মরক্তা অমা শোয়দনা ওইগদবনি। ঐগী দমক্তি ঈশ্বর অমসুং সতা হায়বসি ওন্থোক ওনশিন য়াবা রাহৈনি অমসুং কনাগুম্বা অমনা ঈশ্বর হায়বসিদি ওইদবগী লাইনি নত্রগা ওৎ-নৈবগী লাই অমনি হায়না ঐতোন্দা হায়রবদি, ঐনা মাবু পূজা তৌবদা য়ানিংলম্লোই। মরম অসিনা রাজনীতিদগী ঐথোইনা স্বর্গগী রাজ্য অমা লিঙখৎকদবা ওই (কিংদম ওফ হেভন্)।

ঐগী পুনসিগী খ্বাইদগী নুপ্রবা পোৎ পুম্বদগী রাজনীতি অসি খায়দোকপা ঙম্লোই। মসিগী ইচম চম্বা মরমদি অসিনি: ঐগী

রাজনীতিদি মোত্তে, মখোই অসি অহিংসা অমস্তুং সত্যগা লোইননা লৌখোকপা য়াদনা পুনশিন্নরবনি।

ঐনা ধর্ম্ম য়াওদনা লেকেণ্ড অমা ফাওবা ছিংবা ঙম্মোই। রাজনীতিগী ঐগী মরূপশিংগী ময়াম অমনা ঐভোন্দগী নিংবা কাইরমই, মরমদি মখোইনা হায়, ঐগী রাজনীতি ফাওবন্থ ধর্ম্মদগী লৌখোকই। অদুগা মখোই অদু অচুম্বনি। ঐগী রাজনীতি অমস্তুং অত্তৈ অতোপ্পা থবকপুম্বা ঐগী ধর্ম্মদগী লৌখোকপা ভাক্তনি।

ঐনা মখা তানা চৈথে অমস্তুং হায় মাহুদি: ধর্ম্ম থ.জবা মীশক অমগী থবক খুদিংমক মাগী ধর্ম্মদগী লৌখোকদবনি, মরমদি ধর্ম্মগী অর্থদি ঈশ্বরদা পুনশিনবা হায়বনি, হায়বদি ঈশ্বরনা নখোইগী খুংশাম্বর খুদিংবু বিধান তৌই।

অওইবনি, ঐখোই থবক পুম্বদা ধর্ম্মনা শিনথুংনা লৈগদবনি। মফম অসিদা ধর্ম্ম হায়বনা কাংলুপ নাইবগী মওং অদু থংনবা নত্তে। মাসিনা থংনবদি জগৎকী থকসি-খাসি নাইবা সদাচারগী বিধান অমদা থাজববুনি। মাসি মীৎনা উদে হায়রুনা অওইবদগী হম্থবা নত্তে। ধর্ম্ম অসিদি হিন্দুধর্ম্ম, ইসলাম ধর্ম্ম, খৃষ্টিয়ান ধর্ম্মগী রাংমদনি। মখোইবু চোংথুনা লাম্থোকখিবা নত্তে। মাসিনা মাখোইবু অমগা অমগা য়ানহল্লি অমস্তুং মখোইদা অওইবা মশক অদু পি।

কোর্টশিং অসিগী পুন্সিনা ঐগী রাজনীতিনি, ঐগী পুনসিগী থবক অমস্তুং ঈশ্বরবু য়াদবা নত্তনা, মখোইদগী ঐনা ইশাবু লান্থোক্লনবা থোৱাং তৌদে। ঐগী রাজনীতি অসি অতোপ্পা শক্তম অমা ওইরকপা য়াই ( ১৯৪৭ আগষ্টকী ১৪ গী মঙ্গ্যদা, ভারতনা নিং

তম্লবা মতমদা ) হায়বসি য়াম্না ওইখোকই। তৌইগুম্বসুং মাহু অৎসু- খিংনা লেপকদবনি।

ঐগী দেশতগী ঐগী ধর্ম্মনা হেন্না নুংশিনা তৌই অমসুং মরম অসিনা অহানবদনা ঐ হিন্দুনি অমসুং মহুগী তুংখা জাতীয়তাবাদীনি হায়না হায়বা মতমদা খোম্থোক অসিগী অচুম্বা লৈ হায়বা ভাব অমা চিংনবা লৈতনা লৈ। মখোইগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না ফবা মীশক অহুদগী হেন্না হুম্বা জাতীয়তাবাদী অমদি ঐ মরম অহুদদি ওইদে। মাহুনা মরম ওইহুনা ঐনা ইচম চমনা উৎলি মাহুদি ঐগী দেশগী স্বার্থগা ধম্মগীগা মশা অমত্তুনি। অসিগুম্না ঐ ইশাগী মুক্তিনা অতৈ অতৈ অতোপ্পা খুদিংদগী, ভারতকী মুক্তিগী মথক্তা ঐনা মমল লৈ হায়না হায়বা মতমদা, মাসিনা অর্থ অসি খংনদে, মাহুদি ঐগী ইশাগী মুক্তিগী- দমক ভারতকী রাজনৈতিক নত্রগা অতৈ অতোপ্পা মুক্তি থাদোকপা দরকার লৈ। তোইগুম্বসুং মাসিনা খংহনলি মাহুদি অনি অসি পুন্নপনা চৎমিনৈ।

ধর্ম্ম হায়বসি জাতীয়তা চাংয়েংননবা নত্তে, তৌইগুম্বসুং মীশক অহুগা অমসুং মাগী ঈশ্বর অহুগগী মরনাই রাফমনি। জাতীয়তাগী ভাবতদি মখোইশিং অসি অহানবদসু ভারতবাসীনি অমসুং অয়োইবদসু ভারতবাসীনি, মখোইনা করি ধর্ম্ম চৎলি হায়বগী খন্নিংঙাই ওইদে।

---

## ১৯ঃ লাইশংশিং অমসুং মুর্ত্তি লাৎপা—

### মুর্ত্তি লাৎপগী মওং —

মুর্ত্তি লাৎপদা ঐনা থাজদবা তৌদে। মুর্ত্তি অমনা ঐঙোন্দা ভক্তি ভাব অমত্তা পোকহন্দে। তৌইগুম্বসুং ঐনা খল্লি মাহুদি মুর্ত্তি লাৎপা হায়বসি মীওইবগী স্বভাবকী শরুক অমনি। ঐখোইনা থুদম অমবু খৌরাংই। অতে অভোপ্পা মকমদগী লাইশংদনা কনাগুম্বা মীশক অমনা হেন্না পুক্নিং ফাজিন্নকইবনো? মুর্ত্তিশিং অসি ইরাৎপগী মতেং অমনি হিন্দু অমত্তনা মুর্ত্তিবু লায়নি হায়না খন্দে। ঐনা মুর্ত্তি পূজা তৌবসি পাপ অমনি হায়না খন্দে।

র হৈশিং অসিগী ঐনা খনবা অচুম্বা অর্থদা ঐহাক অসি মুর্ত্তি লাৎপসু ওই অমসুং মুর্ত্তি থুগাইবসু অনিমক ওই। মুর্ত্তি লাৎপগী মরুমদা লৈরিবা ভাবনা অদুবু ঐনা মমল লৈ হায়না লৌই। মাসিনা মীওইবা জাতিবু থাংগৎপদা খ্বাইদগী মরু ওইবা শরুক অমা শাবৈ … …। ঐহাক অসি মুর্ত্তি থুগায়বনি মাসিগী ভাবতি অসিনি মাহুদি মহাক মশাগী নত্তনা লাই অদুবু অতে অভোপ্পা মওংদা পূজা তৌবদা লৈবা করিগুম্বা গুণ অমবু উ হায়বা য়াদবা মুর্ত্তি লাৎপগী অকুপ্পা মওং অদুবু ঐনা য়েংখাই। মুর্ত্তি লাৎপগী অসিগুম্বা মওং অসি হেন্না থুদোংথীবনি মরমদি সুং মচেৎ অমগা নত্রগা সনাগী মুর্ত্তি অমগা লাইগা মশা অমত্ত ওইহনবা পূজাগী ইফোং ফোংবা অমসুং অপোবা মওং অদুদগী হেন্না কুপ্পা অমসুং ইনান নানথোকপা মওং অমা ওইরকনি।

ঐ মুর্ত্তি পূজা তৌববু অনিমক য়াম্ন য়াই অমসুং য়াম্ন য়াদে।

মূর্ত্তি লাৎপনা মরাই চাইথরকুনা মূর্ত্তি উপাসক ওইরকলবা অমসুং লাল্লা থাজবা অমসুং অরানবা ফীরেপ্পা কুপশিনলকলবা মতমদা, অপৌবা সমাজিক ফত্তবা অমগুম্বা মাত্থবু লাম্মেংনবা দরকার ওই। অতোপ্পা মাইকৈদনা, কনাগুম্ব অমগী পান্দমফম (আদর্শ) অচু অপৌবা মওংদা পুখোকপগীভাবনা মূর্ত্তী লাৎপা হাইবসি মীগী স্বভাবতা মুংগী-ওইনা কোন্নরকলবনি অমসুং মসি ভক্তি তৌবদা মতেং অমা ওইনা মমলসু লৈবনি। অশেংবা নত্রগা অফবনি হায়না লৌবা লাইরিক অমবু পূজা তৌবা মতমদা ঐখোয়না মূর্ত্তি অমবু অম্বুম হাইনা পূজা তৌই। ঐখোইনা মন্দির নত্রগা গীর্জা অমদা ভক্তি নত্রগা অশেংবা পুক্নিং অমগা লোইননা চৎপা মতমদা ঐখোইনা মূর্ত্তি অমবু পূজা তৌবনি । অচুগা পুন্নমক অসিদা ঐনা অমাংবা করিসু উদে । ওন্ন তৈনবদা, ঙমখৈ নাইবা অমসুং অককনবা জ্ঞ'ন্দমক পিরম্বা মী-ওইবনা অসি নত্তনসু অতে অতোপ্পা অমসুং পংনা তৌনিংঙাই লৈতে । অসিগুম্না, উপুজা তৌবদা করিগুম্বা মুংগী ওইনা ফত্তবা নত্রগা মাংননবা পোৎ উবদগী ঐনা মাসিগী মমুংদা য়াম্না ফুনা মুংশিবা য়াবা মহৌশাগী ওইবা জ্ঞান ১সুং কবিতাগী ফজ্জ্ববু থেংনৈ । ম'সনা অপুনবা মনামশিংগী রাজাগী অচুম্বা ভক্তিগী খুদম ওই, অচুগা মসিগী মপান নাইদবা ফজরবা মওংশিংগী দৃশ্য অসিগা লোইননা ঐখোইদা ঈশ্বরগী অচোবা অমসুং মতিক মগুণবু লৈম্নেং কোটি অমনা ফোংদোক-পগুম উৎলি।

অচুম ওইনমক পূজারিশিং অসিনা উশিং অ'সিগী মমাংদা পিরিবা ব্রত অমসুং প্রার্থনা অসিদি লাপ্পা ইতেং তোঙানথ্রে। মন্দির,

চর্চ্চ, গীর্জাদা নত্রগা উশিং নত্রগা লাইশিং অসিগী মমাংদা ওই-রবস্থ মশাগী কান্নবগী ওইবা ব্রত নত্রগা প্রাথনা তৌবা হায়বসিদি থৌগৎলোইদবা পোৎশক অমনি। মশাগীদমক হায়জবা নত্রগা ব্রত কৎপা হায়বসি মূর্ত্তি লাৎপগা কার্যা কারণগী লৈনব মরীগুম্বা নত্তে। মূর্ত্তিগী মমাংদা ওইরবস্থ নত্রগা উদবা ঈশ্বর অমদা ওইরবস্থ মশাগী কান্নবা প্রার্থনা হায়বসিমক্তবু ইফং ফত্তে।

অছুম ওইনমক সাধারণ ওইনা উ পূজা তৌববু ঐনা য়াই হায়না অর্থ তৌননবা ম'সদগী, ঐবু কনাগুম্বনা থংদবা ওইসনু। ভক্তিগী দরকার ওইবা মতেং অমা ওইনা থল্লি হায়ত্নুনা ঐনা উ লাৎপবু চুমই, ফৈ হায়বা নত্তে। জগৎ আসদা মশীং নাইদব শক্তমদা ঈশ্বরনা ফোংদোকই অমসুং অসুমনা ফোংদোকপা খুদিংমক্লা ঐগী থুদক্তা ওইবা লোইন লোইনবা ভক্তিগী মপু ওইবা মরম অসিতদগী ( ঐনা উ লাৎপবু ঙাকলুবনি )।

মূর্ত্তি উ পূজা তৌবগী মরমদি মাসি নত্তনা করিগুম্বা মওং অমা নত্রগা অতোপ্পা অমদা নথোইনা তৌদবা ঙমদে। মুসলমান অমনা করিগীদমক মহাক্লা ঈশ্বরগী য়ুম কৌবা গীর্জা অছু ঙাক্লনবগী-দমক মথয়াই থাদোক্তদৌরিবনো ? অছুগা খৃষ্টিয়ান অমনা করিগী চর্চ্চতা চৎলিবনো, অমসুং মহাক্লা য়াশক লৌবা দরকার ওইবা মতমদা মহাক্লা বাইবলনা য়াশকই ? মাছুদা ঐনা করিগুম্বা আপত্তি তৌনিঙাই অমা উই হায়বগী নত্তে। গীর্জা নত্রগা চর্চ্চ শাবদা অসুক য়াম্না হায়নিংঙাই লৈত্রবা শেল তিংলিবসিবু মূর্ত্তিপূজা তৌবা নত্তনা মাসি করিনো ? মুংদা ভাবনা শাবা মূর্ত্তি নত্রগা ফী নত্রগা

লিকলিদা য়েকপা ভার্জিন মেরী অমসুং ঋষিশিং অহুগী মমাংদা খুরুমখুদক কুনবা মতমদা রোমান কেথোলিক্সশিং অসিনা করি তৌবগে ? আসগুম্না, ঐখোইনা পূজা তৌরিবসি নুংবু নত্তে। তৌইগুম্বসুং মাসি নুংগী নত্রগা থাতুগী মমীদা, মাহু য়াম্না অপৌব, ওইরবসু, ঐখোইনা পূজা তৌরিবহু ঈশ্বরনি।

গী মফমশিং —

মন্দিরগী লৈকমবু পাপ অমনি নত্রগা অমম্বদা থাজবনি হায়না ঐনা লৌদে। ময়ামগী পূজা তৌনবগী মওং থর অমসুং পূজা তৌননবা ময়ামগী মফম অমা হায়বসি মীওইবনা দরকার লৈবগুম তৌই। মন্দির অহুদা মূর্ত্তিশিং লৈগত্রা নত্রগা লৈরোইত্রা হায়বা অহুদি স্বভাব অমসুং অপুম্বগী রাফাম্ন। মূর্ত্তি লৈবা হিন্দু অমগী নত্রগা রোমান কেথোলিককী পূজা তৌফম অসি শোয়দনা ফত্তরে নত্রগা অমম্বদা থাজবা ওইরে হায়না লৌদে অমসুং মূর্ত্তিশিং য়াওদে হায়বগী মরমদা প্রোটেষ্টেন্ট অমগী পূজা তৌফম মফম অহু ফরে অমসুং অমম্বদা থাজবা লৈত্রে হায়নসু লৌদে। ক্রোস নত্রগা— লাইরিককুম্বা খুদম মশক অমনা ইলাই লাইনা মূর্ত্তি পূজা তৌবা হায়বহু ওইরকপা য়াই অমসুং মরম অসিনা অমম্বদা থাজবা ওইরকপা য়াই মাসি পূজা তৌরিবা মীশক অহুগী থম্মোইগী শকলোনদা নির্ভর তৌই।

পূজা তৌফমশিং অসি ঐডোন্দদি ইচম চমনা চেক অমসুং চেক চনবা হিদাক নত্তে। মখোইশিং অসি অওইবগী মমি থাজৈশেংবনি। চর্চ অমসুং গীর্জা অমসুং মন্দির মাংখিবা খুদিং মখোইগী মফমদা চাম চাম হৌগৎত্রে।

ঐনা ধর্ম্ম নত্রগা কাংলুপ অমত ঈশ্বরগী য়ুম য়াওদনা থবক তৌবা নত্রগা তৌফুনা লৈরিবা, খংদে, মখোইশিং অহুবু মমিং মথল মথল থোল্লি মাছ্'দি টেম্পল, মোস্ক, চর্চ, সীনাগোগ নত্রগা এগীয়ারী। জেসসসুয়াওনা কনাগুম্বা অচৌবা সংস্কারক অমনা লাইশংবু পুম্নমাং মাংহনলম্বা নত্রগা পুমহুন হুন্দোকলম্বা তৌরমদে। মখোই পুম্নমক্তা মন্দিরশিংদগী সমাজদগীসু অথোৎপা মাংহম্নবা থিরমই… ঐনা মতম য়াম্না কুইনা মন্দিরদা চৎপা লেপপ্রে, তৌইগুম্বসুং মমাংদগী ঐ অসি রারেম অহুদা হেম্না ফবা মীশক অমা ওইরে হায়না ইশাবু ঐনা লৌদে। মহাক্না মফম অহুদা চৎপদা রাস্তরবা অবস্থা মতংদসু ঐগী ইমানা মন্দির চৎপসি কদৌঙৈদসু তোকখিদে। ওইথোকপা য়াই, মাগী ধর্ম্মনা ঐঙোন্দগী, ঐনা মন্দির চৎত্রবসু ঐঙোন্দগী য়াম্না চাওবা হেল্লি।

টেম্পলশিং নত্রগা মোস্কশিং নত্রগা মন্দিরশিং……… ঈশ্বর তোঙান তোঙানবা লৈফম অসিদা ঐনা খেন্নবা থমদে। থাজবনা শাবা মখোইশিং অহু মখোইনি মখোইশিং অহু করিগুম্বা মওং অমনা উদবগী মনাক্তা য়োনিংবগী মীওইবগী থৌরাংবা অহুগী পাওখুম্নি। (কনাগুম্বগী মুংদা ঈশ্বর হিংহুনা লৈ হায়বা) খংবা ফংবনা মন্দির চৎপা দরকার লৈতে নত্রগা মন্দির চৎপনি হায়বগী অর্থ ওইদে। নুংগী য়ুমশিংদগী ঐখোইগী হকচাংশিং অসিনা হেন্না ওইবা অশেংবা মন্দিরনি। ময়াম্না পূজা তৌবগী থাইদগী ফবা মফমদি থাকনগুম্বা অতিয়ানা থক্তা লৈবা অহাংবা অমসুং পৃথিবী ইমানা মথাদা লৈমায় ওইবা অহুনি।

---

# ২০ : শোকনা-পান্ন য়াদবগী শাপ্‌

ঐ অমুকহন্না পোকপা পামদে। ঐনা অমুকহন্না পোকপা তারবদি ঐ হরিজন ওইনা পোক্কদবনি মাহুনা মখোইগী অরাবা, অনাবা অমসুং মখোইনা ফংলিবা ইকাইপুম্বা শরুক য়াবা য়াই; ঐনা ইশাবু অমসুং মখোইবু অসিগুম্বা তমথীরবা অবস্থা অসিদগী নানথোকনবা হোৎনবা য়াই। মরম অসিনা ঐনা প্রার্থনা তৌই মাহুদি ঐনা অমুকহন্না পোকপা তারবদি ঐনা ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয়; বৈশ্য নত্রগা সুদ্র ওইনা পোক্কবা তাই তৌইগুম্বসুং অতিসুদ্র ওইনা পোক্কদবনি।

ঐনা ঐগী মুপীগা লুহোংত্রিডৈ য়াম্না কুইন মমাংদগী ঐদি শোকন পন্নবা য়াদবা কোকনবগী থবক্তা লুহোংজবনি। ঐখোইনা পুন্না লৈমিন্নরিডৈদা ঐনা খনগদবা থৌদোক অনিখক লৈরমই; অমনা শোকন পন্না য়াদবশিংগী থবক তৌবা অমনা ঐগী মুপীগা লৈমিন্নবনি অমসুং ঐনা অহানবগী অসিনা পামথিরমলে। ঐনা ঐগী পুকচেল ফজরবা মুপীবু থাংগৎলি, অরাবা থৌদোক অহু ওন্থোকখিরমই। ঐগী ইমুংমন্নুং ওইবা, ঐগী আশ্রমদা শোকনপন্ন য়াদবা মীশক কয়'মুক লৈ, অমসুং মুংশিন্নবা অহুগা লমহেল্লবা মুপীমচা অমা ঐ ইশাগী ইচামুপী ওইনা লৈ।

মীওইববু মুংশিবনা হরিজনগী সমস্যা অসি ঐগী পুক্কিদা ওন্না পুরকলমই। ঐগী ইমানা হায়রমই; মহাক অসি হরিজননি, অহুনা অতাং অসি নং শোকলোইদবনি।" "করিগী শোকলোইদৌরিবনো?"

ঐনা হন্দুনা হংলমই, অমসুং হুমিং অচুদগী হৌনা ঐগী লানহৌ হৌগংলমই।

ভারতকী শরুক মঙ'থোকপগী অমবু মতমচুপ্পা নমশিন্দুনা থম্বা অমসুং খংনা খংনা ঐথোয়গী সংস্কৃতিগী মহৈবু মথোইদা থুংদবা ঐথোইনা পামলবদি স্বরাজ হায়বা রাহৈ অসি অর্থ য়াওদ্রবনি। পুন্সিং শেংদোকনবগী অসিগুম্বা অচৌবা অন্দোলন অসিদা ঐথোইনা ঈশ্বরগী মত্তেং থিরি, তৌইগুম্বসুং মাগী জীবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মতিক চারবা শিংদা মীওইবগী অধিকার পীত্রি। মীওইদবা ইশা ঐথোইনা অতৈ অত্তোপ্পগী মীওইদবগী কোকপিনবা ঈশ্বরগী মমাংদা ঐথোইনা মুক্তি পীবা য়ারোই।

ধর্ম্মগী অশেংবা মিংদা মীবু ওংতুনা থম্বা হায়বাস ইচম চমনা অঙাওবা ওককনবগী রাকমনি।

হিন্দু ধর্ম্মবু শেংদোকননবা অমসুং ঙাকননবগীদমক শোকন পন্নবা য়দববু লৌথোকপা হায়বসি খ্বাইদগী চাওবা পোৎনি। শোকন পন্নবা য়াদবা কোকহনবা হায়বসি অধ্যাত্মিক খোংচৎ অমনি।

শোকন পন্নবা য়াদবনা হিংতুনা লৈরবদি হিন্দু ধর্ম্মদি শোয়দনা শিরগদবনি।

শোকন পন্নবা য়াদবা হিংহোবদগী হিন্দুধর্ম্ম শিথিবনা য়াম্না হেন্না ঐনা পামই।

শোক পন্ন য়াদবগী মায়োক্তা লাম্বেংনবা অমসুং লানকম অচুদা ইশাবু কংথোকপা হায়বসি মীওইবগা মপুংফানা হৌগংপা উবা পাম্বদগী হেনবা ঐগী অনিংবা অমতা লৈতে মসি সমুদ্রগী কোক্লোংদা লুপানা ওইদবগুম অচম্বা মং অমা ওইবা য়াই। মং অসিনা লৈরিবা মথেল্‌দি মসি ঐঙোন্দদি

মন্থু নত্তে, অমসুং রোমেইন রোলেণ্ডগী মাহৈদা, "জয় ওইবা হায়বসি পম্মুংকম অস্থু ফংবদা নত্তে, মাবু অরাবা লৈতনা তাম্নবগী থবক্তনি।" হায়বস্থুনি।

## শোক্ল পন্ন য়াদবা অমসুং বর্ণ —

মসিগী মন্নুংদা অথীবা খর থোক্লকই হায়রুনা। হকচাংবু মাংহনবা নত্রগা নাপী শিংবী য়াওই হায়রুনা মহৈ মরোংবু মাংহনববু অরানবা ওইবগুম শোক্ল পন্ন য়াদবা লৈ হায়বগী মরম্না বর্ণবু মাংহনবা হায়বসি অরানবনি। ঐখোইনা খংলিবা মওংগী শোক্ল পন্ন য়াদবা মশক অসি-বুদি, মরম অসিনা পুমাং মাংহনখিগদবনি। মরম অসিনা শোক্ল পন্ন য়াদবা হায়বসি, শাগৈজাং থাইবগী পোথোক নত্তে, হিন্দু ধর্ম্মদা চংশিল-লকলবা অমসুং মহুনা চাশিনলক্লিবা অরাংবা অমসুং অনেম্বগী খেম্নবা লৈবদগীনি। অসুম্না শোক্ল পন্না য়াদবদা লানদবা হায়বসি 'অরাংবা অনেম্ব'গী মথক্তা লান্দাবনি। শোক্ল পন্না য়াদবসি হেক লৈখিদবা মীকুপ অদুদা, বর্ণাশ্রম মশা অসি শেংদোক্লগনি, হায়বদি ঐগী মংগী মতুংইন্না হিন্দু ধর্ম্মগী হকচাংদা, অমনা অমগী মতেং ওইবা কনানা অহেনবা নত্রগা কনানা অরাংপা লৈতবা, সমাজগী শরুক মরী লোংবা শকুম হিন্দু ধর্ম্মগী অপুনবা হকচাংসিদা অমবু কান্নবগুম অমবু কান্নবা অশেংবা বর্ণাশ্রম হায়বস্থু ওইনা মসিনা ওইরক্লগনি।

## বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম—

পৃথিবী অসিদা বর্ণাশ্রম ধর্ম্মনা মীগী মথৌদাংবু তাকই। হিংনবগী তোওান তোওানবা পাথৈ থীননবা অমসুং লনথম পৈশিন্নবগী

ঋুমিং অমগী তুংদা হুমিং অমদা মফম থৌননবগীদমক মহাক পোকপা নত্তে ; মাসিগী ওয় তৈনবদা, মহাকপু শেমলকপা মপু অহু থংন-নবগী থবক্তা মাগী মপাঙ্গলগী পরমাণু খুদিংবু শিজিন্ননবা মী-হায়বসি পোকই। মরম অসিনা মহাকী হকচাং অমসুং মথরাইবু পুম্না হিংছনা লৈননবগী থবক্তা মাগী মপা মপুগী শিনফমদা মহাকপু কক্নুনা থমই। মাহু হেনস্ন হেন্দনা নত্রগা তাস্নু তাদনা বর্ণাশ্রম ধর্ম্মনি।

অহুম ওইনমক, মথং মথং শিন্নরকলবা শিনফমদা য়ুমফম ওইবা বর্ণ অহুদা ঐনা চেংনা থাজে। জগৎকী ওইবা শিনফম মরীবু তাকপা মরী অহু বর্ণনি,—জ্ঞান তাকপা, ঙাকপীনবা লৈতববু ঙাকপিবা, ললোন ইতিক লৌউ-শিংউগী থবক তৌবা ; হকচাংনা শুচংছুনা সেবা তৌবা অসিনি। অসিগুম্বা শিনফম অসিদি জগৎ পুম্বগীনি, তৌইগুম্বং হিন্দুধর্ম্মনা ঐখোইগী ইশাগী ধর্ম্মনা ওইনা মখোইবু লৌরম্বদগী, সমাজগী লৈনগদবা মরী অমসুং লমচৎ শেমদোক শেমজিন তৌবদা মাপি শিজিনখিরম্বনি। লৈ হায়বা থংলবন্ন থংজকনু চিংশিন্নবা শক্তি অসিনা ঐখোইপুম্বা শোকই। তৌইগুম্বসুং মাসিগী ধর্ম্ম থংবা বৈজ্ঞানিকশিংনা মাসিগী মহৈ ওইনা য়ালহল্লি অমসুং পৃথিবীপুম্ববু ঙকহনল্লি। অসিগুম্না হিন্দু ধর্ম্মনা মাসিবু পুথোকই অমসুং বর্ণধর্ম্ম অসিবু থবক্তা পানশিন্দুনা পৃথিবীবু ঙকহনলি। হিন্দুশিংনা থবক তৌনিংদবনা খুমহু চনশিনখ্রবদা, বর্ণবু লান্না শিজিন্নবনা অমগা অমগা লুহোংবা অমসুং চামিন থকমিন্নবদা কান্নদবা অমসুং মাংনবা মথক ওইরবা অখিংবগা লোইনরবা, মপীং নাইত্রবা কাংলুপশিং মহৈ ওইনা থোরকই।

অখিংবসি হকচাং ফননবা অমসুং শেংননবগী স্বার্থদদি দরকার ওইবা য়াই। মতৌইগুম্বসুং শুদ্র নিঙোল লুহোংবা ব্রাহ্মণ নত্রগা শুম্ন-তৈনবা থবক তৌবা মীশক অমনা বর্ণশিংগী ধর্ম্মদা অকাইবা তৌদবনি।

ওসিদি ব্রাহ্মণ অমসুং ক্ষেত্রিয়, বৈশ্য অমসুং শুদ্রশিং অসি চুম্নগী টিকট অম্যা ওইরে। ঐনা মাসিবু খংবদদি, বর্ণাশ্রম অসি মপুংফানা চয়েৎনখ্রে অমসুং হিন্দুশিং অসি মখোই মশা মশাবু মশানা য়ানা শুদ্র ওইহনলগনি হায়না ঐনা আশা তৌই। ব্রাহ্মণ ধর্ম্মগী অচুম্বা উৎননবা অমসুং বর্ণ ধর্ম্মনা মাগী অশেংবা ফীভমদা অমুক হিংগৎলক্কবা অমত্ত ওাইবা লম্বীদি অসিনি।

ঐনা থাজে মহুদি পৃথিবীসিদা মীওইশনা মশাগী অককনবা মহৌশাগী ওইবা খোংচৎ অমগা লোইননা পোক্লকই। মীশক খুদিংমক মহাক্না জন্ম তৌবা ওমদ্রবা অশোনবা অককনবা অমগা লোইননা পোকলকই। অহুগুম্বা অশোনবশিং অক্কবু চোকশিন্না কুপ্না য়েংলবা তুংদা বর্ণ ধর্ম্ম অসিদা ওনখোকলম্বনি। অককনবা খোংচৎশিংগা লোইনরবা অককনবা মীশকাশিং অহুগী অর্ককনবা থবক তৌনবগী মক্কম মাসিনা লিংথৎলম্বনি। মাসিনা মমল নৈতনা হিদাম্বা হায়রহু তোকহনলমই। পনখৈ নাইবশিং অহু খঙবদত্ত, বর্ণ ধর্ম্মনা অবেম্বা অমসুং অন্নাংবা হায়বহুগী খেন্নবস্থ য়ারমদে; মাইকৈ অমদনা, মাগী অনোম্মনগী মহৈ অহু শোয়দনা ওইহনলমই, অমসুং মাইকৈ অমরোদনা, মাগী ম্নমপোনবশিংদা অন্নাবা পীবদগী খিংলমই। অসিগুম্বা অচৌবা ধর্ম্ম অসিবু লৈখা তাহনলমই অমসুং মীংচৎ খিহনলমই। মতৌইগুম্বহুং ঐগী থাজবদি অসিনি য়াহুদি ধর্ম্ম অসিগী অর্থশিং অসি মপুংফানা খংলবা অমসুং

থবক ওইনা তৌরবা মতমদা কীদম লৌনিংঙাই ওইবা সমাজগী থকসি খাসি নাম্নবা মঙং অমা শোয়দনা থোরকনি।

অমগা অমগা লুহোংবা অমস্তুং চামিন-থকমিন্নবা বর্ণাশ্রমদা মহৈ মহৈ লুহোংনবা অমস্তুং চামিন থকমিন্নবসিবু অখিংবা লৈত্রবস্থ, নমযু তৌবগী রাকমস্ত লৈকম থোক্কে। মকম কদাইদা লুহোংগনি নত্রগা চাবা থকপা তৌগনি হায়বসি মীশক অতুগী পুক্কিনবা লৈতবা অনিংবা অতুদা থাদোকদবদি।

কাংলুপ—

কাংলুপ মরি অসিতনা মরুগী ওইবা, মহৌশাগী ওইবা অমস্তুং তৌগদবা ওইবনি হায়না ঐনা খল্লি। মশীং নাইত্রবা কাংলুপ মচা মচাশিংসি মতম খরদদা খুদোংচা ওই, তৌইনদি খোংলৌবা ওই। অতুকী মতিক থুনা কাপথাইগ্রিবমথৈ অতুকী মতিক হেন্না ফবা ওই।

অর্থনীতিগী মীৎয়েংদগী মসিগী মমলাদ মতম অমদা য়াম্না য়ামলমই। মাসিনা মথং মথং শিন্নরকলবা হৈশিংব হায়বতু শোয়দনা থোকহনলি, হিদাম্নবা হনথহনলি। মাসি লাইর চুদৎনবগী মায়য়োক্কা খাইদগী হেন্না ফবা হিদাক ওইরমই। অতুগা মসিগী ললোনবা কাংলুপ মচা মচাগী ওইবা খুদোংচাবা পুম্বা লৈরমই। মাসিনা অনৌবা পুথোকপা নত্রগা থবক্কী থৌনাবু য়োকথৎত্রবস্থ, মাসিনা লম্বীদা অখিংবা অমা ওই হায়বস্থ থেংনদে।

ইতিহাসকী ওইনা ঙাংলগস্থ, কাংলুপ হায়বসি মীওইবগী চাংয়েং নত্রগা ভারত সমাজগী চাংয়েংশিংদা সমাজগী ওইনা অমগা অমগা ত্তাইশিন্নবা মওংগী (থৌরুপনি) নি হায়না লৌবা য়াই। মসি ঐখোইনা থুবক মহৈ য়াংক্লে হায়না প্রামাণ তৌবা ঙমলবদি, পৃথিবীদা

মসিবু ঐখোইনা লৈহাও কাননবা পোৎচং ওইনা, অমসুং মসিনা খঙ্খোই য়াওত্রবা হিদাম্নবগী মায়য়োক্তা কারাম্বা অমসুং কন্নকপনবগী খোরকপা সমাজদা থকসি খাসি নাইদবা মওংগী মায়য়োক্তা খ্বাইদগী হেন্না ফবা হিদাক অমা ওইনা পীবা ওমগনি।

## কাংলুপ অমসুং বর্ণ—

......ঐনা তোইনা হায়থ্রে মহুদি হৌজিক মতমগী থংনরিবা অর্থ অমুম হায়না ঐনা কাংলুপ নাইবদা থাজদে। মসি মহৌশাগী খোংচৎ কাইনা চাওথোকলপা অমসুং চাওথৎ খোংচত্তা অপনবা অমনি। অদুগা মীওইবশিংগী মরক্তা মান্নদবা হায়বসিদু ঐনা শুকথা থাজদে। ঐখোই পুম্বসি মপুং ফানা চাং মন্নবনি। তৌইগুম্বসুং মান্নবা হায়বসিদি আস্মাগীনি অদুগা হকচাংগী ওইদে। অদুনা মসি পুক্নিংগী অবস্থা বিশেষনি। হকচাং লৈবা জগৎ অসিদা মান্নদবা ময়াম উবা মরমনা ঐখোইনা মান্নববু থনবা অমসুং অনুভব তৌবা দরকার ওই। মপানগী ওইবা মান্নদবা মওং উরিবগুম তৌবা অসিগী মরক্তা মান্নববু ঐখোইনা খংবা তাবনি। কনাগুম্বা মীশক অমনা অতোপ্পা অতৈদগী অহেনবনি হায়না খনবসি ঈশ্বর অমসুং মীওইবদা লংজরবা পাপ অমনি। অম্নমনা কাংলুপ হায়বসি মসিনা ফমফম খেন্নবগী অর্থ খংনবা রাক্নম হেক ওইরকপদা কত্তবা অমা ওই।

কাংলুপকী খেন্নবা হায়বসি ঐখোইগী মরক্তা অমুকন্দুনা মরা তাখ্রে মহুদি ভারত্তা লৈরিবা মুসলিম, খৃষ্টিয়ান অমসুং অতৈ অতোপ্পা ধর্ম্মগী তুংইনবা মীশকশিংদসু ল্লাইনা ওইনসু লৌনরকখ্রে।

পৃথিবীগী অতৈ মফমদা চাং য়ামলবকু য়াবত্রবকু কাংলুপ নাইবগী শম্বনশিং অসি লৈ হায়বসি অচুম্বনি। মসিনা খংনৈ মহুদি মীওইবগী জাতিদা ময়ামপুম্বগী ওইবা মথৌখংদবা অমনি। ধর্ম্মবু মাগী চপ-চাবা অর্থদা পুখংলবত্তদা মসি লৌখোকখিবা ঙমগনি। করিগুম্বা ধর্ম্ম অমগী শ'স্ত্র অমতদা অসিগুম্বা খেন্নবা অমস্থং শম্বনশিংবু য়াবসি ঐনা খেংনদে।

ধর্ম্মগী মমিত্তুদি মীপুম্বা চপ মাম্নে। পণ্ডিত্য, বুদ্ধি নত্রগা লনথুমনা মখোয়সিবু লৈতবা মীশকশিংদগী অহেনবা ওইননবগী অধিকার কনাগুম্বা অমদা পীদে।

কনাগুম্ব অমদা অওইবা ধর্ম্মগী সদাচার অমস্থং শেংদোকহনবা পোৎচং অহুনা চুপ্রবদি অমস্থং শেংদোকলবদি, থরদংদা লৈবা মীশকশিং অহুগা লোইননা মাগী খুদোংচাবহু শোয়দনা শরুক ফংমিন্নদবা য়াত্রবনি হায়না মশানা থল্লি। অস্থুম হায়না ওইবনা, ঐখোইগী হৌজিক লৈথা তারবা অবস্থা অসিদা ঐখোইনা খল্লগা অতিশুদ্র ওইবসি অশেংবা ধর্ম্মনা ঐখোয়দগী দরকার ওই।

ঐখোয়না ঐখোই ইশাবু মপুওইনা লৌরোইদবনি, তৌইগুম্বন্ধ ঐখোইগী লনথুমবু ঙাকশেনবা মীশক অমা ওইনা লৌগদবনি, অচ্গ ঐখোয়না তৌরুবা থবক্তী অচানা মমলদগী হেন্না ঐখোই ইশাগী-দমক লৌরুবা তৌর[illegible] [illegible], [illegible]গীদমক্তা শিজিন্নগদবনি থৌশিল অসিগী মহুৎদা লাইরবা কর্ম্মতা লৈরোই, ইনাকখুনবহু কনা লৈরোই। ধর্ম্মপুম্ববু চপ মান্নমা লৌগদবনি। ধর্ম্ম, কাংলুপ নত্রগা শেনথুমগী অরাংপ্রা[illegible]না খৎনা-চৈনবা পুম্বনা পৃথিবাদা শান্তি থুগায়গনি লেপহনগদবনি।